৺রাজকুমারী থম্বালসনা দেবী

# ইমা

"জননী জন্মভূমিশ্চ স্বর্গাদপি গরিয়সি"

ঐগী পোক্নকম লম্‌দম্‌ ঐবু পোকপী পলেম
স্বর্গদগীসু মহেল্লি।

খোইরৈবাকী রারীবু জগৎধাত্রীগী মণ্ডপবু
থম্মোই লৈরাং ওইনা কচ্চরি।

তোল্লবা নচা
রাধাচরণ সিংহ

# ৱাহৌদোক

মণিপুরদা রাধা কার্মনা হয়িংখোই য়োকপগী থবক্ চৎথবা পাম্লকপা অসি খৃঃ ১৯৩১ দা কলিকাতাদা গ্লোব নর্শরিগী থাগী চেকোং "কৃষিলক্ষ্মী" হায়বা অদুদা পিয়ারিমোহন ভট্টাচার্য্য হায়বা নিপা অমনা ইবা "আগরতলাদা হয়িংখোই য়োকপা" হায়বা আর্টিকল অমা পারুবদগী য়াম্না খৌরাংবা পোকখি। অদুবু লাইবক খিবনা মতিকচানা থবক পায়খৎপা য়াবগী মরোংদা থর রাংলমই।

খৃঃ ১৯৪৫ দা ক্ষিতিশচন্দ্র দাসগুপ্তনা ইবা "দি রোমান্স অফ সাইন্টিফিক্ বি-কিপিং" হায়বা লাইরিক অমা কংলহনা হৌজিকী চাওখৎপা মরোংগী খোইয়োক অসি মণিপুরদা নিংথিনা পাইখৎপা হৌখি। অশেংবা খোইহি নিংথিনা থোক্‌খি। ভিজিটরশিংগী মনুংদা ইহান হানবা ওইনা মণিপুরগী মহারাজকুমার শ্রীপ্রিয়ব্রত সিংহনা মণিপুরগী চিফ মিনিষ্টর অমা ওইনা খৃঃ ১৯৪৭ কী ফেব্রু-য়ারি তাং ৬ তা লেঙবিরক্তুনা রাধা কার্ম মিৎয়েং তাবিরবা অসিনি।

খৃঃ ১৯৫৫ দা মতমগী মতুং ইন্না মতম অদুগী চিফ কম্মিশনর মেথিউনা ডাইরেক্টর অফ এগ্রিকলচর অমসুং ডাইরেক্টর অফ ইন্ডষ্ট্রিজগা লোইননা কার্ম অসিদা লেঙবিরক্তুনা মণিপুরদা হয়িং-খোই য়োকপগী ট্রেনিং স্কুল অমা লিংখৎনবা চানবিরমই। অদুবু মিটিং কয়া তৌরবগী মতুংদা থবক্ অসি সরকারগী ওইনা তৌরো হায়রবদগী ঐনা তৌখিদে।

মগুণ লৈরবা ভদ্রলোকশিং অসিনা লেংবিরকপদা ইবিরম্বা নোট থরম্ম ময়ামদা উৎচনিংহনা লাইরিক অসিগী অয়োইবদ হাপচন্নি। লোইনমক হাপচবা ওমদবগী অয়ানবদু থাইনা তাকপিগনি।

খোই য়োকপগী থবক অসি খর হেয়া পাক্ চাওনা পাইখৎনবগী খৌরোংদা লনাই ওইনা লৈরম্বদগী মতাই বত্তিগী রাজকুমার আহল সিংহগা লোইননা ঐগী মুপী ইবেমপিশক দেবী অমস্তুং ঐ ইশামক ঐখোই অহুমগী মিংদা পার্টনারশিপ রেজিষ্টর তৌই। মতুংদা খৃঃ ১৯৫৯ গী ফেব্রুয়ারি থাদা ঐখোই মেম্বর তরাহুমদোইগী ওইবা রাধা এপিয়ারি কো-ওপরেটিভ সোইসাইটি হায়না রেজিষ্টার অমুক তৌই।

খৃঃ ১৯৫৯ গী জানুয়ারিগী অহানবা সুমিৎ অসিদা ডেভেলোপ-মেণ্ট ব্লোকী বিঃ দি ওঃ জিরিবামনা ট্রেনি ছাত্র থারকপনা মরম ওইরগুনা লাইবক ফরবা মুমিৎ অসিদগী "দিঃ রাধা এপিয়ারি বি কিপিং ট্রেনিং সেণ্টর" মতাই বত্তিদা মণিপুরগী ওইনা খোই য়োকপগী ট্রেনিং স্কুল অসি থা তরুক্কী কোর্স ওইনা চহি অমদা সেশন অনি অনি তম্বা হৌখি।

ট্রেনিং অসি ১২ শুবা সেশন কাওথুরি থা ৬/৬ কী কোর্স ওইনা চহি অমদা অনিরক্ চৎথরমই। খৃঃ ১৯৭৫ ইংদগী থা ৩/৩ গী কোর্স ওইনা চৎথখি। রাজকুমার সনাহল সিংহ, গৌরচন্দ্র সিংহ, এনঃ চাওনি সিংহ, সিঃ এইচঃ চাওবী সিংহ অমস্তুং ইশামক্না তম্বিবগী থবক তৌই। মণিপুর সরকারনা ট্রেনিং স্কুল অসিগী সার্টিফিকেট কংলবা ছাত্রশিংবু মণিপুর সরকারগী বেসিক ট্রেনিং ইনষ্টিটিউটশিংদা ইনষ্ট্রক্টর ওইনা লৌখৎপিখি।

ট্রেনিং সেণ্টর অসিদা ট্রেনিং লৌখিবশিংবী মতুংদা নাগা-লেণ্ডগী ডাইরেক্টর অফ এগ্রিকলচরনা থারকপা ট্রেনিং রাওখি।

অরাপ্পা চিংমী কয়াম্ব য়োক্ল; ষ্টাইপেণ্ড পিতুনা ত্রেনিং পিখিবগা লোইননা খোই য়োকপগী খুজু খুৎলাই কয়াম্ব সপ্লাই তৌখি।

খৃঃ ১৯৬১ দা মতম অতুগী চিফ কমিসনার রাইনানা অফিসিয়েল কয়াগা লোইননা ত্রেনিং মফম মিৎয়েং তাবিখি। খৃঃ ১৯৬১ দা খাদি এণ্ড ভিলেজ ইন্দষ্ট্রিজ কমিশননা মণিপুরদা "বি-কিপিং এরিয়া ওর্কস" হাংদোক্‌পিখি। হয়িংখোই য়োকপা পাম্বা মীশিংদা খোইয়োক্লবগী মপোৎ মচৈ অহোংবা অভাবা মমল্দা য়োল্দুনা মতেং পাংবিবা হৌখি। মতম থর এরিয়া ওফিস অসিনা থা ৩/৩ গী কোর্স ওইনা খোইয়োকপগী ত্রেনিং পিখি। ওফিস অসিনা খোইহি লৈবা য়োনবগী থবকসু পাইখি।

মণিপুরদা অমস্থং ইণ্ডিয়াদা ওসি-ক্রাওবদা চৎথরিবা হয়িংখোই য়োকপগী থৌরম অসিদি খোইদগী খোইহি ফংননবগী থৌরাংনি। খাদি এণ্ড ভিলেজ ইন্দষ্ট্রিজ কমিশন হায়বা বোর্ড অসি ইণ্ডিয়াদা খৃঃ ১৯৫৬ অসিদগী লৈখি।

লাইবক্ ফবগী থৌরম অমনা খৃঃ ১৯৬১ ফেব্রুয়ারি থাদা কলিকাতাদা "ওল ইণ্ডিয়া এগ্রিকলচর ফেয়ার" মেলা অমা তৌখি। মতদা রাসিয়া, জর্মন অমস্থং জাপানসু য়াওরমই। মেলা অসি ঐসু মণিপুরগী কৃষক সমাজগী মেম্বর অমা ওইনা চৎচরুই। মতুদা রাসিয়াগী "বিজ" হায়বা খৃঃ ১৯৫১ দা ষ্টেলিন প্রাইজ ফংখিবা আই খালিকমেন্ হায়বা অতুনা ইবা লাইরিক অমা লৈরকই।

লাইরিক অসিমক্তি হয়িংখোই লোইরগা খোইহি ফংননবগী রাকমদা ওইরমদে। হয়িংখোইগী লিচত্তগী তাইবং লিচং তরফমগী

মশক্ ওইরবা খুদম কয়ানা মরম ওইরমই। লাইরিক অসিগী মতাং অসিদা রাসিয়াগী লেনিননা হায়রি—

**"Human reason has discovered many amazing things in nature and will discover still more, and will thereby increase its power over nature."**

**V. I. Lenin**

অচুম্বনি খোইরৈবাকী রারী অসি তাইবং লিচৎকী নিংথিরবা খুদমতনা থল্লবা রারীনি। হয়িংখোই হায়রিবা অপিকপা জীব অসিনা হিংলিবসি অমদি মসিবু শেম্বিরম্বা অসি ঈশ্বরনা ঐখোয়বু তাইবংদা হিংহনা পানবদা থংজরসন্থু হায়বগীদমক, লৈহনবিরিবনি অমদি শেম্বিরম্লবনি।

পাওদম অসি মীপুম খুদিংদা তমজনিংবদগী "খোইরৈবাকী রারী" হায়বা অসি ইজনিংউবনি। পৃথিবীগী অথং অহৈ কয়ানা হয়িংখোইগী মরমদা ইরকপা লাইরিক্ কয়া পাজরুবদগী পামজহনা অমদি মসিনা ঐখোইগী সমাজগী কান্নবা থজিক্তুং পুরকপা ওমগদরা খঙরুহনা লাইরিক অসি ইজবনি।

ইশানা লাইরিক ইজরকপা মীওই অমন্থু নত্তবনা অশোই অঙাম কয়া য়াওবা থোক্লবস্থু ঙাক্পিগনি হায়না খঞ্জে।

কনাগুম্বা ইচিন ইনাওশিংনা অশোই অঙাম কয়া চুমথোক্-পিরকপা অমন্থুং মন্না ওইবা অরাংপনচিংবা মেনথৎপিরকপস্থু তরাম তরান্না ঙাইজরি।

রাকম অমনা বানানগী থোংদা অয়ানবা কায়ামা শোইদনা য়াওয়মগনি খল্লি। অচুগুম্বা মরোং কয়াদগ্ন ঙাক্পিননবা নিংশিংজরি।

লৈত লাইরবনা মতম শাংনা পুনবনা— য়ারি অসি লাইরিক ওইহনবগী পাৎখৈ লৈরমদে। লাইরিক ওইহনবগী থৌয়াংদা শ্রীমতী বিমলা দেবী, লাইফম থুনৌ-গী ভৌবিমল য়ামৱৈ।

লৈত লাইরবনা, মতম শাংনা লৈরবদা "মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী" দগী মতেং লুপা ১০০০/- ( লিশিং অমা ) কংজনা লাইরিক অমা ওইনা পুথোকচরে।

থাইদগী হেন্না লাইবক ফবা রাকম অমনা-- প্রেসকী লাইন্দা মতম কুইনা চথরক্লবা ঐগী চান্নবা মরূপ শ্রীরাসবিহারী সিংহনা লাইরিক অসিবু মতিক মগুণ শেম্বিবা অসিনি।

মতাই, রাধাচরণ সিংহ

তাং ২৪।১।৭৭ ইং

শ্রীপঞ্চমী।

# নিংশিংজবা

খোইহি হায়রিবা থুম্নবা, মহৌশাগী ওইবা লাইগী থুংশেমগী অখোইবা "অমৃত" অসি থাইনা। লাইগী হাক্তক্কী হৌনা ভারত অসিদা শিজিন্নরক্লি "মধুপর্ক" (খোইহি, শঙ্গোম অফম্বা, ঘি, চিনি অমসুং ঈশিং শিদহিদাক্ মণ্ডানি) হায়রিবা রাকম অসিনা ঐখোইগী ধর্ম্মদা খোইহিগী মখৌ অমসুং মগুণ তাক্লি। আয়ুর্ব্বেদগী মোং মতুং ইম্না হেক পোকপদা ভাইরিবা অঙাংগী ময়াদা খোইহি মরিক অমত্তং তাহনগদবনি তাক্লি। অঙাংদা ভাইবংগী ইহান হানবা চিঙ্গাক ওইনা খোইহি খজিক্তং পিজগদবনি। মতুনা অঙাং অদুগী মশা মউ করম্বনা পুন্সি তোল্লোইবা অমদি বুদ্ধি জ্ঞান লৈরম্বনা ধর্ম্মবু মশক থংবা অফবা মী অমা ওইগনি হায়না তাক্লি। "পঞ্চামৃত" (শঙ্গোম, শঙ্গোম অফম্বা, ঘি, খোইহি অমসুং চিনি তিল্লগা) মপুদা কৎলগা মীরোনবা মতমদা, মীরোনবী অদুগী শিওম অদুবু তিন-কোক লাইকোকপীবা অমদি মপুগী অশেংবা শিম্না পাংথোকফম ওইননবা শোইদনা মপুদা থৌনিজরগা পিজগনি হায়বা রাকম লৈ।

হৌজিক সাইন্টিফিককী যুগ অসিদসু খোইহিগী মগুণ নোংমা নোংমগী হেন্না হেন্না থংনরক্লি। হয়িংখোই অসিনা হৈপাল লৈপাল-গী মহৈ মরোং মরিক চুম্না পানবা হেলহল্লি চাথোকী চাং হেলহল্লি হায়বা নিংথিনা থংনরক্লে। মরু ওইনা হয়িংখোইগী লমচৎ সিচৎ অসিনা তাইবং মীগী লমচৎ লমজিং মৈরা ওইবা "অহকপা" মপুগী শিম্মানি হায়বা ময়েক লানা উনরক্লে। খোইহি হায়বা অসি মপা লৈত্রবা হিদাক্লি অসিনচিংবদগী হয়িংখোইবু য়োক্লরক্লি।

মণিপুর মহোশানা হন্নিংখোইগীনু পোক্লফন্নি। "জঙ্গলদা মঙ্গল লৈ," হায়রবা অচুম্বনি। মণিপুরগী চিং অমসুং ভমদা খোইহিগী মতিক চাবা "ভাণ্ডার" লৈ। ঐখোইনা ঐখোইগী খোইহিগী পূকৈ অসিবু "পান্মু মুংশি" থংনা য়েংশিন্নবদি মণিপুর অসি মণিপুর ওইগনি। খোইহিগীদমক মণিপুর "অনিশুবা কাশ্মির" ওইগনি। মণিপুরগী মপান্দগী লন-থুম য়াম্না পুশিন্নক্ত্না মোংথদি শোইরোই মণিপুর অমরাপুর ওইগনি হায়না হন্না হন্না হায়জনিংই।

রাধাচরণ সিংহ

# হীরম লামায়

## মিতঙ্বা লামায়

# খোইরৈবাক্কী ৱারী

## ১ বা পন্দুপ

## হয়িংখোই

খোঞেন খোম্থোক্ মান্নবী, শক্লে শক্তা ফাইবোক্ মানবী হয়িংখোই হায়বী থৌচিনবী কয়ানা বসন্তগী লৈরাংদা! ওলাংথা চ্প্রদা মাইকৈ অমদগী মাইকৈ অমদা, পাইরক্লুনা ইশৈ শক্লা জগোই শাবগুম্ লৈপাল অমদগী লৈপাল অমদা তোংলক্লুনা লৈদগী লৈহি খোম্বা ঐখোই অয়াম্বনা উনরি। হয়িংখোইদগী খোইহি কংই, ঐখোইনা থংনরি।

অনিশুবা লান্তাওগী মতমনি খৃঃ ১৯৪৫ নি। অথং অহৈগী লাইরিক্শিংদা য়েংলক্লুনা শেন্নবা খোই য়োক্লবা খোই. উপু বি হাইভ অমদা পুল্লিগী অহানবা থৌদোক অমা ওইনা নৌনা ফাক্রুবা হয়িংখোইগী কোলোনি অমবু মাঙ্গোলগী নাক্চিদা থম্লমই।

ইস্নুং শোরা ঙানবদগী কোরৌনা মশেক্ লোম্বা কাও মিকুপ খুদিং অতৎ অথম নাইদনা হয়িংখোইশিংনা উপুগী মথোং অক্লুদগী অমগী মথংদা অমা, অমাগী মথংদা অমা ইশৈ শক্লা, মালংগী মথক্ ইরোইননা উরক্ ৱারক্ ফাওনা মিৎয়েংগী কান্নন্ লাম্না পাই খোকথি। মহুমদা হল্লকপা কাংবু হিয়াংথাং বরগী পরেং অমনা

ওন্না থৈনবা মাইকৈদা পাইশিল্লক্লি। মখোইনা এলাইটিং বোর্ডতা পোৎলুমগা লোইননা পাইথরক্লগা থুনা য়াংনা মখোইগী থোংজংদা চেনশিনখি। অদুগা শক্‌মান্নবী খোই লিশিং কয়াগী মরক্তা তিনখিদুনা মিৎয়েংগী মরুমদা থুপখি। খোই খর খোইরাগী অহাংবা, সেল হায়না থংনবা মখুন মচাশিং অদুগী মথক্তা লান্না চৎখিদুনা খোইয়ামগী মরক্তা তিনখি। খরনা খোইরাদা—মংদা চৎপগুম্না পান্দক্ষম য়াওদনা লেংনা লেংনা চৎলি। সেলশিং অদুগী মনুংদা ইরং ইরং লংনা খোইগী মচা তিঙোংশিংনা নিংঙাইবা লৈতনা নপ্তুনা লৈরি। মতম অসিদা মপান্দগী হল্লকপা খোই কয়ানা খোইরাগী মথক্তা চৎথোক্ চৎশিন তৌরিবা খোই কয়াবু ইম্বোক নমথেক্তুনা মরক ফাও, ফাওরদুনা হাথু হাথু চৎলি।

অনোইবা ড্রোন খোইলাবা অমনা তন্দে মান্দে চুমড্রিং চুমড্রিং খোইরাগী মপান মপান্দা খোইরক ফাওনা চৎলি। কুইন বি অদুনা চিংলেম্না মাগী মনিং অদুবু চিংল চিংলদুনা সেল অমদগী সেল অমদা, অহাংবা মরুম কোক্‌ফম থিবদা, খোইয়ামশিং অদুনা মাগী লম্বি ফাংলি। মসিদা মহুমদা হল্লকপা খোই অমনা মখোং খুদুংদদি নাপু মচুগী লৈরিক অনি নপ্‌শিল্লদুনা খোইরাদা কাথংলি। সেল অমদগী সেল অমদা থুনা য়াংনা চেন্দুনা, মাগী লৈরিক পোৎলুম অদু থক্ষম খিরি। মহুদা অতোপ্পা খোই অমনসু মশা মউদি লৈরিক্না ইতৈ তৈরদুনা মাগী মতুং ইন্নদুনা চৎলি অদুগা সেলগী নাকল অমদা মখোংনা য়াল্লদুনা, সেলদা থম্লিবা লৈরিক অদু মকোক্না লাংযুংদুনা ইম্সিল্লগা চেৎনা চিন্না পৈশিন্নবা হোৎনরি।

স্কেভেঞ্জর বি : অমোং অকাই শেংদোকপী হায়বা খোই অহু ওইবা তাই, খোই অমনা অশিবা খোইবিনিংথৌ অমা চিংল চিংলহুনা উপুগী মহুংদগী মখোইগী মথোং লোমদা পুন্নক্লগা, মহু এলাইটিং বোর্ড অহুদগী কোল্লগা পাইথোক্‌খিহুনা হুন্দোকলুই। অতোপ্পা থন্না মখোইগী অপিকপা মশাশিং অহুনা হুংশিং হুমহুনা বাতম বোর্ড অহু ফাওবা অমোং অকাই লৈতনবা শেংদোক্লি। ফোরেজর বি হায়বা অহুনি থল্লি, খোই অমনা হাথু হাথুনা মকোম্দা য়োরগা হোম্ বি অমদা মচিন্না মচিন্দা ইন্নরম্লগা, তোংহুন লৈরিবা খোইয়াম অহুগী মরক্ ফাওনা ফাওনা চংখিহুনা, ময়ামগী মরক্তা মাগী মশাহু অমুক শন্দোক্ অমুক্ হেক্ থুপচিন লৈয়না লৈয়না চংলি।

মরক মরক্তা ইথং থংহৌদনা কপ্পা লাওনবগী মতাগুম্না মখোই মশেন কোইচেন চেনবা মরোং অমস্থু তৌরকই। মহুদা মখোইনা উপু অহুদা হুংশিং হুম্বগী থবক তৌই। মখোই মশেলহু খোংফমদি চেৎনা চেৎনা লেপ্পরগা, মনিংদি হাইফেৎ কাংখৎলগা পরেং পরেং ওইনা লেপ্লহুনা মখোয়গী অপিকপা মশা মচাশিং অহুনা থুনা য়াংনা মশক্ উবা ফংদবমখৈ থপ্পি।

খোই উপুগী মফম থুদিংদা গুংগুং গুংবনা পোৎথাবা লৈতনা চৎথরি—খোই লিশিং কয়া অহুনা মখোই মশেল চৎথোক্ চৎশিন ইন্থোক ইন্সিন পোৎথাবা লৈতনা তৌরি, মসিনা মরম ওইরহুনা অপিকপা জীবশিং অসিনা মখোই মখোইগী মরি লৈনবা মখৌ থৌদাং পাংথোক্লবা চেকশিন্না পোৎথাবা লৈতনা হোৎনরি।

খোই থুদিং অসিনা মাগী মাগী মশাগী থৌদাং মতম মতমগী ওইবা থৌরম্ নিংথিনা শংবনা মজাতিগী চাওখৎ থৌরাংদা মখোই থুদিংনা পুকচেন লিংজেন মান্নবা থবক নোম্মিন্নবনা মরম ওইরত্তুনা মখোইগী মচিঙ্গাক্ অরাৎ অপা লৈতনা, খুদোংথিরবা মতম ফাওবদা— নোংজু নিংথমদা নিংঙাইবা লৈতনা মপুন্সি লেন্নত্তুনা মপুগী থৌদা পাংথোক্লি। মখোয়দি অমগা অমগা লোত্তানবা লৈনদে। থকসি খাসি নাইবা লিচৎনা তাইবংদা—খোইনা মপু মাগী থৌশিল নিংথিনা মশক তাক্লি। মপু মাগী থৌশিল নিংথিবা, তাইবংনা তাইবংদা হিংত্তুনা লৈবা তাবদা, তোগদবা থৌরোং, চৎকদবা লিচৎ, হয়িংখোইগী য়ুম্বান্দা লোইনা লৈরবনি—থিজরগা থংজরসন্নু হায়বগী মরমদা হয়িংখোই হায়রিবা অসিগা ঐখোই তাইবং মীগা শোইদনমক তোয়না তোয়না থেংনরত্তুনা তোরোৎ খাদানত্তুনা লৈমিন্নবগী থৌরাংদা "প্োইহি" হায়রিবা চাবদস্ু হাওরবা তাইবং হকচাংগী কান্নরবা মচিতনা থল্লবা "অনৃত" তাইবংগী শিদ হিদাক অসি হয়িং খোইদগী ফংননবা শিনবিরমই।

মরম পুন্নমক অসিনা মরম ওইরত্তুনা ঙসি তাইবং মীনা স্বর্গ ফাওবা য়েীনরবা মতম অসিদদি পৃথিবীগী জাতি থুদিংনা হয়িং খোইগীদি য়ুম্বান্দা চংজরত্তুনা মপু মানা তাকপিরন্নবা লমচৎ লিচৎপু থরাই য়াওনা খংজন্নবা হোৎনরে। পৃথিবী অসি স্বর্গ শেম্বা ঙন্নবা থবক পাইথৎনখরে ঐখোইস্ু হোৎনবা চুম্লে, হায়জনিংবা রাফম্নি ঙসিগী কক্ঙাওনবসি তোক্লবা মংফাওনবসি নৈহোরোন্দগী হোবা তাই—য়েন, য়েম্লিং মত্তিক চাবা তাই।

খোইহিদগী পামই ঈরিক কোঙোন ।
ওইনি মতিক চাবা তাইবং কোঙোন ।
অহানবা চিঙ্গাক খোইগিনি আপুর্ব্বদগী রাকম্নি
লাইগুরু মশক খংগনি ককৃভাওনবসি তোক্‌নি
সুংভাইবা পুন্সি চহি চামনি ।
খোইগী বারী, মপুগী খৌশিন্নি ।

# হয়িংখোই অমসুং তাইবং মী

নিংশিংবা থোক্ত্রবা মতমদগী ইণ্ডিয়া অমসুং প্রশান্ত মহাসাগরগী মথা খংবদা লৈবা মীশিংনা মখোই মখোইগী লমগী ওইবা রেড ইণ্ডিয়ান বি হায়না খংনরবা হয়িংখোই জাৎ অসিগী মরমদা নিংথিনা খংনরমই । ঐখোইগী ভারত অসিনা হয়িংখোইগী মরম হেন্না খংলমই ।

ঐখোইনা খংবা ভনদ্রিবদি মতম অদুগী মীশিংনা চিংমান্দা লোত্তুনা লৈরবা খোইশিং অসিগী মরমচৎ মতৌবু করম্না খল্লম্বগে হায়বা অদুদি খংবা ঙমদ্রে । অদুবু ঐখোইনা খংলিবদি—মীনাই অমসুং লৌয়াম চাবগী যুগ অমসুং বরজোইস্ যুগ হায়বদি, রাইমরপ ওইবা প্রজাগী যুগ অদু ফাওবগী মীওইশিং অদুনা হয়িংখোইগী যুগ্মান অসিবু মখোই মখোইগী চংনরিবা লৈরিবা সমাজ অদুগী মরোং অদুগা মান্নে হায়না নিংনরমই ।

মসিনা হৌজ্রবগী রাকম অমা ওইরবস্থু আমেরিকাগী হিরিং খোইগী সাইন্টিষ্টশিংনা কয়া খাল্লনা হায়রবা রাকম অমনা, খোইগী মহুমদা হিরিংখোইগী য়ুম্বাম অসিনা জিংখিনা সুংডাইনা ইংবা পুক্তি লেন্দুনা হিংলিবা অসি—মশক্তি উবা কংগ্রবা, মখোইগী মহুম অচুগী অপুনবগী ওইবা "বোর্ড" অমগী কোমিটিঅচুগী খোই খরগী অশিল অরাংগী মথাদা থবক চংথবনা ওইরিবনি হায়বা অসিনি।

ইউঃ এসঃ গী এপিয়ারিশিংগী মহুংদা মমিং চংলবা—এলেন্ লেখান্ হায়বা অসিনা য়াম্না কয়া হায়রিবা রাকম অমনা—হিয়িং খোই মহুমগী য়ুম্বান অসি অশিন অরাং তৌবা খোইশিংনা "সাশন" তৌবনি। মখোই অসি শিয়ার তিয়রবশিংগী মহুংদগী থবক্ অশিন অরাং তৌননবগীদমক খল্লবা হোলদার অমগুম্বনি, হায়রিবা খোইদা জাৎ অসিদি অঙাংস্থু নত্তে, অহনস্থু নত্তে খোইগী মখোইগী পুক্তিগী মতাংদা অসিগুম্বা খৌদাং পুবা য়ারবা মতাংগী খোইনি। মখোই অসি মশিংস্থু খোইনদি য়ামদে অস্থুম্না হায়রি।

মবৈদা একঃ জিঃ ট্রোলোপ্ বি-লিউ হায়বা নিপা অমনা লাইরিক অমা কোংলে, মহুদা মামা হায়রি—হিয়িংখোইগী য়ুম্বান অসি খোই অহুম মরিমা সাশন তৌবনি। মখোই অসিদি মহৌশানা থবক ইংখাং গুবদি য়াওত্রে মখোই অহুনা খোইছি অমস্থুং খোইরুগী ইন্দষ্ট্রিজ অচুগী অশিল অরাং তৌই, অমস্থুং তোঙান তোঙানবা খোইগী কাংলুপশিং অচুগী খৌদাংশিং অচু চপ্ মান্নবা খৌগৎনবা হোৎনৈ অসিনি।

আমেরিকাগী বিকিপিংগী "এন্সাইক্লোপিডিয়া" গী খাইগী মখেদা কোংবা, চেংফাং অহুদমু পাও পারিবা মীশিং অমগী মপুক্লিং অহুবু থৌজিল্লি মহুদি "খোই মহুম খুদিংগীসু মখোইগী পল্লিকী মোং কণ্ট্রোল তৌজনবগীদমক "য়ালষ্ট্রিট" হায়বা অসিগা মামবা কাংলুপ অমা লৈ। মখোই অহুনা থবগা হোম অমসুং ফোয়েন পোলিসিযু য়েংশিল্লি অসিনচিংবগী মরমদা য়াথন চিংশিন্নবগীদমক হোৎলৈ।

মরজোইসগী লুচিংবশিং অসিনা—খোইহিগী, হয়িংখোইগী থৌরমগী য়ারী অসি মীনা থোইনা থংনত্রিবৈগী মমাংদগী মখোইনা থংজনবা থর হেন্নমই, ভসিদি সাইন্টিষ্টশিংনা মখোইনা য়ানা হোৎনক্লবগী লাইব্রিক কয়াসু লৈরে, মরা ওইনা রিসার্চ তৌবগী ইনষ্টিটিউশন্ অমসুং লেবরেটরি কয়াসু লৈরে। হায়রিবা সাইন্স অসি—অচপ্পা অমসুং মরা ওইবা থৌরম কয়া অহু মাইক্রোস্কোপ অমদি য়াম্না মরা ওইবা কেমিকেল্ এনালাইশিস্না মপুং ফাননবা হোৎনরি। অহুবু হায়রিবা থৌরমশিং অসিদনদি লাইগী থুৎশেম মহৌশা লাইরেম্বী (প্রকৃতি) অসিগী মরা ওইরবা মসুং হাঙ্গিনবা মরম অহুবুদি শেংনা থংবা ভম্বা অমদি লাইগী থুৎশেম অসি করিনো হায়না থংবা ভম্বগী পাম্বৈদি লৈবা পোৎ নত্তে।

মতিক মগুণ লৈরবা সুপারটেলেস্কোপ্না থরানমিচাক্লনা থল্লবা জগৎ অসিবু থংনবা ভম্নবসু—মতিক্ মগুণ লৈরবা ওফটিকেল্ এপারেটস্না, মাইক্রোস্কোপ্ নত্রবদি উবা ভমদবা কুপ্ত্রবা পোৎশক্ কয়া উবা ভম্নবসু, মতিক্ চারবা অরাংবা মথলগী ওইবা "গণিতশাস্ত্র" গী অচুম্বা নিয়ম অহুনা প্রকৃতিগী পোৎশিংগী মপানগী

মবোংবু খংজিনবা ঙম্নবসু হায়রিবা সাইন্টিফিক্কী খুৎলাইশিং অসিদনদি কেপিটেলিষ্টগী মতমগী সিভিলাইজেশনদা য়োকখংলতুনা ওইরক্লবা সাইন্টিষ্টশিং অতুগী মখোইগী মপুক্কিংগী রাখন অতুবুদি শেমদোকলুবা ঙম্বগী মরোংদি নত্তে। মখোই অতুগী রাখনগী সাইকোলোজি অতুদি কাংলুপ নাইবা সমাজগী ওইবা থৌরোংদা, মপুক্কিংনা খনখিবা মরোং অতুদি থক কোক্পা ঙমদ্রে।

৫ থৈজিন্না হায়খিবা রাক্ষম অমনা ঃ— মীওইবা অমনা মানা হিংবদা ওইরিবা মরোং অদো—মাগী রাখনসু অতুম্মক্ ওইগদবনি।

মথক্তা পিরিবা "লো" অসিনা মশানা অতুম্মক্ তশেং তশেংনা তাক্লে—প্রকৃতিগী পোৎশক্কী মপান্থোংগী মরোং ওইনা লৈরিবা—জীবগী জগৎ অমসুং জীব পান্দবগী জগৎ অসিগী পোৎ-শিংগী মচুং অসিদসু বরজোইস্ বাইওলোজিষ্টশিংনা—মখোইনা চিংতুনা পুনিংবা পুগে হায়না নিংবা মাইকৈ অদোমদা, অতোপ্পা মীশিংবু পুবা য়ানবগীদমক করিগুম্বা অতুগুম্বা পোৎশক্ অতুদা থাঙ্গেশেংবদি মশাগী ওইবা মগুণ অতু লৈজত্রবা অতু ফাওবসু বরজোইস্ সোসাইটি অতুগী ফনবগী মরোংদা, পোৎশিং অতুগী মরি লৈনবা থৌরোংশিং অতু মশক ওন্থোকপা মরোং অমদা লিচিং পিননবা কন্না হোৎনৈ। হায়রিবা লিচংকী পৌরোং অসিনা মরম ওইরতুনা— অষ্ট্রেলিয়াগী জুলোজিষ্ট অফ ট্রোজেল হায়বা নিপা অসিনসু, ইকুই কুইদনা লাইরিক অমা ফোংখ্রে। রাক্ষম অসি *"ডরুইন্" গী জীবগী জগৎকী "ওরিজিন্ অফ স্পেসিস্" হায়বা অসি পুথোক্ত্রিবৈগী মমাংগী রানি। চাংয়েং চৎথবদা অঙকপা*

ফংলবা ডরুইন হায়বা নিপা অসিনা—মফম পুন্নমক্কী ওইবা, ঐখোই মীওইব সমাজগী, ইন্দষ্ট্রিজগী, কলা বিদ্যাগী, সাইন্টিফিক্কী ওইবা অমসুং তাইবং মীগী রাজনিতিগী ওইবা, থৌরম পুন্নমক্কী মরিশিং অদু নিংথিনা খংবা ঙম্লম্বনি।

মমাংঙৈগী নেচরেলিষ্টশিংগী মচুংদগী ফাওরবা মীওই কয়া কয়া ফাওবসু মখোইগী লোনম লাংগী মিত্রং মায়া অসিনা-কৈরেংননা লমজিংলমই অমসুং প্রকৃতিগী রাখন তৌবগী থবক অদুসু শেরান তুরান উৎলমই।

মথক্তা হায়রিবা লিচৎ কয়া অসিনা মরম ওইরগদুনা তোঙান তোঙানবা মতমগী চাংয়েং তৌবশিংনা "থাঙ্গেশংবা সমাজতন্ত্র" হায়বা অদুগী থোরোংবু অসিনি হায়না তাইবংদা—অচুবা লমজিং উৎপিগে হায়বগীদমক্ পোকপিরম্লবা অমদি হিংলিবা হয়িংখোই হায়রিবা মপোক্ অসিগী জগৎ অসিবু তোঙান তোঙানবা কাংবুগী মীগী, মখোই মখোইগী রাখনগী মতুং ইন্না তোঙান তোঙানবা থৌ-রোংগী মরোংদা লোনরমই হায়বসি খোইদোক্না চিংনকম লৈতে।

ঐখোইনা খংনরবা খুদমগী রাকম অমনা:— থাইনগী ইজিপসিয়ানশিংনা পাওরৌ অমা ওইনা চৎনরমই— হয়িংখোইগী য়ুম্বান অসি খোই নিংথৌ অমনা লুচিংহনা, মাগী সাশনগী মথাদা পানবা লৈবাক অমনি। মাগী মচা মনাইশিং অদুনা মখোইগী ফিলরনা হুমাই হুমহনা মাবু ইকোর কোয়না সেবা তৌদুনা লৈ।

*মাগী মনাই খোই কাংলুপ কয়ানা, মখোইগী লোইপোৎ কারকপা—*

অহাও অথুম অহু মাগী মখোংদা কৎলি, মহু মানা সিংহাশনগী অৱাংবা থাকতগী মিৎয়েং তারি।

খৃষ্টনা পোক্কদবা চহি চামরিগী মমাংদা এরিষ্টোটলনা মানা ইবা—শা-ঙাগী ইতিহাস অহুদা : হয়িংখোইগী য়ুম্বান অসি মীনাইগী সমাজ অমনি, হাম্নরিবা সমাজ অহুবু অকল অথৌ অচৌ অশাং ওইবা "দ্রোন" হায়বা অহুনা শাসন তৌহুনা পানবনি হায়না উৎলমই।

গ্রিক্‌শিংনা মখোইনা অনিংবা থৌরম উৎলিবা অহুবু রোমান-শিংনস্থু য়াম্না থাজনা য়ারি। প্লাইনিনা মাগী "নেচরেল হিস্তরি" অহুদা শন্দোক্না তাক্লি— হিরাগুম্না ইলং লংনা খুদম অমা পিরহুনা উৎলি মহুদি :— হয়িংখোইগী নিংথৌরেনগী লাইবক্তা, মাগী মতিক ময়াইগী মগুন্দা অমস্থুং চাওথোক্‌চনিংঙাই ওইরবা লমচৎ ব্যবহার অহুদা, অকিবগী মশক ফংলবা, ঙাক্ শেনবা অমস্থুং থৌগল ময়াম অহুনা মাবু ইকোয় কোয়রি। মাগী হৌজিক্কী মরিগুবা পার্ট অহুদদি হয়িংখোইগী মরমদা ঙাক্তা চৎথরে। ভার্জিল্‌নস্থু কোংলি, হয়িংখোইগী য়ুম্বান অসিদি মখোইগী খোই নিংথৌ অহুনা মখোইগী পুন্সি অহুগী শিল্লাংই।

চহি ১৫০০ গী মতুংদস্থু হয়িংখোইগী য়ুম্বান অসি নিংথৌরেন অমনা পানবনি হায়না অহুম্মক্ লৌনরমই।

মঙাগুবা নিংথৌ হেন্নরিগী মতম্দা ইহুনা লৈবা লাইরিকশিং অহুদস্থু উবা ফংই। মতম অহুদা হয়িংখোইগী পুন্সি অসিবু

মতৌ করম্না লৌনরম্বগে হায়বা অতুগী অশেংবা থৌরম অমু সেক্সপিয়ারনা ইরম্বা মথাগী ব়াকেং অসিদগী খংবা ঙমগনি :—

"They have a king and Officers of sorts.
Where some like magistrates, correct at home,
Others, like merchants, venture trade abroad,
Others like soldiers, armed in their stings,
Make boats upon the summer, velvet buds
Which pillage they with merry march bring home
To the tent royal of their Emperor,
Who busied in his majesty surrveys
The singing masons building roofs of gold,
The civil citizens kneading up the Honey
The poor macanic porters crowding in
Their heavy burdens at his Narrow gate.
The sad ey'd justice, with his surly hum,
Delivering o'er to executers pale
The lazy yawning drone..........."

তরাতরুক (xvi) শুবা সেনচুরিগী ব্রিটিশগী লাইরিক ইবশিংগী থবক নারোংদি হয়িংখোইগী য়ুম্বান অসি—নোক্লিংবগী মশক অমনি, ইংলেণ্ডগী মার্চেন্ট ইলিজাবেঠানগী মতৌগুম্বনি হায়না লৌই অতুগা তরাতরেৎশুবা সেনচুরিগী ফরাসীগী লাইরিক ইবশিংনদি কাংলুপ্ থায়বা লৌয়াম চাবগী থৌরোংশী মরমদা ইনরমই।

ওসিদি ফরাসীগী রাইটর সাইমোন্না ইরম্বা থবক মতা অসি

পারগা নোক্লিংবনা থাংবা ঙম্লোই। মহাক্না "খোইরৈবাক্" হায়বা রারী অমদা ইরমই—"অরাপ্পদগী পোৎলুম পুরক্পদা রাবনা চোক-থরক্না কোইচৎ চৎলিবশিং অক্বু খোইরৈবাকী থোংজংদা সন্ট্রি ঙাক্ শেনবগী থবক্ তৌরিবা হয়িংখোইশিংগা উনরি............"

হায়রিবা লাইরিক অসিদা অমুকস্থু ইরি............ হয়িংখোইগী কাংলুপ্ থাইদোকপা স্বার্মিং চৎত্রিঙৈগী মমাংদা— হয়িংখোইগী নিংথৌ অক্না মাগী প্রজাশিংদা য়াম্না থুনমক্ চৎলগদবা থোংচৎ অক্ মানা চাউথোক্পগা লোইননা লুপাগী পেঙ্গুন অমনা থোংলক্না থংহল্লি। হায়রিবা অসিদস্থু নত্তনা সাইমোন্না পিরিবা মোৎ অমনা—হয়িংখোইগী মচুম অসিদা হায়বদি হয়িংখোইগী য়ুস্থান অমদা মখোইগী খোইরাগী ফক্লাং অক্না থল্লক্না লৈরবদি, হায়বদি মখোই অমগা অমগা উনত্রবদি হয়িংখোইগী নিংথৌ ময়াম অক্ পুম্না লৈমিন্নবা য়াই হায়রি, মসিদস্থু অমুকস্থু মানা ইরি—নিংথৌশিং অক্গী মক্তুংদা করিগুম্বা নিংথৌ অমনা মচুম পুম্নমক অক্গী নিংথৌ ওইরগে হায়রদি মানা পাল্লগে হায়না থল্লক্লবা মতম অক্দা নিংথৌশিং অক্গী মরক্তা কল্লক মিহৌনবা হায়বা অক্ পোক্লকই অমস্তুং অক্ম্ তৌরবা মতম অক্দদি— মপুক ফত্তবা কাংবুশিংস্থু চোংথোক্লরক্লে অক্দগীদি প্রজা মশেন অক্না ময়ামগী শান্তি থুগাইরকই।

হয়িংখোইগী নিংথৌরেন অমা লৈ হায়বগী রাকম অসি খোইয়োকপশিংগী থম্মোইদা থাজনা লৈরকপা মতম কুইরবনি অক্গা অনৌ অনৌবা থাকী ইতিহাস থুদিংদস্থু মতম মতম অক্গী

ভাইবংমীগী চৎনরিবা লিচৎনিয়ম অতুগা চানা চাননা অতুম্মক থাজনরক্লবনি।

রাশিয়ানা হয়িংখোইগী মরমদা থবক চৎথবা অসি "লোমো-নোসোব্ স্কুলগী আউটষ্টেণ্ডিং সাইন্টিষ্ট পিয়োট্রো রাইচকোব্‌না ইবা লাইরিক অসিনা, খাইদগী ইহান্ হানবনি। মহাক্ অসি ইকো-নোমিষ্টনি, লংকৈ কোইবা মী অমম্মু ওইরমই। মহাক অসি জিওগ্রাফর অমনি, অমম্মুং লাইরিক লেংবা নিপা ওইরমই। মহাক্না থবক পাইখৎপা মতম অতুদা হয়িংখোইগী য়ুম্বান অমা হায়বা অসি—কেথারাইনগী মতমদা মানা তৌনিংবতা তৌবা ফত্তবা লিচৎ অতু তোক্‌হনখিবগী মরোংগা হায়ফেৎ মান্নবা মরোংদা ইরমই।

তরামাপনগুবা সেনচুরিদা "পলিট সেক্কিয়ে ভেদোমোষ্টিদা নিংথৌ খুবম থিন্দোকপা ( নিংথৌ হাপ্পা ) থোদোক্ অমদা খোই য়োক্‌পা নিপা অমনা মাগী রিপোর্টতা হায়খি— হয়িংখোইগী কাংলুপ্ খাইদোকপা মতমদা—তুমিন্না, ইংনা, মশাগী চাওজবা মগুন্না চিংলেম্‌জনা, মহারাণী অতুনা মহুমদা চংই, মতম অসিদা হয়িংখোই-শিংনা নাকন অনিদা পরেং পরেং ওইনা লেংতুনা লৈ। ভাইবংমীনা মখোইগী মবুঙো, মবেম্মা উজবদা হরাওজবা খোম্মোক্লা হুররা হুররা লাওবগুম্, য়াম্না কন্না লাংই।

অতুগা করিগীনো? হায়রিবা তরামাপনগুবা সেনচুরি, ঐখোইগী মতম অসিমক্তদা ব্রিটিশগী হয়িংখোইগী লাইরিকশিংদা, হয়িংখোইগী নিংথৌরেন অমা লৈ হায়না ইরগা হায়বদি মখোইনা হয়িংখোইগীদি নিংথৌরেন অমা লৈ হায়বসি য়ানরগা, ব্রিটিশ

মখোইগী মরনাইগী ওইনদি অঙকপা খোদোক্ অমা ওইনা মখোই-গীদি, মখোইগী মহারাণী অহুগীদি লৈবাক্ ঙাক্পগী নিয়ম কানুন্ ফাওবা শেমজবা ভম্বগী পাউরার ফাওবস্মু পিবিদে, ইচম চম্বদা চুম্নগী ফিরাম অমত্তং থেংহন্নিবা অহুনা লোইরে, করিস্মু শক্তি লৈহন্দে মসিনা করিগীনো ?

অস্মুম অস্মুম ওইনমক্ তরানিপালগুবা সেনচুরিগী মমৈদা তরামাপনগুবা সেনচুরিগী অহৌবদগীদি হয়িংখোইগী পুন্সিগী মরমগী রাথন অসি খরমথৈদি হোংদোক্লকপগুম তোরে, হয়িংখোইগী নিংথিবা লমচৎ অসি চুমই হায়বা য়ানরক্লে। হয়িংখোইগী লিচৎকী মতোংগুম্না তোঙান তোঙানবা লৈবাক্কী মীশিংনা মখোইগী মরনাইগী ওইজবা হায়বা রাথন থম্বজবা অমদি মখোই মখোইগী হিংজবা য়াননবগী মরমদা থম্বনবা হৌরক্লে।

এলঃ বুচনারনা মাগী "সাইকিকেল্ লাইফ অফ এনিমলস্" হায়বা অহুদা ইরি······ কুইন বি অসি রার্কর বিশিংগী য়েংশিন্বা অমস্মুং লাক্শিনবগী মখাদা লৈ······ মানা মীশিংবু নমথবা ভম্বগী পাউরার লৈতে, অহুগা মাগী নিংথৌগী থুবম্ অমদি মাগী মথরাই হিংবগী রাফমস্মু—মানা নিংথৌ ওইবগী মথৌ অহু নিংথিনা চুম্না তৌবা তৌদবগী থৌরোং অহুগী মখা পোম্না লৈ।

হায়রিবা রাথন অসিনা হয়িংখোইগী নিংথৌরেন অমা লৈ হায়না হায়রম্নিবা কাংবু অহুবু মাইথিম্না পিবা হৌবগী অহানবা থৌদোক্নি। হয়িংখোই অসিদা, মখোইগী মপাগী নিংথিজরম্না,

লুরবা চৎমবী লিচৎ লৈক্তে হায়বগী রাক্নী রাখোং পুখোক্নরক্লিবা চাংয়েং চৎথরুরিবা মীশিং অসি, হাম্নগী হয়িংখোইগী লিচত্তদি, অমুম অমুম তৌই হায়বনচিংবা হায়জন্দুনা মীশিংবু খুদোংথিবা অমদি লৈবাক্কী মাংননবগী মশক ওইনা ওৎনৈবগী থবক্ চৎথরম্বা কাংবুশিং অহুগী মর্কমদদি— য়াম্না শাথিরবা "রাজদ্রোহি" মা অহুবু অমুক হন্না মাগী মরান্ন অহু ঙাক্পিবা য়াত্রবা মীওই অমা ওইনা খোক্লগনি হায়বা অসিনি।

লিথুয়ানিয়াগী পিঃ মাইক্যালেন্ মাইক্যালোভস্কি হায়বা নিপা অমনা মাগী "দি বি" হয়িংখোই হায়বা লাইরিক অমদা শাওরহুনা, লাওরহুনা হেক্তা হায়খ্রে— অমুক কুইবা অসিদা হয়িং খোইগী লিচত্তদি অমুম অমুম তৌই হায়জিন্দুনা নত্তবা তৌরম্বশিং অদো, ঙসিদি হয়িংখোইগী মহুম হায়বা য়ুম্বান অসিদা লৈবাক্ ঙাক্লনবগী লৈঙাক্লোন্ খৌরমম্ভু, লৈঙাক্লোন্ শেম্বগী থবক্তা হৈশিং-লবা খোরোংসু অমম্বুং আইনগী আইন্ শেম্নবগী লাইরিকসু লোইনমক্ মতিক্ চানা লৈরে কায়বা থংনরক্লবা মতম অসিদদি হাম্নগী হেক্তা হায়জিনবা অহু য়াত্রে, য়াত্রে, হায়রমই। মহাক্না— পুক্চেন খোইনা চৎপা মীশিংনা হয়িংখোইবু ফত্তবা মরোংদা হায়জিন্নম্বশিং অহু লৌজিক্তি য়াম্না ইকাইফম খোকই অহুগা অমনা ঙসিদি চংজফমগী মশক্ ওইরবা হয়িংখোইগী মক্কমদা চংজবা তারবা মতম অসিদা ইকাইদবরা হায়হুনা, ইকাইবা পিরদা নত্তনা লাইরিক ইবশিংনা ইগ্ররা লাইরিকশিং অহুবুসু "করিগুম্বা মতমদা মীনাই অমত্তনসু কাওরহুনা কাওরদসু লাইরিক থক্কম শং অহুদা থক্

য়োৌবা হুম্নরোইদোৌবা অস্তগুম্বা লাইরিক থম্ফম শং অস্তুদা শো লোম্লিন্দুনা থনথিবনা মতিক্ চায়” হায়না হায়রমই ।

লিথুয়ানিয়াগী খোম্লোক্ অসিগা মাম্ননা ফরাসী একাদেমিগী মেম্বর— গেঃষ্টোন্ বোম্নিয়ার হায়বা নিপা অসিনা "রিভিউ ইণ্টর-নেশনেল দি সোশিওলোজি” হায়বা অঙ্গী চেফোং অমদা ইরম্বুনা পুম্না লৈমিম্নবগী মরূ ওইবা আদর্শ তন, থাঙ্গেশেংবা মঙ্গানগী মশক ওইনা উঙ্গুনা লৈরবা হয়িংখোইগী মপোক্পু উরগা, মীওইববু লাক্শিন্দুনা শিজিন্নরম্বা থোদোক্ থোরোং অস্তুগী সুংঙাইতবা ফোংদোক্নুনা তেংথারমই ।

বরজোইনশিংনা মখোইগী কাংবুগী খুদোংচাবা লৌননবগীদমক্ হয়িংখোইগী মপুম্লিগা থোরম নৈনরুবদগা ফংলকপা জ্ঞান্নি হায়-জিম্নহুনা তৌরম্নিবা মতৌ অসিগা মরমদা অমুকস্তু থর হেন্না থম্নরগা হেন্না সুংঙাইগনি হায়না নিংই । জোহান্নস্ মোকসেনিয়স্গী লাটিন লোন্দগী অর্থ হন্দোক্লনা তরানিপানগুবা সেনচুরিদা “মক্কো” দা ফোংখিবা হয়িংখোইগী লিচত্তগী ফংলকপা "থাঙ্গে-শেংবা অমদি মথং মথং ওইরবা প্রজাগী পুন্সিগী খুদম” হায়বা লাইরিক অস্তুদা মানা……… তাইবংগী য়ুম্নে কৈরে লুদবা অমম্বুং থুঙ্গংদা, সহরদা মোৎলিবা মতৌ অসি ইকাইবনা শিরে হায়না কপই অমম্বুং খাইময়াম লৈমিম্নবদা সুংঙাইননবা, হকচাং ফবগা মরি লৈনবা .সনিটারিগী মরোংদা হয়িংখোইনা উৎলিবা খুদম অসি লোরবদি তাইবংমী ঐখোইস্নু শোইদনা সুংঙাইগনি হায়রি ।

এমঃ মি কিমেন্স রোয়ার হায়না কৌবী ডরুইন থিওরিবু

ফরাসী লোন্দা হন্দোকপদা ইহান্ হানবী, মুশীলক্তগীমু হৈশিংবদা ফাওরবী অসিনা পেরিশতা ফোংখিবা লাইরিক অমদা য়াম্না কম্না হায়রি মতুদি :— তাইবং মীওইবগী অরাবগী থৌরম থোক্হল্লিবা পুম্নমক অসিগী মরুদি মী হায়বা জাৎ অসিনা ওইরগ্লে হায়রমই অতুগা "মুশীডাক্তনা পানবা লৈবাক হয়িংখোই" গী পুম্না লৈমিম্নবগী নিংথিজরবা মরোং কয়াবু খুদম উৎলতুনা রারেং কয়া ফোংলমই।

রাসিয়াগী মমিং চৎলবা লাইরিক ইবশিংনা মথক্তা পল্লিবা অসিগুম্না "সাহিত্য" গা মরি লৈনবা মুংঙাই মুংঙাইরবা রারী মতেক্ মচাশিং অসি হাপ্তুনা, নিংথৌশিংনা পানবা মতমদা, মখোই অতুনা হৌনবা বিধি কায়না চৎথবা কত্তবা থৌদোক্ অতুবু লাল্লি হায়না মরাল পিবদা অমসুং থৌদোক মরোং অতুবু তাক্পদা— হয়িং-খোইগী য়ুস্থানগী খুদম কয়া পিরতুনা ফোংদোক্লরমই। মতুদা প্রমাণ তৌতুনা হায়নে— "ড্রোনশিংনা লায়না লৌনম তৌতুনা শিজিন্নবিরবা অমসুং নমজা নমথেক্তুনা চাবিরবা হয়িংখোইগী সমাজ" অমাগুম্না.........।

অসিগুম্বগী মরোংদা ভিঃ আইঃ পিশারেভনা "বি এণ্ড লিউও টোল্ষ্টোই" হায়তুনা রারী মচা অমা ইরমই। হায়রিবা রারী অসি রাজনিতিগী ওইবা মৌশিংবু পাওতাক্ পিননবগী মরমদা ইবা লাইরিক মচা অমনি। অতুবু মতম অতুগী নিংথৌগী ওইবা কন্নাইবা অক-কত্তা য়েংশিনবা মী কয়ানা কুপ্না য়েংলতুনা— "সেন্সর" তৌতুনা শেমদোক্লগা কোংথি।

অতুনা "হয়িংখোই য়োকপা" নত্রগা হয়িংখোইগী বিজ্ঞান

হায়ত্তনবা ইবা লাইরিক অহুদা কাওবা— মতম অহুগী পাল্লিবা বরজোইস্ কাংবুনা তৌরিবা অহুগদি মান্নবা অহুগা মখোইনদি য়ানিংলোইদোবা রাকমশিং অহু য়াওখিদননবা হায়হুনা লাইরিক্ ইবশিং অহুনা য়াম্না চেক্শিল্লি। অহুবু ভিঃ আইঃ পিশারেভগী "টোলষ্টোই" গী রারী অহু ঐখোইগী মতম অসিদদি অহুম্মক্ মপুং ফানা কোংখি।

হয়িংখোই য়ুয়ানগী বিজ্ঞানগী রারীদগী ঐখোইনা খংনরক্লে প্রকৃতিগী জীবগী পুন্সিগী লিচৎ অসিনা— ভাইবংমীগী "গণতন্ত্র" গী ওইবা তৌগদবা থৌশিলগী মরোং অহু উৎপিহুনা লৈরে। ঐখোইনা ঐখোইগী তৌগদবা "পান্দক্ষম" করিনো হায়বা অহুগী খুদমম্ন পিহুনা লৈরে। মসিবু ঐখোইনা তশেং তশেংনা হায়দোক্-পদা করি অকায়বা লৈবগে? অহুবু থিংলম্বনি।

হয়িংখোইগী য়ুয়ানগী পুন্সি অসিবু তোঙান তোঙানবা মতমগী তোঙান তোঙানবা লাইরিক্ লেংবশিংনা বৈজ্ঞানিক নত্তবা মরোংদা অরানবা রা ঙাক্তুনা শন্দোক্লা তাক্শিল্লমই অমসুং মহুগা লোইননা অসুম্না তৌগদবনি হায়না থৌরম কয়াম্নু তৌহল্লমই। মখোইগী মশাগী খুদোংচাবা লোননবা হোৎনরিবা কাংবুগী ওইনা লৈরিবা —তৌরিবা "সমাজগী ওইবা নিত্তি নিয়ম" অহুবু প্রকৃতিগী মরোংনা ঈশ্বরনা উত্তুনা লৈরবা মরোংনিদনা— অহুনদি, মসি তৌ-কম খোক্লবনি, ওইকম খোক্লবনি অমসুং মসিনা মরম্ন ওইবা রাকমি হায়না রারী লাইরিক পাম্নিবা মীশিং অহুনা থাজননবগীদমক হায়-দগী মহুগী মরোংদা শেম শারহুনা ইননবা হোৎনয়্যনি।

অসি গুম্বা ৱাখনগী মরোং অসিদা অয়াম্বা মতমদা মফম পুম্বদা শন্দোক্না ওয়া তৈনবা মাইকৈদা পুরমই অমসুং মখল কয়াগী থৌরম কয়াসু তৌরমই।

মাউরাইস্ ম্যাটরলিঙ্ক হায়বা "বি-লাইফ" হায়বা লাইরিক অসি ইবা নিপা অসিনা হৌজিক্কী সেনচুরি অসিগী অহৌবদা, হয়িংথোইগী মরমদা মীগী পুক্নিং থর ওল্হল্লমই। হায়রিবা লাইরিক্ অসি লোল কয়ামুক্তা হন্দোক্না ইথোক্লমই। "হয়িং-থোইগী মহুমদা অঙকপগী ৱাখনগা লোয়ননা লেপ্লহনা"...... অমসুং "হয়িংথোইদগী তাইবংমী তম্না য়েংলহনা"— তাইবং মীগী জাৎ অসিগা হয়িংথোইগী জাৎ অসিগা অনি অসিগী মরক্তা থম্মোইগী, ৱাখনগী ইচেলগী চাংদম্নবা অমা তৌরমই। মহুদা মানা থম্হৃবদা, মফম মরাং থংদবমখৈ ঙক্খিহনা......... "রোবিন্সন্ ক্রুসো" না লৈঙোই মথক্তা মীগী খোংগুন অমা উরুবদা ঙক্খিহনা— মফম অসিদা মমাংঙৈদা কনাগুম্বা মী লৈরম্বোইরেঃ হায়না থনখিবা অহুবু নিংশিংখি।

তাইবং মীওইবগী "সমাজ" গী মরমদা অম্মা হায়বগী মরমদি ম্যাটারলিঙ্কনা থল্লি— মীওইবা ঐখোইনা থর থর হোৎনজহনা চাওখৎলক্লিবা তাংকক্ অসিদি হয়িংখোইনা মতম য়াম্না শাংনা থনম্নবা ঙমখৈ অহুদং য়োরে অহুগা হয়িংখোইনা চৎথরিবা গণতন্ত্রগী ফিরেপ্ অসিগী তাংকক্কা মান্নবা য়োবা তাবদা— তাইবং মীনা মতম য়াম্না শাংনা—"পুক্চেন তিংনা, থরাই য়াওনা হোৎনবা" হায়বা লম্বী অহু চৎখিবা তারি। অসিগুম্বা অসি ম্যাটারলিঙ্কনা জগৎ অনি

অসিগী মরক্তা চাংদম্ননা য়েংলুবা পৌরাং অহুদগী কোংদোক্লকপনি। অসিগুম্বা নিংখিজরবা লূরবা পাওতাক্তা খুদম্তনা থল্লবা রারী অসিনা— হান্নগী অমনবা, ফত্রবা রাখন অসিবু অতোপ্পা মরোং অমদা ওম্ৎোক্‌ংল্লি। থবক পৌরোংগী মশক্‌ তাক্‌পনা মথৌ ওইরবা "দর্শণ শাস্ত্র" খংলবা মীশিংনা পেল্লি, থোদোক্‌ অসিবু। মখোইগী মথৌদি— "মহৌশানা ওইজবা প্রকৃতিগী ঈশ্বরনা পিনবিরক্লবা মশাগী জ্ঞান অসিনা" তাইবংনা য়ায়া নৈনরুরহনা খংলক্লবা জ্ঞান অহুদগী হেন্না শিংই, হায়বদি অচুম অরান খংবা ভল্লবা জ্ঞান লৈরবা মীশিংদগীসু হেন্না শিংই হায়বা অসি প্রমাণ তৌহনা তাক্‌পনা মথৌনি।

ঐখোইগী মতমগী লাইরিক ইবশিংনা হয়িংখোইনা পিহনা লৈরবা রাখনগী থৌরোং অসিবু অমুক্‌ হোংদোক্‌ হোংজিন্‌ তৌননবগীদমক্‌ রারুগদবগী লম্বি অমুক্‌ লৈত্রে।

হয়িংখোই য়ুম্বানগী পুম্সিগী অশেংবা, মরু ওইবা মরম অমম্ভং মখোইগী অরাংবা থাক্তী থৌরম নিংখিনা খংনরক্লবা মতম অসিদা ইকুই কুইদনা ব্রিটেন্‌দা লাইরিক ইবা নিপা অমনা ফত্তবা রাখন্দা ইহনা ফোংখি, মহুদা মানম্ভ ইরি— মীওইবনা রাখন থম্বা হৈত্রিভৈগী মমাংদা হয়িংখোইনা মখোইগী থৌরম অহু অমুক্‌ হন্না থম্বনরুনবগী দরকার লৈতননবা নিংখিনা শেম শারহনা থমগ্রে।

বরজোইস্‌ সাইন্সনা হয়িংখোইগী লিচৎকী মরমদা অতোপ্পা মীনা অমুক্‌ হন্না হায়রুবা য়াদননবগী মরোংদা শেম শাহনা হোৎনরমই, হায়রুবগী রাকম অসিবু, ঐখোইনা খোইদোক্তা অনৌবা ওইনা

অনৌবা ওইনা হায়জনবগী রা অমা নত্তে। শিংলবা হয়িংখোইনা চৎলিবা পুন্সিগী খোংচৎ অসিবু— তাইবং মীনা খুদম ওইনা লৌকম থোক্লবা নত্তৌ তশেং তশেংলবা অসিবু মানা হেক্তা হায়জিনবা য়াবা য়াফম নত্তে। হায়রিবা তশেং তশেংলবা থৌদোক অসিদি ইকুই কুইদনা মফম পুম্নমক্তা শন্দোক্লবনি অহৃদস্তু নত্তনা থৌদোক্ অসিগী ইতিহাসস্তু লৈখ্রবনি।

চহি চনিরোমগী মমাংদা কেপিটেলিষ্ট যুগ শেল্লাও পায়বগী যুগনা মপান কগৎলক্পা মতমদা লাইরিক ইবা বার্নার্দ মেন্দেভা-ইল না মাগী সাজিন্নবা হয়িংখোইগী য়ারী (ফেবল অফ দি বিজ) অহৃদা য়াম্না কন্না হায়রমই মহৃদি :— হয়িংখোইগী য়ুম্বান অসিদি খোই থুদিংমক্ অহৃনা, মখোই মখোইগী কল্লক্ মিহৌবা, অপাম্বা, মশাগী ওইবা তানবা, হায়বা লম্বীদা নিংথিনা চৎথরবা অহৃতদা হিংবা শুমগদবনি। মেন্দেভাইলনা অসিগুম্বা অনুমান্ তৌবগী অন্দাজদা শাজিন্দুনা হায়জিনবগী য়া অসিবু মরূ ওইরবা গুপ্পি— তৌগদবমক্লি হায়না খুদম পিরহৃনা পুম্নমক্তা শন্দোকপা কন্না হোৎনরমই।

ওসিদি শেল্লাও পায়বগী (কেপিটেলিজম) গী যুগনা লোইরবা অসিদদি বরজোইসৃগী সমাজ অসি য়াম্না হেন্না মরেং তাথথরবা মরোংদা হহ্থরে। মী ওইবগী থম্মোই য়াওক্রবা মীশিং অসিগা মী হায়বা জাৎ অমত্তগস্তু তিন্নবা য়ারক্তে, হায়বা অসি মীপুম খুদিংনা মিৎনা খিৎনা উষা কৎনরক্রে। মেন্দেভাইলনা হয়িংখোইদগী থং-লক্পনি হায়না হায়জিন্দুনা তৌরুবা, উৎলবা থৌরম পুবা অহ্ হৌজিক্তি অশেংবা অচুম্বা, অশেংবা থৌরম্না লোইনা মাংহনথরে।

ঙসিদি হয়িংখোই হায়বা অসি মশা মশাগী নত্তবা ময়ামগী ফননবগী থৌরমদা সুংঙাইননবগী মশক্ ওইরবা থুদোল পোত্তনা থন্না লৈরবা যুম্বান অমনি হায়না ফোংদোক্সরক্রে। হয়িংখোই হায়বা অসিনা মখোই মখোইনা হোৎনজরিবশিং অসি— ময়ামগী ওইবদা কায়ন-নবা, মাংননবা থৌরম নত্তে; ময়াম পুন্নমক্ অতুগী ফননবগীদমক্তনি; মখোইনা মখোইগী হিংননবা হোৎনজরিবা থৌরম অসিদি—তাইবং মীনা অস্থুম অস্থুম হোৎনরহুনা শেমগৎলহুনা পুখৎলকপা ঙমগদবা থৌরমদগী হেন্না ফজনা অহুম্মক্ লৈরগনি হায়বদা থোইনা চিংনরু-ক্কম লৈতে।

অস্থুম তৌহুনা হয়িংখোইগী মফমদা শাংনা নৈনরুহুনা হায়জ-রুবগী রাফম অসিদি— কনাগুম্বনা হান্নগী কান্নদবা অরেম্বা, জ্ঞান য়াওদবগী থৌরোংদা চৎথবিরুরবা থোক্লবস্থু মসি পারগা ঐদি অচৌবনি, মাদি মী মচানি হায়বনচিংবা অসি শুপ য়াও য়াওব্রবা মরোংদা চাওখৎলবা "সমাজ" অমা অমুক্ হন্না শেমগৎপদা থরাই য়াওবিননবগীদমক্তনি।

লাইরিক ইবশিংনা— হয়িংখোই হায়বা অসিবু পৃথিবীগী মস্থংদা খাইদগী হেন্না মতিক্ মগুণ লৈরবা, তাইবংদা হিংহুনা লৈবা তাবগী মরিদা খাইদগী হেন্না দর্শণ শাস্ত্র হৈরবা অমনি হায়না খাগৎপগী লাইরিকস্থু মশীং লাক্পা ঙমদনা লৈত্রে। অহুগা হৌজিক মতমগী মীগা মমাংঙৈগী মীগা য়েৎনবগী রাফম লৈরবস্থু হয়িংখোইগী যুম্বান অসিনা মতিক্ চানা থুদম লৈজরবনিনা পেন্নরে।

হায়রিবা লাইরিকশিং অসিগী অমদা ইঙ্গিৎ তৌনা তাক্লি—

অশিংবা মীশিংনা হয়িংখোইগী পুন্সিগী চৎনরিবা নিয়ম অহু লৌহুনা— মতুগা চপ মান্নবা নিয়ম্না জাতিগী চাওখৎ থৌরাং অসি পাংথোক্লকৃখিগনি— মতম অতুদা পৃথিবী অসিদা স্বর্গগা মান্নবা মতাং ওইরক্কনি, শান্তি লাক্কনি।

প্রকৃতিগী নিংথিজরবা চাংদম্নিংঙাই লৈতনা লুরবা "খোইরৈবাক্কী রারী" অসিবু থাগৎপগা লোইননা রাইটরশিং অসি-না থাজবা ফোংদোক্লরি ঃ— ঈশ্বরনা হয়িংখোইনা মরম ওইরহুনা ময়াম পুন্না লৈমিন্নবগী নিংথিরবা খুদম কয়া উৎপিরিবা অসিবু— তাইবংমীনা খংবা ঙম্লকপা মতাং অতুদা মীওইবগী হেন্না নুংঙাইরবা থাক্ অমা লাক্কনি, মতম অতুদদি চাওখৎ থৌরাংগীদমক্ হোৎনরুবা অমদি হায়জরুবগী দরকার অমুক্ লৈররোই।

অসুম তৌরবা ওইরক্লবা অসিদদি ঃ— ফত্তবতা খনগনবা মীসু অফবতা খনগনবা মীসু মশানা ওইজবা তারবা অচুম্বা হায়বা অহুদা পুনশিন্নখিহুনা— বরজোইস্ মতমগী ওইরিবা অমগা অমগা খৎনা চৈনবা হায়বা অসিদি থক্ থোক্লরোই। তরং তরংনা উরবা সাইন্সগীদি মশা ব্রাঞ্চ ওইরবা হয়িংখোইগী সাইন্স অসিনা— মথল অনিমক্কী রা তান্নফম অমদি খম্নফম ওইররগনি অমসুং তৌগদবা থৌরোংগী রাথোক্ লাম্হোক অহুদগী কম্লনবা খুৎলাই অমা ওইরগনি।

হৌজিক্তি ঐখোইনা থাইগী মমৈদা ফোংদোক্লররুবা থৌরম অসিগা লোইননা হয়িংখোই লোইবা হায়বহু পাইখৎলহুনা থাক্লৈ-শেংবা হয়িংখোইগী যুগান অসিনা করি তাক্লিবগে হায়বা অহু খংবা ঙম্নবা কম্না হোৎনরসি।

সোভিয়েট ইউনিয়ন অসিদদি প্রকৃতিগী নিংথিরবা নিয়মশু শেরান তুরান লৌরম্বা অমদি গণতন্ত্রগী ফিরেপ্প্যু লাম্না লৌরম্বা অহু তোক্থিহনা ইতিহাসগী থাক্তা মী পুন্নমক্ অসি মমিৎ মপুং ফানা পাংলহনা মাগী অকোইবদা লৈরিবা জগৎ অসিবু নিংথিনা উবা ঙম্বা হায়বা অহু ওইরে।

সোভিয়েটকী মীনা, মপুগী জগৎ অসি থাঙ্গৈশেংবা করিনো? মপু মানা করি পাম্লিবনো হায়বা অহু খংবা ঙম্নবা থরাই হক্চাং য়াওনা হোৎনরি। প্রকৃতিগী মপানগী ওইবা পোৎশিংদগী মথল মথা কয়াগী থৌশিল থৌরোং কয়া পুথোক্লরকপা অসিনা মরম ওইরহনা হৌজিক্— প্রকৃতিগী মশক্ খংনা মাগী নিয়মগী মতুংইন্না থবক পাইথৎপা ঙম্লগনি হায়বগী শোইদ্রবা পাম্বৈ খংবা ঙম্লে। মতাং অসিদা ষ্টেলিন্না হায়রি—

"Man can discover laws get to know them and master them, learn to apply them with full understanding, utilige them in the interest of society and thus subjugate them, secure mastery over them."

অথোইবা মেটরিয়েলিষ্টশিংনা নিংথিনা খংই, প্রকৃতি হায়বা অসি করিগুম্বা পোৎশক্ অমা হায়বা অহু "পুথোক্লকৃকম্" গী ওইবা শক্তি লৈরবা মরোং অমা অহনি। ইউঃ এস্ঃ এস্ঃ আরগী মীশিংনা পৃথিবী অসিবু অমুক্ নোংহোৎবা মরোংদা পুররবা কমা হোৎনরি।

# পান্দম্ফম।

## রাখন্দ মণিপুর

"শোইরোই নোংমদি মণিপুর রাখনগী অমরাপুর" খোইরৈবাকী রারীনা তাক্লি, লৈশেম্বা মপুনা খুদম পিরি —

অমরাপুর = অমরাপুরী।

অমরাপুর হায়রিবসি স্বর্গগা মান্নবা ইংনা হুংঙাইরবা, অনায়েক য়াওদ্রবা, অরাৎ অপা লৈত্রবা নিংথিরবা লমদমনি। হায়রিবা অমরাপুরগী মণিপুর অসিদদি হৌজিক্ হৌজিক্তা ঐখোইগী মণিপুর অসিনা "অমরাপুর" ওইরক্কদবদা অকায়বা অয়েৎপা, অপনবা অমা ওইনা লৈরিবা অকিবগী মশক্ ফংনা তমথিরবা থৌদোক্ অহুম ঃ—(১) লায়না, (২) অপংবা (থংদবা), অমসুং (৩) লাইরবা। হায়রিবা অসিদি মশক্ উবা ফংলরোই। খোইরৈবাকী রারীনা লমজিং পিরি, লাইগুরুগী য়াথংনা তাক্লি।

(১) খোইহি অসিনা লায়না লৈহল্লোই। করিগুম্বা ঐখোইগী মণিপুর অসিদা লায়না অসিনা লৈখিদ্রবা মতম অহুদদি নাবনা মরম ওইরহুনা অনাবা মী অহুনা অমদি অনাবগী সেবাদা চংলিবা মীশিং অহুনা থবক্ ইনথাং নোমহুনা লম্ন্থুম তানবা ঙমদবা, মহৈমশিন তম্বদা মীগা মীমান্নবা ঙমদবা হায়বা অহুদি তৌরব্রোই। অহুগী মথক্তা হিদাক্ লাংথক্ লৈবদা অনাবা ইমুংগী লম্ন্থুম চৎলিবা অসি তৌরব্রোই। অসিদসু নত্তুনা মণিপুরগী পৈশা মীরমদা চেস্থোক্খ্রিবা অসিমসু লেপ্পগনি। অহুনা হয়িংখোইগুম্বা পোৎথাদনা লম্ন্থুম তানশিনবা অমসুং মহৈমশিন্নচিংবা তমশিনবা ঙম্লগনি। মসিদদি

"খোইহি" পিজরগা অমদি চারগা, লোইননা খোইরমচৎ খংনরক্লগা ইলাই লাইনা ওইরগনি।

(২) খোইরৈবাক্কী রারীনা অপংবা লৈহল্লোই। অনায়েক্ য়াওদ্রেবা অহুনা লম্থুম তানবদা অপনবা লৈত্রবা ইমুং অহুগী মশা মউ ফরবা মচা মগুশিং অহুনা মহৈ মশিন তম্বদা ময়ুমদা হয়িংখোই উপু মতিক চারবা অমা অনিদং থমহুনা মতমগা চুনরবা খোইরৈবাক্কী লাইরিক কয়া পারহুনা খোইরমচৎপু নিংথিনা ভাব তানা খংবা ঙম্নবা হোৎনরবদি তাইবংপান্ অসিদা হিংহুনা লৈবা তাবদা চৎকদবা লমচৎ লিচৎ লোইনা খংবগা লোইননা লৈশেম্বা মপুগী শিম্থাম্ম থরমখৈদি খংবা ঙম্লগনি, অহু ওইরবদি অপংবা ( খংদবা ) হায়বা অহমদি লৈবা হৌনদরে।

(৩) হয়িংখোই যোকপনা লাইরবা লৈহল্লোই। অনায়েক য়াওদ্রেবা, বুদ্ধি লৌশিং লৈরব.— খংহৈরবা মীশিং অহুনা, হয়িং-খোইগুম্না পোৎথাবা লৈতনা, মতম নাইবা তাইবং অসিদা মতম খংনা, মতম মাংহনবা তৌদনা নোম্লবদা; লাইরবা অহু মশানা অহুম্মক্ মাংজখিবা তাবনি।

অঙাং অমা হেক্ পোকপদা, মাগী মপুন্সিগী অহানবা চিঞ্জাক্ ওইনা ময়াদা খোইহি থরদং পিজগদবনি।

**হিন্দুধর্ম্ম :**— হে অঙাং নংনা হুংঙাই য়াইফবা পুম্বু শেম্বি-রবা, ঈশ্বর অহুনা শেম্লবা খোইহি অসি চারো। নংনা মসি চারগা নশা নউ ফরহুনা বুদ্ধি জ্ঞান লৈরহুনা হুংঙাইবা পুন্সি চহি চামা লেনগনি।

মুস্‌লিম ধর্ম্ম :— কুরাগ্না থম্মোইগী হিদাক্কি অতুগা খোই-হিনা হক্‌চাংগী হিদাক্কি । IBN Mogih.

খৃষ্টান ধর্ম্ম : My son eat thou Hony for it is good
Solomon

খোইহি শিজিন্নবনা মশা মউ ফরবা মমা মপাগী মশা মউ ফরবা মচা অত্ম্ ধর্ম্মগী মতুং ইন্না খোইহি পিজরবদি শোইরোই অনায়েক্ লৈরোই ।

Bee Keeping
- i A Profitable Industry.
- ii A Hobby that pays.
- iii A Patriotic undertaking.

Bee keepers collect metarials from Nature
Which is at present going waste.

— শেন্ খরদংনা মতিক চানা কান্নবা ফংগনি ।

— পেন্সিল ফংলবা মীশিংগীস্মু মচা মশুবু জ্ঞান তাকপিবদা অনৌবা রাথনগী ইথিন লাক্কনি ।

— খোইয়োকপনা, মহাক্ মশানক্না কৈরোয় লৈকাইগী ফননবা করিস্মু জৌরুভ্রবা ফাওবস্মু মাগী হয়িংথোইশিংনা, অকোইব অতদা লৈরিবা, হৈকোল লৈকোলগী মপাল অতুগী পোলিনেশনগী থবক পাংথোক্লুবা অতনা, মহৈ মরোং মরিক চুম্বা হেলহল্লি অহনা মাবুস্মু "দেশভক্ত" অমনি হায়না লৌনৈ । শোইরোই নোংমদি মণিপুর— রাথনগী অমরাপুর ।

# খোইহি ওইরকপা অমসুং মগুণ

খোইহি হায়বা অসি হয়িংখোইনা লৈদগী লৈহি হায়বা অদু লৌরুরগা মখোইগী মহুমদা শেম্লবা মহি লাংবা অথুম্বা পোৎশক্ অমনি। খোইনা লৈদগী লৈহি অদু লৌরুরগা মখোইগী হনিসেক্ হায়বা চনিংদা য়াওবা লৈহি পুরক্ষম অদুদা পুরক্লগা খোইরাদা হাপই। লৈহি হায়বা অসি য়াম্না মহি লাংবা পোৎশক্ অমনি। অদুবু মখোইগী হনিসেক্তা অমদি খোইরাদা হাপ্লবা মতমদা কেমি-কেলগী নিয়ম্না ( পোৎশক অমগা অমগা তিমরগা ওইরকপা মতৌ ) খোইহি ওইরকই। খোইহিদা য়াওরম্বা ঈশিংগী শরুক্ অদু খোইরাগী "সেল" হায়না কৌবা অপিকপা মথুন অদুদা হাপ্লবা মতমদা মহুমগী অশাবা মনিন অদুনা অমদি খোইশিংনা মাশানা হুম্বনা মনিন ওইনা পাইখোকৃথি। খোইহি অদুনা মুল্লবা মতমদা খোই-শিংনা সেল ( খোইরাগী অহোবা ) অদু খোইরুনা মথুম থুমজিল্লি।

ইণ্ডিয়াদা খোইহিগী মমিং — মধু, মাধ, ম.উ. শাহাদ অমসুং খোইহি হায়না খংনৈ। খোইহিগী মনম্ অসি মহৌশানা খোইশিংনা লৈহি লৌরুবা লৈ অদুগী মনম্ নম্নই। খোই অমনা লৈহি মরিক অমগীদমক্ লৈ চামদগীসু হেন্না তোংলুই। খোইহি হায়বা অসিদি খোই নত্তনা করিগুম্বা পাইবৃ অমত্তনা শেম্বা ঙমদে।

অশেংবা অমসুং অনৌবা খোইহিদি থুমই চাবদা হাওই অমসুং মহাও লৈ। মসিদা মশাত্তগী ওইবা খোইদোকপা মনম অমা লৈ। খোইহি অসি মাগী মসুং কাওনা উবা অনম্বা মহি লাংবা পোৎশক

অমনি। মসিগী মচুদি খোই অদুনা লোক্লবা লৈ অদুগী মচু মতুং ইন্না অমদি ঋতুগী মতমগী মতুং ইন্না গ্রিণারিন মান্না ঙ্খোই, ঙাঙ্ঙানৈ অমস্থুং ঙাংনা মুশিল্লি। খোইহিদি অসিনা ফমজিল্লবা মতম অহুদদি মথুংফাওন উদে। খোইহিগী চাখোক্তি হৈপাল লৈপালনা মপাল শাংপগী মতুং ইন্না মতম নাইনা ফংই।

খোইহি হায়বা অসি মীওইবগী হকচাংগী কান্নবা পোৎ-শক্তনা হায়নিংঙাই লৈতনা তিল্লবা শাওরবা চিঙ্গাক অমনি। হক-চাংবু পাঙ্গল হাপকৎপা হুন্নগী মগুণ য়ান্না লৈ। খোইহি হায়বা অসি চাক্লিংঙৈগী মথাংদা চান্নবা তুম্বা লোইরবা চিঙ্গাক অমনি, অদুনা মসি চারগা থুদক্না ঈগী ইচেলদা তিনখি। মসিদা মহি-ময়াই শেমদোক্লবা চিনি, ঈশিং, হকচাংগী কান্নবা-পোৎ প্রোটিন হায়বছু য়াওরি অমস্থুং মখল মখা কয়ামুক্তা মিনরেল সোল্ট অমদি অতোপ্পা পোৎশক কয়া য়াওরি, মিনরেল সোল্ট য়ান্না য়াওবা অমদি রাৎপগী মতুং ইন্না খোইহিগী মচু খেন্নে। কুংশিনবা মচুনা অপাবা মচুগী খোইহিদগী মগুণ লৈবা হেল্লি। হকচাংগী মরমদা ফাওরবা গ্লুকোস্ হায়বা অসিদগী খোইহিনা মগুণ লৈবা হেল্লি। অনোম্বা, চোক্-থরবা, শাজেলতোবা মীগী অপোইবা চিঙ্গাক্তি খোইহিনি। খোই-হিনা হকচাংগী চোকথাখবা, মাংখিবা পাঙ্গলগী শরুক্ পুম্নমক্ মেন-থৎলি। মেনথৎপদা নত্তনা খোইগৎনা পাঙ্গল হাপকৎলি, অসিনা চৌনিক্কী থবক তৌই।

খোইহিদা য়াওবা চিনি মখল অহুম্নি মহুদি :— চুপ্পী-চিনি শক্রোজ, অঙ্গুরগী চিনি ডেক্সট্রোজ অমস্থুং উহৈগী চিনি লিভিউ

লোজ অসিনি। মশানা ওইজবা পোৎশকী মন্থুংদা খোইহিদগী হেন্না থুম্বা অমত্তা লৈতে।

গ্লুকোস্ হায়রগা ঐখোয়না খংনরবা হকচাংগী কান্নরবা ফাও রবা হিদাক্ ইঞ্জেক্সন ওইনা অমদি চাননবা চিনি ওইনা শিজিন্নরিবা অসি খোইহিদা য়াওরিবা চিনি অত্তুম অসিগী মন্থুংদা "ডেক্সট্রোজ" হায়রিবা চিনি অসিনি, মরম অত্তুদগী গ্লুকোস অসিবু "গ্লুকোস-ডি" হায়নস্থু খংনৈ।

খোইহি হায়বা অসি পিক্রিবা অঙাংগী অমদি পাঙ্গল কনগে হায়না হোৎনবা মীশিংগী অখোইবা চিঞ্জাক্নি, মসিনা পাঙ্গল হাপ-কৎলি, চোক্থবা অমদি অরাবা মীগী পাঙ্গল হাপ্পদা খোইহিগা চাংদম্নবা য়াবা অমত্তা লৈতে। নিতিগী কন্না নোম্বা মীশিংনা শিজিন্ননবা অখোইবা চিঞ্জাক্ন। খোইহি অসি চারগা অরাম খোরাংবা হেংগৎলি।

খোইহি অসি চারগা থুদক্তা তোংশাদা চংথি অত্তুনা য়াম্না থুনমক্ ঈগী ইচেল্দা তিনখি। মাবনা অমদি অহল ওইবনা চাবা তুম্বগী পাঙ্গল রাৎলবা মীশিংনা খোইহিদি চাবা য়াম্না কৈ। মিনরেল সোল্টকী মন্থুংদা আইরন্ অমস্তুং ক্যাল্সিয়ম অসি খোই-হিদা য়াম্না য়াওরি। আইরন্ হায়বা অসিনা হকচাংগী ঈ কয়রি। অদুগা ক্যাল্সিয়ম হায়বা অসিনা শরু শাগৎলি অমস্তুং হাপ্পু নিংথিনা থবক তৌহল্লি। খোইহিনা থুনমক্ ঈগী ইচেল্দা চেনখি মরম অসিনা অঙাং অমস্তুং অনাবা অশোনবশিংগী অখোইবা চিঞ্জাক্নি।

খোইহি অসি থুম্নম্নুনা চাবা মুংঙাইত্রবশু অইংবা অমদি

হুখ্ শাবা ঈশিংগা নত্রগা শঙ্গোমগা চাং য়েংহনা শিজিন্নবা য়াই। মাদি মথংগ মথা অয়াম্বা চিঙাক্ তল, বিস্কুট, রোটি, কেক্কাচিংবগা চাবা য়াই। ইচম্ চম্বা য়াহৈদা, নোংমদা অনিরক খোইহি চামহু অমম্মম্না অনাবা অমদি অঙাংগী মতিক্ চারবা হিদাক্লি। অহুবু ডাক্তরগী ডাইরেক্সন মতুং ইন্না চাবা য়াই।

ইণ্ডিয়াদা খোইহিগী মগুণ অসি থাইনদগী হোনা নিংথিনা খংনরক্লি, হার্টশোনবা, যোক্কারনচিংবগী অথোইবা হিদাক্লি। মসিনা খোয়াংবা কোকহল্লি, অরাম্বা হেনগৎহল্লি, লোক্, নিংথম্চনবা খোনাউনাবা ফহল্লি। মসি মৈ ঈশিংনচিংবা অশাবনা পোকপা, অরাম্বা পোৎনা নন্থুনা পোম্না মফমদা তৈবা য়াম্না যৈ। মিংকী অথোইবা হিদাক্লি।

চাবদা কান্নবা অমদি হিদাকী মগুন্দি খোইহি অহুগী অক-কত্তগী মথা পোল্লি। খোইহি অশেংবা অফবা কংগে লায়রবদি মসি গুপ্রগী হৌজিকী সাইন্টিফিক্ নিয়মদা খোইয়োকপা অসিনা অশেংবা অফবা খোইহি ফংবা ঙমই। মহুদম্ব অমুক্ খোইয়োকপা মী অহুগী অথং থংদা অমদি চেক্শিনবগী মতুং ইল্লি। অথোইবা য়াফম অমনা অমুক্ খোইশিং অহুনা চাক্তাফমম্ব মক্ক ওইনা য়েংদবা চুমদে।

## খোইহিনা কান্নবা

### লণ্ডনগী হার্ব্বার্টমেস্‌গী মোৎ মতুংইন্নাপ

খোইহিগী চা:— ঈশিং অশাবা গ্রাস অমদা খোইহি চামহু অমা। মসি চাক্ মমাংদদি থজিক্ থজিক্ ওইনা য়োংকাবদি

চাবা তুমদবদগী য়াম্না শাখিবা থোক্লবদি— চারা হেল্লগা, নোংমদা হন্না হন্না থকপা য়াম্না কাে।

খোইহিগা চম্প্রাগা :— লুম্ব, শাবা ঈশিং গ্রাস অমদা খোইহি চামচ্ অমা অমগা চম্প্রা তংশাই অমগী মহি শুন্নগা থকপা। খোইরিন যহুনা তমদি শবুষম বুচ মাংহগী অখোইবা হিদাক্নি। মসি য়াম্না শানা তুন্নমদাইদা থক্লবদি লোক থুংবা ঙমদে।

খোইহিগা শঙ্গোমগা :— লুম্ব, শাবা শঙ্গোম গ্রাস অমদা খোইহি চামচ্ অমা। মসি অনান খোরাংবা রাংপা অঙাংগী অফবা চিঞ্জাক্নি। য়াম্না পিক্লিবা অঙাংদসু পিজবা য়াই। মসি চাক্থাও পাংপা অংসুং ঈ রাংপা লাংনাগী অখোইবা হিদাক্নি। তুন্নমদাইদা থক্লগা তুম্বা য়াম্না লায়না লোকই।

খোইহিগা গ্লিশারিনগা :— ঈশিং অশাবা গ্রাস অমদা খোইহি চামচ্ অমা তনি, গ্লিশারিন চামচ্ অমা। মসি লোক্ লাইহৌগী অমসুং খোনাউ নাবা লায়নাগী অখোইবা হিদাক্নি।

## E. R. Root U. S. A. গী মোং

পাঙ্গলনা থবক তৌবা লমজেন চেনবা অমদি তান্নবা, চোং ফনবা অমদি হকচাংনা থবক তৌবা অসিনাচিবা মীশিংনা থবক অহু তৌত্রবৈদগী মমাংদা অমদি তৌরিবৈদা চিঞ্জাক অতে চাবগী মহুত্তা খোইহি শিজিন্নব। মরমদি খোইহিনা থুদক অহুমক্তদা পাঙ্গল হাপ্পা ঙমই। অসিগুম্বা পাঙ্গল হাপ্পা ঙম্বা চিঞ্জাকশিংগী মহুংদা খোইহি হায়বা অসিনা থাইনগী অখোইবনি।

কনাগুম্বা অমনা পাঙ্গম্না অমদি পুক্লিংগা মরি লৈনবা— রাথম্না হেন্না নোমজুবদগী য়াম্না চোকথথিবা থোক্লবদি থুদক্তা ঈশিং

অশাবা গ্লাস অমদা খোইহি চামচ্ অমা অনিদং হাপ্লগা মচু থক্কুনা অশাইগী অরাবা অচু তম্না তপ্না পোৎথাগদবনি। মসিনা থুদক্তা অরাবা নেমহল্লি অমস্তুং মিত্রং অমগী মতৌগুম্না কহল্লি।

**"Honey forweak Heart"**

**As a most valuable food for over work of the heart and general circulation.**

**I recommend Honey.**

**Doctor Arnold Learnd Germani**

**"Honey heart failure"**

**In severe cases of molnutrtiion with heart weakness I have found honey to have had a mark effect in reviving the heart action and keeping the patient alive.**

**By G. N. W. Thomas M. D. Ch. D.**
**Edingburg Scotland ( Lancer )**

থৈনবা মোলোম্ :— খোইহিগা গ্লিশারিনগা চাং মান্ননা তিল্লগা — মাইদা থুত্তা অমদি হক্চাংদা হোবাৎপা, তক্‌কাৎপা থাং তেম্না শোক্‌পা মফমদা থৈবা কায়ে।

# Heraid of Health July 1970

**Page 23**

**"Sir Edmund Hillary, the first person to Scale Mount Everest, the highest peak in the world, was a New Zealand beekeeper who used his own**

product generously. He attributes his success to the use of honey on his arduous climb. It was honey that did it, he said.

Jin Londos, the worlds heavy weight wrestler in the thirties, was only five feet eight inches tall. He ate healthfully, including planty of honey.

In 1951 when Philip H. Rising of Rotherham Swam Lake Windermere ten and half Miles in eight hour, he was fed through on honey and Sandwiches.

English Channel Swimmers have depended on honey to sustain them for the Chilling twenty mile stretch between France and England.

**For your Heart** :— Honey has been advocatted for heart patients by Dr. G. N. W. Thomas of Edinburgh who wrote in the Lancel that honey had a marked effect in reviving and strengthening heart action in patients failling from heart disease.

**Induces Soothing Sleep** : — Heney was quieting effect — Certanly for cheaper than sleeing pills. Last year people at the United states alone spent more than 3236 million on tranquillizers Sedatives and hyprotics in the form of

barbituratis for sleep and sedation. Much less was spent on honey which with worm milk at bed time can be quieting.

**For your stomach** :– Although sugar and milk may produce fermantation in the stomach and resulting gas, honey and milk as reccommended in the Bible, is readily digested and causes no indigestion. People with a weak stomach and poor digestion cannot tolerate sugar but they can eat honey with inpunity.

An average sample of honey is seventeen per cent water, thirty nine per cent dextrose ( glucose ) and one per cent sucrose, plus verying amounts vitamins and minerals. Ordinary white sugar is primarily sucrose a comp lex sugar requiring digestion for its break down in the body before it can be absorbed and used by the body for energy. As some one has said "Honey is my favourite food because the bee has already done the work by digesting it."

**Iron for Aneamia** :— Each drop of nector sipped by the honey bee Contains enzymes, vitamins and even proten and sugar. Dr. H. A. Schuetta of the University of Wiscosin state that honey containes practically all the minerals comp rising the human skaleton — specialy iron,

copper and manganese, potassium, sodium, phosphorous. Iron is important for its relationship to heomoglobin, the oxygen — carrying part of the red blood cell. Because of this iron content, honey is valuable to the patient suffering aneamia.

**Babies thrive on Honey :**— Becuse of the delicate favour of honey, it is well tolerated by babies. It can help them retain calcium and build strong bones and sound teeth. Diabaties can tolerate honey where table sugar might be deadly ( the sugar in honey is alrealy broken down and predigested by the bee and is readily absorbed and utilized by the body ). For the same reason it makes an excellent sweetener for babies milk formula. Milk does not contain adequate amounts of iron. Iron rich honey makes a valuable adjunct as well as palatable to babies formula.

**Allergies Benefit by Vitamins :**— Six vitamins have been isolated from honey by Scientists at the University of Minnesatee U. S. A. they are primarily the B. complex. Vitamins and Vitamin C, which is known to help alleviate some allergies and help prevent the common

cold interestingly few people are allergic to honey and asthmatics and hay fever victims are frequently advised by their physicians to sip cough mixtures containing honey.

One Hollywood restaurant has adopted the honey on the table idea. The owner has placed honey in a plastic squeeze bottle on each table. It is used to sweeten a slice of 100 per cent whole wheet bread, which he series it with pride and gusto. The garmate to page 31."

---

# হয়িংখোই অমসুং খোইয়োকপা

**হয়িংখোই ঃ**—ঐখোইনা খোইহিগীদমক য়োক্পা হোৎনরিবা হয়িংখোই হায়রিবা অসি ঐখোই অয়াম্বনা নিংথিনা খংনরবা অমদি উনরবা অপিকপা জীব অমনি। মখোইনা করিগুম্বা মতমদা কাংলুপ ওইনা মাইকৈ অনদগী মাইকৈ অমরোমদা চংদুনা নোংথক্তা পাইদুনা চৎপা উরম্লগনি হায়না খল্লি। অয়াম্বা মতমদা হয়িংখোই অসি পাম্বিগী মপাল শাৎপা অমদি মনামশিংগী মপাল শাৎপা মতমদা মপালশিং অদুদা কোইপাই পাইদুনা তোংই। চুহি চিনিগী চফুনচিংবদা কবোক্ অথুম অহাওদা তোংগল্লি।



ৱার্কর



কুইন বি



ড্রোন

১বা মিতম ইণ্ডিয়াগী খোই ( এপিস ইণ্ডিকা ) চাওথোক্হল্লবা।

কক্চেং, হয়িংখোই. খোইবিনিংথৌনচিংবা অসি কাংলুপ. কাংলুপ. ওইনা লৈমিন্নবা জীব জাৎ অমনি। হয়িংখোইসু কাংলুপ. নাইবা জীব ওইবনা করিগুম্বা মকম অমদা মহুম পুন্না শাদুনা লৈমিন্নৈ। মখোইগী য়ুম্বালগী নিয়মদি হায়নিংঙাই লৈতমা

নিংথিজৈ। মহুম হায়বা অসিনা মখোইগী ময়ুম্নি। মখোইদি লৌতান্নবা, অতনবা অমদি পোৎথাবা লৈতনা থবক শুই। মাগী মাগী জাতিগী মতুং ইন্না মখোইগী মহুম অসিদা খোইরা অমা অমদি মতুদগীসু হেনবা মশিং লৈ।

**তমথিরবা খোইয়োক ঃ—** ইণ্ডিয়াদা হয়িংখোইবু থংদবা লৈতে অহুগুমহুনা হয়িংখোইবু য়াকপসু অতাংবা নত্তে। থাই-নদগী লমলক্কী, উমংগী খোইহি লোকপা কাংবুশিংনা বসন্তগী মতমদা চিং মান্দা, জঙ্গলদা চৎলগা খোইহি য়াম্না লোক্লে। মখোইনা লোকপা খোইহি মরোক্তি তমথিরবা, হুংশি হৈখিদ্রবা মরোংনি। হায়রিবা মীতা জাৎ অসিনা খোইহিগীদমক্ চাওখত্তবা মওংদা থুৎশেমগী খোই মহুম শাফম শেমহুনা হয়িংখোই লোইবগী থবক অসি মমাংঙৈদগী হৌনা তৌনরক্লি। মখোইনা উক্রোং অহোবা, চফু অমদি উবাক্কী উপুদা, খোই মহুম শাহল্লি। হয়িং-খোই হায়বা অসি উক্রোং অহোবদা, লৈবাক্কী চফুনচিংবদা মহুম শাহনবা য়াই। উক্রোং অমদি চফু অমা মথুম থুম্লগা পিক্লা মথুন মচা অমত্তং ফাৎলগা মহু উগী উশানচিংবদা মথক্ মথা ওন্ননা পুন্দুনা থম্লবদি নত্রগা লৈননবা য়ুমগী লৈপাক্লা তৈবা ফক্লাংদা মথুন অহোবা অহুনা মপান ওম্মোক্তুনা থম্লবদি মহুদা খোইশিংনা চংহুনা মহুম শাগল্লি। মসি পেকিং উপুনচিংবদসু য়াই। বসন্তদা খোইনা মহুম শাফম থিবা মতমদা নহুদা চংহুনা মহুম শাই। হায়রিবা খোইয়োক্ অসি ইণ্ডিয়াগী মফম অয়াম্বদা য়াম্না চৎনরি। থোদৌ অসিগী খোইহি লৌবা মতমদদি মখোইনা

মৈথু কামশিন্দুনা মহুম অত্থু লোইনা থুগাইরগা খোই পুন্নমক্তসু হাত্তোল্লগা লৌথোকই। খোইরাশিং অত্থু মেৎশিন্দুনা খোইহি শুম্বদা খোই মরুম লিশিং কয়া কয়া অমস্তুং মচাশিং শি। মসি সুংশি হৈত্তবতা নত্তনা খোইরাসু মাংলে অত্থুগা খোইহি অত্থুসু মরুম মচা অমদি লৈরিক্কী অমোৎ অকাই কত্তবা অত্থুগা তিন্নথিহনা খোইহি ওইবগী মগুণ অত্থু লৈত্রে। হায়রিবা খোই-হিগী জাৎ অসি অমুক্ লল্লোনবা মীশিংনা মতিক্ চাদবা, মথুম য়াওদবনচিংবা পাত্রদা হাপ্তুনা কৈথেন্দা য়োল্লি। হায়রিবা কত্তবা থোরম ময়াম অসিনা খোইহি অত্থু মতম কুইনা থম্বসু য়াত্রে, মনমসু নমথিরে অত্থুনা মীওইবগী হক্চাং ফননবগী মহুত্তা মাংননবা ওইরে।

চাওখৎপা খোইয়োক :— হৌজিক্ মতম অসিদা হয়িং-খোই য়োক্পা অসি সাইন্টিফিক্ নিয়মদা তৌনরে। খোইহি লৌথোক্পা মতমদসু খোইবু হাৎপা তৌত্রে, মরুম মচা অমদি খোইরানচিংবসু মাংহন্দ্রে। খোইশিংনা থুৎশেমগী মহুম অত্থুদা য়াম্না সুংঙাইনা লৈবা ফংজরে অত্থুগা খোই য়োকপশিং অত্থুনসু য়াম্না লাইনা খোই অত্থুগী মওং মতৌ য়েংহনা শেম শাবগী থবক তৌবা, খোইহি লোক্পা ঙম্মে, খোইহি অশেংবা য়াম্না ফংলে। খোইশিংনসু খোইরা অমুক্ হন্না শাবগী মহুত্তা খোইহি তত্তনা পৈশিঞ্জবা ঙম্মে।

থুৎশেমগী মহুম :—থুৎশেমগী খোই মহুম হায়বা অসিগী নন্না ওইবা মওংদি—, লৌথোক্ লৌশিন য়াবা ফ্রেম লৈগদবনি।

খোইশিংনা মহুম অহুদা য়াওরিবা ফ্রেম অহুদা খোইরা শাগদবনি। খোইরাশিং অহু ভোংলিবা খোইগা লোইননা থাংদোক্তুনা য়েংবা উমশুং মহু অমুক হন্না হান্নগী মফমদা থমজিনবা য়াবা অসিনি। মহৌশানা খোইরাগী মথক্ থংবা শরুক্তা খোইহি থমই। খুং-শেমগী খোই-মহুম অমদা উপু মথোন অনি লোয়নুনা লৈ, মখা থংবা উপু অহুনা "ব্রুদ চেম্বর" কৌই, মহুদা মরুম মচা কোক্ফম্নি। মথক্ থংবা অহুনা "স্বালো চেম্বর" কৌই মসিনা খোইহি থম্ফমনি। স্বালো চেম্বরদা খোইহি থম্বা নত্তনা মচানচিংবা কোক্কে। ব্রুদ চেম্বরদদি ব্রুদ ফ্রেম অহুদা ইঞ্চি ২"/৩" ( সেঃ মিঃ ৫°০, ৮°৬২ ) ফাওবা পাক্পা মথক্ থংবা শরুক্তা খোইহিসু লৈ।



৬ ভবা মিতম, চাওখৎপা মওংগী খুংশেমগী খোই উপু।

ক্রম চেম্বরদসু নিয়মগী মতুংইন্না মচা কোকপা তৌহন্দনা খোইহি য়ামা লৈহন্নবা পাম্বৈসু লৈ। মসি কুইন এক্সক্লুদর হায়না থংনবা দত্তা ( তিন ) অপাবা অমদা মথুন মচা মচা হুৎপা রাক্‌রশিংনদি লিংপা, চৎপা য়াবা অতুগা মপি অসিনদি চৎপা য়াদবা ওয়দবা অমনি। খোইরা থরা থাজিন্দুনা থমগদবনি হায়রিবা খোইরাশিং অতুদা মরুম মচা কোক্‌হল্লোইদোবনি।

খোইহি লোথোকপা মতমদা উপুগী মহুংদা য়াওরিবা খোইরা শারিবা ফ্রেম অতু লোথোক্লগা তোংলিবা খোইশিং অতু নিক্‌থহনা তাম্বোক্লগা খোইহিনা থল্লবা খোইরাদা মমাই থুমজিল্লিবা অতু "অনকেপিং নাইফ" কৌবা থাং অপাবী অতুনা মমাই অতু কক্লগা মতুগী মতুংদা খোইহি ফ্রেমশিং অতু "হনিএক্সট্রেক্টর" দা হাপতুনা উরুরু লৈরহনা খোইহি লোথোকই। খোইহি লোথোকপা লোইরবা মতুংদা ফ্রেমশিং অতু খোইদা অমুক্‌ হন্না পিশিল্লি, মহুদা খোইশিংনা অমুক খোইহি হাপচিল্লি। অসুম তৌহনা খোইহি মতম লোইক্রিবা কাওবা ততনা খোইহি লোথোকপা য়াই।

মীরমদা খোইহ্লোকপা :— সান্টিফিক্কী নিয়মদা খোইহিগী দমক হন্নিংখোই য়োকপগী ইন্দস্ট্রি অসি ওসি মণিপুরদা "রাধা কাম"না পাইথংলক্‌পা হৌবা খৃঃ ১৯৪৫ অসিদা আমেরিকা অমসুং ইউরোপিয়ানগী লমদা পাইথংখিবা মতম কুইরে। আমেরিকানা চহি চামা ইনওদা চহি ৫০ রোম ওত্রে।

ইংলণ্ডনা মণাগী খোক্‌চরিবা, শিজিন্নবগী খোইহি অতুগী

মথক্তা অতোপ্পা লৈবাক্তুগীশু য়াম্না লোই। মচুগী মতুংদা ব্রিটিশ ওয়েষ্ট ইণ্ডিজ, নিউজিলেণ্ড, কানাদা অষ্ট্রেলিয়া, রাসিয়া, কিউবা অমসুং ফ্রান্স অসিনচিংবা অসিনা অখোইবনি। খৃ ১৯৩১ গী চেকোং অমদা ইংলেণ্ড অমসুং ওয়েলসৃগী চহিগী ওইবা খোইহি অমসুং খোইরু য়োনবগী মমল অসি পউণ্ড ২,০০,০০০ ওইখি। হন্থনা পারবগী ৱাকমদা খৃঃ ১৯২৫ দা ইংলেণ্ড অমসুং ওয়লেসৃদা খোইয়োক্পা মীনা ২০,০০০ হয়িংখোই কোলোনি ৭০,০০০ য়োক-লমই। খৃঃ ১৯২৯ দা খোই উপু ১,০০,০০০ খোইয়োক্পা মীনা ২৩,৫০০ শুখি। খোইহিগী চাখোক্না হন্দড়ওয়েট ৩৪৩০০ ( হন্দড়-ওয়েট = পাউণ্ড ১১২ ) ওইরকই। মশাগী থোক্চবগা অতোপ্পদগী লোক্নবগনা চাওরাক্না খোইহি হন্দড়ওয়েট ১০০,০০০ য়োই। মসিগী ১০% দি মীরমদা অমুক্ য়োনখোকখিবনি।

মথক্তা হায়রিবা হিসাব অসি য়োনা খোইহি থোক্নবা লম অসিদা মখোইনা শিজিন্নবা চাক্থুংদি মী অমদা চহি অমগী পাউণ্ড ১/৪ থক্ ওই। কানাদাদদি মী অমগী পাউণ্ড ২ য়োই। নিউজিলেণ্ডদনা থৱা হেন্না থুংই। ইংলেণ্ডদা খোইহি সপ্লাই পিরিবা লমশিংগী মতুংদা ইউঃ এসঃ এঃ না অহানবনি; অনি-শুবদনা নিউজিলেণ্ডনি। অতোপ্পা লমগী হিসাব অমুক্ হায়রু-রবসু উৎলিবা অসিদগী থংবা য়ায়ে পৃথিবী অসিদা খোইহিগী বাজারনা লৈরিবা মরোং অসিনা মণিপুরদদি মসি শোইদনা তোকম খোকপা থৌরম অমনি।

**ইণ্ডিয়াদা খোইয়োক্পা :—** খোইদোক হেন্দোক্না ইণ্ডিয়াগী

মকম অয়াম্বদা খোইয়োকপগী থবক্ নিংথিনা পাইথংনরম্লি। "ত্রিবাঙ্কুর ষ্টেট" তা খৃঃ ১৯১৭ অসিদগী খোইয়োক্পগী থবক পাইথংপা হৌথি। মসিনা ইহান হানবনি। ইণ্ডিয়াগী মফম মফম থুদিংদা মাগী মাগী প্রোভিন্সিয়েল গোভর্ণমেণ্টনা মতেং পিহ্না খোইউপু চম্লনবা উনচিংবা পিহ্না এপিয়ারি শেমগৎ-লবগীদমক্ লম্নচিংবা পিহ্না খোইয়োক্পগী থবক্ অসি চাওখৎ-লবা কম্না কম্না হোৎনরি। খৃঃ ১৯৫৬ অসিদগী ইণ্ডিয়াদা খাদি কম্মিশম্না খাদিগী থবক পাইখৎখি। বি-কিপিং ইন্দষ্ট্রি অসি খাদিগী থৌরমগী মন্নুং চল্লি। খোইয়োকপা তম্লনবগীদমক বি-কিপিং ত্রেনিং স্কুল কয়াম্নু লিংখত্তুনা থৌরম অসি চাওখৎ-লনবা কম্না হোৎনরি।

খৃঃ ১৯৪৫ দগী হৌনা মণিপুরদা রাধা ফার্মনা চাওখৎপা মওংগী খোইয়োক অসি পাইখৎখি। খৃঃ ১৯৫৫ দা মতম অদুগী চিফ কম্মিশনার মেথিউনা ডাইরেক্টর ওফ এগ্রিকলচরেল অমসুং ডাইরেক্টর ওফ ইন্দষ্ট্রিজগা রাধা এগ্রিকলচর ফার্মদা লেংবিরক্তুনা বি কিপিং ত্রেনিং স্কুল অমা লিংখৎনবগী মরমদা তাকপিরমই। অদুবু মীটিং কয়ারক তৌরবগী মতুংদা গোভর্ণমেণ্টকী ওইনা থবক তৌবা তাবদা পাম্নদবদগী লেপখি। অদুবু খৃঃ ১৯৫৯ দা মতমগী মতুংইম্না ডেভেলোপমেণ্ট ব্লোক্ জিরিবামদগী অমদি ব্লোক্শিংদগী ছাত্র থারক্তুনা চহি অসিগী জানুয়ারি থাদগী "দি রাধা এপিয়ারি বি-কিপিং ত্রেনিং সেণ্টর" অসি হৌখি। ডাইরেক্টর ওফ এগ্রিকলচর নাগালেণ্ড কোহিমানা থারকপা ছাত্রসু স্কুল অসিদা

বি-কিপিং ত্রেনিং পিখি। খৃঃ ১৯৬১ দা মণিপুরদা থাদি কম্মিশন্না বিকিপিং এরিয়া ওফিস থম্‌খি।

**লৌউবগী লমদা খোইগী মগুণ ঃ—** লৌউবশিংগী লমদা, হৈকোন লৈকোম্দা হয়িংখোই লোইবা হায়বা অসি, খোইশিংনস্থু হরাওজনিংঙাইনি, খোই লোইবা মীগীস্থু পেঙ্জনিংঙাইনি। হৈ-পাল লৈপালগী মপালদগী খোইশিংনা লৈহি লৈরিক য়াম্না খোমজিনবা ঙমজে, খোই লোইবশিংনা মরাং কায়না চাথোক্ ফংজবা ঙমজে।

অতোপ্পা রাকম অমনা হয়িংখোইনা খোইহি খোকহনবদস্থু নত্তনা হৈপাল-লৈপালগী পোলিনেশনগী থবক নিংথিনা পাং-থোকপা অহুনা লৌউ-শিংউবগী মহৈ-মরোং অমস্থুং পাম্বিগী চাথোক্ হায়নিংঙাই লৈতনা হেনগৎহল্লি।

**হায়নবা রাকম্ভি ঃ—** হৈ য়াম্না থাবা অমগা খোই য়াম্না লোইবা অমগা য়ুম্ লোম্নহুনা লৈরমই। হৈ থাবগী হৈপালনা মপাল শাৎলবদা—খোই লোইবগী খোইনা মপালশিং অহুদা ভোং-হুনা তত্তনা লৈরি নানা লৈহি লৈরিক্ চেনৃশিনবনা মরম ওইরহুনা খোই লোইবগী, খোইহিগী রাত্ত পাদবা অহু উবদা হৈ থাবনা খোই লোইবর্দা হায়বোরে— নংগী হয়িংখোইশিংনা ঐগী হৈপাল লৈপালদগী লৈহি লৈরিক লৌশিনথিবনা নংগী খোইহিগী পুক্কে থল্লবনি অহুনা নংগী খোইহি অসি নংগা ঐগা য়েন্নকম থোকই। রাকম অসিদা খোই লোইবনা হৈ থাবদা থুম্লে। হায়বিরিবা রাকম অহু য়াম্না চুমই। অহুদা কাওবিরোইদোবা রাকম অমনা

নংগী হৈপালশিংদা ঐগী খোইশিংনা লৈহি লৈরিক খোম্বদা নংগী হৈপালগী পোলিনেশনগী থবক মতিক চানা পাংথোক্‌পদগী নংগী হৈকোলগী মহৈ-মরোংগী চাথোক্‌সু মতিক চানা হেনগৎলবনি। অদুনা নংগী মহৈ-মরোংশিং অদুস্ত ইবানিগী ওইফম থোক্লে। হৈ থাবনা য়ানিংলদুনা হায়রে ; ফরে ফরে, য়াম্মা চুম্মরে। য়ানরসি অহল্লমন্ লাইগুরুগী রা কাওফদে— কৈগী মপান নাপিনা তাংই, নাপিগী মপান কৈনা তাংই। জগৎ অসিদি অমনা অমগী মতেংনা হিংনরিবনি হায়বা অসি কাওথোক্লবা চুমদে— মপুগী থুৎশেম অথোইবনি।

পোলিনেশন :— ইংথোল হৈকোলদা উহৈ মরু-মরাং, অমদি লৈগী মপাল শাৎপা মতমদা হয়িংথোইনা উহৈশিং অদু মরিক্ চুমনবা মরু মরাংশিং অদু মরু চংননবা অমদি লৈগী জাৎ-তিদু ফবা হেনগৎননবা— হায়-নিংঙাই লৈতনা মমন্ য়ামপ্রবা পোলিনেশন্ ( সম্ভোগ ) গী থবক পাংথোকই হায়না পঞ্জথরে। হৌজিক্ মতুগী মরমদা রাখন থরদং— বুদ্ধি তাবা ভম্র্‌া য়েংননবগীদমক্ ঐথোইনা মপাল শাৎপা পাম্বিগী মরমদা খংলবা হৈরবা শিংনা ইরম্বা থরদং অমুক্তং তাম্নদুনা য়েংসি।



থুম্নবা লৈহি হায়রিবা মহি লাংলবা পোৎ অসি লৈ অমদি

পাম্বিগী মপালগী লৈহি ভুংফম হায়বা অত্থদা মশানা শোদোক্‌-চরকপনি। লৈগী লৈনাশিং অত্তদা অয়াম্বনা ভুম্বক্‌-ভুম্বক্‌ ওইনা, লৈয়ি ওইনা নত্রগা পরেং-পরেং ওইনা থুদম ভোত্থনা লৈ, মত্থবু লৈহিরম হায়না কৌই। লৈহিরম অত্থবু উরগা কক্‌চেং খোইয়া-শিংনা অয়ুক্‌ সুংথিলগী মতমদা য়াম্না লাইনা লৈহি লৈবা লৈতবা খংবা ঙমই। ঐখোইনা খংলিবদি হয়িংখোইনা লৈদগী লৈহি লৌশিল্লি অত্থগা মত্থনা খোইহি ওইরকই হায়বা অসিনি। মসিনা য়াম্লগা খোই লোইবশিংগী খোইহিগী লন ওইরকই।

মপাল ( লৈ ) হায়বা অসিনা মপাল শাংপা পাম্বিশিং অত্থগী অমুক্‌ হন্না পাম্বি ওইনা হৌরক্লিংঙাইনি। মপাল অত্থদগী মহৈ, মরু ওইরকই। মরু অত্থদা মতুংদা হৌরকদোরিবা পাম্বি অত্থগী চিঙ্গাক্‌ পোৎচং অমসুং ভার্ম য়াওরি। লৈরিক শোদোক কম্‌ অমসুং মহৈ ওইরক্‌কম হায়বা অসিনা মরু ( মহৈ ) ওইরক্লবগী অথোইবা মরূ ওইবা মরম অমনি। লৈরিক্‌ শোদোক্‌কম্‌ হায়-রিবা অসিনা নিপা ওইবগী মওং অত্থনি, মত্থনা লৈরিক শোদোক্‌-হল্লি। লৈরিক হায়বা অসি নিপা ওইবগী পোৎচং অত্থনি। অত্থগা মহৈ য়ান্‌কম্‌ হায়রিবা অসিনা মহৈ মরু ( মচা ) ওইরক্লবগী থবক্‌ পাংথোক্‌ফম্লি। হায়রিবা মহৈ য়ানকম্‌ অসি লৈ ( মপাল ) অত্থগীময়াইদা থুমজিন্দুনা লৈরবা অমোম ওইবীগী মওং অমনি। মহৈ য়ানকম হায়রিবা অসি অমুক্‌ শরুক অহম থোক্লা থায়রি। মত্থদি :— লৈরিক ভাকম, থবক পাংকম, অমদি মরুম কোক্‌কম হায়বদি মচা ওইরককম অসিনি। মরুম কোক্‌কমগী মতুংদা

ওভিউল হায়না কৌবা মরুম চাওরক্‌ফম অমা লৈ, মসি অমোম ওইবীগী মওংনি। মরুম কোক্‌ফম অসিদা লৈবা মরুম চাওরকফম অসি মাগী মাগী জাংকী মতুংইন্না অমা অমদি, অমদগী হেনবা মশিং লৈ। মরুম্‌ চাওরকফম অহুনা অস্নুম অস্নুম চাওখৎলক্তুনা মহৈ ( মরু ) ওইরকই। তৌইগুম্বস্নুং অসিগুম্বা চাওখৎলক্‌পা অসি নিপা ওইবগী পোৎচং অহুগা নুপী ওইবীগী মওং অহুগা অনি অহুনা তিন্নহুনা নিংথিনা শৌদোক্লত্রবদি ওইবা য়াদে। মসিগী ইহান হানবা থবক্তি লৈরিক শৌদোক্‌ফমদগী লৈরিক অহু পুরক্তুনা থবক পাংফমদা লৈরিক মফম অহুদা তিন্নহনগদবনি। হায়রিবা তিন্নশিনবগী থবক অসিবু ইংরেজীদা “পোলিনেশন” হায়না কৌই। অনিগুবদা লাবা অমস্নুং অমোমগী পোৎচং অহু তিন্নখিহনা মহাও ওইরক্লগা মহৈ ( মরু ) ওইরকই।

লৈ অহুগী মশামক্কী লৈরিক অহুনা মাগী লৈরিক তাফমদা তারবা অহুবু মশাগী পোলিনেশন (শেলফ পোলিনেশন) কৌই। অহুগা লৈরিক তাফম অহুদা অহুগুম্বা লৈগী অতোপ্পা লৈশিংদগী লৈরিক্‌ পুরক-তুনা তিন্নরবা অহুবুনা য়াম্নবা পোলি-নেশন (ক্রোশ পোলিনেশন) কৌই। ক্রোশ পোলিনেশননা শেলফ পোলিনেশনদগী মহাও ফবা হেল্লি। অহুনা মহৈ অহু ফবা হেল্লি।



ক্রোশ পোলিনেশন হায়বা অসি লৈশিংদগী লৈরিক অহু অতোপ্পা লৈ অমদা পুরক্কদবনি। হায়রিবা লৈরিক পুরকপগী থবক অসি ঈশিং, মুংশিৎ অমসুং ককচেং খোইয়া হায়বা অসিনা পাংথোকই। মরম অহুদগী মপাল লৈ হায়বা জাৎ অসি অমুক্ মাগী মাগী মওং মতুংইন্না শরুক্ অহুম খোক্লা খায়রি। মহুগী মসুংদা ককচেং খোইয়ানা পোলিনেশনগী থবক পাংথোকপা লৈগী জাৎ অহুবুনা "এন্টোমোফিলস্" নত্রগা "ইন্সেক্ট ফ্লাউরার" হায়না কৌই। হায়রিবা লৈ জাৎ অসি অমুক মখল করামুক খোক্লা খায়রি মহুদি:— লৈরিক য়াম্না লৈবা, লৈহি য়াম্না লৈবা অমদি লৈহি লৈরিক্ অনিমক লৈবা, অসিনচিংবা। পোলিনেশনগী থবক তৌবা ককচেং খোইয়াশিংগী মখল য়াম্না লৈ। মহুগী মসুংদা হয়িং-খোই হায়রিবা অসিনা খাইদগী অখোইবনি।

লৈগী নিংথিরবা মচু অমসুং মুংশিরবা মনম অহুনা ককচেং খোইয়াশিংগী মপুক্রিং লাংতক্লহল্লি। মখোইনা লৈরিক অমসুং লৈহিগীদমক্ লৈ অমদগী লৈ অমদা কোইপাই পাই। খোইনা মখোইগী চিঞ্জাক্তীদমক্ লৈ অমদগী লৈ অমদা পাইবা তোংবা অহুদা লৈ অহুগী ক্রোশ পোলিনেশনগী থবক্ পাংথোকই। মসিগী থোরম অসিদা ঐখোইনা থংলিবদি লৈ অমসুং খোই অনি অসি য়াম্না মরি লৈনৈ হায়বা অসিনি। খোইনা লৈদগী লৈহি লৈরিক্ লোহুনা চাহুনা হিংলি। অহুগা মপাল শাৎপা পাম্বিশিংনা মাগী মপাল অহুদা খোইনা তোংবদগী মখোইগী পোলিনেশনগী থবক্ নিংথিনা পাংথোক্ত না মহে-মরোং নিংথিনা মরিক্ চুম্লি অহুনা

তাইবংদা পাম্বিগী জাত্তি শন্দোক্লি। হায়নবা লৈ, হয়িংখোই অসিনা থংহোদনা জগৎ অসিদা লৈখিদবা খোক্লবদি, হৌজিক্কী পাম্বিগী জাৎ লিশিংতরাদগীসু হেনবদ্রি তাইবং অসিদগী মাংখিগনি। মপুগী খুৎশেম অহকপা থৌশিল্লি। মরম অসিনা হৈ-রা পাম্বি থাবা তারবদি হয়িংখোই লোইবা তারিবনি, অদুগা খোইবু লোইগে হায়রবদি হৈ-রা থাবা তারিবনি। মরম পুরমক অসিদগী লৈবাক লৈরাক খুদিং হৌজিক্কী মতমগী সাইন্টিফিক্ বি-কিপিং হায়বদি থৌরম থংনা হয়িংখোই লোইবা হায়বা অসি খোইহি কংননবগীদমক্তসু নত্তনা অফবা উহৈ, মহৈ মরোং কংননবগী রাখন্দা হয়িংখোই অসি য়োক্লখরে। অথং অহৈগী মোৎ— হয়িংখোইনা ঐখোইদা খোইহি ওইনা কায়বা পিরিবা অসিগী শরুক্ তরাদগীসু হেন্না মহৈ-মরোং ওইনা পিরি।

মণিপুর অসি লৈহি লৈরিক্ চেল্লবা পাম্বি অমসুং উরি-রারিনা থম্না লৈবনা, অদুগীসু মথক্তা হয়িংখোই হায়রিবা খোইহি খোই অসিগীসু মহৌশানা মশাগী পোক্লকম, শাৎচকম লমদম অমা ওইবা অসিনা ঐখোইনা থরাই হকচাং য়াওনা হোৎনবা ঙম্লবদি— শোইরোই নোংমদি মণিপুর— অমরাপুর ওইগনি, "অনিশুবা কাশ্মীর" শোইদনা ওইফম থোকই।

ঙসিদি হয়িংখোই হায়রিবা অহকপা মগুণ চেল্লবা মণিপুরগী ওইনসু শিংথাননিংঙাই ওইরবা অতাংবা মরল অসি নোংমা-নোংমগী মুৎশিল্লক্লি। মরমদি হয়িংখোইবু মত্তৌ করম্না সাইন্টিফিক নিয়মদা লোইগদগে হায়বা অদু থংদবদগী খোইবু হাৎপা মীগী

মশিং নোংমা-নোংমগী ওইনা হেনগৎলক্লি। ঐখোই পুম্বনা খোইজং খোইদানা হোৎনরবদি, মীরমদগী খোইহি মমল ওইনা শেল রারা পুশিল্লকপা ঙমগনি।

---

৩ শুবা পল্লুপ।

## বি-কোলোনি—হয়িংখোইগী য়ুম্বান

হয়িংখোইগী য়ুম্বান অমা হায়বা অসিদা লৈরিবা খোই অসি খোই মখল অহুম শুরি; মতুগী ময়ুংদগী কুইন বি হায়বী অসিনা সেলদা মরুম কোকই। মরুম অসিনা মমুং মতম ওইরতুনা পোক-খাইরগা তিঙ্গোং ওল্লি। মসিনা মরুমদগী ওইরকপা অহানবা ভাংকক্লি। মতম অসিদদি মখোং পান্দে, মশা পান্দে, মমিৎসু পান্দে। তিঙ্গোংশিং অদু মচিঞাক্ পিজরবা মতুংদা মিতম্বা ওইরকই। মিতম্বা অসি তুমতুনা লৈ, মসিদগী খোই অমা হায়বা অদু ওই-রকদবনি। হয়িংখোইগী "য়ুম্বান" কোলোনি অমা অসিদা কুইন বি অমা, রার্কর হায়না খংনরবা খোই অমোম কয়ামরুম অমমুং ড্রোন হায়না খং-নরবা লাবা থরগা লৈ। ড্রোন খোইগী লাবা অসিদি



খোইগী কাংলুপ থাইদোক্লমদাইগী মতমদা অনৌবা কুইন বি পোক-লমদাইদদা পোক্লকই। অদু নত্তবা মতমদদি চহি চুপ্পা অমদা ড্রোন অমা ফাওবা লৈতে, কোলোনি অদুদা ড্রোন অমতা লৈতে।

কাংলুপকী থবক্ :— কুইন বি হায়রিবী হয়িংখোইগী মপি অসিনা মরুম কোক্পা নত্তনা করিস্নু তৌদে। অতৈ থবক পুম্নমক্ ৱার্কর হায়রিবীশিং অতনা পাংথোকই। ড্রোন হায়রিবা অসিনা হাত্তম ওইরিবী কুইন বি অমবু হৈরু নাউপন্ পিবা নত্তনা করিস্নু তৌদে। মখোইদি লৈরিক অমসুং লৈহি থিরুবগী থবক তৌবস্নু ঙমদে; ৱার্করশিংনা পৈশিঙবা খোইহি অতু চারগা হিংবনি। ঋতুগী মতুংইনা অনৌবা কুইন বি পোক্লক্তুনা খোইগী কাংলুপ থাইদোক্পগী মতম লোইগ্রবদি—, ৱার্করশিংনা ড্রোনশিং অতু মকোক্নগী তাস্থোকই, চিক্থংলি অমসুং হাত্তোকই।

খোই হায়রগা ঐখোইনা থংনরিবদি খোইগী মহুমগী মনুংদা থবক তৌরিবা অমদি হৈপাল, লৈপাল, লৈশিংদা তোংলিবা খোই অমোমশিং অসিবুনি। হয়িংখোইগী য়ুস্থান অমা হায়বা অসি অমোম ঙাক্তনা ওইবনি, মখোয়গী য়ুস্থানগী থবক-ইনথাং পুম্নমক্ মখোইগী মথৌনি— অতুনা মখোইবু "ৱার্কর" হায়না থংনৈ। মখোই অসি অমুক্ মখোই মখোইনা পাংথোকপা থবক থৌওংগী মতুংইন্না কাংবু নিপাল থোক্না থায়রি। মতুদি :— স্কাউট বি, নর্শ বি, ফোরেজর বি, স্কেভেঞ্জর বি, গার্ড বি, বিল্ডর বি, বারবর বি অমসুং হোম্ বি।

স্কাউট বিনা ইপাও পুই পব্লিসিটি ডিপার্টমেণ্টনি, মখোইগী মপান্না মরম ওইরতুনা ময়ামগী থবক নোক্ফম থংহল্লি। নর্শ বিনা মেডিকেল ডিপার্টমেণ্টনি, খোইগী মরুমদগী ওল্লকপা মচাশিংবু অমদি কুইন বিবু পিজপিথক্কী থবক তৌই। মরুমদগী ওল্লক্পা

তিঙ্কোংশিংবুনা মুংমিৎ হুন্নি অত্থগা কুইন বি হায়রিবী অসিবুনা মপুন্সি চুপ্পা ওইনা নর্শ বিশিংনা "রোয়েল জেলি" হায়বা অথোইবা চিঞ্জাক্ অমা পিজে। রোয়েল জেলি হায়রিবা অথোইবা চিঞ্জাক্ অসিদি থর লিরবা অহল ওইরবা অনিশুবা গ্রুপ্‌কী নর্শ বিশিংগী মখনাউগী মঙোদগী শোদোক্পনি। য়েংবদা গোমগুম্না তৌবা ইলং লংবা অনংবা পোৎশক অমনি। মহাওনা শিন্তক শিন্তক তৌই। মসিদি তাইবং মীগীসু অথোইবা টোনিক্কি হায়না য়ানরবা রাফম্নি। কুইন সেল অমা মচা য়াওবা থোক্লবদি মহু রোয়েল জেলিদা তাওহুনা লৈবা উগনি। ফোরেজর বিনা এগ্রিকলচর ডিপার্টমেন্টনি, পাইহুনা হৈপাল লৈপালগী লৈদা তোংলুই, লৈহি লৈরিক অমম্মুং ঈশিংসু পুশিল্লি। মখোইনা "প্রোপোলি" হায়বা গোম জাৎ অমা উগী অনৌবা য়েনিংদগী লৌরুই। মসিনা মখোইগী খোইরা শাবা মতমদা খোইরা মচেৎ মচেৎশিং অহু নপশিল্লি। স্কেভেঞ্জর বিনা "মিউনিসিপালিটি"নি মখোইগী মহুমগী মকোলগী অমোৎ অকাই শেংদোকই। খোই অশিবনচিংবা কয়া লৌথোক্লুনা মহুম অহু মতম পুম্নমক্তা লুনা নান্না থম্নবা হোৎনৈ। গার্ড বিনা পুলিশ ডিপার্টমেন্টনি, মখোইগী মকোনগী থোংজং মথোং অহু ঙাক্শেনবগী থবক তৌই, য়েক্লবা চংহন্দে। মমা মচা, অহল্লমন্ অঙাং মুপী পুম্বু ইংনা মুংঙাইনা লৈহনবা ঙম্নবা কন্না হোৎনৈ। বিল্ডর বিনা ইঞ্জিনিয়ারিং ডিপার্টমেন্টনি, মহুং মতম য়েংহুনা, মফম মতম চানা মখোইগী লৈফম চিঞ্জাক্ পৈফম্নচিংবা শেম্ শাবা হোৎনৈ। বারবর বিনা লেবর মিনিষ্টরিনি। অতোপ্পা রার্কর বিশিংগী

মশাদা পকপা, অমোৎ-অকাইনচিংবা ভক্থোক্ নাম্থোক্পিহ্না খবক শুবদা থুংছো পালহোবা ভোদননবা অমদি পুক্কিং থরাই য়াওনা থবক নোম্লিংননবগীদমক কন্না হোৎনৈ। হোম্ বিনা হোম্ মিনিষ্টরগী থবক পুই, মখোইগী মহুম অদুগী হায়বদি মকোল অদুগী অচেৎ অকোম্ য়েংশিল্লি। অহল ওইরবী ফোরেজর বিশিংনা মখোইগী মপুক্সিগী অরোইবা খোংচত্তা পুরক্লম্বা পোৎলুম্, মহুম মনুং ফাওবা য়োরম্বা ভগ্নমত্রবা লৈহি অদু মহুমগী থোংজংগী মথোংদগী পোৎলুম অদু ওক্লগা লোশিলহোই। বসন্তগী মতমদা অচা অথক্ মন্নাং কায়বা মতমদা ফোরেজর বিশিংন, ভগ্লিবা মথৈ লৈরি নানা পুশিল-লক্পা চিঞ্জাক্শিং অদু মফম চানা শেমজিন শাজিন্না পৈশিনবা হোৎনৈ।

খোইরা :— খোইরা অসি নাকন অনিদা অহোবা মচা মচা লৈবা, মতুদা মখোইগী চাননবা থম্লরিবা, মরুম মচা কোক্লরিবা মহুম অদুনি। মসি রার্কর খোইশিংগী মথবাক্ অদুদা পানবা "রাক্সপোকেট" হায়না থংনবা অদুদগী শোদোক্লকপা খোইরু মচেৎ মচেৎশিং অদু মথক্তা পঞ্জবা প্রোপোলি হায়বা অদুনা অমগা অমগা নপশিন্নহুনা শাবনি। মখোইনা খোইরু কিলো অমা রাক্সপোকেট্টগী শোদোক্লনবগীদমক্ খোইহি কিলো তরা চায়; হায়বদি খোইহি কিলো তরা চারগা খোইরু কিলো অমা শো-দোকই। খোই লোইবশিংনা খোইহি পামই অদুনা খোইরু মাংহল্লোইদোবনি, মখোইনা মাংহল্লিবা খোইরু অদুগী শরুক তরা খোইহি মাংখিগনি। মচা পোক্কম অহোবা মচাশিং অদুবু "সেল"

হায়না খংনৈ। সেল অসি অমুক্ মখল অহুম শুরি মতুদি :—
রার্কর সেল, ড্রোন সেল অমসুং কুইন্ সেল।

রার্কর সেল :— ঐখোইনা খোইরা হায়না উরিবা অতুদা য়াওরিবা অপিকপা মথুনশিং অতু রার্কর সেল হায়বা অতনি। মসিদা রার্কর হায়রিবী খোইশিং অতু পোকই। অতুবু অহাংবা সেলশিংদদি খোইহি, লৈরিকসু থম্মে। ড্রোন সেল অমদি কুইন সেলদি খোইগী অনৌবা কাংলুপ্ খাইদোক্লমদাইদা হায়বদি স্বার্মিং চৎলমদাইদা শাগৎলকই।

ড্রোন সেল :— ড্রোন সেলদি রার্কর সেল হায়রিবা অসিদগী থক্তিক্তং হেন্না মথুন অতু লাওই অমসুং থক্তিক্তং হেন্না রাংথৎলি। মসি মহৌশানা খোইরা অতুগী মখা থংবা শরুক্তা শাগল্লি।

কুইন সেল :— কুইন সেল হায়বা অসি কুইন বি হায়বদি হয়িংখোইগী মপি পোক্কম্লি। মসিদি স্বার্মিং মতমদা অমদি মখোইগী হৌজিক পাল্লিবী কুইন বি অতু মখোইগী মহারাণী ওইবদা মতিক চাদ্রে খংলতনা ; মহাক্পু পামদ্রতনা সুপরসেদ তৌবা, মহুৎ শিনবা তারবদা নত্রগা মখোইগী কোলোনি অথুদা কুইন বি লৈত্রবা মতমদা রার্কর়শিংনা অনৌবা কুইন বি পোক্লনবগীদমক্ কুইন সেল হায়রিবা অসি শাগৎলি। মসিদি খোইরুগা লৈরিক্তা তিম্নতুনা শাবনি, মরম অতনা অতৈ সেলশিংদগী মসিনা ইভোপ্ ভোপই। অতুগা সেল শাকম অমসুং সেলগী মওং মতৌসু ভোঙাল্লি। মখোয় অসিদি খোইরাগী মখা থংবা মপান্দা শাগল্লি।

করিগুম্বদা খোইরাগী মমাইদা শাবস্ম য়াওই। হায়রিবা সেল অসিগী মওংদি শাংতক্ তৌই, মমাইনা মখা ওন্থনা শাই। হায়রিবা সেলগী জাং অসি শারকপগী মরমদি করিগুম্বা থৌদোক্ অমদগী



মখোইগী কুইন বি মহারাণী অত্থনা থং-হৌদনা মাংখিবা থোক্লবদি রার্করশিং অত্থনা কুইন বি লৈত্রে মাংগ্রে থংবগা য়াম্না থুনা য়াংনা অনৌবা কুইন বি অমা, মখোইগী কোলোনি অত্থগী লৈবা য়াননবা হোৎনবা য়াবা মথৈ হোৎনৈ। মরম অত্থনা মখোইনা খোইরাশিং অত্থগী সেলশিংদা লৈরিবা, মত্থনা রার্কর বি অমা ওল্লকদবা, মরুমদগী পোক্খাইরক্কুনা তিঙ্গোং ওল্লবা নৌরিবা মচাশিং অমদি মরুম ওইরিবা থিত্থনা, মরুম অমদি মচা অত্থনা লৈরিবা খোইরাগী সেল অত্থমক্তদা, সেল অত্থ চাওথোক্হল্লুনা কুইন সেল ওইনা শাগৎলি অত্থগা মত্থদা য়াওরিবা মচা অত্থবু রোয়েল জেলি পিজত্থনা কুইন বি অমা ওইরক্নবা কন্না হোৎনৈ। স্বার্মিং চৎপা হায়বদি হয়িংখোইগী য়ুম্বান থাইদোকপা মতমদদি ; ঐখোইনা খৌওইমা য়েংশিল্লুব্রবা,

খোইগী কোলোনি অতুনা অতুম্মক্ লৈজরবা, অতু ওইরবদি খোই উপু অমদা কুইন সেল ৩০ দগী ৫০ ফাওবা শাবা য়াওই।

**খোইগী কাংলুপ্ থাইবা ঃ—** হয়িংখোইগী কাংলুপ থাইবা স্বামিং চৎপা হায়বা অসি হয়িংখোইগী কোলোনি অহুনা মপুং ফানা চাওখৎলহুনা, মপুং ফানা রার্কর য়ামথৎলবা মতম অতদা লৈরিবা রার্করশিং অহুনা মখোইগী খোইরাশিং অতুদা মপি পোকপা য়ান-নবা কুইন সেল অছু শাগৎলমদাইগী মমাং নুমিৎ ২৩ নিরোম হান্নবা, খোইগী লাবা ড্রোন হায়বহু পোক্‌নবা ড্রোন সেল কয়ামুক শাগৎলকই। চুগজাক্ পাম্বিগী মতৌনি, লৈবাক্‌লৈগী মতৌ তম্‌দে। ড্রোন সেল শারবগী মতুংদা কুইন সেল, মপি পোক্‌কম অসি কয়া মরুম অমুক্ শাগৎলকই। হায়রিবা কুইন সেল অতুদা হান্নগী মপি অহুনা মরুম কোক্কদবনি। কুইন সেলগী মরুমশিং অতুবু নর্শ বিশিং কয়ানা মথরাই য়াওনা চেকশিন্না হোৎনহুনা রোয়েল জেলি হায়বা অখোইবা চিঞ্জাক্ অহ শাক্তা পিজহুনা চাওননবা য়োকথৎলি। সেলদগী মচা অহুনা মপুং ফারহুনা হায়-বদি নুমিৎ ১৬ নি শুরহুনা সেল অহুদগী মপান্দা থোক্লক্তি লৈগী মমাংদা হান্নগী লৈরম্লিবা কুইন বি অহুনা রার্কর কয়ামুক্তা লোইননা মহুম অনৌবা অমা শারুননবগীদমক্ পাইহুনা চৎথি। মসিগী থাইদগী ইহান হানবা পাইথোকপা কাংলুপ অসিবু "প্রাইম্ কাষ্ট" হায়না কৌই। মতুগী মথংদা কুইন সেলদগী থোরকপা ইহান হানবা কুইন অতুবু পুহুনা পাইথোকপা কাংলুপ্ অহুবু "ফার্ষ্ট কাষ্ট" কৌই। মথংগী অতুনা "সেকেণ্ড কাষ্ট" অসিনচিংবা।

খোইগী য়ুম্বান অমদা হৌজিক্ হৌজিক্ পাল্লিবী— লৈরিবী কুইন বি অছুবু মাগী য়ার্করশিং অছুনা, মখোইগী মহারাণী অমা ওইবদা মতিক্ চাদ্রে থংলছুনা— মহাকপু পামদ্রছুনা— স্নপর সেদ ত্তোঁবদা হায়বদি মাগী মছুৎ অমা শিন্নবগী থৌরাংদা শাগৎলকপা কুইন সেল অছুদস্ন হান্নগী কুইন বি অছুনা মরুম কোক্কনি। মানা খংই মানা মতিক চাত্রবদা মাগী য়ার্করশিংনা মাবু পামদ্রে। মরম অছুনা য়ার্করশিং অসিনা ঐবু, ঐনা কোক্লিবা ইচাহুপী ভাজিন কুইন বি অসিবু থাজিন্দুনা য়াইভেল্ ফাইট্টা শোইদনা ঐগী থরাই হাৎহল্লগনি। অহল ওইরবী কুইন বি অছুনা থল্লি— মতিক চাত্রবী ঐনা লুচিংবনা চাওথৎ থৌরাংদা মতিক চাত্রবদি, হেন্না মতিক চারবী অমনা লুচিংবী ওইছুনা জাতিগী চাওখৎপা হায়বা অছুনা ঐগী থরাইদগীস্ন হেম্না মমল য়াম্বা হেল্লি। অসি খন্দুনা মানা সেল অছুদা মরুম কোকশিল্লি। অঙকপনি রাজনিতিগী থৌরম থৌশিল।

আফ্রিকাগী স্বামিং পৃথিবীদা নাইতোম চৎলি:— আফ্রি-কাদদি স্বামিং পাইথোক্‌পা অসি য়ার্কর বি ভাক্কনা পাইথোকই, কুইন বি য়াওদে। স্বামিং অছু থাইরবা, চৎলবগী মতুংদা, য়ার্কর অমনা কোক্‌পা লৈহাও চেন্দবা মরুম অমদগী কুইন বি অমা ওইননবা য়োক্‌থৎলি। মছুগী কুইন বি অছুদি মত্তম কুইনা লৈতে। মানা লোয়ইন্নবা পাইরুরবা মতুংদা, মানা কোক্লম্বা লৈহাও চেনবা মরুম অমদগী অমুক্ য়োকথৎলকৃপা কুইন বি অছুনা হান্নগী মত্তম থরদংদগী ওইরম্বী কুইন বি অছুগী মছুৎ অছু শিশোকই। হান্নগী

অহুনা টেম্পোররি কুইন বি, অহুগা অকোনবগী অহুনা পার্মেনেণ্ট কুইন বি ওই। রার্কম অসি পৃথিবীদা ওইরিবা থৌওংদগী নাই-তোম ওইবা থৌওং অমনি।

আমেরিকাগী মেলিপোনা হায়বা খোই জাৎ অহুনা স্বার্মিং চংপা মতমদা হান্নগী কুইন বি অহুনা হান্নগী মকোম্দা অহুম্ লৈহৌরগা, অনৌবা পোক্লিবা কুইনশিং অহুনা মথং মথং খাইদোক্তুনা পাইথোকই। মরম অহুনা আমেরিকাগী খোই মেলিপোনা হায়বা খোই জাৎ অসিগী স্বার্মিংদা "প্রাইম্ কাষ্ট" স্বার্মিং লৈতে।

খোইরৈবাক্কী রারি অসিদগী ঐখোইনা উরে, হয়িংথোইগী কোলোনি অমগী রার্করশিংনা মখোইগী কোলোনি অহুদা কুইন বি অমা হায়বদি মখোইগী লুচিংবী মহারাণী অমা শোইদনা লৈননবগী-দমক্ কন্না মথরাই হকচাং য়াওনা হোৎনৈ। মরমদি মখোইনা মুন্না থংই— মখোইগী য়ুম্বান অহুদা কুইন বি অমা হায়বা অসি য়াওদ্রবদি মখোইগী কোলোনি অহু অসুম মাংথরক্তুনা মাংখিগনি, কদোইগুম্বদসু মতিক্ চারবা কোলোনি অমা হায়বদি য়ুম্বান অমা ওইরকপা থক্ য়ারোই।

ঐখোইনা থংনরে হয়িংথোইগী য়ুম্বান অমা হায়বা অসিদা মখোইগী মহারাণী অমদি লৈতবা শুপয়া য়াদে, শোইদনা লৈগদবনি হায়বা অসি উংলি। মসিদা নৈনগদবা রাকমদি মহারাণী অহুগা মাগী রার্কর, প্রজাশিং অহুগা করম্বা মথলগী করি করি মরি লৈনবগে অমদি করম্বা মরি লৈনবনা চুম্বা ওইগদগে? মসিগী

মতাংদা থাইনদগী মীরমবু লোইচনগনবা বৃটিশনা পার্লিমেন্টদগী চথরকপা থৌদোক্, পোলিসি কয়া হয়িংখোৎ অমম্ভুং তাইবং মী হায়বা পারা অত্তদা য়াওগ্রে, হৌজিক্কী মতমদা ওইরিবা বৃটিশগী মহারাণী কুইন ইলিজাবেৎকী রাকম ফাওবা নৈনথয়ে। হৌজিক গণতন্ত্রগী মুগনি খোইরৈবাকী রারিনা চাংদমহনা য়েংশিনবা চুমগদরা হায়না খল্লি।

---

# হয়িংখোইগা খংনবা।

মতিক চারবা খোইয়োক্পা মী অমা ওইগে তাল্লিবা মীদি থবক য়াম্না কনগদবনি, রাখন চেক্শিনগদবনি অমস্তুং তৌরিবা থবক অত্তুদা তিল্লাং খোইদাগদবনি। লম্ফাংনবা রাখন থাদোক্তুনা করি তৌরগা করি ওইগদগে হায়না খনগনি। অত্তু ওইরবদি, মীওইনা পানবদা চৎকদবা লিচৎ, লেংক্রবা লাইগী থৌদা অত্তু হয়িংখোইগী লমচৎ লিচৎ অত্তুদগী তাইবংগী থৌদাং কয়া মশক্ থংবা ওমগনি। নিংথিনা মরম থংনা হয়িংখোই য়োক্পা হায়বা অসি য়াম্না লুরবা বিজ্ঞান ( Art ) অমনি। আর্টিফিসিয়েল হাইড হায়বদি থুৎশেমগী খোই মহুম— উপু হায়বা অসি খোইশিংনা, মখোইনা মশানা থিজহনা লৈহুংদা, উক্রোং অহোবদা অমদি তিন্দা উপুদা চফুদা লৈবদগী য়াম্না হেন্না মুংঙাইবা ফংজরবা মতৌ অমনি। অত্তুগা ঐখোইনস্ মখোইগী চাওথংবনবা লেবা তৌবদা মুংঙাইননবা শেম্লবা মরম অমনি। ঐখোইনা চেক্শিন্না

হোৎনগদবদি—মখোইনা মহুম শাজবদা থুদোং চাননবা ; মখোইনা চাননবা খোইহি পৈশিঞ্জবদা মরাং কাইননবা অহুগা লোইননা মখোইবু মখোইগী য়েক্লবা পুম্নমক্তগী ঙাক্পি কনবিহুনা, মনিং তম্না, মরুম মচা কোক্চবা অমস্তুং মচা ওঞ্জবা ঙমজনবা অসিনি। অহু ওইরবদি খোইনা মহুগী মহুত্তা ঐখোইদা মরাং কায়না খোইহি পিহুনা লম্‌হ্‌ম অমদি মিংচৎ শোইদনা পিগনি।

থবক্ নৌনা পাইখৎলক্লিবা মীশিংনা, খোই মহুমগী মেম্বর-শিংবু শোইদনা খংগদবনি মহুদি :— রার্কর লিশিং কয়ামুক্ ত্রোন থর অহুগা মহারাণী কুইন বি অমা অসিনি। কুইন বি অসিদি মাগী চিংলেম্বী মস্তৌ অমদি চাও-শাংবা মওং অহুনা, অতোপ্পা খোইশিং অহুগী মরক্তগী মাবু লায়না খংবা ঙমই। মহাক্ অসি মতিক্ চানা মপুং ফারবী খোই অমোম অমনি অহুগা রার্করশিং অসিনা অমোম ওইরবসু মতিক্ চানা মপুং ফারবী অমা ওইদে অমস্তুং মখোইদি মচা পোকপা ঙম্বগী পাজল লৈতে, মখোইদি অথুংবিনী হায়বা য়াই।

হায়রিবা মওং অসি করি মরমদগী থোক্খিবনো হায়রবদা মখোইনা মরুমদগী ওল্লক্ত্‌না খোইরাগী অহোবা মচা সেল অহুদা লৈরিঙৈগী মতমদা মখোইবু নর্শ বিশিংনা পিজবা চিঞ্জাক্ খেম্নবা অমদি মখোইবু চাওরক্লবা য়োক্পা মফম খেন্নবদগী থোক্খিবনি। ত্রোন হায়রিবা অসিনা মখোইগী লাবনি।

ঐখোইনা শোইদনা থুংশেমগী খোই উপু অহুগী ভোঙান ভোঙানবা শরুক্শিং অহুগী মখৌ, খোইশিংনা খোইরা শাফম মরুম মচা কোক্ফম খোইহি থক্ফমচিংবা নিংথিনা খংগদবনি।

খোই অমস্নুং ফ্রেম পায়বা, খোইহি লোথোকপা, খোইরু শুং-দোকপনচিংবা খোই য়োকপগা মরি লৈনবা মরম পুম্বা ভমগদবনি। মসিগা লোইননা শোইদনা লমগী খোইবু ফারগা উপুদা থম্বা হৈগদবনি। খোইগী লাইরিক কয়া পাবগা লোইননা




খোই য়োক্রবশিংগী রা তাবনু রাম্না কাম্নগনি। থবক খোইনা কাইরুবা তোদনা অশংবা মতমদা উপু অনিদংনা হোৌগৎপা রুগনি।

মথৈদা হৈনবরকপা মতুংইন্না য়ান্না তপ্পা অচৌবা এপিয়ারি অমা ওইহনবা ওয়বদি য়াম্না তোংজবা থবক অমনি।

নাকন্দা য়েক্লিবসিদা ময়াইগী পরেং ওইদগী য়েত্তা কুইন থি, ৱার্কর থি অমসুং জ্রোন। মথকী পরেং খোই মথল অহুম অসিগী মশা মশাগী মকোক্নি। মকোকশিং অসি চাও-শাংবা, মওং-মতৌ খেন্নবদা নত্তনা য়ান্নবা মমিৎশিং অসিসু খেন্নৈ। ওসেল্লি হায়বা অচম্বা মমিৎ অহুম-অহুম অসিগী পানৎকমসু মান্নদে। মখোইগী ফিলরগী তাংককসু খেন্নৈ। মরৈ অমসুং চাইরুং পানবসু খেন্নৈ।

"A" মকোক্ :— ১ ওসেল্লি অচম্বা মমিৎ। ২ য়ান্নবা মিৎ। ৩ ফিলর। ৪ লাব্রম। ৫ মাক্সিল্লা। ৬ মরৈ।

"B" থবাক্ :— ৭ মাংগী মাশা। ৮ তুংগী মাশা। ৯ মাংগী খোং। ১০ ময়াইগী খোং। ১১ তুংগী খোং।

"C" পুক্ :— ১২ দগী ১৭ কাওবা পুকী মচেৎ।

খোইগী হকচাং কায়াদ :— খোইবু মশক্ মুন্না থংগে হায়রবদি মখোইগী মশাগী তোঙান তোঙানবা শরুক কায়াদশিং অহু থংগদবনি। হয়িংখোইগী মশা অসি মরু ওইনা শরুক অহুমথক্ লৈ। মহুদি :— ১ মকোক্। ২ থবাক্। ৩ পুক্।

( ১ ) কোক্ :— কোকী নাকন অনিদা মিৎ নাহা কয়ামুক্তা ভিন্নবা মিৎ মতুম অনিথক্ লৈ, অহুগা মমাংদনা অচম্বা মিৎ অহুমথক্ অমা লৈ অমসুং ফিলর হায়না কৌবা অনিথকসু পাল্লি মচদসু নত্তনা মচিকবান অনিগী মরক্তা মরৈসু শাংথনা পাল্লি। মিৎ নাহাশিংগী মিৎ মতুম অসি ৱার্করগী মমিৎ অহুদগী জ্রোনগী মমিৎনা

চাওবা হেল্লি। রার্করশিংনা মখোইগী মরৈ অতুনা পাম্বিগী মপালদগী লৈহি খোমজিল্লি অতুবু ত্রোনশিংদি মরৈ অতু তেনবনা মন্ত ভুমদে।

( ২ ) থবাক্ :— লেং ওৎননবা হকচাংগী কায়াদ পুম্বা থবাক্তা পাল্লি, মখোং তুম্মা অহুম অমদি মাশাগী তুম্মা অনি পাল্লি। অহানবা মখোং তুম্মা অমনা মমাংলোমদা পাল্লি, মতুংগী মথংদাময়াই থংবা মখোং তুম্মা অমগা মাশাগী তুম্মা অমগা পাল্লি। অরোইবদা খুতুংগী মখোং তুম্মা অমগা মাশা অনিগা পাল্লি। রার্করগী মখোং খুতুং অনিহু অতৈদগী তোঙানবা মওং অমনি। খুতুং অসিদা লৈদগী



লৈরিক্ খোয়্রগা পুবা য়াননবা মওং অমা য়াওরি, মসিবু ইরেজীদা "পোলন বাস্কট" হায়না থংনৈ। মসি মখোং খুতুং অতুদা অকনবা মতুনা পরেং পরেং হোতুনা লৈবা মওং অমনি।

মখোইগী মাশা অতুনা মনম্‌গন্দা থুপচিল্লুনা লৈ, মখোইনা পাইবা মতমদা মাশা তুম্মা অনি অহুনা তুম্মা অমত্তগী মতোগুম তৌই। লাবগী, ত্রোনগী মাশা অহু পাকই। রার্করগী মাশানা থর তেল্লি। কুইন বিগী মাশানা থাই-দগী হেন্না তেল্লি, মপুকী তংথাইতমক্ য়োই।

(৩) পুক্ :— পুকী শরুক অসি থবাক্তা শয়্রে। মসিনা মখোইগী হকচাং কায়াদকী মতুংদা থাইদগী চাওবা

শরুক্তি, কুইন বিগী মপুক্তা খাইদগী হেন্না শাংই অমত্তুং মতোম তুমই। য়ার্করগী চনিংদা খোইরু শোদোকই। অদুবু অতৈগী দদি শোদোক্তে। য়ার্করগী মপুক্তা "হনিসেক" কৌবা শরুক অমা লৈ, মসিদা লৈহি য়োংশিল্লি। মহু মানা নিংবা মতুং ইন্না খোইরাদা অমুক ও-থোকপা ওমই। য়ার্করগী চনিংদা মামু



পাল্লি, মহু মখোইনা য়েক্লবা খেংননবা খুৎলাইনি। মামু অসিদা মহি শাংবা হুগী খাও অমা পাল্লি, মসি মামুনা থিল্লবা মতমদা কায়হনা অশোকপা মকম অহুদা চংথি। খোই অহুনা অহুক্কী মতিক শাওরগা হু অদু অহুক্কী মতিক য়াম্না চংথি।

কুইন বিগীসু খোইতক তৌবা মামু অমা পাল্লি, অদুবু মাদি মীনা পায়ল্লবসু নোইথংলবসু থক চিক্তে। মসি মাগী লাম্বা ওইবী কুইন বি অমগা চিক্লবা মতমদতা শিজিন্নবা খুৎলাইনি। ত্রোনশিংগীদি মামু পাস্কে।

য়ার্করশিংনা করিগুম্বা জীব অমদা চিক্লবদা শিংজিনগ্রবা মখোইগী মামু অহু অমুক হত্তোক্লুনা চংকদবগী উরুউরু লৈহনা কন্না হোৎনৈ অদুবু মখোইগী মামু অহুনা তেনগী থক্লিংগুম্না হকং হকং পানবা মরম্না হত্তোকপা য়াদে, মামু অহু ভত্তুনা

লৈহোই, মহুদা হুগী থাও অচম্বু লৈহোই। অহুনা মামু ভৎহৌরবা রার্কর অহুদি পুং অহমগী মম্বুংদা শোইদনা শিরে। মকম অসিদা রার্করগী মামু অমসুং কুইন বিগী মামু অনি অসি য়াম্না থেম্নে। কুইন বিগী মামুদি মহক মহকপা য়াওদে, থম্লিং পান্দে অহুনা মাগী লাম্বা অমদা খিল্লুরবসু অমুক করিস্নু অকায়বা লৈতনা ছত্তোকপা য়াই। লাইগী থৌশিল অঙকপনি, মাগী খুৎশেম অহকপনি। মপি অসি খোইগী য়ুম্বান্দা নাইতোম য়াওবনি। মাগী থৌদাংনা মখোইগী য়ুম্বালগী মরূনি। লায়না শিদে, লায়না মাংদে, মশাগী ইজ্জৎ মশানা ঙাকচৈ। মাগী লাম্বা নত্তবগা থক চিরুদে।

খোইনা চিকথিবা থৌক্রবদি খুদক অহুদা থাংগুম্বা ময়া অপাবা অমনা খোত্তোক্নুনা লোথোকহোবা কৈ, অহুম্বক লৈহল্লবদি হু অহু য়াম্না চংখিহুনা নাবা অমদি পোম্বা হেল্লি। খোইনা চিকপদা পোম্বা অসি মী খুদিংদা চপ মান্নদা থোক্কে। কনাগুম্বা অমদা য়াম্না হেন্না পোমই, অহুবু কনাগুম্বা অমদদি রাৎনম্নু থোকই। মীগা মীগা "ঈ" মান্নদে হায়বা অহুনা ওই-গদরা? খোইগী মহু অহুগী মনম অমা লৈ, মহুগী মনম অহু ফংবগা খোইশিংনা য়াম্না শাওই। খোই অমনা চিকপগী মহুগী মনম অহু ফংবগা খোই লোইনমক্না চিক্লিংই। মরম অহুনা খোই অমনা চিকথিবগা খুদক্তা মকম অহু চামথোকপা নত্রগা করিগুম্বা ভিত্রেলো ফংলবদি তৈশিনবা য়াম্না কানৈ। খাইদগী ফবদি "এমোনিয়া" হাপ্পা ঈশিংনা চামথোকপা অসিনা অথোইবনি।

অত্থবু সনারৈ মনা নোইশিনবা, খোইহি তৈশিনবা, মচু ইনং নত্রবস্থ নাপী মনা অমা নোইশিনবস্থ কাগ্নে। মসিনা অনাবস্থ ফহল্লি অত্থগা খোইশিংনা চিক্কদবদগীস্থ কল্লি। খুৎ মোক্কা অমস্থং মাইথুম শিক্কিন্নত্থনা মাই-মিং অমস্থং খুং-শা কনবা চুমই।

খোইদি চংপস্থ ঙমই, পাইবস্থ ঙমই, মখোইদি মনিং হন্নস্থ পাইবা ঙমই। করিগুম্বা খোই উপু অমা মফম হোংদোক্ক্‌না থন্নবদি মখোইনা উপুগী অকোইবদা লয়না লয়না কোইপাই পাই অত্থদগী মমাই অত্থনা উপুদা ওনশিন্দুনা মনিং হন্না হন্না পাইত্থনা চংথি। মানা পাইবা অত্থনা উপু অত্থগী মনাক অমস্থং অকোইবদা লৈরিবা লম পুম্বা য়েংথোকই, "লেণ্ড মার্ক" ভৌই। অত্থদগী চিক্কাক থিবা চংথি। লৈকম থংলবা খোই অমনা চিক্কাক থিবা পাইথোকখিবা অসি পুং অমদা মাইল ১৫ দগী ২০ ফাওদগী চাংদা পাইবা ঙমই। খোইনা পাইবা মতমদা মখোইগী মশানা থপ্পা ঙম্বা অসি মিনিট অমদা ২৫,০০০ দগীস্থ হেল্লি হায়বদি সেকেণ্ড অমদা ৪৪০ রক্‌-কুম্বনি। মখোইনা পোৎলূমগা লোয়ননা মহুমদা হল্লকপদা পাইনা ঙম্বগী চাং অসি পুং অমদা মাইল ৫ দগী ১২ ফাওবগী হিসাবনি। মখোইনা মহুমদা হল্লকপদা পাইবগী মওংদি অমুক নেমথ, অমুক রাংথং, মপুক্কিং হন্নাও ক্রগোই শাবগী মতৌনি। মখোইদি পাইরিঙৈদা থংলেপ্‌ লেপথোকপস্থ ঙমই। নোমক্ক-চচ্চক্রুবদা মহৈ য়ানবা মপুক্কিং মকা লাম্বনি। অতনবনা মাংবনি, থবক ইংথাং নোম্বদা খোংকাপ মকা লাম্বা মক্কলগী মশক্কি।

# "মেগ্নিক্লাইং গ্লাসনা য়েংবা"

## খোইদি খোই অমস্তুং মখোইগী খুৎলাই

ঐখোইনা হয়িংখোই হায়না থংনরিবা অসি হয়িংখোই কাংলুপকী ফোরেঙ্গর হায়বা চাকথিবীশিং অসিবুনি। করিগুম্বা মফমদদি মখোই অসি কিলোমিটর ৪/৫ ফাওবা লাপনা পাই। অসিদগীসু হেন্না পাইবসু য়াওই। মী ভাদবা অচিকপা মফম-দদি, পাম্বী কয়াগী মপালদা পাইবসু থেংনৈ।

অতুগা খোই লোইফম এপিয়ারিশিংদা নত্তনা কনাগুম্বা অমনা খোইগী লাবা "ক্রোন" বু উবা ফংবদি পংনা থোক্কে। মসিদগীসু অমুক হেন্না খোইগী মপি কুইন বি (রাণী) বু উবদি ফংদে। হয়িংখোইগী য়ুম্বাল অমগী লৈরিবা খোইশিং অসিগী মনুংদা কুইন বিনা থাইদগী হেন্না কুইনা পুন্সিহনা লৈরবসু মাদি মপুক্সিদা অহুম্রক্তগী হেন্না মকোন্দগী মপান্দা থোক্কে, মহুন্সু মিকুপ থরদংগী পাইথোকপনি। মানা অহানবা পাইথোকপনা লৈকম থংননবা অমদি পাইবা ভম্বনি। মথংদা, অনিশুরকপদা পাইবনা মাগী লোয়-ইন্নবগী পাইবনি, মতুদা মপুক্সিগী হৈরু নাউপাল হোরবনি। অহুম্রক শুবদা কাংলুপ থাইবগী পাইবনি হায়বদি হান্নগী মহুম ময়ুম থাদোক্তুনা চৎথিবনি।

কুইন বি অমদি ড্রোন হায়বা অসিদি রার্কর অমদগী য়াম্না তোঙাল্লি। অহানবদা রার্করগী রাকমদা রার্কর অমা অসি মিলি-গ্রাম ১২ দগী ১৫ ফাওবা শাংই, রাংবনা মিলিগ্রাম ৫/৬ লোম

ওই। মপুক্ শিংপা মতমদা গ্রাম ০·১ অহুগা মপুক খনবা মতমদনা গ্রাম ০·১৫ লুমই। মখোইগী মশাগী অরুম্বগী শরুক অনিকাওবা লুম্বা পোং থাংহনা পাইবা ঙমই। মখোইনা লৈশিংদগী মহি লাংবা লৈহি চৃপ্তুনা লোই। মহু মখোইনা পাইবা মতমদা খোইহি ওইরক্লবগী মওং তংথাই অমা পাংখোকই। মহুনা খোংরাদা হাপ্লবা মতমদা মুন্নহুনা খোইহি হায়বা অহু ওইরকই।

লৈদগী লৈরিক খোম্লগা মহু খুহুংদা খোইহি থজিক্তুংগা তোংলগা নপশিন্দুনা পুরকই। মহুনা রসায়ণগী পাক্লনা মখোইগী মহুমদা বি-ব্রেদ হায়বা লিরবা অমদি নহা ওইব্রিবা খোইগী অখোইবা চিজাক শেমই।

কিলার (মহুনা শোক্লগা ইথ্রিনা থংবা) অনি পানবা অমুবা মকোক্ অহু, লেং-ওংপা য়াবা মঙক্লা মথবাক্তা শম্নৈ। অমুক্ মথবাক অহুদা ইরংলংবা মাশাগী তুম্বা অনি, মশক্ মান্নদবা মখোং তুম্বানা অহুম অমসুং তত্তনা লেংহুনতা লৈরবা চনিং পাম্লি। মসিনা চাওরাক্লা উবগী রাকম্লি।

চুথেক্ অহুম নাইবা মখোইগী মকোক্ অসি রাওথাংনবা মরিক মরিক তৌবা মচুনা কুপশিল্লি। মকোক্তী নাকল অনিদা মঙাল কুদোক্লককমগী লেন্স মানবা মিং নহা ৫০০০/৫০০০ য়াওবা মমিং মতুম অনি পাম্লি। চাংয়েং তৌবা কাংবুনা হায়ব্রি মসিদি তোঙান তোঙানবা মশিনগী মিংনি, অহুনা মসিবু য়াম্নবা মিং হায়না কৌই। মসিদসু নত্তনা মকোক মথক্তনা অচম্বা মমিং

অহুম অমা পাল্লি। মিৎ য়াম্না পানখ্রে, তাইবংদা য়েংশিনগদবা লম্বী য়ামই তাকপ্রা ?

খোইশিংনা মখোইগী অমম্বা মহুমদগী মুনিংকী অৱংবা মঙান্দা মমিৎ লিশিং তরাগা অহুম অতুনা য়েংতুনা করিস্নু মমিৎ ঙকপা তৌদনা পাইবা ঙমই। খোইশিংনা মচুবু নিংথিনা থংবা ঙমই।

মমিৎনা মকোক্কী মথকথংবা শরুক্তা পাল্লি অতুগা মখাথংবা শরুক্তনা মচিন ময়াগী খুৎলাই চাইরুং মরি পাল্লি— অনিনা খায়াৎ মখাগী অনিনা চিনবানগী থবক তৌই। হয়িংখোইগী খায়াৎ অসি নাকল্লোমদগী চপশিন্নৈ। মনাতোন অশাংবা অতুনা শাংথনা পাল্লি, মসিগী মতেংনা, খোইনা অশাৎপা লৈগী মতুংদগী লৈহিত্থু চিংতুনা লোবা ঙমই। লৈহিনা থেন্না লৈরগদি মরৈগী মতোন্দা চামচ-গুম্বা অমা য়াওরিবা অতুনা কন্দুনা লোবস্নু ঙমই। অকংবা চিঙাকস্নু- মতিম্না চোৎহল্লগা লোবা ঙমই।

খোইশিংনা মীগুম্না অথুম্বা, অয়াকপা, অশিনবা থংবা ঙমই। অথুম্বা য়াম্না পান্নবস্নু মখোইনা "শাক্রিন" (হেন্না থুমথ্রবা চিনি) অহুবুদি শোক্লুবা তৌদে। মখোইনা মরৈগী পাম্বৈতনস্নু নত্তনা মখোংনা অমস্নুং মখোইগী ফিলার অতুনস্নু চিঙাক্কী মহাও অতু থংবা ঙমই। খোইশিং অসিদি মনা তাদে, পান্দে হায়নস্নু প্রমাণ কয়া পিনরি, অতুম্নদি ওইরগা মখোই অসিদি তাইবং-মীদগী তোঙানবা মওংগী গুর খোম্থোক অমনা তাবা ঙমইস্নু হায়রি।

মার্ক্সিষ্ট দর্শন শাস্ত্রনা প্রমাণ পিথ্রবা ৱাফম অমনা :— মীওইবনা অচুম-অরানগী মরূমদা; অচুম্বা খংবা ঙম্বগী পাম্নৈ, সাক্ষিগী মরূদি— মীওইবনা মাগী জ্ঞান্দগী খংলকপা তোঙান তোঙানবা লম্বীশিং, থৌরমশিং অহু, মহুদা মানা চংশিল্লুনা থরক পাংথোক্লক্লিবা মতৌ-মওং অদো, মহুনা মশাগী সাক্ষি প্রমাণ্নি হায়না লৌগনি। —ৱাখল খম্বনকমগী মশক ওইরবা, মপু মাগী থুৎশেম অসিদা, খম্বনিংঙাইগী থৌরম কয়ানা থন্না লৈরি, মহু ৱাখল খম্বরুবশিংনা অরাবা কয়া খাংহুনা, জগৎ অসিগী খংবদা ৱারবা থৌরম কয়াম্সু খংবা ঙম্লকই অমসুং ঙম্হল্লি।

হয়িংখোইগী মাশা মরি অহুনা, মাবু হুংশিংকী মথক্তা পুবা ঙম্বগী চাং অসি পুং অমদা কিলোমিটর ৬৫ নি, হায়বদি মিনিট অমদা কিলোমিটর অমদগী হেন্না পুবা ঙমই, পাইবা ঙমই। পোৎলুম য়াওরগা পাইবা ঙম্বগী চাং খর হম্নৈ, হায়বদি মিনিট অহুমদা কিলোমিটর অমা পাইবা ঙমই। হয়িংখোইনা পাইবা মতমদা মখোইগী মশা অহু মিনিট অমদা ২৫,০০০ দগীসু হেন্না থপ্পা ঙমই, হায়বদি সেকেণ্ড অমদা ৪৪০ রক্ থপই। অহিংবা জীবগী মহুংদা হয়িংখোইগুম্না অসুক য়াংনা মশা থপ্পা ঙম্বা অসি কনানসু থেংনদ্রি। হয়িংখোইদি হেলিকোপ্টরগুম্না থুদক্তা হুংশিন্তা পাইথৎপা ঙমই, অহুনা মখোইনা লৈশিংদা চাক্তাবদা থুদোং চায়। হয়িংখোইশিংনা মহুমদা হল্লকপা মতমদা লম্বীদা, প্নাইনা পাইনা মখোংনা মশাদা অমসুং মখোংদা পকপা লৈরিক নাম্থোকপা, লৈরিক অহু মখোইগী থুত্তংদা য়াওবা “পোলন বাস্কেট”

হায়বা লৈরিক পুনকম অদুদা শেমজিন-শাজিন্দুনা হাপচিনবা ঙমই। মখোং ওই থংবনা য়েৎ-থংবা মশাগী নাকল্লোমদা শেম্বা



অদুগা মখোং য়েৎনা ওই-রোমদা শেমই।

মখোংনা চৎপদা হয়িং খোই অসি মপাঙ্গল য়াম্না কল্লি, লৈতেম মান্নদবা লৈমাইদস্তু, মাগী মশাগী অরুম্বা অদুগী শরুক ২০ লুম্বা পোৎ চিংদুনা চৎপা ঙমই। মফম অসিদা হায়রি শগোল অমনা চিংদুনা পুবা ঙম্বা অসি মাগী মশাগী অরুম্বা অদুগা চপ মান্নবা অমত্তনি।

হয়িংখোইনা মখোইগী মখোংগী খুবাং অদুগী পাম্বৈনা চপ য়ুংনা লৈবা লৈমাইদস্তু য়াম্না লায়না কাথৎ-কুমথা তৌবা ঙমই। মখোইগী খুবাং অদুগী অখোংপা অদুনা মরম ওইরদুনা য়াম্না নানগ্রবা লৈমাই মিংশেনগুম্বা, নিংথিনা রং তৈরবা লৈমাই-শিংদস্তু মাগী মাশা অদু লোংখোল্লা চৎপস্তু ঙমই।

হয়িংখোইগী মখোং খুয়াশিং অসিগী তাঙ্কক ময়াম অদুগী মওং পাল্লিবা কিবম, খুজিন্নচিংবা, ময়াম অদুদা পাল্লিবা মতু পুন্নমক অসি উরগা, অথং-অহৈশিংনা মসিদি লাইগী খুৎশেম্না য়াম্না হেন্না চাওখৎলবা, মওং অমদা শেম্বীরক্লবা অমনি; মসিনা পাম্বী অমস্তুং মশামক্তা শিজিন্নবগী অখোইবা খুৎলাই অমনি হায়না লৌই। মখোইগী মখোং অসিদি, লেং-ওৎলগা চৎনন-গীদমক্তস্তু নত্তে, মসিনা চিঙাক খোমই, মখোইগী মহমস্তু শাই,

মশাগী হকচাংবুস্ন শেংদোকপগী থবকস্ন তৌই। মখোইগী খুৎ-লাই অসিদি থবক খোৌরম পুন্নমক্তা শিজিন্নবগী খুৎলাইনি, অদুনা হয়িংখোই অসিদি খুৎলাইগী পাম্বৈনা চাথোক্ খোক্হনবা ঙম্বা জীব অমনি হায়না লৌই। ঈশ্বরনা মখোইবু খাইদগী হেন্না তোপ, তোপ্পা শেম্বিরন্নিবা অসিগী মন্নাওইবা মরম কয়াস্নু লৈরমগনি।



রার্করগী মখোং খুত্তংগী খুজৈরাইদা, অখোইবা মতুনা পরেং পরেং পাল্লি, মতুগী মরক্তী অহাংবা অদুদা মখোইনা লৈদগী লৈরিক খোল্লগা মতুদা মতুম ওইনা পৈশিল্লি, মরম অদুনা মসিবু পোলন বাস্কেট হায়না খংনৈ। মসিদস্নু নত্তুনা মখোইগী খুতুং অনি অসিনা মখোইগী মথবাক্তা শোদোক্লকপা খোইরু মপাক্ অদুবুস্নু খোৎতোক্তুনা লৌখোক্লে, মপু মাবু থাজবা চুমই।

খোইদি মন্নাওইবা থম্মোইগী—ঈ-চেলগী থবক পাংফম অসি থবাক্তা লৈতে, চনিংদা য়াওই। খোইনা সুংশা ম্বোর হোনবা অসি চনিংদা হোল্লি। সুংশা হোল্লোক্ হোম্লিন্গী অহোবা শিংলি মথল কয়া মশাগী মনুংদা কাওনা চৎখিদুনা সুংশা ম্বোর খাও, মকোক্তা পাল্লিবা অদু কাওবা, মশাগী মকম খুদিংদা রোহল্লি। মসিনা



মরম ওইরগ্লনা, মখোইনা লৈহি চিংখৎপা অমস্তুং কামখোকপগী থবক তৌবা মতমদস্থু স্তুংশা স্থোর হোনবা লেপ্তে।



(১) মথক্কী ডাইয়েগ্রাম অসিদগী ঐখোইনা উরে, হয়িংখোইগী স্তুংশা হোনবগী মফম অসি থবাক্ চনিংদস্থু উরি, অহুগা মরূওইবা স্তুংশিং থাওদি মকোক্ত লৈ। মরিগী তোংলি মচা কয়ানা মশা পুম্বদস্থু শন্দোক্লা লৈ।

(২) ঈগী ইচেনগী উতোং, থম্মোইনা মশাগী মফম খুদিংদা য়োনা শন্দোক্লি।

খোইগী চনিংগী অরোইবা মতোম্দা মখোইদগী য়েক্লববু ঙাক্খোক্লবগী থুংলাই "মাম্লু" অহু পাম্লি। হায়রিবা মাম্লু অসি থম্নিং হনগৎ হনগৎনা প:নবা থম্নিং তরাথক্লি মরম অহুনা মখোইনা য়েক্লবা জীব অমবু চিক্লুরবদি মহু অমূক্ হন্তোক্পা য়াত্রে, মাগী মনিং অহু শোইদনা তত্নুনা লৈহৌই, মরম অহুনা

খোই অতু, য়েক্লবা অমদবু চিক্লুরবদি শোইদনা শিরে।

হয়িংখোইগী য়ুম্বান অসিদি, মখোইশিং অসি মতম পুম্নমক্তা তুমহনা লৈবা থক ভোদে হায়বদি নোমহনতা লৈবনি, থক তুমদে—মসি অতৎপা লৈভনা চাংয়েং চথরিবা কয়াগী য়ানরবা রাফম্নি।

চিঙ্গাক্ থিরুবা, নত্রগা লোশিনবা, পৈশিনবা, মচাশিংবু পিজবা, মহুমদা ঈশিং পুশিনবা নত্রগা লৈহিদগী মনিন ওইনা ঈশিং লোশিনবা, খোইরা শাবা সেলশিং অহু শেংদোকপা, মহুম অহুগী অচিক অশা হম্বহনবা অমদি হেনগৎহনবা চপ্ চাবা চাংদা থম্নবা হোৎনবা অসিনচিংবা থবক কয়ামরুম অসি খোইগী য়ুম্বান অসিদা ভোবা তাবনি। হায়রিবা খোরমশিং অসি থরনা অয়ুক হুংথিলদা, অয়াম্বনা হুংদাংদা ভোই মতম পুম্নমক্তা থবক্ খোরমগী মরোং মরোংগী মতুংইন্না, মতা য়েংহনা ভোই। হায়রিবা খোরম থোদোক্ পুম্নমক্ মরুম কোকপা হায়বা অহুদং নত্তনা অভে পুম্বদি রার্কর হায়না খংনরবা খোই অমোমশিং অসিনা ভোবা তাক্তনি। মরম অসিনা খোইগী মপি কুইন বি হায়বী অসিভনা হয়িংখোই হায়বা অসিগী মমানি হায়না থনবা লানগনি। মকম অসিদা থম্বা চুমই, "ঐবু পোকপিবভনা ইমা নত্তে, ঐবু য়োক্পিবা অহুম্ন অশেংবা ইমানি হায়না লোগনি। পোক্লকম লমদমগী

মচাক্ মরন শেং চাহ্না ঐখোয়না হিংলি অহ্না জন্ম ভূমিস্ু ঐঙোন্দা স্বর্গদগীসু হেল্লি হায়রি।

করিগুম্বা নোংদম অমদগী খোইগী য়ুম্বাল অহুদগী কুইন বি অহ্না মাংখিবা, লৈখিদবা খোক্রবদি, নৌরিবা খোইশিং অহ্না হায়বদি নর্শ বিশিং অহ্না মরুম মচাবু পিজবগী থবক লেপই। মসিদগী ওইরকপা মওং অমনা রার্করশিংনা মরুম কোকপগী থবক তৌরকই, অহুবু মখোইদি শেল অমতুদসু মরুম ময়াম ময়াম কোক্শিল্লি। অহ্না খোইরা অহু ইতৈ তৈশিল্লি। অহুগা মখোইনা কোকপা মরুম অহুদগীদি .মচা লাবা ঙাক্তা ওল্লি। মরমদি রার্কর অমা অসি মতিক চানা লৈহাও চেন্নবী নত্তে, লৈহাও চেন্দবা মরুমদগী "দ্রোন" লাবা ঙাক্তা ওল্লি।

## কুইন বি অমসুং মাগী লোয়নবী।

হয়িংখোইগী য়ুম্বাল, কোলোনি অমদা রার্কর লিশিং কয়ামুক লৈ, অহুবু মপি, কুইন বিদি অমগুনি। কুইন বি অমনা রার্কর অমগা ভথ্বাই অমদি শরুক অনি কাওবা চাওই, অহ্না হেক য়েংবদা খংবা ঙমই। রার্কর অমদগী কুইন বিনা মকোক ভুম্বা চাওবা হেল্লি। য়াল্লবা মমিৎ অনি অহুসু চাওবা হেল্লি। মরাইবকী মমিৎ অহুম অহুসু থর মমাং ওইনা পাল্লি। মাগীদি খোইরু শৌদোক্কম্ য়াওদে, পোলন বাস্কেট অহুসু পান্দে। চনিং শাংবা হেল্লি, মাশানা ভেল্লি মামুস্ থল্লিং মল্লিদমক পাল্লি

মতু কদোইদেদস্থু অতোপ্প জীব অমদা চিক্রুবা তৌদে, মাগী মমান্নবা কুইন বি অমগা চিক্রবা — রাইভেল ফাইট (থাংউথক্কী থৌথাং নত্তবা মাগী পুন্সিগী পোন্থাংদা) শিজিন্নে। মাগী অশাংবা চনিং অতুদা নাউপান খাংনিংঙম মনি লোংবা অমথক্ রাক্তি।



কুইন বি অসিনা থোইরাগী মখাপংবা মপান্দা য়াম্বতুনা শাবা কুইনসেল অতুদগী হেক থোরকপদগী পুং ৫০।৬০ গী মতুংদা পাইবা তম্বগী পাইথোকই। হুনিং খরনিগী মতুংদা অমুক্ লোয়ইন্নবা পাইথোকই, মতুগী মতুংদা মাগী শিওম অতু হৈরু নাউপল্লতুনা মরুম কোক্পা হৌই।

থোইগী য়ুম্বান্দা মহোশানা নিংথমথাগী অরোইবদগী কালেনগী অরোইবা ফাওবা অসিদা মরুম কোকই। অহানবা ওইনা

নোংমদা মরুম ত্তরানিথোইরোম কোকলম্বদগী চামা অম্মুম ভোৎহুনা মচা পোকপগী মতমদদি নোংমদা মরুম ১৫০০ রোম, মত্তগী অরুম্বনা মাগী মশাগী অরুম্বা অত্থগা মান্নবা ফাওবা কোকই। চাগোক্ থা অসিদা কুইন বি অমনা মরুম ১,৫০,০০০ দগী ২,০০,০০০ ফাওবা চায়বদি মাগী মশাগী অরুম্বা অত্থগী শরুক চামা ফাওবা কোকই। অতিং মুংশিল চুপ্পা কুইন বি অসিনা মরুম কোক্পা য়ারবা অতাংবা অফবা সেলদা মরু লুক্থ-লুক্থা য়েংহনা থিরগা চনিং অত্থ থিংজিন্দুনা মরুম কোক্‌শিল্লি।



ওই থংবা—হাত্তম কুইন বিগী নাউপলশিওম ;
য়েৎ থংবা—লোয়ইম্নবা পাইরুবদগী হৈরুনাউপল্লহনা ওইরবা শিওম।

কুইন বি অমনা মাগী মথৌ পাংথোকপা মতমদা মাগী অকোয়বদা নৌরিবী থোইশিং অহুনা (নর্শ নি) ইকোয় কোয়না মপিদা থর-থর শোক্লা-শোক্লা মতুং কোইন্ ইল্লি, থোই অমনা চৎথোক্‌প্রবমু, মাগী মকম অহুদা অতোপ্পা থোই অমনা

হেক্ চংশিল্লি —। কুইন বি অমা অসিনা মহারাণী অমা ওইনা খল্লগা, মাগী লোয়নবী মনাইশিংনা লুনা চেক্‌শিন্না সেবা তৌবগী মরোংনি। মপিগী চনিং অহুদা খোই থরনা কাখৎপস্থ য়াওই, মসি মপিদা কাখৎলিমাল্লে খনবা য়াই, মহুমক্তি নত্তে, মাগী মশাদা পকপা অমোং অকায় লেক্‌থোক্‌পিবনি। কুইন বি অমনা পিক্রিভৈদা মাবু সেবা তৌবদা নর্শ বিগী মশিং অহুক্কী মতিক্ য়াম্লগা অমদি মাবু কুপ্পা শেন্নহুনা মতুং ইল্লিবী নর্শ বিগী মশিংনা অহুক্কী মতিক্ য়াম্লগা মাগী মশা ফবা অমদি মরুম য়াম্না কোক্‌পা ওম্বগী মপাঙ্গলস্থ অহুক্কা মতিক্ হেল্লি হায়না লৌনরি।

অহুবু অমুক হায়রি কুইন বি অহুবু পিজবা নর্শ বিগী মশিং য়াম্বনা ছাক্রুস্থ ওইবা য়াদে, মানা অঙাং ওইরিভৈদা তিঙ্গোং ওইবদগীনা মিতম্বা মতম অহু ফাওবদা মতিক্ চানা পিজবা পিজদবগী রাক্ষনস্থ থম্ববা তাই অসিনি ; অহুবু মরূ ওইনদি মাবু অহুক্কী মতিক্ নিংথিনা পিজরগা মরুম কোক্‌পগী মপাঙ্গল অহুক্কী মতিক্ হেনগৎলি। মরুম কোক্তি ভৈগী মমাংদা অহাংবা সেল অহু য়েংলগা কোম্না মরুম কোকই। মশানা তৌগদবা থবক অহু মশামক্না চেকশিল্লি। মশা ফরবী কুইন বি অমবু নর্শ বিশিংনা রোয়েল ক্লেলি পিজৈ। মাবু অহুক্কী মতিক্ পিজরগা মানা মরুম অহুক্কী মতিক্ কোক্‌পা ওমই।

চাংয়েং চৎথরিবশিংনা হায়রি :— কুইন বি অমনা অহাংবা সেলদা মরুম অমা কোক্‌পা অসি সেন্টিমিটর অমারোম চংই, হায়বদি চাওরাক্লা মিনিট মথাই অমারোম চংই। মরুম কুহু়া কুহু়া



কোক্লগা মপি অদিনা অমুক্ পোৎথাই, মতুদা মাগী অকোয়বদা ইন্নরিবাশিং অতুদগী চিঙ্গাক্ অমুক্ চায়, ইঞ্চি ১/১১ শাংবা মরুম ৩০ কোক্থিবদা ময়েং তাখ্রবা শিওম অহু নর্শ বিশিংদগী রোয়েলজেলি চাবদা অমুক্ মতিক চাবা শওম ওইরকই। মানা মরুম কোক্পদা পোৎথাবা অসি সেকেণ্ড ৬ লোম পোৎথাই হায়না লৌই

পুং ২৪ অসিদা কুইন বি অমনা ঙিঙ্গাক চামারক হন্না চায়, মানা চিঙ্গাক রাৎপা মতমদদি মরুম নোংমদা ২০০০ দগী হেন্না কোক্পা ঙমদে। অহুবু রেকোর্ড লৈবগী মতুং ইন্না, কুইন বি অমনা নোংমদা মরুম লিশিং অহুম (৩০০০) দগী হেনন্থ কোকই হায়না লৌরি।

কুইন বিনা মরুম কোক্পা অসি মিন্নাংগুন্না লৈয়না-লৈয়না চৎলি, ময়াইদগী হৌরকপনা অসুম অসুম মকম অহু পাকথোক্লকই। কুইন বিনা মরুম অমা হেক্ কোক্পদা মশাহু ঘড়িনা চৎপা মাইকৈরোমদা হাইক্কেৎ লৈরগা থোরকই; মরম অহুনা মরুম মচাশিং অহু কোইরোক কোইবগী মরোংদা লৈ। চাংচৎ অমা

ওইনা খোইরাহুগী নাকন অনিদা অস্সুম্না কোকই, মসিনা মপিগীস্সু মরুম কোক্‌পদা মতম কয়া মাংদে অতুগা মরুম মচাশিং অত্তবু মৈশা পিবদা হায়বদি কোন্‌ বিবদস্সু ৱার্করশিং অতুগী খুদোং চায়।

করিগুম্বা থৌরম থৌদোক্ অমদগী কোলোনি অত্তুদা কুইন বি লৈখিদবা থোক্লবদি ৱার্করশিং অতুনা মরুম য়াওরিবা নত্রগস্সু মতম য়ারিবা তিঙ্গোং য়াওরিবা ৱার্করশেল অতু চাওথোকহন্দুনা খুদক্তা ওইবা কুইনসেল শাগৎলি হায়বদি সেল অতু কুইন বি ওইরকপা য়াননবা শেমই। তিঙ্গোং অত্তবু রোয়েল জেলি পিজতুনা কুইন বি ওনহল্লি। ভৌরিবা থৌদোক্ অসিদা ওইরকপা কুইন বি অতু— করিগুম্বদা কুইন বি ওইবস্সু, ৱার্কর অমা ওইনস্সু ফরক তৌরকপস্সু য়াওদবা নত্তে।

অস্সুম্না ওইরকপা কুইন বি অতুদি লৈহি খোম্বা লৈরিক থিরুবগী থবক তৌদে — চাংয়েং তৌবশিংনা হায়রি মানা হিংতুনা লৈবা ঙম্বদি ৱার্কর অনগী পুন্সিগী শরুক্ ৩।৪ অমদি মঙা কাওবা হেল্লি। মানা খোইরাদা মরুম কোক্তুনা লৈ— মফম অসিদা মতিক্ চাবা প্রমাণ অমা কংলিবা ৱাকম অমনা ৱার্কর ওইগদবা তিঙ্গোং অমনা কুইন বি অমা ওইরকপা অসিদি মরু ওইনা পিল্লিভৈদা পিজখিবা চিঙাক্ অতু হোংখিবা অসিনা অথোইবা থৌরম্নি।

ৱার্করগী তিঙ্গোং অমা মরুমদগী পোক্‌খাইবা পুং ৬ তগীনা পুং ১৬ কাওবগী ওইবা অতুনা কুইনসেলদা হাপ্লবা অতুগা অতুগুম্বা মতমগী কুইনসেলদগী তিঙ্গোং অমনা ৱার্করশেলদা হাপ্লবা অত



ওইরবদি কুইন সু নত্তবা রার্করসু নত্তবা মরোংগী খোই অসি ওইরকই। চাংয়েং তৌবশিংগী রাকম্না পিবা মরোংগী খুদম্নি চিঙ্গাক্কী মগুম্নি।



হয়িংখোইগী যুম্বান অমদা কুইন বি অমদগী হেন্না লৈতে হায়বা অসি মহোশা-নি। রার্করশিং অসিনা কুইন বি অমবু অত্থক্কী মতিক্ লুনা, চেক্শিন্না হোংনৈ, মতম পুম্বদা থৌরম থৌশিল কয়াদগী কুইন বি অত্থবু শোইখিবা, খুদোংথিবা থোক্তনবগীদমক চেক্শিল্লি। কুইন বি হায়বা অসিবুদি পোক্তি্লৈদগী হৌনা হায়বদি কুইনসেলদা তিঙ্গোং ওইনা লৈরি-লৈদগী হৌনা ময়াম্না কোইশিল্লুনা অসোই অভাম য়েংই। কুইনশেল অত্থদা মৈশা খর হম্বরকপা থোক্লবদি, মখোই ময়াম্না পুম্না তোংতুনা মৈশা হেনগৎননবা কম্না হোংনৈ। মতম অসিদা মখোইগী মখোং অত্থ কুপথাং কুপথাং থাংই, মশা তোইনা তোইনা খপ্তুনা মৈশা পিননবা কম্না হোং-নৈ। ওঝা পুং য়ৈবম্মী ভানচন্দ্রা পালগী খোংথাংনি।





ক'রিগুম্বদা বি-কোলোনি অমনা চানিং- ভাই চিঙ্গাক্ লৈত্তবা খোক্লবদি — রার্কির অমা ফাওবনা লেং ওত্তুনা চৎপা শুম্লিবগী মতম ফাওবদি কুইন বি অহুবু মখোইনা পিজে। চারা হেন্দুনা, রার্করশিংনা শিবগী অরোইবা থোরমদি কুইন বি অহুবু পিজননবা, মখোইগী খোইরাদা খোইহি মরিক্ অমা ফাওবা লৈরক্লবা মতম অহুদনি। — অম্লুম তৌহুনা ঐখোইদা হয়িংখোইনা খুদম পাওতাক্ উৎলিবা অসি ঈশ্বরনা মখোইদা অথোইবা অশেংবা, ভাইবংদা চৎকদবা লিচৎ অমা তশেংনা পিবিরহুনা উৎহল্লিবনি হায়না লৌবা য়াই। লাই গুরুগী সেবাদা, রাজভক্তিদা, জাতিগী য়াইফ থৌরাংদা ঐগী থরাই বচ্চবা অথোইবা ধর্ম্মনি।

মপুগী ভাইবং খুংশেমগী জগৎ অসিদা মশানা-ওইজবা, হোংদোক্ক-পা-য়াম্রবা থৌরম খর লৈ। একাদেমিসিয়ান লাইসেনকো না হায়রি ঃ— জাবগী-জগৎ অমসুং পাম্বিগী জগৎ অসিদা, মশামউ ফবা মান্নবা ফিবম অহু ওইরবস্নু, জীবশিং অহুদা, মখোইগী দরকার লৈবা, পিজফম থোকপা মচাকশিং অহু পিরবস্নু মখোইশিং অহুদা পিরিবা মপি অহু হায়বদি পিজবগী মরোং অহু খেন্নরবদি— মখোইশিং অহুগী মশা ফবা মফ অহু মান্নবা য়াদে। মসিদা খাইদগী মরু ওইবা রাফম অমদি, জীবশিং অহুদা পিরিবা চিঙ্গাক্তু রাৎলবস্নু ফত্তে, অহুগা হেল্লবস্নু ফত্তে। মসি পাম্বিগী জগত্তা নৈনহুনা চাংয়েং কয়া তৌবদা ওইপ্রবা থৌরোংগী খুদমদা উৎপ্রবা রানপ্রবা রাফম্নি। অঙাং য়োকপদা চায়োক্ নাওয়োক্ অরাইবা নত্তে।

খোইশিংনা মখোইগী দরকার ওইরবা চিঙ্গাক্ মথক কয়া

থিরুরগা পৈশিন্দুনা থম্নবস্ু মখোইনা মখোইগী যুম্বান অতুগী খাইদগী ইহেন হেন্না মরূওইরবী, মা নত্রবদি মখোইগী যুম্বান অতুগী থৌরম থৌশিল অমত্তসু পাংথোকপা য়াত্রবা, অমদি মখোইগী যুম্বান অতুগী মাংলকদবা মরোং কয়া অতুদগী চাক্লনবগী মশক ওইরবী কুইন বি অতুবুদি রোয়েল জেলি হায়বা অথোইবা চিঙ্গাক অতুতমক পিজে। হায়রিবা চিঙ্গাক অসিদি খোইশিংনা মখোইগী চিঙ্গাক মথল কয়া অতু চাশিল্লগা মতুদগী নিংথিনা শেম-শারতুনা, মতিক চারবা ফিজুমদা চুমথোক্লতুনা শেম্বগী মতৌগুম্না— মখোইগী মত্তৌদগী শৌদোক্লকপা অথোইবা চিঙ্গাক অমনি। মসিবু রোয়েল জেলি হায়না খংনৈ। অসুম তৌতুনা হয়িংখোইশিংনা জগৎ অসিদা হিংতুনা চৈননবগী মরমদা, খাইদগী মরূওইবা খোই মপি অসিবু য়ান্না লুনা সেবা চেক্শিন্না লেংনৈ। চিঙ্গাক্লা তাইবং জীবগী অথোইবনি চিঙ্গাক্লা বুদ্ধি জ্ঞান ফংনরি অমসুং ময়রি। চিঙ্গাক্লা পুন্সি লুংশাংবনি অমসুং তেনবনি।

মতাং অসিদা তাইবংনা থম্বা য়াবা রাকম থর — চিঙ্গাকপু মতৌ কয়া চেক্শিন্না শেম্লগা—চারগা অমদি পিজরগা, হয়িংখোই-খোইগী যুম্বান্দা উৎলিবা থেম্নরিবা মরোং অসি ওইবা ঙমগদগে? অথোইবা চিঙ্গাকী মগুণ অমসুং পোক্কম, শাংকমগী মরোং অসিনা অথোইবা মগুণ অমনি হায়বসু তশেংনা খুদম ফংলে।

## ৪শুবা পন্দুপ।

# ইণ্ডিয়াদা লৈবা খোইহি খোই।

ইণ্ডিয়াদা থাইনা খোইগী জাৎ মতুং ইন্না খোইহিগী মগুণসু থায়দোক্নমই। "সশ্রুতা সংহিতা" দা খোইহি মথল নিপাল অমসুং মখোইগী তোঙান তোঙানবা মগুণ ইরি।

"ভবমিশ্র" না "ভবপ্রকাশ" দা মতগী চাওরাক্না অমুক ফোদোক্নমই মতুদি :—

## মধুভেদা

মাক্ষিকং ভ্রমরং ক্ষৌদ্রং পৌত্তিকং ছাত্রমিত্যপি
আর্ঘ্যমৌদ্দালকং দালমিত্যষ্টৌ মধুজাতয়ঃ।

মথক্তা হায়রিবা খোইহি মথল নিপাল অসিগী মমিংদা অহানবগী মথল তরেৎ অসিনা খোইদগী কংবা খোইহিনি। অতুগা অরোইবগী নিপালশুবা অসিনা হায়বদি দাল মধু হায়বা অসিদি উনাদগী কংবনি, উনাদগী শৌদোকপা খোইহিনি।

খোইহি কংবা খোইজাৎ মথল করামুক লৈ হায়বা অসি মমাংঙৈগী লাইরিকশিংদগী থংবা ওক্লে অতুবু ঐখোইনা হৌজিক খোইহিগীদমক থরাই য়াওনা হোৎনরিবদি মথল মরিথক অসিনি মতুদি :— ১। খোইরেন (এপিসদরসতা) ২। হরিংখোই (এপিস ইণ্ডিকা) ৩। হরিংখোই নাকুপ্পী (এপিস ফ্লোরিয়া) ৪। খোউনিং খোই (দম্মার বি।)

১। খোইরেন :— মসি অরাংবা উজাওগী মশাদা লমজাওদা, অঙ্গনদা মহুন শাগল্লি। মখোইদি খোইরাম্বু অমত্তং চাওনা শাই। মখোই অসিনা খ্বাইদগী হেন্না চাওবা খোইনি। খোইহি খ্বাইদগী হেন্না খোকই। মখোই অসি য়াম্না শাওগল্লি য়োক্নুনা তেহনবা য়াদে।

২। হয়িংখোই :— কুপশিন থঙ্গিনবা মফমদা মহুম শাই। লৈননবা য়ুম, লৈন্থং, উক্রোং অহোবা, উপু, চফু, চেকপল অমম্থুং লৈপল মন্থুংদা শাগল্লি। মখোইদি খোইরাম্বু পরেং পরেং ওইনা মশিং য়াম্না শাই। অয়াম্বা মত্তমদা মশিং তরেৎ শাগল্লি মরম অহুনা মখোই অসিবু "সাতপতি" হায়নম্বু থংনৈ। খোইরা অমগী মরাইদগী খোইরা অমগী মরাই ফাওবদা ইঞ্চি অমা সেঃ মিঃ ২.৪৪ লাপ্নে। খোইহিগী চাখোক্নম্বু খোইরেমগী মথংদদি মসিনা ইরেন হেল্লি। ইণ্ডিয়াগী খোইশিংগী মন্থুংদা থুৎশেনগী উপুদা য়োক্পা য়াবা অমদি শাওগন্দবা খোইনি।

হায়রিবা হয়িংখোইগী জাৎ অরি অমুক মথল অনি শুরি, মহুদি :— চিংগী খোই, তমগী খোই, মখোই অসি মচু, চাওশাংবা, পুকচেন অমম্থুং খোইহি চেনবদা থেৎনে। তম খোইগী কুইন বিদি মচু তাঙ্গারৈ অহুগা চিংগী কুইন বিদি উৎ মচু মাল্লি, য়ুই। চিং খোই-শিংদি কিগল্লি, মখোইদি খোরনা থজিক্তুং কাম্বদা নত্রগা থজিক্তুং রেংবদা খোইরাম্নগী তুমিন তুম্লিন চৎখোক্খি। অহুনা খোইরা রেম অমনগী খোইশিংবু লায়না তাম্বোকপা য়াই। তমগী খোইদি খোর-না কয়া কাম্নবম্বু চৎখোক্তে। চিংগী খোইনা খোইহি চেনবা হেল্লি।

৩। হয়িংখোই নাকুপ্পী :—মখোইদি মোংশোংদা, উশা মচাদা মহুম শাগল্লি। খোইরাম্নু অমত্তা শাই। মখোইদি য়োকপা য়াদে। চুম্নগী হয়িংখোইদগীদি থর পিকই। খোইহিস্নু য়াম্না চেন্দে, মখোইদি থা ৩। ৪ লৈরগা অমুক পাইহুনা চৎখি। মানা মানা হৈনবী মতুং ইন্না মখোই অসি, হৌজিক্ মতমগী থুৎশেমগী খোই উপুদা কাহুনা থম্নবদি উপুদগী মপান্দা থক্ পাইখোক্তে, অহুবু উপু অহু মখারোমদা মখোং কাৎপগী মহুত্তা মথক থংবা উপুগী রূপ অহু হাংদোক্তুনা থম্নবদি পাইখোক্ পাইশিন ভোই।

৪। খোইনিং খোই :— মখোইনা উক্রক্ অমসুং উগী অহোবদা মহুম শাগল্লি। উদগী লোবা গমগুম্বা অনপ্পা পোৎ জাৎ অমনা মহুম শাই। খোইরাগী মরোংশ্নু খোই অতৈগা মান্নদে। মখোইগী খোইরা অসিদগী লোবা খোইরু অহুবু খোইনিং হায়না থংনৈ। খোইনিং হায়রিবা খোইরু অসি মুম্নুক্ মুই অমসুং য়াম্না নপাই। অনিশুবা লাঞ্জাওগী মমাং অমদি মতম অহু কাওবদা মণিপুরগী য়ুমখোং থুদিংগী চংদবা য়াত্রবা পোৎচং অমা ওইরমই। মোইথাপ্ নাইবগী (মৈতৈ লং নাইবগী) তরেংগী লংহি তাবদা মহুনা সিৎলগা শিজিন্নৈ।

খোইনিং খোইগী খোইহিস্নু মতিক চানা খোকই হায়বা য়াই। মহাওদি অথুবদা শিত্তক্ ভোই। করিগুম্বা খোইনিং খোইগী খোইহি অসি লোবা ভারবদি খোইশিং অসিদি লোইনমক্ খোইহিদা নুপ্তুবা শিখি।

## ৫ শুবা পন্দূপ

# হয়িংখোইগী য়ুম্বান্দা দ্রোন।

হয়িংখোইগী য়ুম্বান অমা হায়বা অসিদা খোই চামাগী মহুংদা ৯৯ না অমোম ঙাক্তনা ওইবনি। অদুগা শরুক্ অমনা "দ্রোন" হায়না খংনবা খোইগী লাব', অনোইবা মশক্ থিবা, রার্করশিংদগী খর হেন্না চাওবা অমুবাশিং অদুনি। মখোইগী মশাদু য়াম্না শিংই। মখোইনা পাইবা মতমদস্মু মখোন — বু—বু—লাওই। মখোন অদু তাবদা কনাগুম্বনদি চিক্নদরা হায়বনচিংবা নুংশা থিবা য়াই অদুবু মখোইদি করিস্মু তৌদে। মখোইগীদি অতোপ্পা জীবদা চিক্লবা খুৎলাই মামুস্মু পান্দে, মচিনস্মু ইপং পংই। রার্করগী মচিন্না থবক থৌরম কয়ামুক্তা শিজিন্নৈ। অদুবু দ্রোনশিংদি মখোইগী মহুমগী থবক অমওস্মু তৌদে। মখোইগী তেল্লবা মরৈ অদুনা মথুম খুমজিন্দ্রিবা খোইহিগী সেলদগী খোইহি লৌদুনা চাবা নত্রগা রার্করশিংগী মচিন্দগী খোইহি লৌদুনা চাবা অসি নত্তনা করিস্মু তৌবা ঙমদে। "মশাগী হিংজননবা পাদ্বৈ মশাগী লৈজদে" "মীপান্ ভাংবা ভারি"।

ভশেংনা হায়রবদা দ্রোনশিং অসিদি রার্কর হায়বদি চাক্থিবী, ফোরেজর বিশিংনা পৈশিন্দুনা থমজবা চিঞ্জাক্ অদু চারদুনা হিংদুনা লৈবনি। রাফন অমগা থম্ননিংঙাই ওইনা লৈরে — রার্কর বিশিংনা দ্রোনশিং অসিবু মচিন্না মচিন্দা চাননবা চিঞ্জাক্ অদু ইন্দুনস্মু পিজে। ফনা ফজগ্রবা থৌরোংনি "সতী ধর্মগী লময়োৌবিনা"। নুপীগী লিচৎ করিনো ভাক্লি। চিঞ্জাক্ অদু নর্ম বিশিংনা

মখোইগী মহারাণীদা পিজবা রোয়েল জেলি হায়বা অখোইবা চিঙ্গাক্ অতুগুম্বা পিজবদি নত্তে। অচম্বা চিঙ্গাক পিজৈ। ভ্রোন অসিদি মখোইগী য়ুম্বাল অত্তদা মতম থরগীদমক্তা লৈরম্মনি, লৈখিদবসু য়াই হ.য়বা মরু ওইবা মরম পুম্নমক অসি নর্শ বিশিং অসিনসু থংবগুম্ তৌই। থগ্নবা য়াই "মীপান তাংবা মীতাগী লাইবক্ মীথুত্তা লৈ" ইরৈপাক্ ইজাতিগী রাথল কাওনরোই— । ভ্রোন অসিদি হাতম ওইরিবী মহারাণী কুইন বি অমগী শিওমদা হৈরু নাউপল পিবন: মখোইগী মথৌনি।

মসিদা চিংনরোইদৌবা রাকম অমনা খোইগী লাবা ভ্রোণ হায়বা অসিদি—নর্শ বি, ফোরেজর বি, গার্ড বিনচিংবা রার্করশিংগী দমক্তদি. থোইদোক্লা দরকার লৈতে, মখোই অসিদি শুপ্নগী কুইন বি হায়বদি মখোইগী য়ুম্বান অতুগী মবেম্মা ওইগদৌরিবী খোই মপি মহারাণী অত্তগীদমক্তা দরকার লৈবনি। মতুম্সু হাতম ওইরিবী কুইন বি অমগী মপুক্কিদা অমুক্তং ভ্রোন অমথক্তংগী দরকার লৈবনি। রাস লীলাগী "এক্ গোপি এক্ শ্যাম" গী মতৌগুম্না ভ্রোন কয়ানা রার্কর হায়বী অমোম কয়াগা লোইননা লৈমিম্নহনসু ইথৌলাংনবা লৈতে।

হয়িংখোই লাবা অসিগী থোইদোকপা অঙকপা শারোং শাদা অমনা মাগী মকোক্ মতুম ওইনা পাল্লি, মকোক্ অসি মমিং ঙাক্তগী মতম ওইনা তৌই। মমিং নহা ১২০০০ দগী ১৬০০০ ফাওবা মমিং অমদা পাল্লি। অতুগা অচম্বা মমিং অহম অতুনা মরাইবক্তা পাল্লি। তোঙানবা থোইদোকপা রাকম অমসু হায়রি মখোইগী

ফিলর অসি তাংকক্ ১৩ শুরি, রার্করগী তাংকক্তগী অমা হেল্লি মচুগীস্ন মথক্তা ড্রোনগী ফিলরগী শিংলিতোং অসি মশিং ৩০,০০০ শুরি, হায়বদি রার্করগী তোংশাগী শরুক মঙানি।

ড্রোনগী মনিং অচৌবা অমদি মরূ ওইনা মখোইগী ফিলর অচুগী মথৌদি হাতম ওইরিবী কুইন বিবু কোইথি থিননবগী অচুগা মখোইগী অকনবা লিংলবা মশা অচুনা, হাতম কুইন বিনা পাইখিবা অয়াংবা খোংচৎ অচুবু তাগবা ঙম্মনবগীদমক্তনি। মশা ফবা কুইন বিশিংনা ড্রোনশিংদগীস্ন হেন্না য়াংনা পাইবা ঙমই। থম্নবা য়াই,— কুইন বি হায়রিবী অসিদি ড্রোন্শিং অসিগা লোইননা মকোন অমত্তদা লৈমিন্নরগা মখোইনা অমুক্ থিরুবা — তাম্নরুবা ঙম্মনবগী মরোং ওইরিবা অসিনা করিগীনো ? জাৎকী থুহু হোংবা হৌনদে।

হাতম ওইরিবী কুইন বিগা লোয়ননা পাইমিন্নবগী মতম ওইরবা ফাওবা "অতনবা" রাথন অমত্তস্ন থন্থরুবা তৌত্রবা ড্রোনশিং অসিনা খোইরাদা করিস্ন থংদনা তুমিন্না লৈ। অচুবু মখোইনা থুনা য়াংনা কোইচৎ চৎলি, মখোংলোমদা অমুক থোক, মমুংদা অমুক চৎ অস্নম তৌবা অসিদা কুইন বি অচুনা মশাগী ইরাং হৌরকই— পাইখোকই, মতম অচুদা ড্রোনশিংনা মাবু পাইচুনা তায়ে। অস্নম তৌবা অসিদা অতোপ্পা খোই উপুগী ড্রোনশিংস্ন য়াওই। মহুম্মদগী প্াইখোকখিবা মিনিট থরগী মতুংদা কুইন বি অচুনা মাগী শিওম অচু হৈক্রনাউপল্লচুনা হল্লকই। মানা এলাইটিং বোর্ড অচুদা পাইথরক্লগা, মিকুপ থর লেপ্পুনা পোৎথারমই, অচুগা

মকোন্দা চংখি। ত্রোনশিং অছুম্মু মথং মথং ওইনা, উত্তিলগী পরেং চৎপগুম হল্লকই।

করম্বা ত্রোনগা লোয়নছনা হৈক্রুনাউপলখিবগে হায়বদি খংবা ঙমদে। অছুবু খংনরবা রাক্ষম অমদি কুইন বিগা লোয়ইন্নবগী পাইক্ক-রগা হল্লক্লবা ত্রোনশিং অছুগী মরক্তা মাদি য়াওরক্কে হায়বা অসিনি; মরমদি ত্রোন অমগী মপোক্কী ওইবা খোদাং থবক অছু পাংখোক্লবদা ত্রোন অছুগী মাগী লাবা ( নিপা ) ওইবগী পোৎচং অছু কাইখিছনা থুদক্ অছুমক্তদা মথরাই থাখি। "ব্রহ্মচারী" গী মগুণ তাক্লি। কুইন বিবু তাম্নবা ফংলছনা মখোদাং পাংখোকখিবা অছনা মাগী মপুক্সিগী অরোইবা শুমিৎ ওইরে। অতোপ্পা ত্রোনশিং অছুদি ওলাংথা চুপ্পা অত্ত হুংঙাইনা পুক্সি তোপ্লোইনা ইংনা হিংছনা লৈবনু য়াই। অছুবু মখোইনদি মীগী মীপাল তাংলগা হিংবা কাংবু ওইবা অসিনা, রার্করশিংগী থম্মোইদা মখোইগী মপুক্সি লৈবনি।

মথক্তা হায়খ্রে ত্রোনশিং অসিদি মথুম থুমত্রিবা সেলদ' লৈবা খোইহি চারগা অমদি রার্করগী মচিন্দগী ইন্ বিরকপা চিঞ্জাক অছু চারগা হিংবনি। অসুম ওইবা মশাগী হক্চাং কায়াৎ অছুগী খোঙং অছুনা, মরম ওইরছনা ত্রোনশিং অসিদি হিংছনা লৈবা তাবদা চাননবা চিঞ্জাকীদমক্ রার্করশিংগী মথা পোম্ন লৈ। মসিনা মরম ওইরছনা মখোইগী শিখিনবগী অমদি হিংজননবগী খোশিলম্নু রার্কর-শিংগী মপুক্লিংগী মথা পোল্লি। হায়বদি মখোইগী খোজালগী মথা পোল্লি। পাম্বিশিংনা মপাল শাৎপগী মতম লোইশিল্লক্কনা, লৈহি লৈরিক লৈরক্লবা অমদি ফংবদা রারক্লবা মতম হেক লাক্পদা

রার্কররশিংনা দ্রোনশিংবু তাথিনা শাওবা হৌরকই, মখোইবু চিঙ্গাক্ রাংনা রাংনা পিজবা হৌরকই।

কালেন থাগী মমৈদা লাইবক থিরবা তুমিং অমদদি অরা অনা শংদনা, লৈজে তুংদে উদনা অমদি অরাংসু লাকনি শক্লুব লৈজনা চুংঙাইনা পান্নবা দ্রোনশিং অতুগী পুন্সিগী অরোইবা তুমিং য়ৌরক্লে। সেলদা লৈবা খোইহিশিং অতুসু লোইনমক্ মথুম খুমজিনথরে, ক্লোরাদা চাকথিরুবী রার্কররশিং অতুসু মখোইনা হল্লকপদা অনৌবা লৈহি পুরক্করে। থৌদোক অসিনা রার্কররশিংনা অতনবা দ্রোনশিং অতুগী মথক্তা লমন থুম্লিংবগী থবক চংথরকপা "আন্দোলন" তৌবা হৌরে "রারোত" তৌরে। দ্রোন পুন্নমক অতু মখোইগী মহুমদগী তাংখোকপা হৌরে। থৌরোং অসিনা শংলে — মশানা মশাগী মখোংদা লেপচবা ঙমত্রবা মী অমদি দেশ অতনা চুংঙাইরক্তনা মতম লেনবদি হয়িংখোইগী দ্রোনগী পান্দম্নি।

করিগুম্বা রার্কর থর দ্রোন থরগা খোই উপুদগী লৌখোক্লগা, লিক্লিগী জার অমদা পুন্না হাপচিন্দুনা থম্লবদা হৈপাল লৈপান্না নিংথিনা শাংলিজে, লৈহিগী মতমদদি রার্কররশিং অতুনা, ঙসি মখোইগী মহৌশা লৈরম্বা মকোন অতুদগী অচিকপদা লৈবগী মথরাই চুংঙাই-তবনা, চুংনাংতনা লৈরিজে অতুদসু মখোইগী য়ুম্বানগী মরু ওইবা থৌয়ু অমগী মথরাই মাংখিদননবগী মরোংদা চানিংবনা মরৈ তিং-খোক্লকপা দ্রোনশিং অতুবু মহৌশা খোই উপুদা লৈবা মতমদা তৌবঙ্গা, মখোইগী লৈজবা খোইহি মরিক অমা কাওবা মচিন্দা ইনবিহনা পিজে।

বসন্তগী মমৈদা চিঙ্গাক্লা চিরবা মতমদা মথক্তা হায়রিবা অসুম্না লিক্লিগী জার অমদা থম্লবদি অসিগুম্বা পুক্চেন শোইজেন কজবী, লমচৎ লিচৎ নিংথিরবী, ফিদম্ফমগী মশক ওইরবী মতৌ অসি কপ্না লাওনবগী, থৎনা চৈনবগী, শাথিনা সুংশিনদবগী মরোং অমা ওইরকই ; চুমই, মসি চানিংঙাই রাৎলবা য়ুম্বান অমগী ইমুংগী পান্দম্নি। হৈপাল লৈপালনা হৈকোল লৈকোন্দা মপাল শাৎলক্ত্রবা, উনানা নাপু শারবা, মহৌশা কৌবী লাইরেম্বী প্রকৃতিগী শক্কম্না ওল্লকবা মতম অসিদদি জীবশিংগী মহৌশাগী ওইজবা অমগা অমগা মরি লৈনরম্বা সুংশিনরম্বা অহু থম্লনিংঙাই ওইবা পুক্চেন হোংবগী মরোং অমা লাকই। লিক্লিদা য়াওরিবা রার্করশিং অহুনা ড্রোনশিং অহুগী মথক্তা লান্দাবা হৌই। ড্রোনগী মশা অহু চিক্থৎলি ; মশা লুম্লবা ড্রোন অহুবু রার্করশিং অহুনা মখোইগী মখোং ৬ অহুনা কম্না কাহুনা কোল্লগা, মঙাম্না লৈবা মাইকৈরোমদা পুহুনা চৎননবগীদমক্ লিক্লি অহুদা কম্না কম্না পাইখোক্কে হোৎনৈ। মশা লুম্বা ড্রোন অহুনা অমুক্ মথাদা ভাপ্রবসু অমুক্ হম্না লোথক্তুনা মপান্দা হুন্দোক্লনবা কম্না হোৎনৈ।



ওলাংথানা লোইরক্লবদা হরিংখোইশিংনা নিংথম্থাগী-দমক চেক্শিনবা শেম শাবা হোরক্লে। মতম অসিদা রার্কর-শিংনা—মীগী লাম্বা থেংনবা ওমজননবা মায় হায়বা অহুসু পাজত্রবা, মথক্তা হিংজবা ওম্বগী পাম্বৈসু

লৈজদ্রবা ত্রোনশিংগী মথক্তা তুংশিহৈতবগী লিচৎ তৌবে। ত্রোনশিং অদুবু মকোনগী থোংজংগী মপান্দা তাম্বোক্‌পিরে। থৌরোং অদুদদি থোংজংগী ঙাক্ শেনবগী থবক্ পুরিবা গার্ড বিশিংনা ঙাক্ শেন্দুনা লৈবনা মরম ওইনদুনা অমুক হন্না মকোন্দা চংলক্‌পা ঙম্বগী উপায় লৈত্রে। মরম অদুনা তুংথিনগী মতমদদি মখোইনা হিংবা ঙম্মমইদি হায়ববু, তুমিৎনা তাথ্রবদা অইংবা অদুদা ত্রোনশিং অদো মথং মথং অমম্মম ওইনা শিগি। অম্সুম তৌদুনা অমম্বা অইংবা অহিং অমদদি, মখোইগী তযাং তযাংলবা অশিবা মশা অদো— মহৌশা কৌবা লাইরেম্বীনা শরত ঋতুগীদমক্ মালেম লৈমবু অমুক্ নোহৌনা শেমশাবগী থৌবাংদা — কেন্দুনা লৈরবা উনা অকংবশিং অদুগা লোইননা মালংগী ইপোয়্না হুমদোকখি। অম্সুম তৌনা মখোইগী মপুন্সি লোমখ্রে। ফনা তুংঙাইজরম্বা নীতা ওইদুনস্তু মানা জাতিগীদমক্ থরদং হোৎনবংদুনা মিংচৎকী উবোং থিল্লমদ্রবা মীগী মমিং অদু ইতিহাসগী লানাইদা য়াওদবগুম — ত্রোনগা মপোক্ হয়িংখোইগী যুদ্বান অমা হায়বা অসিদা অমা ফাওবা য়াওঙমদে।

অদু ওইরবদি করিগীদমক হয়িংখোইগী যুদ্বান অমদা ত্রোন মশিং অম্সুক্ য়াম্না কোমক্রিবা হায়রবদা অম্সুম্না থম্নবস্তু য়াই, মদুদি হয়িংখোইগী যুদ্বান অমা য়াম্না থুনা চাওখৎহন্ননবগী থৌরাংদা চংলিবা অসি, মরম ওইনা কুইন বি মতিক চারবা অমনা ওই। মাগী শিওম অদু নিংথিনা হৈরু নাউপল্লকী ওইগদবনি। থৌদোক্ অসিদা, করিগুম্বা ত্রোনগী মশিংনা য়ামত্রবদি— কুইন বি অদুনা মাগী লোয়রতাম্বা পাইবা অদুদা হৈরু চুপথা পিরগী থবক অদু পাংথোকপা

ঙমদনা হল্লকপম্ব য়াই। শোইদনা পাংথোক্লবগীদমক্ ভ্রোনগী মশিং য়াম্বগী দরকার ওইগনি। কুইন বি অমা হায়বী অসিনা মখোইগী য়ুম্বানগী থাইদগী মরূ ওইবী, থৌবু অমনি, অহুনা মাবু মতিক্ চাননবা থৌরাং তৌবনা অথোইবা থৌশিল্লি।

ভ্রোন হায়বা অসিদি হয়িংখোই য়ুম্বানগী অথোইবা থৌবু অমদি নত্তে। মখোইদি মতম খরগীদমক্তনি, চহিগী অয়াম্বা মতমদা মখোইদি য়ুম্বান অসিদা য়াওদে লৈত্তে। মখোইনা লৈবদি বসন্তগী মমৈদগী নোংজু মতম য়োরকপা কাওবদনি। মভাং অসি ফাওবদা ভ্রোনশিংগী অফবা মগুণ অমত্তা য়াওদবা মথৈ নৈনক্লরবস্থ থাঙ্গৈশেংবদি ভ্রোন অমথক্ অহুনা জাতিগীদমক ওইনা মথরাই কৎথোক্তনা শিরমত্রবদি, হায়বদি. হাতম কুইন বি অহুবু হৈরু চুপথা পিরমত্রবদি. হয়িংখোই য়ুম্বান অমা হায়বা অসি লৈরম্খোই-দোবনি। মসিস্থ কাওথোক্পা য়াত্রে, চুমদে।

মথক্তা নৈনখিবা রাকম পুয়মক্ অসিনা থংলে, ভ্রোন বি অসিনা মশা মথন্তা চানিংঙাই থিহুনা হিংহুনা লৈবা ঙমদে। অহুগুমহুনা কুইন বি অমস্তুং রার্করশিং অসিস্থ মথন মথন্তা হিংবা ঙম্বগী পাম্বৈ লৈত্তে। অহুনা হয়িংখোইশিংনা মখোই পুম্না লৈমিন্নবা নত্রবদি মখোইনা য়ুম্বান অমা ওইনা হিংহুনা' লৈবা ঙমদে, গুপয়া য়াদে মসি মহৌশানি। জাতি অমগী চাওথৎ থৌরাংদা শিল্লম খুদিং চিৎথবা য়াদবগুম অমনা অমবু থৌওইদবা চুমদে।

খোইরাদা লৈহি লৈরিক্লা ফনা নিংথিনা লৈহুনা চিঙ্গাকী অরাং অপা লৈত্রবস্থ কুইন বি অমা মথন্তা থাজিম্লুনা থল্লবদি,

মহুম অহুদা মাবু পিজবিনবা অমদি মাবু অশাবা মনিল পিবিননবা ৱার্কর অমত্তুন্দু লৈত্রবদি কুইন বি অহু শোইদনা শিরে।

অতনবা মীগা চাংদম্নরবা, অতনবনি হায়না লৌৱবা, ৱার্কর-শিংনা গুরগা মানা চাহুনা হিংবা ড্রোন, খোইগী লাবা অসিম্নু অহুমশাই মহুম অহু শাব লোইরহুনা মহুদা লৈরবদা, মখোইবু মৈশা মনিন্ পিবিননবা অমদি মখোইগী চিঞ্জাক্ পিবিননবা—ইনবিননবা লৈত্রবদি মখোই শোইদনা শিরে।

ৱার্কর হায়রিবী হৈ শিংলবী, থৌরম থৌশিল পুরিবী, মথৌনা লৈরবী অসিম্নু অহু মশাই মথন্তনা হিংহুনা লৈবা ঙমদে। মথন্তনদি চিঞ্জাক্ পৈশিনবা ঙমদে, খোইহি অসি খোই অমথক্তংনা ওইহনবা য়াদে। ৱার্কর খোই অমগী মশাদা, মথবাক্তা খোইরু শৌদোক্‌ফমগী তোংশা লৈরবম্নু মথন্তনদি খোইরাগী পিক্‌থবা শরুক্, সেল অমা ফাওবা শাবা ঙমদে। মহাক্না মাগী মশাহু শাগৎলক্‌বা থৌরাং কয়া হোৎনজবদি য়াই অহুবু খোই উপুগী মপান্দগী অইংবা অহুনা মাবু শোইদনা শিহনগনি। মশানা মশাগী অইংবা অত্ত থক্ পিংবা ঙম্মোই।

মতাং অসিদা হয়িংখোইগী এনাটোমিষ্ট্ অমম্নুং ফিজিওলো-জিষ্ট্‌শিংনা তশেংনা য়ানরবা ৱাফমদি—হয়িংখোইনা হয়িংখোইগী কোলোনি অমদা হিংহুনা লৈবা য়াবা হায়বা অসি কোলোনি অহুনা হিংহুনা লৈরবা অত্তদা ওইবনি, নত্রবদি নত্তে। মালেম অসিগী থৌরোংম্নু অহুমশাই—লৈবাক অমদা হিংহুনা লৈবা য়াবসিদি লৈবাক অহুনা হিংলবতদা ওইগদবনি। জীবগী জগত্তা ওইরিবা

মপু মাগী থৌশিল থৌরমগী নিয়ম কয়ামুক হয়িংখোইশিংসু তৌবা তাবনি। মখোইস্মু স্বর হোনবনি অমস্মুং চিঙ্গাক চাবনি।

হয়িংখোইগী য়ুম্বান অমদা খোই লিশিং কয়ামুক লৈরবস্মু, ইচম চম্না হায়রবদা মখোইশিং অসি অমগা অমগা থক্ থাদোক্লবা য়াম্রবা জীবগী কাংলুপ অমনি। মখোই অসিদি জীবগী জগৎ অসিদা লৈরিবা, পুন্না লৈমিন্নবা জীবশিংদগীস্মু পুমতোন তোঙানখ্রবা জীব মখল অমনি হায়না লৌই। তাইবং পানবগী ফিদম্নফমগী মশক্কি।

খাই পুন্না স্নংঙাইনা লৈমিন্নবদা, মখোই মশেলগী মরি লৈনবা অমস্মুং-অমনা অমগী মখা পোন্দুনা লৈননবগী থৌরম থৌশিল অসি, অস্নক্কী মতিক্ নিংথিজখরে অমস্মুং নিয়মগী মখাপোন্না লৈনখরে, মতুদি—মখোইগী অপুনবা য়ুম্বান অতুগী থৌবু, মখোই খুদিংমক্কা —মখোই খুদিংগী ওইবা, শোইরগদবা থৌরম থৌদোক্ খুদিংদগী শোইথিবা হায়বা অতু তৌদননবগীদমক, ঙাক্‌খোক্লা লৈবা য়াননবগী মথৌদাং চেক্‌শিন্না পুনরি।

হয়িংখোইগী য়ুম্বান অসিদা মখোই মশেল অমগা অমগা নিংথিনা পুক্‌চেল লিংজেল মান্নবা স্নংশিনবা ওইরিবা অসিগী মরু-ওইবা মরমদি চিঙ্গাক্ অতু মান্ননা পুন্না তিন্ননা চামিন্নবদগীনি। হায়বদি নর্শ বিশিংনা মখোইবু অঙাং ওইরিঙৈদগী হোনা মান্ন মান্নবা চিঙ্গাক্ পিজরক্‌পা অতুনা মখোইগী হকচাংগী কায়াৎকী ফিবম্ মরোং মান্ননা চাওরকই অমস্মুং মখোইগী রাখল পুক্‌চেনস্মু মান্নরকই। শারোং শাদা মান্নবা, পুক্‌চেল খোইজেল মান্নরকপা অসিদি—মখোই অপুনবনা, মখোই অপুনবগী ওইনা শারবা খোইরা অতুদা

মখোই অপুনবনা কংলকপা অচা অথক্ অদু পৈশিন্নগা মতুদগী মখোই অপুনবগীদমক্ ওইনা শেম্নবা চিঞ্জাক্ অদু চান্নহুনা অদুগা নসিগীসু মথক্তা, অচিক্ অশাসু চাং মান্ননা ফংমিন্নহুনা মহুম অমত্তদা পুন্না চাওমিন্নরকপা অদুদগীনি হায়না লৌনৈ। ঐখোইনা উরে ময়ামগী চিঞ্জাক্তগী তোঙানবা চারু শক্রুরগা ময়ামদগী রাথন তোঙান-বগুম তৌই।

হৌজিক্ হয়িংখোইগী মুস্বানগী, বাইওলোজিষ্ট্, এনাটোমিষ্ট্, ফিজিওলোজিষ্ট্ অমসুং জেনেটিসিষ্টনা পুন্না থংননবা হোৎনরিবা রাক্তম অমনা—"মতৌ করম্না হয়িংখোই অমনা অমদি মখোই কাংলুপ অমনা, মখোইগী মুস্বান অদুগী দরকার ওইরকপা, তৌবা ভারবা থবক্শিং অদুবু পাংথোক্তুনা মুস্বান অদুবু মথং মথং চাওখৎ-লক্পগী খাক্তা পুখৎলক্পা অদু ঙম্লিবনো" হায়বা অসিনি। মতুম্মী খুদম ওইনা হায়রবদা সুংশাগী মৈশানা কনমল্লহুনা মহুম অদুগী মৈশা হেন্নবদা—কনানা করম্না নখোইশিংদা পাওজেল পিহুনা, মখোইনা মৈশা হেন্নে হায়বদু খংহুনা, মখোই ময়াম ভিন্নহুনা—মাশানা সুংশিং হুমহুনা, কন্না হোৎনহুনা মহৌশাগী ওইবা য়াবা, অচিক্ অশাগী চাংদা থমগদবনি হায়বা অদু খংলিবা, "সুংশাগী মৈশানা ঐখোইগী কোলোনি অসি টেম্পরেচর হেনগৎলক্লে!" অসি হায়না পাওজেল ওরদর তৌরম্বা য়াই। অদু ওইরবদি করিগীনো, মখোই খুদিংমক অহুনা, অমত্তা চিংথদনা ওরদর অদুগী মতুং ইন্না থবক চংথক্লিরা? মাশানা সুংশিং হুম্বগী থবক অদু, মখোই থরদংদনা তৌরিবা অহুনা করিগীনো? অদুদসু নত্তনা—মখোই থবনা খোই

উপ়ুগী এলাইটিং বোর্ডতা, খরনা মখোইগী থোংজংদা, অতুগা খর অমনা মরুম মচা লৈকমদা হুংশিৎ হল্লিবা অসিনা করিগীনো ! করম্না তৌরিবনো ! অসিনচিংবা অসিগী রাখল্দা থল্লনিংঙাইনি ।

থল্লপ্রবা রাক্‌ম কয়াগী মতুং ইন্না, মখোই অসি মশাগী হকচাং কায়াৎনা, মশানা ওইজরকপা ওইরম্বসু য়াই হায়না লৌরসি অতুবু মখোইগী কোলোনি অতুগী কুইন বি অতুনা মাংখিবা থোক্লবা মতম-দনা মাংথ্রে হায়বা অতুগী পাও অতুনা করম্না কনাদগী খংবগে হায়বসু রাক্‌ম অমনি ।

হৈপাল লৈপালদা মপাল শাৎলক্লে অতুনা মখোইগী মরক্ম লৈরিবা, অতনবা ড্রোনশিং অতুবু তাম্বোকপা মতম য়োরে হায়বা অতুনা করম্না খংলিবা । অতুগা করি থন্দুনা রার্কর ময়াম্না অনৌবা কুইন বি পোক্লনবা, কুইন পোক্লকক্ম কুইনশেল শাগৎলক্লিবা, অতুদসু নত্তনা কুইন বিনা পোক্লকদবা হুমিৎ থরনিগী মমাংদগী হৌনা "চুগজাক্ পাম্বিগী মতৌগুম্না হায়বদি লৈপাক্লৈ পাম্বিগী মতৌ লৌদবমখৈ" ড্রোন খোই লাবাশিং অসি পোক্লকনবা ড্রোনসেল হায়বা রার্কর সেলদগী থর হেন্না লাওনা অমম্বুং রাংনা শাগৎলক্লি ?

থল্লরিবা খৌদোকশিং অসিদগী উয়ে, তৌগদবা থোক্লোং লাকপা খুদিংদা—মখোইবু খংহল্লনবগী পাওজেল পিবনা ওইরম্বসু য়াই নত্রগা মহৌশাগী ওইবা ঈশ্বরনা পিবিরক্লবা জান্দগীবু ওইরবসু হয়িংখোইশিং অসিনা মতম মতমগী ওইবা তৌগদবা থবকশিং অতু নিংথিনা—মশানা খংনা পাংথোক্লবা হোৎনরি, পাংথোক্লি হায়বা

অসিমদি উনরি। ঐখোইনস্থু ইথৌ মশক্ খংবা চুমই। তাইবং মীনা শিমল্লস্থা অসিনা, ইথৌ মশক্ খংবা রাবদগী, ইজাতিনা লৈখা তানরি।

হান্নদগী খংনরবা রাফম অমনা, হয়িংখোইশিং অসিদি অমনা অমবু মুংশিবা হায়বা, মুংশি হৈথ্রবা জীব অমনি। মখোই ময়াম অতুনা হোৎনরিবা থৌদোক্ থৌরম পুন্নমক্ অতু, মখোই মখোইগী ফননবগীদমক্তনি অতুগা মখোই মখোই অমম্মম্না মশাগী হোৎনরিবা থবক্ থৌরাং পুন্নমক অতুস্থু মখোই অপুম্বগী হায়বদি থাইগী য়াইফ-ননবগীদমক্তনি, লৈশেম্ মপুনা তাইবংদা তৌগদবা থৌরাংগী থৌরোং কয়া, ঐখোইদা উৎপিতুনা শেমথ্রবা--পুন্না হিংমিন্নবা জীব মথল অমনি হায়না লৌবদা তাইবংগী কান্নবা ওইফম থোকই। খোইহি ফংহনবনা মরম ওইরহুনা, ঐখোইবু তত্তনা নিংশিংহল্লি মখোইনা।

## খোইরুগী য়ুম্ফম।

ঙসি ঐখোই অয়াম্বনা খংনরে, হয়িংখোইগী মহুম খোইরা অসি মখোইগী মশাদগী শৌদোকপা খোইরু হায়বা অতুনা শাবনি। মখোইগী মশাদা মথবাক্তা "রাক্সপোকেট" হায়না খংনবা খোইরু শৌদোক্ফম তোংশা লৈ। খোইশিংনা মখোইগী মহুম খোইরা শাবা অসি মথক্লোমদগী মথারোমদা শাথরকই, হায়বদি অহোবা উক্রোংগুম্বদা শারবস্থু মথক্লোমদা শৌজিল্লগা মথারোমদা য়াম্হনা

শাই। খোইরাত্থু শৌজিনবা অমদি চেক্‌খাইবা শৌজিন্নবগী থবক অসিদি "প্রোপোলি" হায়বা পাম্বিগী অনৌবা য়েনিংদগী লৌবা অনপ্পা পোৎ মখল অমনা নপশিল্লি। খোইরাশিং অসি পরেং পরেং ওইনা য়াম্বত্থুনা শাই। নক্কবা খোইরা অনিগী মরক অসি মিলিমিটর ১০।১২ লাপ্পে, খোইশিংনা খোইরা অত্থুদা হনগৎহন্দা চৎথোক্‌ চৎশিন তৌবা য়াননবগী মরোংদা চাওরাক্লা খোই অনিগী মরেপ্লোম লাওনা হাংই। মত্থুদা মখোইনা চৎপদা অমগা অমগা থেংনদে।

খোইরা অসিগী নাকন অনিদা খোইরুগী মচেৎনা খাজিনবা চুথেক্‌ তরুক্‌ নাইবা অহোবা মচাশিং পরেং পরেং লৈ। মসিদা হয়িংখোইশিংগী মরুম মচা কোক্‌ফম ওই, অত্থুগা লোইননা মখোইগী চাননবা চিঙ্গাক্‌ পৈক্কমন্থু ওইনৈ। মখোইগী খোইরাগী সেলশিং অসি অসুক্কী মতিক্‌ নিংথিনা চাং মান্নবা শাই মত্থু য়েংলগা অঙকপা অমনিদা হায়রগা অত্থুম তোক্লে। চাংয়েং তৌবা কাংবুনা মখোইগী খোইরাগী মরোং চাং অসি লৌরগা শারবা নত্রগা মখোইবু চাং হোংত্থুনা তম্বিবা য়াবরা হায়বগী মতাংদা, থৌশিল কয়া হোৎনত্থুনা য়েংবদা, মসিদি মহৌশাগী ওইবা ঈশ্বরনা লোইনহল্লক্লবা, পিবিরক্লবা জ্ঞান্দগী ফংলবা অমনি হায়না অত্থুম লোইরে।

খোইরা শাবগী মরোং অসি য়াম্না থুনা শাই— পুং ২৪ গী মতুংদা সেল লিশিং কয়া কয়া শাবা ঙমই। হয়িংখোইশিংনা খোইরা শাবগী মতৌ অঙকপা কংনা নিংথিজে, মখোইনা খোইরা শাগদৌরিবা ফ্রেম অত্থুগী পাক্কদবা ঙমথে অত্থু কাওবা মখোই ময়াম্না পরেং শানা য়াম্বত্থুনা তোংই—য়েংবদা হেক্‌ কাওথোক্‌থিত্থুন।

—"শোরারেনগী পারিজাৎ পরেংনা নিংথিজবা অমসুং উরুবদা, নোংথাংলৈমনা, মরক্তা ক্রুগোই শারিনাল্লে হায়না খনগনি।

পারিজাৎ পরেং থুদিংগী মথক্ ইথং থংবা খোইশিং অমসুং মথক্ ইথং থংবা বারদা মখোইগী মখোং মরি মরিনা চপ্ চপ্ মান্ননা য়াম্থতুনা তোংই, অদুগা থুদুংগী মখোং অনি অনিদা মথা থংবা পরেংদগী মখোং মরি মরিত্ত য়ান্দুনা পাইরি, অস্তুম তৌদুনা মথংগী পরেং অদুনা মথং অমগী পাইরি, অদুনা পরেং পরেং য়াম্থতুনা তোংবনা বাক্তমবোর্ড য়ৌনা য়াম্থবসু য়াওই। মসিদসু নত্তনা অতোপ্পা পরেং কয়া অমসু হায়গী পরেংদা লৈবা খোইশিং অদুগী ময়াইগী মখোং-শিংদা য়াম্থতুনা য়াওরিবা অমসুং উরগা—ওয়াগী পেনা চৈজিংদা শরিক্লা য়াওল পিবগুম নিংই।

রার্কর বিশিং অদুনা মগোইগী খোইহিগী চাক্থাও অমসুং খোই-রাদগী খোইহি থল্লা থল্লা থক্চিল্লে, অদুগা অস্তুম্না পরেংদা লৈবা অসিদা মখোইগী মসাদা য়াওরিবা পিক্রবা কারখানা অদুদা "রসায়ণ"গী নিয়ম অমা চৎথরি—হৌজিক্কী খোইহি অদুনা মযুম হায়বদি মতুম শাননবগী পোৎশক্ খোইরু হায়বা অমসুং ওম্মোক্লে। খোইহি কিলোগ্রাম মরিগুম্বনা খোইরু অমসুং কিলোগ্রাম অমগুম্বা থোকই। মশাদগী খোইরু হেক্ শোদোক্পগা মানা ময়ামগী পরেংদগী থুনা য়াংনা মথক্লোমদা চেনথংলি, অদুগা মাগী মখোং থুডং অদুনা খোইরু মপাক্ অমসুং লোখোক্লগা মতু খোইরাগী সেল শাবদা হাপত্রিজৈগী মমাংদা, মচিন্না চিক্কুনা শেমদোক্ই। অস্তুম তৌদুনা মখোইনা মখোইগী মহুম খোইরা শাই।

অহানবগী খোইরু মচেৎ অতু লোথোক্তুনা হাপগ্রবা মতুংদসু মানা ম্যাগী খোইরু শোদোকক্ষম রাক্সপোকেট নিপালমক্ অতুদগী খোইরুশিং অতুনা লোইনমক্ নপ্শিনগ্রবগী মতুং অতুদা মা মথা-রোমদা হুন্থত্না মৈশা পিরিবশিং অতুগী মতেং পাংবদা ময়ামগী মরক্তা, শরেংদা য়াওখরে। মাগী মকম্না অতোপ্পা অমনা শিল্হৌরে।



হয়িংখোইশিংনা খোইরা শাবা অসি মহৌশানা মহুম অতুদা অনৌবা লৈহি লৈরিক নিংথিনা ফংলবা মতম-দতা শাই। অতুগা করিগুম্বা কোলোনি অতুগী কুইন বি অতুনা মাংথোক্থিবা থোক্লবদি লৈহি লৈরিক ফনা নিংথিনা ফংবগী মতম ওইরবসু, মখোইনা খোইরা শাবগী থবক অতু তৌদে।

কোলোনি অতুদা মরুম নিংথিনা কোক্লিবী কুইন বি লৈরবা অতুগা লৈহি লৈরিকসু নিংথিনা মপুং ফানা ফিল্ড বিশিংনা ফংবা ঙম্নবা, অতু ওইরবদি, খোইরাগী থবক অসি, মহুম অতুদা খোইরা শাফমগী কা লৈত্রবা ফাওবা খোইরা শাক্লিল্লি। মখোইনা অরিবা অম্নুবা খোইরা অতু ফাওবা অনৌবা ওইনা শাদোক্লগা শেম্বগুম তৌই।

মপি লৈত্রবা কোলোনি অমদি, খোইরা অনৌবা শাগৎপগী

থবক অসি য়াৎনা থোক্ই ; মসি মহৌশানি। মরমদি মখোইগী মহুমদা চিঙাক্ মরাং কায়না লৈবা মরম্না মখোইগী য়াম্নপোকেট অহুদা খোইরু য়াম্না শৌদোকপা য়ারবস্নু, মখোইগী কোলোনি অহুদা অনৌবা মরুম মচা লৈতবা থোক্লবদি অহুগা মরুম মচাশিংবু পিজবিনবা নর্শ বিশিং মতিক চানা লৈত্রবদি খোইরা শাগৎপগী থবক অসি তৌদে।



হয়িংখোই অমনা অশাৎপা লৈদা তোংবা নত্তনা অনৌবা য়েনিংদা ডোংলবদি মহু "প্রোপোলি" হায়বা খোইগী গোম অহু লৌরিবনি খংগনি। হয়িংখোইশিংনা খোইরা শাবদা খোইরু মপাকশিংগী লংদাইদা নপ্-শিন্নবগীদমক্ অমদি খোইরা চেক্থাইবা অহু তাইশিন্নবগীদমক্ শিজিন্নরিবা গোম প্রোপোলি হায়বা অসি মুংশা মৈশা কবা মতমদা উপানগী অনৌবা য়েনিংশিংদগী লৌই। প্রোপোলি থিরিবী রার্কর অসিনা উপানগী য়েনিং অহু মচিন অমম্নুং মখোংনা চিক্থাই-হুনা খোৎতংলগা থোরকপা মচুম অহু খুমাং মরিনা তাশিল্লগা খুহুং অহুদা হান্নবদি মাশী "পোলন বাস্কেট" অহুদা হাপচিল্লি। অমুম তৌহুনা

প্রোপোলি হায়বসি ফিল্ড বি অত্থনা মাগী মপোৎ ফাননবা খিবদা মতম য়ায়া চংই। মসিদা মানা পুং অমদগীসু হেন্না হোৎনবা তাবনি।



প্রোপোলি থিরুবী অত্থনা মহুমদা লাক্তুনা থুংলরবসু লৈহি লৈরিক্ থিরুবীশিংনা তৌবগুম্না মাগী পোৎলুম অত্থু হেক্ মথন্তনা লৌথোক্তুনা থম্বা য়াদে। মানা খোইরা শারিবা মকম অত্থগী খাইগী মথক্তা চৎলগা লেপ্তুনা লৈরুগদবনি। মত্থদা খোইরা শাবীশিং অত্থনা খোইরা নপ্শিন্নবগীদমক্ দরকার ওইবা মতমদা থর থর ওইনা লৌথোক্লগা শিজিন্নগদবনি। প্রোপোলি থর লৌথোকপা হায়বা অসিসু অরাইবা নত্তে, লৌগদৌরিবী অত্থনসু মথৌনাগা লোইননা য়ায়া কন্না চিংগনি। মত্থদা পোৎলুমগা লোইননা ভাইরিবী অত্থনসু কম্বি খোক্না থাংগনি, অন্নম তৌত্থনা মাগী প্রোপোলিগী পোৎলুম অত্থু লোইনমক্ লৌথোক্খিবা ভাইবসু মতম থর চংই। থৌরাংসিদা প্রোপোলি থিরুবী অত্থনা খোইরা শাকমদা লেপ্তুনা ভাইত্থনা লৈবা মতম অসিদা মাবু নর্শ বিশিংনা মচিন্দা চাননবা চিঙাক্ ইন্দুনা পিজে। লৌমীগী লৌরাংনা কল্লবদা লৌরিং লৌবুক্তা চাক্লেন চাগুমই।

য়ুমশাবীশিংনা প্রোপোলি অসি মখোই মখোইগী শারিবা খোইরাত্থগী, সেলশিংগী মহুংগী নাকনশিং অত্থনু য়ায়া পানা পানা তৈশিল্লি। অত্থনা খোইরা অসি শাবা মতমদদি মচু ভৌই, অত্থগা

অসুম অসুম নাপু মচু মাল্লকই, মতুদগী ৱাওথাংনৈ অমসুং অমুবা মচুগী ওইরকই। সেলশিং অসি তত্তনা মরুম মচা কোক্ফম ওইব-দগী, মখোইনা মচা ওনখিবা মতুংদা ফনা নিংথিনা শেংদোক্লবসু মচু অসুম মুশিল্লকই, অতগা সেলগী অহোবা মথুন অতুসু অসুম খুঙিল্লকই। অমনবা সেলদা কোকপা খোইশিং অতু মচু মুই, খর পিকই, মখোই অসি শাওবসু য়াম্না শাওগল্লি। য়ুমদৈ কৈরেগী মতুং ইনবনরা, শারোং শক্তানা শাওগনবরা থরনিংঙাইগী ৱাকয়ি।

অনৌবা খোইৱাদা কোকপা ৱার্কর বিশিংদি মশা নোই পেল্লি, কুচু কুমেন পাল্লি, য়েংবদা মশক্ নিংথিজ্রে। মখোইনা থবক পাংথোকপা ওম্বগী শক্তি হেল্লি, খোইহি চেনবা হেল্লি। অনৌবা স্বামিংদগী ওইরকপা বি কোলোনি অতুনা চাথোক্ লৈবা হেল্লি। মখোই অসিদি কয়া শাওগন্দে। ইণ্ডিয়া গোভর্ণমেণ্টকী "হাউশিং স্কিম" মতিক চায় লোবা চুমই।

খোই উপু মসুংদা মরোং চাদবদগী, বি-কোলোনি অতু য়াম্না শাগৎলকপগী ৱাকমসু লৈ। খোই মহুম অতুগী মসুংদা মরুম মচাশিং লৈরিবা অত হেন্না শায়নবা অমদি হেন্না ইংবা অতুদগী শেম শাহুনা মরুম মচানা চিংবা লৈরিবশিং অতু মথং মথং চাওথৎপা য়ামনরা চপ্ চাবা অইং অশা থমগদবনি। বি-কোলোনি অতুনা হেন্না লিঙলবা নত্রগা হেন্না ইহুনবা অত ওইরবদি উপু অনি অতুগী অচিক্ অশাসু য়াম্না শেয়না লৈ। মরম অসিনা উপু অসিদা

খোইশিংনা মশানা হুংশিং হুমদোক্ হুমজিন্নচিংবা ভোক্তনা মৈশা শেমজবা য়াননবগীদমক হুংশিং থোংস্নু লৈহনবা য়াম্না দরকার ওই। খোইরৈবাক্কী রায়ি হায়বা অসিদা খোইশিং অসিনা মনিং মথা তম্না পাঙ্গবা ওম্নবগী মরমদা মসানা মসাগী নোমজবা হায়বা অতুগী মতাংদা শরস্নু চৎথফম থোকই থল্লি। হয়িংখোই মপিনা মহুম অতুগী ময়াইদা খোইরাশিংদা মরুম কোক্লনবগীদমক্ রার্করশিংনা শেম শারহুনা থম্লবা শেলশিংদা মরুম কোক্লি—নর্শ বিশিংনা তিঙ্গোং ওইরিবা মচাশিংদা খোইখোম ইন্দুনা পিজরি, চাক্থিবীশিংনা পুরকপা পোৎ-লুমশিং অহুনা য়ুমকোইবীশিংনা মকম চানা চানা থম্লনবা লোইশিন থম্জিল্লি—লৈরিক পুরকপীশিং অহুনা সেলদা পৈশিল্লি, মাংদননবা মকোক্লা ইনশিন্দুনা চেৎননবা হোংনরি—বারবর বি (নাপেং) কাংবুনা রার্করশিংগী মসাদা পকপা অমোৎ অকাই অহু তক্থোক্ নাম্থোকপদা শগোল তোংবগুম মথক্তা তোংহুনা নোম্লি অমস্তুং কাওরি— থোংশং পুরিবী কাংবুনা মথোংদা য়েক্লবা অতোপ্পা খোই নত্রগা জুরার শাম্নবা পাম্বা মীতাগুম্নবা—নমজানবা খোই (Robber bee) লাক্পরা হায়না চেক্শিন্না, মথরাই য়াওনা শেম্নরি।

ঈশিং হোনবী কাংবুনা মখোইগী হনিসেক্ থাও অহু থম্না ঈশিং পুরক্লি। ঈশিং অহু নর্শ বিশিংনা থক্লনবা অমদি মিতম ওইরিবা মচাশিংদা পিজবা য়াননবা, খোইহি অহুদা য়ানশিন্দুনা মহি থম লাংথোক্হল্লি। মুম্লবা, অমুন্বা খোইহি অসিদা শরুক্ মঙাগী মরিয়োমনা চিনি ওই। নৌরিবা খোই মচাশিংদা পিজননবগী-দমক্তি শরুক্ তরুক্ থোক্পগী অমা ঈশিং য়ান্শিন্দুনা চিনিগী

শরুক্ অহু শরুক্ অহুমগী অনিগী চাংদা হয়্রহল্লি। চায়োক, অঙাংবু মমুং মতম চানা পিজগনি।

ঈশিং গ্রাম চামথক্, মখোইগী মহুমদা হোজিনবা তাবদা, খোই অমনা ঈশিং লৈকমদা পাইরুবা অমস্তুং হল্লকপা অসি লিশিং অহুম্লক্ হয়া ভোই হায়রি। খোইশিংনা ঈশিং হোজিনবগী থবক ভোবা অসি অয়াম্বা মতমদা বসন্তগী মতুংদনি। মতম অসিদা চাওরাকপা মথলগী খোই উপু অমদা ঈশিং লিটর ১.৫দগী ২ কাওবা চয়োল অমদা চংই। খোইহি মরাং কায়না কংবা মতমদদি মখোইনা, সেলদা পৈরিবা লৈহিশিং অহুদগী মনিন্ ওইনা কংবা ঈশিংগী শরুক্ শিজিন্নবা য়াই। অহুনা ঈশিংগী দরকার থর রাংলি। পোংশক্ থুদিং অখোই অহেন্ মতা চাবা য়েংহুনা শিজিন্নবা হোংনবা কায়ে।

হরিংখোইগী কোলোনি হায়রিবা খোইরৈবাক্ অসিগীস্ত মখোইগী মশাগী অমোং অকাই শেংদোক্লবা কাংলুপ্ স্কেভেঞ্জর বি লৈজে। মখোই অহুনা মহুমগী মমুংগী অমোং অকাই—ড্রোন অসিবা, খোই ঙসিবা, খোইরু মচেৎ মরাং, কত্তবা অমোংপা পুম্নমক্ মপান্দা পুথোক্তুনা হুন্দোক্লই।

থৌদোক্ অমনা করিগুম্বা মখোইগী মকোনগী মমুংদা উচি অশিবগুম্বা অমা থমজিনবা থোক্লবদি মহুবু মখোইনা থাংদোক্তুনা পুথোক্পা ঙমদবা ওইরবদি, মহু লাইবক থিরে থন্দুনা, অহুগুম্বা মনম্ নমথিবা পোৎ অহুবু প্রোপোলিনা তৈশিন্দুনা চেক্শিন্না বার্নিশ তৈশিন্বগুম থম্লই। অহুগুম্ হুনা মনম য়াম্না কনবা কি করম্বুর মতুম অমা হাপচিন্দুনা থম্লবদি মহুবুস্ত প্রোপোলিনা

তৈশিন্দুনা থমগনি। মরম অদুনা হয়িংখোইগী মতিক্ চায়বা "কোলোনি" অমা হায়বা অসিদি মতম্ পুন্নমক্তা অশেংবা অমত্তুং অথুম্বা ত্তুংশিং লৈগনি। ইজাতিগীদমক্ থম্বা য়াম্না চুমগনি।

---

৬ শুবা পন্দুপ।

## হয়িংখোই পুন্সিগী য়াওল।

হয়িংখোইগী কোলোনি অমা হায়বা অসিদা উরিবসি—এলাইটিং বোর্ডতা, মখোংদা, খোই উপুগী মমাংদা মচাক্ থিবা পাইখোক্‌থিবা অমত্তুং পোৎলুম পুদুনা মহুমদা হল্লকপা অসিনি। ঐখোইনা উরিবা অসিদগী অমুক্ শরুক অনিদগীত্তু হেন্না য়াম্না মখোইগী মহুমদা মপুন্সিগী য়াওল মথং মথং চৎথরক্লি হায়বত্তু কাওরোইদোবনি। বসন্তগী মতমদদি মতিক্ চানা জিংলবা কোলোনি অমগী খোইরাদা, লিশিংয়াংখৈদগীত্তু হেন্না মরুম্না—লিশিং তরাগুম্বা অমনা ভিংজোংনা অমত্তুং লিশিংকুন্দগীছু হেন্না মিতম খোইনা অন্নুম ভোদুনা মথং মথং হয়িংখোই ওইরকপগী থাক্তা, চাওথংলকপা মরোং লৈরি হায়না থম্মকম খোকই। পোক্লক্লিবা অঙাং ইরৈবাক্ ইজাতিগীনি।

লংত্রিক্ লংনা ভোরবা, মিলিমিটর ১·৫ শাংবা মিলিগ্রাম ০·১ দগী থর নৌবা মরুম্ অসি কুইন বিনা সেলগী ময়াইদা কোক্‌শিল্লি। হেক্ কোক্‌পগী অথানবা ত্তুমিৎ অদুদদি মরুম অছু চপ্ মুংনা লেপ্পুনা লৈ। মথংগী ত্তুমিৎ অদুদা থর লৈথরকই। অহন্নগুবা

সুমিত্তা সেল অচ্চদা তুথত্থনা লৈ। হায়রিবা সুমিৎ হুম্নি অসিদা মরুম অদু মপুং ফারহনা পোকখাইরে—তিঙ্গোং অমা ওইরে। মরুম ওইনা লৈরিঙৈদা নর্শ বিশিংনা মাগী মাগী সেল অচ্চদা হৈথবা রোয়েল জেলি হায়বা খোইগী শঙ্গোম হায়বস্থু য়াবা অথোইবা চিঙ্গাক অসি চাবা হোরে। মাগী মপুক্সি তরুক্কি শুবা অসিদা মিলিগ্রাম অমা য়োদনা লুম্বা। তিঙ্গোং অচ্চনা চিঙ্গাক মিলিগ্রাম ২০০ চারে। তিঙ্গোং অসিবু রোয়েল জেলি পিজরিঙৈগী মতম সুমিৎ নিনি হুম্নি অসিদদি মচু ঙোয়োক ঙোই। অচ্চবু হুম্নি মরিনি শুবা সুমিত্তগীদি, মাগী অপাবা উন্‌শা অচ্চগী মস্থুংদা, শিংলি নাউরি, খোইরিন অচ্চ নাপু মচু ওইনা উবা ফংই। মসি তিঙ্গোং অচ্চবু হুম্নি শুবা সুমিত্তগী লৈরিক পিজরকপা অচ্চদগী মখোইগী অচাপোৎ অচ্চ মস্থুংদা লৈবা উবনি। তিঙ্গোং অসিনা সেলদা লৈবা মতমদা অহোবদগী অরোইবা ফাওবা নর্শ বিশিংনা অহিং স্থুংথিল নাইদনা সেল অচ্চদা হাপচিন্দুনা পিজবা চিঙ্গাক অচ্চদা চাচনা লৈবা নত্তনা করিস্থু তোদে।

খোই মচা অসি শরুমদগী হেক্‌ পোক্‌খাইরগা পুং ২৪ দা মসাগী অরুম্বসি হায়দগী শরুক্‌ মঙা ওইরকই। পুং ৪৮ শুরগা শরুক্‌ ৩০ ওইরকই। মঙানি শুকগী অরোইবদদি মানা অহানবা ওইরম্বা অচ্চগী শরুক ১৫০০ ওইরকই। অচ্চগা কুইন বি অমদি মানা অহানবা মরুম ওইরিঙৈদা লুম্নম্বা অচ্চগী শরুক ৩০০০ হেল্লা লুমই। জীবগী তত্ত্ব খংবশিংনা, মরুমদগী ওইরকপা তিঙ্গোং অমস্থুং মিতম্বগী মতম অসিবু "চাশিনবগী ডাংকক্‌" হায়না খংনৈ। অচ্চবনি হুম্নিংখোইনা মচা ওইরিঙৈগী ডাংকক্‌ অসি চিঙ্গাক্কি তত্তনা চাশিনবা

অত্থুগা লেং ওংপনচিংবদি করিম্মু তৌদবা অসিনা মরম ওইরগনা নোংমা নোংমগী চাওরকপা হায়বা অত্থুদা নত্তনা পুংশিং খুদিংগী মিনিট খুদিংগী চাওবা হেনগৎলক্লিবনি।

চাংয়েং তৌরিবশিংনা হয়িংখোইগী মচা ওল্লকপগী মতম অসি অচিক্ অশাগী চাং (টেম্পরেচর) হোংদোক্ হোংজিন তৌদুনা য়েংবদ—মহৌশাগী চাং টেম্পরেচর ৩৫°C ওইরগা মুমিৎ ২১ নিদা মপুং ফাবা খোই ওইরকপা অসি টেম্পরেচর ৩০°C দা পিরগা মুমিৎ ২৫ নি চংই। টেম্পরেচর ২৫°C গী চাংদা পিরগনা মত্থদগী ওল্লকপা খোই মচাশিং অত্থু মশা পাল্লবা, মখোং শোইবা খোই ওইনা থোরকই। টেম্পরেচর ২০°C দা থম্লগনা মচাশিং অত্থু লোইনা শিথি।

হায়রিবা থোদোক্ অসিগুম্না মখোইগী কোক্লোনিগী অচিক্ অশাহ্থু হেনগৎনা পিত্তুনা য়েংবদা মখোইগী মপুং ফারকপগী মতম অসি থর হেন্না থুনা ওইরকই। টেম্পরেচর ৩৭°C দা লৈরগা সেলদগী মচাশিং অত্থু মহৌশা মপুং ফাবা ওইবা অত্থুদগী মুমিৎ অমা অনি হান্না মপুং ফারকই, অত্থুবু মশা পাল্লবা শোল্লম নাদম্বা, মখোং শোইবনচিংবা থোক্ই। তাইবং লৈত্ত লাইর তোল্লি।

মরম অসি লৈবনা খোই উপুগী খোইশিংনা করিগুম্বা ওলাং ওম্নাওবা হেল্লব্রবা মতমদা মখোই মন্নাম মহুম্রোবদা মনিং ওজিল্লুনা মখোং মন্নাদা, এলাইটিং বোর্ডত্তা অমদি ক্রুস্ত চেম্বরগী মকম কয়াদা পরেং পরেং লেপ্লহুনা, অশিকপা মশাশিং অহুনা স্লাংলা থম্লহুনা ইলেকত্রিক্ পাংখা নারনবীমা মপুংগী গ্রাথং ইনবগুম, মহুমগী মৈশা

হম্বনবা কয়া হোৎনৈ। অসিদম্ব নত্তনা ওনাংখাদা অহিং, মহমগী মমুংদা লৈবগী মহুত্তা রার্কর কয়ানা খোই উপ্গী নাকয়চিংবদা হক্চিক্ লাংই, অচিক্ অশাগী চাংচৎ শেম্বদা মতম লেয়ি।

চাংয়েং চৎথরিবশিংনা, হয়িংখোইগী ভিঙোংশিংবু নর্শ বি-শিংনা কয়া পিজবগে হায়বা উবা ওমত্রবস্থ—নর্শ বিশিংনা ভিঙোং অমবু নোংমদা ১৩০০ লক্ হয়া অমদি লুমিৎ ভরুক্লি অহুদা ১০,০০০ য়র্ক হয়া অশোই অঙাম য়েংহনা সেবা ভোই হায়রি। অহুগা কৃইন বি অমা ওইরকদোরিবী ভিঙোং অহুবুদি মশিং অসিদগীস্থ হেয়া সেবা ভোই হায়রি।

হয়িংখোইগী ভিঙোংশিংনা, মখোইগী চিঙ্গাক্ ওইনা চারিবা অসি, হায়বদি মখোইবু নর্শ বিশিংনা পিজরিবা অসি—অচাপোৎ মথক্ কয়া য়ামহনা শেয়বা চিঙাক্লি। চাংয়েং চৎথরিবা কাংবুনা হায়রি, রার্কর বিশিংনা ভিঙোং ওইবদগী মপুং ফারকপা মতম অহুদা—খোই কয়া য়ামদবা উপ্দা, মশিং য়ামদবা নর্শ বিনা সেবা ভোহনা মপুং কায়কপা রার্করশিং অহুদি মপুংফি ভেয়ি, মপাঙ্গল রাৎলি। অহুগা য়ায়া মতিক্ চানা লিংলবা কোলোনিদা মপুং কারকপা হায়বদি মশিং য়াম্বা নর্শ বিনা সেবা ভোহনা মপুং কারকপা রার্কর বিদি মপুংফি শাংই অহুগা মপাঙ্গলম্ব কয়ি। ভাইবংগী মরোংস্থ থয়বা চুমই।

পিক্লিভৈদা পিক পিথক্ সেবা ভোবিনব. নর্শ বি মশিং য়ায়গা হেয়া কৈ হায়বগী রাকম অসিমক্, কৃইন বিনা পিক্লিভৈদা পিজবগী মতাংদু চাংয়েং ভোবশিংনা নিংথিনা থংবা ওয়ে—লিংবা চপ্

মাম্নবা কোলোনি কয়া কার্ম অমত্তদা থম্বদা কোলোনিশিং অহুদা কুইন শেল শাবসি. মশিং অহুমদমক্ থাকপদগীনা—মশিং য়াংথৈ ফাওবা শাহন্নগা উপুশিং অহুদগী লোবা কুইন বিশিং অহুনা চাংয়েং চৎথবনি। কুইন শেল য়াম্না লৈবা কোলোনি অহুগীদি—কুইন-শেল ময়াম অহুবু সেবা তৌবদা নর্শ বিগী মশিং হন্নৈ। চাংয়েং অসিদা থংলে, অয়াম্বা নর্শ বিনা সেবা তৌবা কুইন বি অহুনা থাইদগী হেন্না কৈ। মখোই অসি—নর্শ বি মশিং য়ামদবনা সেবা তৌবা কুইন বি অহুনা মরুম কোকপা ঙম্বা অহুগী শরুক্ অনি মরুম কোক্পা ঙমই। অহুদম্ নত্তনা খোইহিম্ থাইদগী হেন্না থোকই।

হয়িংখোইগী কোলোনি অসিদা কুইন বি অমম্ভুং ড্রোন অসি মখোইগী পুক্সিগী ভিঙ্গোং ওইরকপা মুমিৎ অহুদগী মখোইনা মিতম্বা ওইরহুনা মপুং ফারকপা অহু কাওবদা পিজরক্পা চিঞ্জাক্ অসি মাম্নদে, হায়বদি কুইন বি অসিবুনা রোয়েলজেলি ঙাক্তা ওইনা পিজে অহুগা ড্রোন অমবুদি মাগী ভিঙোং ওইবগী মরিনি ওবা মুমিত্তগী রোয়েলজেলি পিজবা তোক্তুনা মাগী অগ্নোইবা পুক্সি ফাওবহু বিব্রেড হায়বা লৈহি অমম্ভুং লৈরিক্লা শেম্বা চিঞ্জাক্ অহু পিজে।

ড্রোন অসিদি হাত্তম ওইরিবী কুইন বিগা লোইননা লোয়ইন্নবা পাইরুবদা কুইন বিবু হৈরু চুপথা পিবা ঙম্নবা মহাক্ অহুদি শোইদনা শিরে। মাগী লাবা ওইবগী পোৎচং অহু কাইথিহুনা শিবনি। মানা শিরিবা অসি অমদি কুইন বি অহুনা মাগী মপুক্সি চুপ্পা

অহূগী ওইনা নাউপল্‌হোৎলিবা অসি, হয়িংখোই হায়বা জাৎ অসিগী চায়োন শুয়োন্ শন্দোক্‌পগী মতাংদা মপুগী থৌশিল্লি। ত্রোন অহূনা শিৱমদবা থোক্লবদি মথংগী চায়োন শন্দোক্‌পা মতমদা মাগী মচা পোকখিবী কুইন বি অমগা লোইনরুবা য়াই—রাকম অমনা কূইন বি অহূনা মাগী মপুক্লিগী ওইনা নাউপল্লমত্রবদি মানা পোক্‌পা ত্রোন অমগা লোইননা মথংগী অনৌবা নাউপল ওইরকপা য়াই—। থৌদোক্ অসি থোক্লনবগীদমক্ কূইন বিবু ত্রোন অমগা অমুক্তং লোইনবদা মপুক্লি চুমগী ওইনা নাউপলহল্লি অহূগা ত্রোন অহূনা খুদক্ অহূমক্তদা মথরাইঁ থাহল্লিবনি হায়না জীবগী তত্ত্ব খংহৈবশিংনা চেৎনা থাজরি।

এগ্রোনোমিষ্ট অমম্‌ চায়া শেম্বগী চাংয়েং চৎথরিবশিংনম্ব খংলে, মতুংদি—ক্রোজ ব্রিডিংনা কায়বদি নকুবা ঈ তিন্নহন্দুনা মচা ওইহনবা অসি তৌরোইদৌবনি, মসি অফবা ওইদে অমাংবা ওই। জীবগী তত্ত্ব খংলবা পণ্ডিতশিংনা প্রাকটিকেল্ সেলেক্সনিষ্টশিংদা হন্না হন্না কায়বা রাকম অমদি—ক্রোজ ব্রিডিং তৌরোইদবনি। হয়িংখোইগী পুক্লিগী মরোংনম্ব তাক্লি।

মহৌশা লাইরেম্বী প্রকৃতিনা—নকুবা ঈ তিন্নহন্দুনা মচা ওইহনবা অসি য়ায়া পাম্‌দনা তুকচনা তৌবতুম তৌই—অফবা ওইহন্দে মাংহল্লি।

মতাং অসিদা য়েক শলাই য়েংহৌদনা, য়েক শলাইগা চায়ৌ মৌরোনবা অসি অমাংবা নৈ, মসি প্রকৃতিগী মহৌশানি। মথক্তা

পয়এবা—"মতমগী চাওখৎলবা মরোংগী সাইন্সগী থুৎলাই কয়া লৈতনস্থ, মী অহুগী মসা মউ অমদি থম্মোইনবু ফত্রবদা ওইবা য়াদে"। জাতিগী চাওখৎ থৌরাংগী হেয়া মরূ ওইবা থৌশিলদি মীগী থম্মোই শেংহনবা অমদি মশা মউ ফহনবা হায়বা অসি ওইকম খোকই। অহুনা হয়িংখোই য়ুম্বানগী থৌরাং থৌশিল কুপ্পা লৈনকম খোকই।

তাবদা অয়াকপা ওইরবস্থ অমুক্তং থম্বনখিসি, নিংথৌ পাম্বিৈতগী রানি—য়েক শলাই শেংদনা চারে মোরোরবা মীবু, ইম্মোকই, লোইথাবা হায়বা অহুকাও তৌরমই। অমরোমনবা য়েক্ শলাই কায়দনা লুহোং খোংদোংলকপা পারি পুরিগী মচাশিংনা থারা য়েংনা লুহোং খোংদোংলবা, মীশিং অহুবু ব্রাহ্মণগী মথংদা অশেংবা অমা ওইবগী থাক্তা "হুহন্ কাহনবা" হায়বা অহু তৌরমই। মসি অফবা লিচৎ অহুগী মপুক্চেন থৌগৎপগী মরোংনি। নিংথৌ-না পান্বা হায়বা অসিদি, লৈবাক্ অহুগী প্রজা ময়াম্ অহুবু মসা মথন্তগী মবুদ্ধি মরৌশিংতনা লোয়নবা তাবনি। মসা মউ ফত্তবা লৈহন্দবা, রাখল পুকচেন্ অকায়বা খল্হন্দনবা হোৎনবা নিংথৌ অহুগী অতোংবনি। ঐখোইনা ইচা ইত্তবু হুংশি—। ঐগী ইচা ইত্তবু খাইনা খাগৎপিবা অমস্থং হুংশিবিকম্ ওইবা লাইবক্ ফবনি। তসি অত্তোম্ নোংখান লৈরম্লবদি মা ভোট কয়া ফংলোই। অফবা ইচা ইত্ত লৈননবগীদমক্ য়েক্ শলাই চেক্শিন্না য়ুম্পানবা চুমগনি, মহুনা জাতিগীস্থ মঙ্গল ওইগনি। ইশাগী— খাওভুথকী ইরাংনা, পুম্লিবু থুরো খাবা চুমদে।

খোইগী তিঙ্গোংশিং অসি ত্রোন অমস্থুং রার্করবুনা হুমিং হুগ্নি য়োয়েলজেলি পিজরগা মথংগী হুমিং হুগ্নি অমনা বিত্রেন্ড পিজরবা মতুংদা, সেল অছু মথুম থুমজিল্লি। কুইন বিবুদি হুমিং তরুক্কি অছুমক্ য়োয়েলজেলি ঙাক্তা পিজরগা সেল অছু মথুম থুমজিল্লি। মতম অসিদা ত্রোন অমস্থুং রার্করগী তিঙ্গোংশিং অছু য়াম্না থুনা চাওরকই, লুম্বস্থ মখোইবু পিজ পিথক্ সেবা ভৌরিবী নর্শ বিশিং-দগীস্থ হেন্না লুমংহ। মপুং কারবা তিঙ্গোং অমনা লুম্বসি মিলিগ্রাম ১৫০দগী ৩০০ কাওবা লুমই। সেল অছুদা মখোই অছু লৈবা চল্লবা মথে চাওরকই। কুইন বিদংদি, মাগী অচৌবা সেল অছুদা মতিক্ চানা হাংনা লৈ। অপুম্বা হুমিং তরুক্কি চারবগী মতুংদা মখোইনা সেল মতুংদা খোইগী সিক্কনা, কোগে তিম্না, মহুম হাইব-গুম্না হায়রহুনা মপুং অছুদা লৈ। মতৌ অসি কুইন বিনা নোংমা রার্কর বিনা নিনি, ত্রোম্না হুগ্নি চংই হায়রি। মছুদা মখোই তুমহুনা লৈরে, তুম্বা অসি কুইন বিনা হুমিং নিনি, রার্করনা হুমিং হুগ্নি, ত্রোম্না মন্নিনিনি। মতুংদা মখোই মিতম্বা ওইরে। মমৈথংদা মখোই মখোইগী মপুং কাবা অছু ওইরহুনা, সেলদগী মপান্দা খোই অমা ওইনা থোররে। অপুম ভৌবা অসি কুইন সেলদা হুমিং ১৬ নি, রার্কর সেলদা ২১ নি অমস্থুং ত্রোন সেলদা হুমিং ২৪ নি চংই।

হন্নিংখোইগী পোংথাবা লৈতনা নেংস্থগী থবক্ অসিনি, মানা হেক্ সেলদগী থোরকপা অছুদগী অহুমক্ হোরে। মানা সেলদগী থোরকপগা লোইননা মাগী মথাদা পক্লিবা মকুময়াং অছু তক্থোক্ নাহোকপা হোরে। মথংদা মানা লৈরবা সেল অছু

লেংদোকপা, লেমচিন শাজিনবগী থবক্ পাইথংলে। অদুদগী মচেশিংগা লোইননা নর্স বিগী থবক্ হৌরে।

থাজৈশেংনা হায়রবদা খোই অমনা সেলদগী খোরকপা অসি মাগী "পোকপা" হৌমিং অদুদি নত্তে। থম্বগদবা—নৌনা হৌরিংখোই অমা হায়ছনা ওইরক্লিবা অসিবু "কনানা পোক্‌পনো? অমদি কনাগী মচানো?" মরুম ওইনা কোক্লিবী কুইন বি অসিনা পোক্‌পরা—বিন্ডরবি হায়রিবীশিং ময়াম অদুনা পুন্নগা খোইরা হায়বা অদু শারদুনা, মতুদা মরুম অদুনা মপুং ফারক্কম ওইবা ওল্লিবা মখোই অদুনা পোক্‌পনি হায়না লৌশিরা, নর্স বি হায়রিবী মখোইশিং অদুনা অহিং হুংথিল নাইদনা মরুমদগী ওল্লকৃবা তিংদোংশিং অদুবু মচিন্নাক্ পিজদুনা—য়েনবীনা য়েন্নাও কোনবগুম মৈশা পিদুনা হিংজবা য়াননবা হোৎনবিরিবী মখোই অদুনা পোক্‌পরা—নক্লগা রার্কর হায়না খংনরিবী খোই লিশিং কয়া অদুনা নোংঙানবদগী হৌমিং ভাবা কাওবা পোৎথাবা লৈতনা লৈহি লৈরিক্ মহুমদা পুশিল্লকনা অপিকপা মচাশিং অমদি মখোই ময়ামগী চাননবা পৈশিনবা হোৎনরিবীশিং মখোই অদুনা পোক্‌পনি হায়শিরা অসিনা চিংবনি।

থরিবা রাকম পুন্নমক অসি, ইনং নত্তনা—হৈনৌ নৌনা হায়রবদা—খোই অমা হায়বী অদু ওইরক্লিবী মখোই থুদিং অদুনা, মমা লৈরম্বী হায়বা অদুদগী হেক্ লাপ খোরক্‌পগা—হায়বদি থবক ওবা য়াওদবী অমা ওইরবী অদুদগী হেক্ তোক্‌পগা—সেলদগী হেক্ খোরক্‌পগা—হৌরিংখোইগী মুখান অসিদা মানা খোই অমথক্

ওইরকপগা লোয়ন লোয়ননা, মানা মাগী ভৌবা হৌনবা মৃথৌ কয়া পাংথোকপা অহুনা মখোই পুন্নমক্কী ওইবা মমা অমগী মতৌ অহু ওইরহুনা—মচাশিংনা মথং মথং চাওখৎলকপদা মতেং পিবি-রিবী খোই লিশিং কয়া অহুনা মখোইগী অপুনবগী অপোকপী "মমা" অমনি হায়না লৌগদরা হায়বদি অপোকপা মমারা?

মথক্তা খররিবা রাকম অসিনা মুন্না খংনরে, তাইবং অসিদি, অমগা অমগা নিংথিনা মরি লৈনহুনা হায়বদি কোওপরেশন নিংথিনা লৈনহুনা অপুনবগী "কোওপরেটিভ" হায়বা অহুমা ওইরবতদা—ঐখোইগী ভাতিনা হিংহুনা লৈবা ওমগনি, চাওখৎলকনি মথং মথং। ক্লাওকদে—কোওপরেটিভ অহুনা নিংথিনা হিংলবা মতম অহুতদা, মহুদা য়াওরিবা মেম্বরশিং অহুসু নিংথিনা হিংগদবনি। অহুগা মেম্বরশিং অহুনা নিংথিনা হিংলবা অহুতদা কোওপরেটিভ অহুসু নিংথিনা হিংগদবনি অপুনবনা জয়নি, কোওপরেশন ইজ ওয়েলথ।

অসুম ভৌরহুনা হৱিংখোই অমা হায়বী অসিনা মখোইগী মপুক্তিগী য়াওলদা মথং মথং মরুম, ভিঙ্গোং, মিতম্মাং, মিতঙ্বা, অমম্মুং মপুং কায়বা খোই অমা ওইরক্তি। মখোইগী মপুক্তিগী য়াওল অসিদগীদি—মখোদাংগী য়াওল অমুক মথং মথং ভৌরক্তুনা, অরোইবদা মালেম অসিদা লৈশেম্ মপু মাগী থৌরাংদা, প্রকৃতিগী লৈকোন্দা—চিংখে কিহুমা হুন্নবদা—লিক্লাগী লাইজনা ইরাংগী ইথিলগা লোয়ননবা য়াকাইরোনবু পিরবদা—হৈপাজ লৈপাজশিং অহুনা; পাক্কিগী মপাল থিবিক্লা—ইংলবা খোইক্লম্ মোমোয়দি মাইরোং য়া, মখোইনা পামজবা সত্তোগ অহু পাংথোকপিরননবা

থন্দুনা হয়িংথোই হায়বী মথোইগী অপাম্বা থুদোলপোৎ অথুম অহাও কয়ানা অথেন পোৎপু ওইনা পুথোক্লম্লনা—মুংশি লৈনম্না মালংদা পাওজেল পিরম্লনা, থুৎলাম তোইনা কৌরম্লনা—ঐথোই-ইশেল তিন্নরসি মালেমদা—মালেমদা মপুগী শিন্থা পাংলসি হায়না ঙাইজন্নিবী লৈরাং অদো, মথোই অম্লগা লোয়ননা, মপুক্লিং মকা লায়া—থম্মোই হরাও তয়াংনা, মঙাগুবা থোম্বাংদা—মপুগী থৌদাংবু —থৌদাং য়াবদা মথৌ পাংথোক্লনবা কম্না হোৎনরি। জগৎ মপুগী থৌশিলতনা ঐথোইনা হিংনরি।

## থৌদাংগী মথং মনাও।

হয়িংথোইগী কোলোনি অমদা লৈরিবা থোই লিশিং মঙা তরা অসি অমগা অমগা মশক য়ান্না মান্নে। কুইরবা মতমদগী থংনয়ক্পদা—কোলোনি অমদা লৈবা কাংলুপ নাইনা লৈবা জীব, থোইশিং অসি মথোইনা সেলদা লৈরম্বদগীনা—নর্শ বি, চাকথিবী, লুচিংবী, মুংশিং ছম্বী, অমোৎ অকাই শেংবী অমম্বং য়ুমশাবী অম্না তোই হায়না থংনয়মই। হায়রিবা থৌদোক অসিগী অচুম অরাব অসি থাজে শেংবা থক্কে হায়বগীদমক, থোইগী ছাত্র কয়ানা, অনৌবা মরুম মচা কোক্লকইবা থোই য়াওবা কোলোনি কয়া চাংয়েংগীদমক্ শেম্নবা থোই উপুগা লোইননা অহিং মুংথিল নাইদনা—নৌনা হেক্ ওরক্পা থোই মচাশিং অম্ল মার্কা থাম্লনা মুমিৎ থুদিংগী চাংয়েং চৎথখি। মম্লদগী মথোইনা, পুম্না হিংমিন্নদা পানবা, হয়িংথোই-শিংগী থংবদা রায়বা অকুপ্পা থৌরম কয়া থংবা ঙম্মখি। থৌদোক অসি রাসিরাগী চাংয়েং তৌবগী থবক্তা কাওরবা মরুম "রোস্ট"

হায়বা অচুদা অমা অমস্যুং রাসিয়াগী সরকারনা, হয়িংখোইগী সাইন্সগীদমক্ থৌওইনা মতেং পিরছনা চৎথহল্লবা "তুলা এক্সপেরিমেণ্টেল এপিয়ারি" হায়বা অচুদা এলঃ আই পেরেপেলোভা হায়না কৌবী, এপিয়ারি অচুগী সাইন্টিফিক রার্কর ওইরিবী অমনা —নৌনা নৌনা ওল্লক্লিবী খোই মচা শিশিং কয়া কয়া তোঙান তোঙান্‌বা মচুনা থুদম তৌরগা চাংয়েংগী খোই উপু অচুদা হাপ্‌চিন্দুনা চাংয়েং চৎথরমই।

খোইশিং অচুবু মার্কা থাবদা পেরেপেলোভা অমস্যুং মাগী কাংবু অচনা য়াম্না চেক্‌শিম্না "লো" অমগী মতুং ইম্না শেম্লবা নিয়মদা থুদম মঙাথক্ শিজিন্নরমই। মচুশিং অচুস্যু খোই মনঙ্গদা অখোইবা নিয়মগা লোইননা মশিং থংননবা শিজিন্নরমই।

মখোইনা শিজিন্নবগী মরোং মতৌ অচু ঐখোইনা থংলুবদা থোইনা কায়রুবা কংব্রবস্যু মরোং থরদি উত্তু্না চৎথজরি। অস্যুম্না মার্কা থাবসি ওইথংবা মনম্‌দা মশিং ১ দগী ৫ ফাওবা থংনরমই, য়েংথংবগী মনমদনা মশিং ৫ দগী ১০ ফাওবা থংনরমই। ওইগী মনমদা অঙৌবা বিন্দু অমা নম্বনা মশিং অমা (১) অমস্যুং য়েং থংবদনা মশিং ৬ থংনরমই। ওইগী মনমদা অঙাংবা বিন্দু নম্বনা মশিং ২ অচুগা য়েংথংবদনা মশিং ৭ থংনরমই। ঙাঙ্রানবা বিন্দু অমনা ৩ অমস্যুং ৮ থংনরমই। কমলা মচুগী বিন্দু অমনা ৪ অমস্যুং ৯ অচুগা অশংবা বিন্দু অমনা ৫ নত্রগা শুন্য থংনরমই। মশিং ১০। ১০ না মনমগী মথাথংবা শরুক্তা মার্কা তৌরমই অসিনচিংবা —য়াম্না কুপ্না নিংথিনা চৎথবা চায়েংনি, খোইদোক্না শাংদোক্না

ইজদরে। মার্কা তৌরবা খোইশিংগী নিংথিনা কাইল্ থমই। চাংয়েং থোদোক্ থুদিংমক্ পুং থুদিংগী কাইল চন্সিল্লমই।

এলঃ আইঃ পেরেপেলোভানা মার্কা তৌরবা খোই ৫০ দগী ৫০০ ফাওবগী মতুংদগী, স্কাউট বি ৫০ থক্ চাংয়েংগী খোই উপু অতুদা হাপ্তুনা থম্লমই।

খোইবু শেন্নরিবশিং অতুদনা হায়রমই মতুদি—খোই য়োক্পনা মশামক্লা খোই উপু অতুদা লৈবগুম্লা মাগী মাগী খোইশিং অতুবু মশক্ মুম্না মুম্না থংগদবনি। তুলা চাংয়েংগী অথোইবা মরু ওইবা অমনা—স্কালট বি লিশিং কয়ামুক্লা মরম ওইরতুনা মথোইনা থংনিং-লিবা মরোন অতু থংবা ঙম্ননবগীদমক্ চেক্শিনবগী অথেংবা থৌরমগা লোয়ন্ননা মখোইগী চাংয়েংগী খোই উপু অতুদা চেক্শিল্লা চাংয়েং তৌগদবনি হায়বা রাফম অসিনি।

এলঃ আইঃ পেরেপেলোভা না মার্কা থারবা খোইশিং অতুগী থবক তৌবা ঙম্বগী মতৌ অতু য়েংশিনবা মতমদা—খোইরাগী শেলশিং থুদিংমক্ অতুবু চেক্শিল্লা মিৎয়েং চংলমই।

খোই উপুগী মিংশেলগী রাল (কল্লাং) অতুদা ডায়মণ্ড (হিরা) অমা য়াওবা জালিগী লাং অমা শন্দোক্তুনা থম্লমই। জালি লাং অসিদা খোইরাগী মরোং মতৌ অতু শেম্লতুনা হাপ্লমই। চাংয়েং তৌবশিংনা উপুদা লৈরিব খোইশিং অতুগী লমচৎ লিচৎ অতু নিংথিনা য়েংশিনবা ঙম্নবা অমদি খোইশিং অতুনা মার্কা তৌরবা খোইরাশিং অতুদা, কড়ি তৌরিবা হায়বা অতু থংননবগীদমক্ মথল মথলগী জালি লাংস্থ হাপ্লমই।

মতৌ অসুম তৌহুনা থবক থৌরমগী অরেপ্পা অচুম্বা অহু খংলগে হায়না হোৎনরিবশিংনা মখোইগী অরা অনা কয়া কংলবসু, মথৌনাগা লোয়ননা চাংয়েং চৎথি। অসুম তৌবা চাংয়েং অসিনা নিংথিনা খংবা ঙম্মে মহুদি—খোইরাদা লৈবা তোঙান তোঙানবা মথৌ তৌরিবা খোইশিং অসি অমগা অমগা চপ্‌ মান্নে হায়না উরম্বা অহু হৌজিক মার্কা থারবা অসিদদি—মাগী মাগী মথৌ অহুনা মখোইগী মশক্‌ নিংথিনা খংবা ঙম্মে। মমাংদৈদা নিংনরম্বদি খোইশিং অসিনা হেক পোকৃপদগী মাগী মাগী মথৌ অহুদা তৌরগা মপুন্সি লোমখিবোইরে, হায়না খাজনরম্বা অহু, অচুম্বা রাখল ওইরমদরে। হৌজিক্কি মহুগী মরম য়াম্না নিংথিনা শেংনা খংবা ঙম্মে মহুদি—হয়িংখোইশিং অসিদি মখোইগী মপুন্সিগী য়াওব মতুং ইন্না মখোই মখোইগী মথৌদাং হোংই। জগৎ জীবগীদি মাগী মাগী মহুং মতম ওইবা হায়বা অসি য়াম্ন মরুনি।

মথংগী চাংয়েংদনা সেলদগী হেক্‌ থোরকৃপা খোই অমগী মশাদা, ইলং লংনা মঙান থোকপা হিদাক্‌ মচু অমা তৈরহুনা মার্কা থারমই, মহুনা মরম ওইরহুনা, মা অহুনা খোইরাদা চৎপদসু, অহিংদা কাওবা মশক উবা ঙম্নবা হোৎনহুনা হয়িংখোইগী চাংয়েং অসি চৎথরমই।

মপুং ফারহুনা খোই অমনা হেক্‌ সেলদগী থোরক্লগা অহানবা মক্তদা, মানা মাগী মশাদা পল্লিবা, মানা তিঙ্গোং ওইরিঙৈগী মকুপ মরাং অহু নাহোক্‌ খোৎতোকই অহুন তৌনা, মিনিট অনি অহুম লৈরগা, মতুংদা মানা লৈরম্বগী সেল অহু শেংদোকৃপা হোই।

মানা অশুম তৌবা অসিদা মচেশিং খরনা, সেল অহুগী অমোৎ অকাইহু চিকথৎ খোৎতৎলহুনা, সেলগী মপাম্নচিংবা অহু মাম্নবা শেম্বদা মতেং পাংই। সেল অহুগী মনুং অহু লুনা নাম্না থমজববদি, মখোইগী মপি অহুনা সেল অহুদা অমুক্ হন্না মরুম কোকপা তৌয়ে। খোইবী অহুনা মরুম অমুক্ কোকৃপা য়াননবগীদমক্ সেল অহুবু শেংদোকপা হোৎনবসি মিনিট ২১ দগীনা মিনিট ৬১ ফাওবা চংই। মতম চংবা অসি য়েংবদা খোইশিং অহুগী থবক শুবা শুম্বা শুমদবগী চাং অমদি পোৎথাবগী মতম অসিনচিংবা অকুপ্পা থৌরম অসি ক্রোনোমিটর (Chronometer) হায়বা ঘড়ি অহুগী মতেংনা পাংথোকই। মন্না ওইনা হায়রবদা খোই মচা ওন্দুনা থোকপ্রবা সেল অসি পুং ১। ২ গী মতুংদদি শোইদনমক্ নৌরিবী খোইশিং অহুনা মরুম অমুক্ কোকপা য়াননবগী মরোংদা শেমৃজিন্ শাজিন্দুনা নাম্না থমই।

থর লিরবা খোইশিংনা মিমিট অনিরোম পোৎথাবা লৈতনা থবক্ শুই অহুবু অনৌবা খোইশিংনদি সেকেণ্ড থর থর পোৎথাই। অনৌবা খোইশিংনা পোৎথাবা অসি মথৌ লোইরগা, অম্নাম্বা মতমদা অহাংবা সেলগী মনুংদা চংহুনা অমদি মরুম মচা য়াওরিবা সেলশিংগী মথক্তা লৈতনা মতম লেপ্পি।

খোই মচাগী পুম্লিগী হুমিৎ মরিনি শুবদগীনা সেল সেংদোক্-পগী থবক্ তৌরে, মখোইবু নর্স বিশিংনা মচিক্তাক্ ইনবিরম্বা অহু তোকৃখিহুনা হৌজিক্তি মখোইনা, মশানা চাজবা হোরে। মহাক্না খোইতি অমসুং লৈরিক লৈরিবা মকম অহুদা চৎলি অহুগা মকম

অহুদা মিনিট থর পোৎথাহনা লৈ, মতুংদা বি ব্রেড অহু মচিন্না লোবা হোই। বি-ব্রেড অহু থর পুরগা য়াম্না থুনা মচা য়াওবা খোইরাদা চৎখিহনা, মচা য়াওবা সেল অমদগী অমদা চৎলি। অহুগা মতম থরম্মু তুমিন্না লৈরগা—মতুংদা থর হেন্না লিরবা তিঙ্গোংশিং অহুদা পিজে। অসুম তৌহনা মানা থর লিরবা তিঙ্গোংশিং অহুগী মচাক্ তোইনা তোইনা পিজবা হোই। হৌজিক্ মহাক্ অসি "নর্শ বি অহানবা কাংলুপ" ওইরে।

হায়রিবা মতৌ অসি মাগী মপুন্সিনা মরিনিদগী গুমিৎ ৮ নি ফাওবা লেপ্লগা, মহুগী মতুংদা মাগী মথৌদাং অমা অমুক্ হোংলে, মরুমদগী ওনবদা ভাইরিবা অনৌবা তিঙ্গোংশিংগী নর্শ বি ওইরে। মখোইনা তিঙ্গোংশিং অহুদা পিজবদি—"রোয়েল জেলি" হায়বা অয়োইবা চিঙ্গাক্ জাৎ অহুদা পিজে। মসিগী থৌদাং অসি মপুন্সিগী হুমিৎ ৮ দগী ১২ গুরবা মখোইগী মথৌনি। মখোই হৌজিক— "নর্শ বি অনিশুবা কাংলুপ" ওইরে।

এলঃ আইঃ পেরেপেলোভানা হায়রি—হয়িংখোইগী চাংয়েং চৎথরিবা অসিদা কৈদৌভেম্মু গুমিৎ ৬ নিদগী ভাবা খোইশিংনা হেন্না নৌরিবা খোই মচা তিঙ্গোংশিংবু মচিঙ্গাক্ পিজবা থেংনব্রি। রাফম অসিনা অমুক্ তশেংনা প্রমাণ অমা কংলে হায়না লৌরি মহুদি—হকচাং কায়াৎকী বিজ্ঞান খংবা (Amatomists) শিং হকচাং কায়াৎকী অকুপ্পা বিজ্ঞান খংবা (Histologists) শিং অমসুং হকচাং কায়াৎনা লৈকম খংবা (Physiologists) শিংনা প্রমাণ পিনরিবা— হয়িংখোইদি, মখোইগী মতৌদা রোয়েল জেলি

শৌদোক্লনবগী, মখোইগী চাক্থাওগী মরি লৈনবা শিংলি (Glands) অত্থু মাগী মপুন্সিগী মহুং মতম ওইরবা মতম অত্থদদা মপুং ফারকই। ৱার্কর বিগী মপুন্সিগী হুমিং ৬ নি অসিদগী মাগী গ্লাণ্ডস অত্থু অস্থম অস্থম মপুং ফাবা হেনগৎলক্লি অত্থগা হুমিং ১৩ নি শুরগনা অমুক্ মতু কংশিনখি হায়বদি পিকশল্লকই হায়বা অসি প্রমাণ ওইরে, চুপ্পে হায়না লৌরে। মরম অত্থনা হুমিং ৮ নিদগী হুমিং ১২ নি ফাওবগী পুন্সিগী নর্শ বিশিংনা হেন্না নৌরিবা তিঙ্গোংশিংবু অমদি মখোইগী মপি কুইন বিবু রোয়েল জেলি পিজবগী থবক তৌই। মখোই অসি অনিশুবা কাংলুপ্কী নর্শ বিনি হায়বদি থর হেন্না হৈশিংলবী নর্শ বিনি। প্রকৃতিনা অহানবা কাংলুপকী নর্শ বিশিং অসিদি, হেন্না হেন্না নৌরিবী অঙাং অমা ওইবনা—মরুমদগী হেক্ পোক্থাইবতা ঙাইরিবা তিঙ্গোংশিংগী সেবাদি য়াম্না চেক্শিনকম খোক্পনা, মখোইনা হৈখিরোই হায়বগী মতাগুম, সেবা তৌহন্দে, অনিশুবা কাংলুপকী নর্শশিংবু তৌহল্লি। হায়বদি মতম অসিদা মখোইগী ( Food Glands ) মচৌগী শিংলি অত্থু থাইদগী হেন্না, চপচানা মপুং ফাবা মতম্লি। মতৌ অস্থম তৌহনা, হক্চাং কায়াৎকী বিজ্ঞান থংবা ( Physiologist ) শিংনা, ৱার্কর বি অমগী মশাদা লৈ হায়না পুখোক্লিবা অসিগা এলঃ আর্ঠঃ পেরে-পেলোভানা হয়িংখোইগী কোলোনিদগী থংলক্লিবা ৱাকম অসিগা চপ্ মান্নরে হায়বা অসি প্রমাণ ওইরে। তাইবংদা জীবগী পুন্সিগী মহুং মতম ওইরকপা অমদি হোৎরবা হায়বা অসিদি শোইদনমক্ লৈ হায়বা অসি কাংফদে, নত্রবদি পুন্সিগী য়াওলদা "নিংবা কায়বা" হায়বা অহুনা খোংবু ওইরকনিদো।

হায়রিবা অসিগা মরি লৈননা, খোইশিংগী মথবাকী তোংলিদা খোইরু শৌদোক্‌পগী য়াকম্‌স্থু পুথোক্লি. খোইয়াদা পরেং শানা তোংছনা মছম শায়রিবী খোইশিংদগী খোই ৫০০ দগী হেয়া কাছনা লোথোক্লে, অছুগা মার্কা থাজিল্লে. মখোইগী মপুস্নিস্থু খংজিল্লে। মখোইশিং অছুগী মপুস্নি হুমিৎ ১২ নিদগী ১৮ নি ফাওবগী কাংবুনি। অস্থুম তৌবা অসিদা, খোই লিশিং ৬০ য়োমগী মশাদা খোইরু শৌদোক্‌কমগী তোংলি অসি থোরক্লে হায়না থংলে, মছনা পুথোক্লিবনা, খোইশিংগী মপুস্নিগী হুমিৎ ১২ শুবদগী মখোইগী মথবাকী খোইরুগী তোংলি অসি মশক্‌ উরক্‌পদগী অস্থুম অস্থুম হেনগৎলকই অমস্থুং ১৪ নিদগীদি মছু অস্থুম অস্থুমময়েং তাথি, কংশনথি। অয়াম্বা খোইগী মপুস্নিগী হুমিৎ ২১ নি শুরবদি মাগী খোইরু শৌদোক্‌পগী তোংলি অছু করিমত্তা লৈখিদরে। "মতম নাইবা তাইবংনি।"

মথক্কী থৌরোং অসিনা তাক্লিবদি হয়িংথোইগী কোলোনি অমদা ওইরক্লিবা থৌদাং অসি মখোইগী মশাগী হক্‌চাং কায়াৎকী মতুং ইন্না ওইবনি। মাগী কায়াৎকী মরোং মতুং ইন্না মাগী মাগী মথৌস্থ হোংলকই, হায়বদি হায়থ্রিব! মখোই অছু হৌজিক্‌ অমুক্‌ মরি শুবা মখৌ অমদা হোংবা তারে।

ঐখোইনা উরে, নৌরিবী হয়িংথোইশিংনা থর লিরবা মখোইগা লোয়ননা খোইরাগী সেলশিং শেংদোক্‌পা, অছুগা তিজোংশিংবু সেবা তৌবিবা—অহানবদা থর হেয়া লিরবা তিজোংশিংদা বি-ব্রেড শিজবা মথংদা মখোইগী মশাদা য়োয়ের জেলি শৌদোক্‌কমগী

তোংলি অহুনা মপুং ফারবা মতমদনা থর হেন্না নৌরিবা তিঙ্গোং-শিংবু অমদি কুইন বিবু রোয়েল জেলি পিজবা, মতুগী মতুংদগী মখোইগী মশাগী হক্চাং কায়াৎ চাওখৎলক্পা মতুং ইন্না অনৌবা মথৌ অমদা চংবা অসিনচিংবা অসিনি।

নর্শ বিশিং অসিনা, মখোইগী নর্শ বি ( সেবা তৌবী ) ওইবগী মথৌ অহু হেক্ লোইবগা, মানা হৌজিক "হোম-বি" ( য়ুম-কোইবী ) গী থবক্ তৌরে, মাগী মথৌদি ফোরেজর বি, ফিল্ড বি, হায়বদি চাকথিবীশিংনা পুরক্পা লৈহি অমদি লৈরিক্শিং অহু মকম চানা লৌশিন্দুনা শেমজিল্লি। হোম বিগী মথৌদি য়ামই, থরনা মখোইগী থোংজংদা, ফোরেজর বিনা পুরক্লম্বা লৈহি অহু, মখোইগা উনহুনা লৌশিল্লগা থমজিল্লি। বসন্ত ঋতুনা মপুং ফারক্লবদা, প্রকৃতিগী লৈকোল্দগী লৈহি লৈরিক্ কয়া লৈরি নানা পুশিলহৌবা তাবদা, ফোরেজর বিশিংনা মকম চাবা চাদবা য়েংদব-মথৈ থাঙজ্ থকীদমক্ থনম্বা চিঞ্জাক্, লৈরিক থম্ফমদা লৈরিক্ লৈরিবা অহু সেল অহুদা মকোক্লা কন্না ইন্সিন্দুনা চেৎনা চিন্না থমই, মাংদননবা মথক্তা খোইহিনা তৌশিল্লি। খোইরাগী মখা থংবদা, থোংজংগী মনাক্তা লৈরম্বা খোইহি কয়াস্ত মথক্লোমদা মকম চানা য়েংহুনা লৌশিল্লি। মমাদগী অথুম অহাও কৈথেনপোৎ ওক্পগুম য়ুমকোইবীনা—খুহুংদা লৈরিক্লগি থল্লবী চাকথিবীগী মচিন্দগী লৈহিগী পোৎলুম পৌশিল্লি।

হোমবি অসিনা লৈহি লৈরিক্ পৈশিন্‌বা, শেমজিনবগী থবক অসি চয়োল অময়োম তৌই। অহুদগীদি মানা, মহুমগী



অকোইবদা কোইচৎ চৎলত্তুনা, মখোইগী মহুম অত্থগী অমোৎ অকাই পুম্বা অত্থ শেংদোক্লগা, ফত্ত হাওথি অত্থু অত্থম্মক্ পৈশিন্দুনা থম্বা ত্তৌদে। মশা নাম্না থবক পাংথোকই, পায়রুবা থবক অয়োই ভাল্লি, মান! শেংদোকপা অমোৎ অকাই অত্থ চিক্তুনা পুন্নগা মখোংদগী ফুট ১০ ( সেঃ মিঃ ৩০০ ) রোম লাপ্না পাইখিত্থনা হল্লোক্লবগী থবক স্কেভেঞ্জর বিশিংনা পাংথোকই। মখোইনা মখোইগী মখৌ অত্থ অম্বুকী মক্তিক্ চেকথিল্লি, মত্থদি, মতম পুম্নমক্তা মখোইগী মহুম অত্থদা তুংশিবা হৈনম লৈনমগী মনম নত্তনা অত্তোপ্পা মনম অমত্তম্ লৈতননবা কন্না হোৎনৈ।

হায়রিবা পুন্সিগী মতাং অসিগী খোইশিং অসিনা ময়ামগী ওইবা থবক অমম্ নোংম্ম নিনিগী ওইনা ত্তৌরি—মখোইনা "বারবর বি" হাজাম অমগী মত্তৌগুম্না ত্তৌই। মখোইনা অহিং হুথিল নাইদনা রার্কর খোই অমমগী অমগী মথক্তা শগোল ত্তোংবগুম ত্তোংথত্তুনা—মঙাং নারা শজুনা শগোল্ ত্তোংবা শাম্নবগুম ত্তৌই. মখোইগী মখোংদা পাল্লিবা ব্রাশ ( মত্থু ) অত্থনা মচেম চাক্‌থিবীশিংগী মশা অম্ম ভক্‌থোক্ নাহোক্‌পিবগী থবক্ ত্তৌই।

মখোইশিং অহুগী মকোক্তা অমদি মনমদা পানবা মশম অহুম্না মচিন্না লেক্‌থোক্‌ নাম্বোক্তুনা লেম্বি। অসুম ভোনা থাও তৈবিবগী থবক অসি খোই অমদা মিনিট মঙা ফাওবসু চংনা হোৎনৈ। করি-গুম্বদা য়ার্কর অমনা মশাগী ভক্‌থোক্‌ নাম্বোক্‌চবা মতমদসু বারবর বিশিংনা অমুক্‌ ফাহুনা নাম্বোক্‌পিরমই অহুগা অমুক্‌ অতোপ্পা অমা থিরহুনা, থবক তৌরিবা ওইরবসু য়ার্কর অহুবু ফাহুনা মশাহু লেংদোক্‌পি। থবক অমা শুরুরগা থোং থুৎ, মাই মিৎ তাথোকপা অহুগা শুরমদাইদসু হক্‌চাং য়াংনা চৎপা—থৌনাগা লোয়ননা থবক পাংনিংঙাইগী মশক্তি।

বারবর বিশিংনা মখোইগী মতেং পাম্বা য়ার্কর্শিংবু থিবগী মতৌ অসিদা য়াম্না হুংঙাইশ্রবা মরোং অমনা—মখোইনা খোইয়াদা লৈরিবা খোইশিং অহুগী মথক লাল্লনা লাল্লহুনা ক্বোইচেন চেনবদা মখোইগী ফিজরনা (মহুনা শোল্লগা পোৎকী মশক্‌ থংবা ৎহা) থেংনরুরবা য়ার্কর অহুবু ময়ামগী মরক্তগী ইম্বোক্‌ চিংথোক্তুনা মখোই অহুনা মশানা য়াজত্রবা ফাওবদা চিংথোক্লগা, মশা অহু থক্‌থক্‌ নিকপা মথৈ নোম্‌ নোমহুনা, মতু মমান ভক্‌থোকপি। অয়াম্বা মতমদা ফিল্ড বি অমবু বারবর বি অনি অনিনা মশা নাম্বোক্‌পিবগী থবক্‌ পাংথোকই।



য়াম্না নোক্লিংবা থৌদৌ অমনা য়ার্কর বিগী মথক্তা শগোল তোংবগুম তোংলিবা বাবরর বি অহুনা, য়ার্কর অহুগী মশা অহু

অমুক হেক্ চিংথৎলি, অদুগা অমুক্ হেক শেংদোকই। মতুদা বারবর বি অভোগ্না অদুনা রার্কর বি অদুগী হকচাং কোচিনকৈায়াত্থ, মথবাক্ ফাওবা রার্কর বি অদুনদি মশানা নাম্বোক্ খোৎভোকপা ভৌবা ওমদবা মকম অদু ফাওবা নিংথিনা শেংদোক্পি। হায়রিবা মকমশিং অসিদদি, খোইগী মহিক্লচিংবস্থু লৈগল্লি। বারবর বি (হাজাম) শিংগী অসিগুম্বা মথৌ অসি মরম ওইনদি লৈরিক খিরুবী কোরেজর বিশিংদা ওইনা ভৌরি। হায়রিবা বারবর বিগী মথৌ অসি হেক পোৎথাবগা, মখোইগী মথৌ অনৌবা অমা অমুক্ হোংলে। মখোই হৌজিক্ "স্কেভেঞ্জর বি" (অমোৎ অকাই শেংদোক্পী) অমা ওইরে।

হক্সিংখোই অমনা ইমুং মচুংগী ওইবা মহুম অদুদা লৈরগা লোম্বা, থবক্ অকুপ অভা অসি "গার্ড বি" (খোংশং পুবী) হায়বা অসিনা ইরোই লোইবগী থাক্লি। খোংশং পুবীগী থবক্ অসিদি য়াম্না নৌরিবী খোইশিং অচ নত্তনা, মপুক্সিগী মতাং খুদিংগী খোইনা ভৌই। অদুবু খাইদগী হেন্না চেক্শিন্না হোৎনবদি হোম বিদগী হেন্না লিরবী অদুগা অরিবা কোরেজর বিশিংনা হেল্লি।

খোইশিং অসিনা মপুক্সিগী মতুং ইন্না মাগী মথৌদাং করম করম ভৌবগে হায়বত্থ মুক্না নৈনবা তারবদি, মভাং অসিদা হকচাং কায়াৎকী বিজ্ঞান খংলেবশিংনা হায়বা, মতম করম্বদা কপ্নি কায়াৎনা কপ্নি ভৌবা হায়বনচিংবা, য়াম্না লুপ্রবা মভাংদা চৎথবা তাবনি। মরম অদুনা অসিরায়ইয়া লোম্নগা, ঐখোইনা লৌবা য়াবা রাক্তমদি— হক্সিংখোইগী মপুক্সিগী খোরুম অসিদি—ঈশিং অমম্বং জুংশিত্তা

লৈবা বেক্তরিয়ম হায়বা মহিকী জাৎ অতূগী মতোৌগুম্না অমদি চেংগুম্, খুৎকেনবীগী জাৎনা তৌবা অতূগুম্না—মাগী হৌরকফম্, মফম ( বিন্দু ) অতূদগী অস্নুম অস্নুম্মক্ শন্দোক্লক্তুনা মপান্দা হায়বদি লৈফম অতূদগী মপাল্লোমদা লোইশিল্লি হায়বা অসিনি।

হয়িংখোই অসিনা খোইরাগী মতুংদা লৈতূনা, মরুমদগী হেক্ ওনবগা, মানা মপুং ফারকপগা লোইনা লোইননা, মফম অতূদা মথৌ তৌবা হৌরগা অস্নুম অস্নুম থর থর ওইনা, মপাঙ্গলগী মতুং ইম্না থবক পাইখৎলকই। অহানবদা মানা খোইহি অমদি বি-শ্রেড না লৈবা মকমদা থবক নোম্লমই, মতুংদা মপাল্লোমগী ওমথৈদা, পৃথিবী অসিগা মরি লৈনবা থবক পাইবা হৌই। মতূ অমুকস্ন লাম্হোক্‌খিতূনা, অরাপ্পা অনকপা কয়াদা কোইনা পাইবগী থবক তৌরবা মতুংদা—মহুমগী মপান্দা মাগী অরোইবা মপুন্সি লোইশিনখি।

হৌজিক মথক্তা নৈনখিবা হয়িংখোই অমগী পুন্সিগী থৌদাং মথং মনাও হায়রিবা অসিনা অয়াম্বা ফিবমগী মরোংদা মশানা ওইজবা থৌদোক্নি। মসিগী মথংদা অমুক্ খুৎশেমগী পাম্বৈনা খোইশিংগী মথৌ অতূ হোংহন্‌বগীদমক্ চাংয়েং চৎথবা য়াকম থরস্ন থম্নবা য়াই। থৌদোক্ অসি নৌনা হোৎনতূনা পুখোক্‌পা থৌরম থরনি। চাংয়েং হোৎনবা অসিদা মখল মখা কয়াগী জীববু পাংথহন্নবগী হিদাক্ ইথর ( Ether ) হায়বা অমদি ক্লোরোফরম্নচিংবনা কুইন বি অমবু তুমথহন্নগা, আর্টিফিসিয়েল ইন্জেমিনেশন তৌই, মাগী শিওমদা হৈরু চুপ্‌খা পি। থৌদোক্

অসিদা শিজিন্নবসি কার্ব্বন ডাইওক্সাইদনা হেন্না খুৎলোই হায়নস্ত্র ইরি। মরমদি মসিনা হেন্না কল্লি অহুগা হিঙ্গৎলকপস্তু লায়না ঙমই। অহুবু ঐখোইনা থংলুবগী কান্নদে নিংই। চাংয়েং ভোব-শিংনস্তু থংলে—কুইন বিদা য়েংবদা য়াম্না থুনা মরুম কোকপা হোই, অহুগা য়ার্করদা য়েংবদনা য়াম্না থুনা ফোরেজর অমা হায়বদি চাকথিবী অমা ওইরকই হায়বনচিংবা কয়ানি, অহুবু শম্নপ্না হায়রবদা মথক্তা এলঃ আইঃ পেরেপেলোভা হায়বী অসিনা পিরিবা মরম পুম্বা অসি অয়াম্বগী ওইনা লোরবদা চুমই অহুবু মসিমক্লা শোইত্রবা য়াফম্নি হায়না চৎলগদবা রুলনি হায়না ওইবদি য়াদে অসিনি।

অমুক্ থম্নবা য়াবা য়াকম অমদা হায়রিবদি কুইন বিনা নিংথম থা লোইরকপদা মরুম কোকপদগী ওইরকপা খোইশিং অহুগা শরদ ঋতুদা মরুম কোক্তুনা ওইরকপা খোই অহুগা অনি অসিগী, মখোইগী মপুন্সিগী মথৌ পাংথোকপা মতম খেন্নে হায়নস্তু ইরি। মরু ওইনা হায়রবদা মে, জুন, জুলাইগী মরুমদগী ওইরকপা খোইশিংগী মপুন্সিদি তেল্লি, চয়োল তরুক্তনি অহুগা সেপ্তেম্বর থাগী মরুমদগী ওইরকপা খোইগী মপুন্সিদি শাংই, মখোইগী মপুন্সি থা ভরুরি অমস্তুং মহুদগীস্তু হেল্লি।

"করিগুম্বদা" হয়িংখোইশিংনা, মখোইগী ভোগদবা থবক্ নোম্কম অমত্তা লৈত্তবা খোক্লবদি, মখোইশিং অহু খোইরাগী মথক্তা ভোংহুনা ভুমিম্না লৈ। লেং ওৎপনচিংবা করিস্তু ভোদে—চাদে—থক্তে। মখোইনা চাননবা মচিঙাক অহুবু চেক্শিনবত্তা

নত্তনা, মশা মশাগী মপাঙ্গল অহুস্ত পাম্মুক্তহনা শিঙ্গিম্নদে। অহুগা খোইহি, লৈরিক্ খোমজিন্নবগী মকম অমদি মভম্না লাক্লবদি, মখোইগী অঙাং ওইরিবী, মখোই অহনা ফিল্ড বি অমা ওইবগী মপুন্সি য়ৌদ্রিবীশিং অহুস্ত, ফিল্ড বিশিংগা লোইননা ফোরেজরগী হায়বদি চাক্থিবিগী থবক তৌই। মখোইস্ত থবক তম্বা ওইনা থবক তৌবা য়াওই। নোম্ব! কনবদা হয়িংখোইনি—মখোইদি অরেম্বদা থক্ মতম মাংহন্দে—থক্ তুম্দে। অহনা মখোইদি হারোংগুম্না কক্চেংদগী চিঙ্গাক্ নিরুদে।

“করিগুম্বা তানকমদা” হুংশাগী মৈশানা—য়াম্না কল্লহনা, অশাবা হুশিংনা—লৈশিংদস্ত লৈহি কংশিল্লবা—অহুগা মখোইগী মহুম খোই উপু অহুগী খোইহি অমস্তং খোইরু অহু শৌদোক্পগী মনম্ লাক্লবা অহুগুম্বা মতমদদি, নৌরিবী খোইশিংগা, হান্ননা থোংশং পুরিবীশিং অহুগা লোইননা, কোরেজর বিশিংস্ত য়াওনা মখোই ময়াম্ তিন্নহনা—মখোই খাইগী ওইবা মহুমগী “মরন্” অহু ঙাক্ শেনবগী থবক্ য়াম্না হেন্না চেক্শিন্না তৌই। মখোইগী ঙাক্ শেনবগী মপাঙ্গল অহু অমুক্স্ত হেন্না হেনগৎহল্লহনা—“লৈঙাক্লোন” মপাঙ্গল হাপকৎলক্তুনা—মথোং চংকমদগীনা মখোইগী পাইথোক্ পাইশিনকমগী বোর্ড অহু কাওবদা—মখোই কাংলুপ্ কয়া, পরেং পরেং লে লহনা লেপ্ই। মখোই থুদিংমক মমাইদি মাইকৈ অমত্তদা ওন্দুনা হায়বদি পরেং পরেং শানা মহুমদা মতুং ওন্সিল্লহনা লেপ্লগা, মখোইগী অপিকপা মাশাশিং অহনা থুনা য়াংনা থগুনা, মখোই খাইগী ( মজাতিগী ) য়েক্লবগী মশক্ ওইরবা

"মৈশা মনিন" অহুবু মখোইগী মহুমদগী মুংশিং হুমদোক্লুনা তাম্লোক্লি। ইঙ্গাতিগী য়াইফ থৌরাংদা মীপুম্ খুদিংগী থৌদাং লৈ।

## ফিল্ডগী থৌদাং।

হয়িংখোইশিংনা মখোইগী মহুম্ খোই উপুগী মফুংদা লৈরহুনা, মখোইগী মপুক্তিগী অমদি মশাগী হকচাং কায়াৎকী মফুং মতম ওইরকপগী মতুং ইন্না, মখোইগী থৌদাং মথং মনাও ওল্লক্লিবা মতম অসিমক্তদা—মখোই অমনা ফিল্ড ৱার্ক তৌবগী হায়বদি ফোরেজর বি অমা ওইবা ওমনবগী থৌরাং তৌবমু হোই। হায়রিবা থৌরাং অসি ভাঙ্গাগী মতুং ইন্না মতম খর য়ান্না চংবা অমস্তুং চংদবগী ৱাফমস্ত লৈ। নৌরিবী খোইশিংনা খোইরাগী মথক্তা লৈনা লৈনা পাইবা তম্বগুম্ তৌই। ফোরেজর বিশিংনা পাইবা অহুগদি মান্নদবা মরোংদা খর খর ওইনা পাইবা হোই। লৈচিন নোংফাই থাংদবা, মুংশিং থোইনা কন্দবা মুংশিন্দা নৌরিবী খোই কয়ানা পুন্না পাইখোকপা উবিগনি মহুবু—"প্লে ফ্লাইট" হায়না থংনৈ।

নৌরিবী খোই অমনা মখোইগী মথোং অহুদা, মমাইদি মতম পুন্নমক্তা ওল্লিন্নহুনা, থোইনমু লাপ্তুনা থোইনমু ৱাংদনা পাইর পাইরহুনা লৈ। অমুম তৌহুনা মিনিট অনি অহুমদং অহাংবা মালংদা পাইক্লরবা মতুংদা অমুক্ পাইথরক্লুনা মকোন্দা চংই। অহুগা হৌজিক্ খোইরাদা লৈরহুনা মথোইনা সেন্দশিং অহু শেংদোকপা নত্রগা তিঙ্গোংশিং অহুবু পিজহুনা নর্ম বিগী থবক পাংথোকই খোইদোক্না খুদোং চাবা মুমিত্তদি খোইশিংনা অমুন্না

পাইখোক্‌পা অসি অমুকস্থ হন্না তৌবা য়াওই। মখোইগী মমিৎ অত্থুনা মখোইগী মহুম খোই উপু অত্থদা য়েংল য়েংলত্থুনা উপুগী অকোইবদা কোইপাই পাইরুই। রাসিয়াগী "তলা এক্সপরি-মেণ্টেল্‌ এপিয়ারি" গী চাংয়েং মীশিংনা অতোপ্পা রাফম অমা ওইনা হায়রি—মখোইগী নং ১৫ গী খোই অমনা মাগী মপুন্সি হুমিৎ মঙানি শুবদা খোই উপু অত্থদগী কুট কয়ামুক হেন্না লাপ্পা কোইপাই পাইত্থুনা চৎখি হায়রি। অস্থুম তৌত্থুনা খোই অমনা হুংশিংকী মথক্তা চৎপা অমস্থুং লৈবা ওস্বগী মপান্ননল অসি হেনগৎলকই। মানা হৌজিক্‌ মতম শাংনা হুংশিক্তা লৈবা ওন্নে অমস্থুং মশাদস্থ লাইএদি থোক্লে হায়ববু মানা পাইবা মতমদা, মমিৎনা মখোইগী মহুমগী থোংজংবু য়েংবদি তোক্তে। নৌরাশিংনা য়ুমদগী লাপ্‌থোক্‌পা চেক্‌শিন্‌গনি।

মপুন্সিনা হুমিৎ ৮।৯ নি ওইরবদি মখোইনা উপুগী অকোইবদা কোইপাই পাইরে, হরাওনা হুংঙাইনা শান্নজরে, পাইরিবা মাইকৈ থুদিংলগী উপু অত্থদা মমাই ওন্সিনবদি তোক্তে। অস্থুম তৌত্থুনা লৈরুবনা মিনিট ৫দগী ৭ ফাওবগী মন্থংদা মহুমদা অমুক্‌ হঙ্গিল্লি। মসিনা মখোইগী অহানবা পাইবা তম্বা অমস্থুং মতুংগীস্থ ওইবা লম্মিৎ তুম্মিৎ থংজলহৌবগী থবক থৌরম অমনি। মত্থুনা মন্নম ওইরত্থুনা মখোই ময়াম পাইবা "গ্রে ক্লাইট" অসিদা মখোই শাইগী ওইবা অমাং অশোইগী থবকস্থ পাংখোকই; মখোইগী মখৌ শুবগীস্থ থৌরম অত্থদা হৈনরকই।

হৌজিক্‌ লম্মিৎ তুম্মিৎ থংলবা অসিগী মথংদা মখোইনা

অমুক্ "পাইবা তম্বা" হায়বা স্কুল অত্থুগী অরোইবা—অরাংবা ক্লাশ্—"হেক্তা পাইথোক্‌খিবা" হায়বা ক্লাশ অত্থুদা চংলে। মতম অসিদদি মানা পুংখাই অমরোম পাইহুনা লৈবা ওয়ে—মমিংন্থু খোই উপুদা য়েংলুবা তৌত্রে। হৈশিংলবী ফোরেজর বি অমগী মতৌগুম্না মহুমদগী খোরক্তুনা, মখোংদগীনা চুমত্রিং হুংশিংকী লম্বিদা শাংনা পাইখিহুনা চিংঙু মাগী খৌশিলগী মখাদা. হৈকোন্ লৈকোল্দা, উরক্ হারক্তা পাইশিনখি। মত্থুদা মানা অপাম্বা লৈ অমগী মথক্তা তোংলে, মতম থর পোৎথারে। লৈহি লৈরিক খোমজিনবগী রাখনস্থু তৌদে, মানা মহুমদা হন্দ্রিবা ফাওবগী মতম অত্থু, লৈ অমদগী লৈ অমদা তোংহুনা থর অমুক্ পোৎথাহুনা লৈথোক্ই। অত্থুদগী মানা মহুমদা অমুক্ হল্লক্লে—ভাইহাক্ পোৎথারে—অত্থগা মানা অমুক্ পাইথোক্তি়ুরিঙৈগী মমাংদা. লংকৈ খোংচৎকী চেংজেন পুবদা, খোইরাদগী খোইহি অত্থু—মহৈ তম্বদা ট্রেনিংগী ষ্টাইপেণ্ড ফংবগুম, মপুক্ থম্না চাশিল্লি।

অস্থুম তৌহুনা খোইশিংনা লৈহি অমদি লৈরিক পুরক্পা হৌত্রিঙৈগী মমাংদা পাইথোক্‌খিবগী থৌরম অসি অনিরক্ অহুম্নক্ হয়্না তৌই। রাকম অসি চাংয়েং চৎথরিবশিংনা, শিরবা অরেপ্পা রাফম্লি। ঐখোইনা থল্লি খোই অমনা হেক্ পাইখিবগা লৈহি, লৈরিক্ থরদি শোইদনা পুরকই, অত্থুবু মত্থুদি নত্তে। রেকোর্ড তৌহুনা চৎথরিবা খোইশিং অসিগী মঙ্গংদা করিগুম্বা খোই অমদি, মানা অহানবা খোই উপুদগী হেক্ পাইথোক্‌খিবা অত্থুমক্তদা উপু অত্থুদা মমাই ওজিল্দুনা অস্থুম্নক পাইহুনা লৈ, মহুমদা হল্লক্তে অস্থুম হেন্না

হেন্না লাপ্পা কোইপাই পাইবা তমই, অত্থ্দগী মশক উথিদবা অত্থ্না মিনিট ৩০ । ৪০ গী মতুংদা লৈহি লৈরিক্ পুরক্তুনা হল্লকই হায়রি। মসি ফাওবগী রাকম অসিনা খোই অমনা মতৌ করম্না, মানা সেলদগী খোই অমা হায়বত্থ্ ওইরত্থ্না থোরক্পদগীনা থা মথাই অমা অমদি চয়োল অহুম পুন্সিরবা অত্থ্দা—মখোইনা সুমিংকী মশান উবা হোরকপা অত্থ্না ফোরেজ্জর বি অমা ওইরকপগী মতৌনি।

ফিল্ড বি অমা ওইরবা মতমদা মখোইগী তোঙান তোঙানবা মগুণ কয়াম্সু লৈরি। মখোইনা হাওরা সুংশিং অইং অশা অসি অমা ওল্লকদোরে হায়বা ফাওবা থংবা ঙম্লক্লে। থংহৌদনা নোং সুংশিং লাকদৌরি হায়বত্থ্ থংলত্থ্না ফোরেজ্জর বিশিংনা থুনা য়াংনা মহুমদা হল্লকই। রাকম অসি খোই লোইবশিংনসু থম্বরুরগা শোইদনা থেংনগদবনি। খোই চা কয়া, লিশিং কয়ানা সুংশিংকা ইরোইননা ঙংত্থ্না পাইরত্থ্না অনেম্বা অমদি অরাংবদা খোই য়োক্ফমগী অকোইবদা, মখোইগী মহুমগী মাইকৈ তম্না পাইরক্পা থেংনগনি।

হম্বিংখোইশিংনা মহুমদগী পাইথোক্খিবা মতমদা, মথোং অত্থ্গী মথক্ থংবা শরুক্তা, উপু অত্থ্গী রালদগী পাইথোক্খি অত্থ্গা খোংজং অত্থ্গী মখা থংবা শরুক্ অত্থ্না ফিল্ডদগী পোংলুমগা লোইননা হল্লকপশিং অত্থ্গী চংকম লম্বি ওইনৈ। মত্থ্ মখোইনা পাইথোক্-ফমগী এলাইটিং বোর্ড অত্থ্দগী চংলক্ফম ওইনা থমৃই মতৌ অম্সুম তৌত্থ্না খোইশিংনা চংথোক্ চংশিন অমসুং শোং পুথোক্ পুশিনগী ত্রাফিক্ মখন অনি থোক্না থমই—"রান য়ে ত্রাফিক্"

তৌই। মসিদা গোংশং পৃথিবী ডাক্‌শেনবগী গার্ড বিশিং অতনা থানা বাবুশিংগা খৌদোগুম—মখোইগী মরল মথুম অথুম অহাও খোমজিনবগী থবক্‌ অদু পম্বা তৌদননবগীদমক্—লম্বি মফম তাক্লুনা লেপ্লি।

চাংয়েং চৎথরিবা কাংবুশিংনা খোইহিগী মতমদা, খোইশিংনা মহুমদগী পাইথোক্‌থিবা অমসুং হল্লকপগী মশিংনচিংবা অসি মতিক্‌ চারবা কোলোনি অমদা কদাই ফাওবা তৌরিবগে অমসুং কয়া য়াম্বা খোইনা পাইথোক্লবা হায়বনচিংবত্ত থংনবগীদমক্‌ মথল কয়াগী থুম্ব থুংলাইগী মতেং লৌদুনা হোংনখি। মমৈথংদা এঃ ঊ লুপ্তি হায়বা অমনা শাবা থুংলাই অতনা মাতিক্‌ চাবা থবক্‌ পাংথোক্‌পা ডমখি। থুংলাই অসিনা খোইগী পাইখিবা হল্লক্‌পা অসি মশানা অতুম্বক মশিংসু থিরমই। এটোমেটিক্কী রেজিষ্টর তৌরমই। ইলেট্রিক্কী ইঞ্জিনি, মসিগী মরমদা খোইনা হেন্না থংজন্নবা হোংনবগী কান্নরোইদরা হায়বা অসিনা ঙসিমক্কী রাথন্নি।

ইঞ্জিন অসিনা অম্বুক্‌ অঙনবদগীনা হুংদাং ফাওবা হুমিৎ ১০৫ নি চাংয়েং তৌবদা রেজিষ্টার তৌবা খোইগী মশিং অসি চৎখিবনা মশিং ১.৪৩৪,৬৬৬ নি অতুগা হল্লক্‌পনা মশিং ১,৩৫৭, ৭৬৯ নি। চাওনাক্লা পাইথোক্‌ পাইশিন তৌবগী মশিং অসি ৫,০০০,০০০ নি হায়না রেকোর্ড উৎলি। মখোই পুন্নমক্‌ অতুগী মশাগী অরুব্বা রেজিষ্টারদা টেন অমগী তংখাই অমনি হায়রি।

ইলেক্‌ট্রিক্‌ ইঞ্জিন মচা অসিগী পাম্বৈদগী চাংয়েংনা থংবা ঙম্বা রাফম অমনা—অমোং অকাই শেংদোকপী, স্কেভেঞ্জর বি কাংবুনা



পুন্থনা হুন্দোক্‌খিবা, অশিবা খোইগী মশিংস্তু থিবা ঙমই। পাইরিবা হয়িংখোইশিং অসি অয়াম্বদি শিবা কান্দা মখোইগী মহুমগী মপান্দা চৎলগা শিরুই। মখোইগী মকোন্দা শিবগী মশিং অসি চাংগী মন্থুংদা অমা অনিদং ওই। লুনা নাপ্পা পানবা, চাবা চেক্‌শিঞ্জবা অমদি তন্দুনা মতম মাংহনবা তৌদবনা, মখোইদি মরক্তা নাহুনা শিদে। থাঙ্গৈশেংবা খোইয়ুম্ লাইগী থুৎশেমগী অরেপ্পা চাংবু থংবা ঙম্বগী রাফমদি ওইথোক্তে অত্তবু, মশা মউ ফরিবা ফিল্ড বি-শিংনা থবক্কীদমক পাইথোক্‌খিবদা ওইথিবা ফিবমগী মরোং অমদি শিরমদাইগী খোংচত্তা পাইখিবা খোইগী মতৌশু য়েংবদা থরমথৈদি থংবা ঙমই।

হান্নদগী থংনরক্লবা অমনা, হয়িংখোই হায়বা জাৎ অসিনা অহন ওইরবী খোই অমনা কদৌথৈদস্ত—অতোপ্পা শা ঙা জীব-

শিংগী মতৌগুম্না, মখোইগী মহুম অমদি মকোনগী মনুংদা থক্ শিদে হায়বা অসিনি। মখোইগী মহৌশাদগী ওইনা থংজররক্লবা জ্ঞান অসিনা মরম ওইরহনা, স্কেভেঞ্জর বিশিংনা মখোইগী মকোন মনুংদগী অশিবা খোই মপান্দা হুন্দোক্লবদা মতম মাংখিবগী থৌরম অসি লৈতে।



মচু মুরবী, মতু মমান পান্দ্রবী অমস্তুং মাশাস্থ তরল তরল্লবী অহল ওইরবী হয়িংখোইগী ৱার্কর অমনা মাগী মপুন্সিগী অরোইবা খোংচত্তা, পুরক্লম্বা, খোইহিগী পোৎলুম অহু মানা, মাগী মনাও হুপী হোম বি অমদা, মচিন্না মচিন্দা ইল্লহনা শিন্নরমই। থৌদো অসিনা মরম ওইরহনা মনাও হুপীশিংদা খুদম অমা উৎপিরি— "জাতিগী চাওথৎ থৌরাংদা,—পুন্সিগী অরোইবা খোংথাং কাওবদা অঙম্বা মতেং পিরমগদবনি।" মনাও হুপীশিং হোম বিশিং অহনস্থ —নহা ওইরিঙৈ অহুদগী তত্তনা নিংশিংলে—"ইজাতিগীদমক্তদি ঐগী পুন্সিগী অরোইবা ভাঙ্গা কাওবা—অমদি ঐগী থরাইনা থাৱবা কাওবদা হোৎনরম্বা ভাবনি।

হয়িংখোই অমনা অহল ওইরহনা, শিরমদাই ওইরবদি, মচু মুশিল্লকই, মাগী মশাদা মতু মমান পাল্লক্লে। পোৎলুম পুহনা মানা মহুমদা হল্লকপা অসি য়াম্না ৱানা চোক্থনা পাইরহনা, উপু

অহু য়েৌননবা হোৎনরকই, অহুগা মানা পুরক্লম্বা লৈহি অহুনা হোম বি অমদা শিন্নে। অহল ওইরবী হয়িংখোইশিংদি লৈহিদমক পুশিল্লি, লৈরিক্তি পুরক্তে, মরমদি মখোইগী মতুম্ নিংথিনা পাম্রে, অহুগা মপাঙ্গলম্ শোনবনা মখোইগী মখোং খুহুংদা লৈরিক্কী পোৎলুম পুবা অহু বেলেল্স তৌবা ঙমদে। মাগী পুল্সিগী অরোইবা খোংচৎকী পোৎলুম অহু মহুমদা, ননাও হুপীদা থনম্লগা, মানা মমাই ওম্না চৎখিহুনা য়াম্না রানা মশা অহুবু চিংল চিংলহুনা মপান্দা খোকখি। খুদি থিনা থিনা—তুরোই ঙারোই তৌহুনা এলাইটিং বোর্ড ফাওবা চৎখি—মথংদা অরোইবা দমদা—তংথাই পাইবগুম্ তংথাই চৎপগুম তৌহুন—মানা কোলোনি অমগীদমক্ —চিংঙু মাগী তাইবং লৈশেমদা তৌরম্বা মথৌ অহুগী অরোইবদা —অরোইবা য়াহিপ লৈবাকৃথক্তা তাহুনা শিথি। শিগদবনি অকবা তৌরম্বা কৈ।

## মান্নবা অমসুং খেন্নবা।

*হয়িংখোইগী কোলোনি অমগী মহুংদা রার্কর অমগী মপুল্সিগী মরমদা থম্নরকপা অসিদা—হৌজিক য়াম্না হেম্না থংনিংবগী রাকম অমা য়োৌরক্লি মহুদি—কাংলুপ নাইনা হিংবা, হয়িংখোই হায়রিবী জীব মচাশিং অসিনা—মখোইবু পোক্লিবা মপা অমদি মমা অনি অসিদগী শারোং শাদাদা হৈশিংবদা অম্বুকী মতিক্ খেন্নবা পোক্লিবা অসিবু করি মরম্লনো, করি লৈরিবগে হায়বা অসিনি। মপা অমদি*

মমা ওইরিবী, মখোই অসিনা হন্দকী মপোক্ অসিদা থক্ পাং-
খোক্পা ঙমজবা অমদি ঙক্কমস্ থোক্তবা থবক্ মথল কয়ামুক তৌবা
ঙম্বী ওইবা মচা পোক্লিবা অসিবু, মতৌ করম্না ওইরক্লিবনো ?
ঐখোয়না খংনরিবদি কুইন বি অমা হায়বী হয়িংখোইগী মপি
অসিনা, মাগী মপুন্জি চুম্লসি মহুমগী মহুংদা লৈহনা মরুম কোক্পা
অসি নত্তনা করিগুং তৌরুবা, ঙম্মুবা লৈতনা লেপ্লি—অহুগা
মপা ওইরিবা ত্রোন অমা হায়বা অসিস্ন, মখোইগী মহুমগীনি,
মকোন্গীনি হায়বা থবক অমত্তম্ভু তৌদে, তৌবা ঙম্বগীস্ন মরোং
মখোইগী লৈজদে, মখোই অসিনা, নৌনা পোক্লকপী কুইন বি,
হাত্তম অমবু লোইম্নহনা, মাগী শিওম্দা হৈরু চুপথা পিননবগীদমক্
ঙাইহনা লৈবগুম্ তৌই। কুইন বি অমদি ত্রোন অনি অসিগীদি
খোইরু শৌদোক্লরুবগী "রাম্স গ্রাওস্" হায়বা তোংলি মখোইগী
হক্চাং অহুদা পান্দে, মরম অহুনা, মখোইনা মখোইগী লৈননবা
মহুম্ খোইরা হায়বহু শাবা ঙম্বগী রাকম লৈতে। পিক্লবা সেল
অমা কাওবা শাবা ঙমদে। অসিদন্থু নত্তনা লৈরিক খোম্জিন্নুননবা
অমদি লৈহি থিরুননবগী থুংলাইস্নু লৈতে হায়বদি পান্দে। মরম
অহুনা মখোইনা মখোইগী চাজননবগীদমক্ মচেং অমত্তং লৈহি
মরিক্ অমত্তং পুশিজবা ঙম্বগী রাকম লৈতে। অহুনদি মখোইনা
মখোইগী মচাশিংবু পিজ পিথক্তুনা চায়োক, নাওয়োকপা ঙম্বগী
পাম্বৈ লৈতে। জগৎ জীবনা খংনরিবা অমদি তোনরিবা, মমা
মপানা মচাবু চাওননবা য়োকপা হায়বগী রাকম অহুদি খোদো
অসিদা হায়বদি হয়িংখোইগী মতৌ অসিদদি ঙক্নাও য়াওদ্রে।

খন্নানিংঙাইনি অহু ওইরবদি রার্কর হায়রিবী হয়িংখোইশিং অসিনা মখোয়বু পোক্‌পী মমা মপা, কূইন বি অমস্থং ক্রোন অনি অসিগা অমুক্ য়াম্না শাথিনা খেন্নরুরিবা অসিনা করি মরমদগীনো ? মখোইগী মমা অমদি মপা অনিনা সুপ্তৌ তৌবা ঙমত্রবা থবকশিং অহুবু তৌবা ঙম্বগী মরোং অসিদি কনাদগী লোরক্লিবনো ? কর্‌ম্বা মরোংদগী মপা মমা অমস্থং মচাশিং কাংলুপ অসিগী খেন্নবা অসি লাক্লিবনো ? মপাস্থু লোদা মমাস্থু লোদা করি মপোক্লো ? শক্‌মান্নবী পুক্‌মান্নবী ? হায়বিরকপা য়াই—মপা মমা তোররিং কয়াগী মচা মগুস্থু হৈখোই শিংখোইবা য়াওই, খংহৈরবা কয়াগী মচা কোলাই অমস্থ নারাংবদগী মনা পংবা, মমিৎ উত্রবা য়াওনরি। অহুবু হয়িংখোইগী রাকমদি নাইতোম ওইবনা খন্নবস্থু কৈ·—মপু মাগী খুৎশেমদা—তাইবংবু লম্‌জিং পিবদা—

মথক্তা হায়রিবা অমম্বা ! লৈশেম মপু মাগী থৌরম অনিবু হৌজিক্কী জগৎ অসিনা য়েংদনা, অমদি খম্বদনা তুমিন্না লৈখোকপদি থক্ তৌদে। মসিবু নৈনরুবদি, হেন্না রাংবা থাক্তা লৈথ্রে—অহুবু কূইন বি অমস্থং ক্রোনগী মচাশিং অসিনা মকম কদাইদগী অমদি মত্তৌ করম্না ওইরক্লিবনো হায়বগী মতাংদা "ডরুইন্ থিওরি ওফ নেচরেল্ সেলেক্সন" "Darwin theory of Natural Selection" হায়বা অহুদা মানা হায়রি—"পুন্না লৈমিন্নবা জীব কাংশিংগী মস্থংদা মরূ ওইনা, হয়িংখোইতগী ওইবা তোপ্তোপ্পা তোঙানবা রাকম অসিগী খুদম পিবা, লোইশিনবা অসি য়াম্না লুনা থোকই।"

জর্মন্ সাইন্টিষ্ট প্রোফেসর আগষ্ট উইসমেন্ হায়বা অমনস্থু থৌরোং কয়ানা প্রমাণ পিখি—অহুবু চপ্ চানা য়াননবগী মতাং লৈতে। অসি নত্তবা সাইন্টিষ্ট কয়ানা উপান কয়াগী ঈ তিন্নহন্দুনা প্রাপ্ত তৌবদগী ওইরকপা মরোংমচিংবা কয়াদগীস্থু হোৎনবদা খর মথৈদি নক্নবা প্রমাণ কয়াস্থু তৌই। খর হেন্না ওইবা য়াবগী থাক্তা এঃ এসঃ মিখাইলোভ হায়বা, চাংয়েংগী সাইন্টিষ্ট অমনা পুথোক্লে— "হয়িংখোইশিং অসিদি কুইন বি হায়রিবা অসিনা মখোইগী মমা নত্তে—মখোইবু য়োক্পিরিবী নর্শ বি হায়বী অসিনা মখোইগী মমানি।" হয়িংখোই মচা তিংঙ্গোংশিং অহুনা চাখিবা, হায়বদি, মখোইবু পিক্লিঙৈদা নর্শ বিশিংনা পিজখিবা চিঙ্গাক্ অহুগী মতুং ইন্না মাগী মাগী লমচৎ অমস্থুং হৈনবী হায়বা অহু ওইরকপনি। চিঙ্গাক্কী মগুণ্ কাওফদে, ডাক্তরনা সাক্কিনি, হিন্দু ধর্ম্মনদি তিলহৌ চনম্ কাওবা চাবা য়াদে।

অরোইবা রাকমদা—মপু মাগী তাইবং খুৎশেমগী থৌরাং— অঙকপনিদা হায়না লোইশিল্লবদি, হেন্না খন্থরুহুনা, হেন্না ঙক্রুবগী মতাংদস্থু খরদি পোৎথাগনি থক্লি। মাগা হেন্না নক্লরবা তাইবং মীবু শেম্লিংবদগী চিংঙু লাইনা, হয়িংখোইবু মীওইবগা নক্কনা থম্বিরম্বনি।

## হয়িংখোইগী পুন্সি খোইরেন।

হয়িংখোই মপি কুইন বি অমনা চহি মঙা পুন্সি। মাগী মপুন্সিদা

লাব অমত্তংগা অমুক্তং লোয়ইন্নখি। মপুন্সি চুপ্পা মরুম কোক্পনা মথৌনি। মানা নিংবা মতুং ইন্না মরুম—লাব নত্রগা অমোম কোকপা ঙমই।

মথক্তা পনখ্রে, মে থাদা পোকপা খোই মচা, সেপ্তেম্বর থাদা পোকপা খোই মচা অনি অসিগী মপুন্সি মান্নদে। বসন্তগী হায়বদি কালেনগী মরুমদগী ওল্লকপা হয়িংখোইশিংগী মপুন্সি চাওরাক্লা চয়োল ৬ নি অদুগা শরৎ ঋতুদা ওনবা খোইশিংগী মপুন্সিনা থা ৬ নি, মসিদগী থর হেল্লি। মপি মপা অমত্তগী মচাশিংগী মতৌনি।

রাকম অসিদা খংজনগদবদি—হয়িংখোইগী য়ুম্বান অমা হায়বা অসিদা, তত্তনা চৎথদুনা উৎলিবা মতৌ অসি—শরৎ ঋতুগী খোই অসিনা, মখোইগী অনৌবা মরুম মচা ওইরক্পশিং, চারোন অদুবু য়োক্পি থাকপিবদা, মখোই অদুগীদমক্ নোম্লিক্পগী মথৌ তৌরুবদা মপাঙ্গল শিজিন্নরুবগী থবক অদুমা য়াওদে। মখোইগী মচিঞাক্কী মরোংসু অয়াম্বদি বসন্ত খোইশিংনা পৈশিন্ বিরম্বা, অরিবা পুক্কে অদুনি। মথৌনা ক্ষরবী নোম্লিকপদা হালেংবা লৈত্রবী হয়িংখোই অসিনা মতম শাংনা, নিংথমথাগী অইংবা অরাবা অদু খাংদুনা লেল্লি।

নোম্বা কন্ বদা হয়িংখোইনি থংনরবা রাকম্নি। বসন্তদা মখোইগী চাওথৎলকপা মতম্নি। মখোইদি থক্ তুমদে, থবক্ নোম্লিংবগী রাখন্দা, অমম্বা অহিং ফাওবদা, থাওমৈগী মঙান ফাওববু উবদা হেক্তা পাইখোক্পনি।

মতৌ অমুম তৌদুনা ঐখোইনা উরি—মপি মপা অমত্তগী

মচাশিং—খোই চারোন অমনা চয়োল ৬ পুন্সি অদুগা মথংগী চারোন অমনা থা ৬ অমসুং মসিদগী থা কয়া হেন্না পুন্সি।

প্রকৃতিগী অসিগুম্বা থৌদোক্ থেংনরিবা অসিবু বৈজ্ঞানিক্-শিংনস্থ হায়রি—"ঋতুগী মতুং ইন্না করিগুম্বা শক্লাইবগী মচা চারোন-শিংগী মপুন্সি অদু থেন্নৈ" অদুবু প্রকৃতিগী অসিগুম্বা মরোং অসি শন্দোক্না ইবা তারবদি মদু থংবা লুই।

খোইগী য়ুম্বান অমা হায়বা অসিদা, মখোইগী মপি অদু অনৌবা, অতোপ্পা অমা হোংখিবা তৌত্রবদি মখোইগী য়ুম্বান অদুদা লৈরিবা, ওইথ্রিবা চারোনশিং অদো, মখোই পুম্নমক্ মচেশিং অমদি মনাওশিং ঙাক্তনি। মখোইশিং অদু য়ুম্বান অমত্তদা, চায়োক নাউয়োক্ মত্তৌ অমত্তদা ওইখিবা ঙাক্তনি, মমা মপা অমত্তগী মচা মুপী ঙাক্তনি। চপ্ মান্নবা মরুমদগী ওইখিবনি, চপ্ মান্নবা মরোংদা য়োকখৎখিবনি।

অদু ওইরবদি মখোইগী মপুন্সি হুংশাংবা অসি চপ্ মান্নকম থোক্পনি হায়নিংই।

অদুগা ঐখোইনা থংনরিবা অমনা, মপা মমা অমত্তগী মচানুপী ওইবা, মামবা মরুমদগীসু ওন্নকপা, মান্নবা কাংলুপ মচেশিংনা পিজরত্তনা হিংলকপা "কুইন বি" অদুদি চহি মঙা য়োনা পুন্সি। মরোং অসিনা করম্না ওইরিবা। কনা অমত্তনসু—বসন্তদা ওন্বা কুইন বিনা শরৎ ঋতুদা ওনবা কুইন বিদগী হেন্না পুন্সি ভোগি হায়বা ভদগী রাকম অমত্তা পিবা ঙমদে, অদুনদি মখোইনা মরুমদগী

ওল্লকপা মতম অহুগী মতুং ইন্না, মখোইগী মপুন্সি তেনবা শাংদণী মরাগ্নি হায়না লৌবদি য়াত্রে।

মখোইগী মপুন্সিনা খেন্নরিবা অসি করিগী ওইগনি ?

অমুক্তং থম্বহনা য়েংলসি, হেক্ পোক্‌মিন্নবা মচিন মনাও মথল, কাংলুপ্‌ অহুম অসিগী মপুন্সি চয়োল ৬, থা ৬ অমসুং চহি মঙা ! খেন্নরিবা মত্তৌ অসি চিংনকম খোকই। চপ্‌ মান্নবা মচিন মনাওশিংনা মথং মথং চয়োল ৬, থা ৬ অহুগা থা ৬০ মপুন্সিগী খোইরেন। খেন্নরিবা অসিগী চপ্‌ চাবা মশক্ অমা ওইনা উননবগীদমক্ চপ্‌ মান্নবা মরোংগী মশিং অমা মহুৎ শিন্নবদি, মখোইগী মপুন্সি অসি চহি ৫০, চহি ২০০ অমসুং চহি ২,০০০ অসিনি। কাওনরোইদোবা রাকম অমনা মখোই অসি মমা অমত্তুগী শিওম অহুদা মপা অমত্তংনা হৈরু নাউপল পিথিবনি। মহুদগী ওইরকপা হৈরু অহুনা ইরং লংবা মিলি মিটর অমা মথাই ১॥০ দমক্ শাংবা মরুম অহুদগী ওল্লকপা ঙাক্তনি।

ঙাইখং মপোক্ অসিদা—জীব অমা ওইনা, ওইরককম শিওম অমত্তুদগী চপ্‌ মান্নবা য়েন, য়েনিংদগী ওইরকপা মপোক অসিদা খোইগী মখোইগী মপুন্সিগী খোইরেনবু অহুকী মতিক্ অঙকপা অমা ওইনা খেন্নরিবা অসি থম্বরুরদা অঙকপনি।

কুইন থি অমগী মরমদা থম্বরুরবদি, মহাক্ অসিনু য়ার্কর থি অমনা ওল্লক্রিবা মরুম জাৎ অহুমক্তদগী ওল্লকপনি। অহুথু যান্না মিতব্রা অমা ওইনা চাওরক্‌পা অলিদা, চিঙাক্তি তোঙানবা শিঙ-রকই অহুগা মাগী চাওরককম অহুসু থম হেন্না চাওই অমসুং

তোঙানবা মরোংদা শাবনি। অসিদম্ নত্তনা কুইন বি অমা হায়বা অসিনা মাগী মখোম্, ৱার্কর বিশিংদগী তোঙাল্লি। ঐখোয়না লোবা য়াই, মহাক্পু পিক্লিঙৈদা য়োকপা চায়োক, পিজবা চিঙ্গাক্ অমদি লৈফম খেন্নবদগী মাগী পুন্সিগী খোইরেন হুংশাংবা ওইবা য়াই।

তৌইগুম্বম্নং ৱার্কর বি হায়বী অসিদি চারোন খুদিংমক্ চপ্‌ চপ্‌ মাম্নবা মরোংদা, চপ্‌ চপ্‌ মাম্নবা চিঙ্গাক্লা য়োক্লকপনি। অত্থু ওইরবদি কন্নিগীনোঃ সেপ্তেম্বর থাদা পোকপী ৱার্কর বিশিং অসিনা মে থাদা পোকপী মখোইগী পোক্‌মিন্নবী মচেশিংদগী মপুন্সি শরুক্ মঙা হেল্লিবা অসিনা কন্নিগীনো ?

মে থাগী কালেন্দা পোক্পা খোই মখে, মখোইনা হিংবদা মতম লেনবা অসি, হুমিৎ খুদিং মিকুপ্‌ খুদিংগী চাওথৎলক্লিবা য়ুম্বান অমদনি। মখোইগী য়ুম্বান অত্থুদা হুমিৎ খুদিংগী পিক্লিবা চারোন অত্থ পিজ পিথকী চিঙ্গাক্ রাংৎলকপা, অমদি সেবা সেবি তৌবিবা তাবগী থবক অসি মিকুপ্‌ খুদিংগী হেনগৎলক্লিবনি। লোয়না লোয়ননা মখোইগী লৈফম, পোকফম, চিঙ্গাক্ পৈফম খোইরাম্ হেন্না হেন্না শাগৎলক্পা তাবনি। থৌরমশিং অসি পাংথোক্লবা, মখোইনা ফ্লোরাদা পাইথোক্ পাইশিন তৌবদা মপাজল য়াম্না শিজিন্নবা তাই। মতম অসিগী য়ুম্বান অত্থুগী অকোইবদা হুংশাগী মৈশানা অশাবা মনিন য়াম্না কংই, অত্থুগা মখোইগী চাননবা চিঙ্গাক্ হৈপাল লৈপালগী লৈরিক্ লৈহি, অশাংপা লৈ কংলিবা অত্থম্ তগৎ তগৎ তেক্পা লৈহি লৈরিক ঙাক্তনি।

নিংথমগী চারোন অমসুং কালেনগী চারোন অনি অসিগী খেন্নরিবা অসি চাওরাক্লা উনরিবা অসিনি। অদুবু বৈজ্ঞানিক্‌শিংনদি অমুক্ করম্বা মন্নং হুঞ্জন্‌বা লৈরিবগে হায়বা অসিনি। স্যুইজরলেণ্ডগী চাংয়েংগী ষ্টেশন লাইবেফোলট হায়বা অদুদা মাল্লা মাউরিজ্জিও হায়বা অমনা চেক্‌শিন্না চাংয়েং চৎখি।

নিয়ম অমা ওইনা খোইগী লাব ড্রোনশিং অসি হুমিৎ ১০০ নিদং হিংই। মখোইনা মতম শাংনা হিংবা ঙমদবগী রাফমদি নত্তে। শরৎ ঋতু লাক্লবদি, মখোইবু রার্কর বিশিংনা মকোন্দগী তাম্হোক্‌পিবা অদুনা মরম ওইরদুনা শিরিবনি। করিগুম্বা মতমদা মপি লৈতবা কোলোনি অমদা, ড্রোনশিংবু মকোন্দগী তাম্হোক্‌পিদে, মতম অদুদা মখোইনা নিংথমথাদসু লৈবা য়াওই। মদুদা হুমিৎ ২৫০ দগী ৩০০ ফাওবা, মসিদগীসু হেন্না কুইনা লৈবা য়াওই।

মথক্তা নৈনথ্রিবা রাফম অসিদগী থন্নবা য়াই, মপা মমা অমত্তগী চারোন, মচাশিংগী মপুন্সি খোইরেন্দা অমগা অমগা অসুক্ শাথিনা খেন্নরিবা অসিবু—মপাঙ্গল শিজ্জিন্নবদা অথোই অহেন লৈবনরা? চিঞ্জাকী মগুণ অমদি চাবগী চাং খেন্নবনরা নত্রগা অইং অশাগী চাং খেন্নবদগী থোক্লিবা থোদোক্লা অসিনি।

ড্রোনশিংনা মাগী মপুন্সিগী খোইরেন য়োঁদনা থাংঙ্‌থক্তা মপুন্সি তোন্সেক্লবগী রার্ফমদি ঐখোইনা থংলে। মখোইদি মশানা মশাগী মখোংদা লেপ্‌চবা ঙমদে। জগৎকী জীবদি চারগা হিংবনি: মথাক্লা হিংজবদা চংগদবা, চাগদবা চিঞ্জাক্ মহাক্লা থিজবা

ওমজদে। মখোইনা রার্কর বিশিংগী মপাল তাংদুনা হিংবনি, রার্কর বিশিংনা শাওবা লুমিত্তা মখোইগী মপুক্সি লোমথিবনি।

# খোইগী জগোই।

## ( পাওদম্ খৌরাং )

কাবকুস্ন লাপ্পবা লমহাং অমদা, নত্রগা হৈকোল লৈকোন্দা লৈহি, লৈরিক লৈবা অতু থেংনরুরবদি—হয়িংখোই লিশিং লিশিং কয়ান', ওরাংগুম্বদি খোইরাদা তুম্মিন্না লৈরম্বা ওইরবস্ন, হসিদি অতং অথম লৈতনা মথং মথং লাক্তুনা মফম অতুদা চাক্তারে।

হৈপাল লৈপালনা লৈরাংশিংদা লৈহি, লৈরিক্ থেন্দুনা ওাইজরি হায়বগী পাও অসিবু মতৌ করম্না পোলিনেটর ওইবা হয়িংখোইগী মহুমদা য়ৌরুরিবা? "লৈশিং অসিদা লৈহি লৈরিক্ য়াওরে" হায়বা রাহৈ অসিনা হয়িংখোইগী কোলোনি য়ুম্বান অতুদা কনানা হায়রুরিবা ?

হায়রিবা রাহং অসিগী পাওথুম পিননবগীদমক চহি চামা-রোমগী মমাংদা চাংয়েং অমা, ইলাই লাইবা মরোংদদি ওইরগা থাজবা য়াবা খৌরোং অমা চৎথি।

চেক্পম্না ইকোই কোইবা মফম অমদা খোই উপু অনিথক্ নক্বনা থম্লমই। উপু অনি অতুগী মরক্তা উরিনা পরেং পরেং য়াম্বহুনা য়েংপনা, থাকন্ অমগুম্না থম্লমই। অহোবা অমদা ফাল অমা থম্লগা মতুগী মথক্তা চিনিগী মহি ভৈশিল্লবা পাত্র অমা থম্নে। নাপু মচুগী খোই য়াওবা খোই উপু নং ১ গী খোই অমা পুরক্তুনা

চিনিগী পাত্র অত্থদা থম্লে। মানা মতম খর চিনি অত্থ থক্‌চিল্লে, অত্থগা মত্থুংদা, খোই অত্থনা পাত্র অত্থগী মথক্তা লৈয়না লৈয়না পাইরম্লগা উরিশিং অত্থগী মরক্তা ফাওত্থনা চৎথ্রগা মহুম্লোমদা হল্লক্লে, উপুদা লাক্লে। মত্থদগী মিনিট ১৫ রোম লৈরগা নাপু মচুগী খোই কুম্থ্রাগুম্বনা মাইকৈ অত্থদা পাইরক্লে, অহোবদা থম্লিবা চিনিগী লম্বি অত্থ নিংথিনা থংবগুম তৌই। মতুংদা অমা অনি অমা অনি অস্নুম অস্নুম মথং মথং ওইনা উরিশিং অত্থগী মরক ফাওত্থনা লাক্লে অত্থগা চিনিগী পাত্র অত্থদ৷ তোংলরে। মথংগী হুমিত্তা চিনি অত্থ থজিক্তং নত্তনা, লোইথ্রবা অত্থদদি নাপু মচুগী খোই অমা অনিদং মকম অত্থদা লাক্তুনা তোংলমই, অত্থবু হেক্‌ থংনবদা নক্লনা থম্লিবা খোই উপু অত্থগী খোই অমুবশিং অত্থদি খোই অমা ফাওবা লাক্তে।

মসিদা তশেংনা থংলে, উরিশিং অত্থনস্নু খঙলবা মকম অত্থদা মখোইনা পামজরবা, অথুম্বা অচাপোৎ লৈরে হায়বা অসি নাপু মচুগী খোই উপু অত্থদদি, শোইদনা পাও অমা ফংই। অত্থগা খোই অমুবশিং অত্থনদি পাও অসি থংদে।

মতাং অসিদা—হয়িংখোই অমনা মখোইগী চাননবা চিঙাক্‌ য়াম্না লৈবা থেংনরুরগা, পাও অত্থ মহাক্না মখোইগী কাংলুপ অতৈশিংদা মতৌ করম্না তাক্লিবনো? অত্থগা খোইময়াম অত্থনা অমুক্‌ মখোইগী মচেম্‌ মনাওশিংনা থেংনরুরিবা অচাপোৎ অত্থগী লৈকম্লচিংবা অত্থনা মতৌ করম্না থংবা ওল্লিবনো? তৌরিবা নারোং অসিদা, খোই উপুগী খোইশিং অত্থনা অস্নুম কোইশাই

পাইথোক্‌খিবদা, অচাপোৎ অথুম অহাও লৈরিবা অদুগী লৈকম অদু থেংনরুরিবা নত্রগা মখোইনা য়াম্না রানা কোইথি থিরুবগী মতৌস্থ নত্তে।

জগৎ অসিদা লৈরিবা করিগুম্বা জীব অমনা মখোই মখোইগী হিংছুনা লৈবা য়াননবগীদমক্‌ চৎথরিবা থৌশিল থৌরম পুম্নমক অদুগী থাক্নেশেংবা মরোং অদুবু ঐখোইনা হেক্তা চাওরাক্না হায়জিনবনা ওইবা য়াবা রাফম নত্তে। ঐখোইনা লৈরিবা জগৎ অসিদি অচুম্বা নিয়মশিংগী মতুং ইন্না, অচুম্বনা মথং মথং চাওখৎ-লক্‌পা হায়বা অদু ওইরিবনি। মতুদা ঐখোইনস্থ, ঐখোইগী তৌফম থোক্‌পা শরুক তৌছুনা হিংলিবনি। মতাং অসিদা জে: ভিঃ ষ্টেলিন্‌ না হায়রি—“অমগা অমগা মরি নৈনবা, অমদি তোঙান তোঙানবা কয়া পুন্নগা তাইবং ওইবনি। তাইবং অসিদা লৈরিবা প্রকৃতিগী, মপান্‌গী পোৎশিং অসিদি—অমগা অমগা মরি থাদোক্নবা য়াদনা লৈ, অমনস্থ অমগী মথা পোন্না লৈ। অমনা হেক্তা হায়জিনবা রা অমবু চুমই হায়না লৌবস্থ য়াদে। মশাগী ওইবা অচুম্বা হায়বা অদুদি শোইদনা লৈগদবনি।

খংননব: হোৎনবদা রাবা অমদি খুদোং চাদবা হায়বা মরোং অদুগী য়েক্নবগী মশক ওইরবা “সাইন্স” হায়বা অদুনা পাম্বিগী লৈশিংগা লোইননা হরিংখোইগা করি করি মরি লৈনবগে হায়বা অদু কয়া কয়া পুথোক্লি। হরিংখোই ফোরেজর বি অমনা পাইথোক্‌-খিবদা, লৈদা লৈহি লৈরে হায়বা অদু থেংনরুরগা, মখোই অতৈ-নস্থ মফম অদুবু হেক্তা খংবগুম তৌরিবা অসিগী মরমস্থ পুথোকখি।

খৌরম থৌশিলগী চাংয়েং কয়ানা, খংবা য়াবা মরোং কয়া হন্না হন্না হোৎনখি। মতুগী অকুপ্পা থৌদোক কয়া খল্লুত্রবন্নু, ঐখোইনা খংবা য়াবা থরনা লোইশিনবা অতুনা চুমগনি নিংই। ফোরেজর বি অমনা মখোইগী কাংবুদা মতৌ করম্না পাও তম্বগে অতুগা মখোইশিং অতুনা মফম অতুগী—চৎকম লম্বি, মাইকৈ অমসুং অরাপ্পনা চিংবা অসি করম্না খংবা ওম্বগে হায়বা অসিগী পাওথুম পিন্ননবগীদমক্ অষ্ট্রিয়াগী প্রোফেসর "কার্ল ভোন্ ফ্রিশ্চ" হায়বা অতুনা চহি কুন্ চুপ্পা চাংয়েং চৎথখি।



চাংয়েং তৌবদা শিজিন্নখিবা মিংশেন চনবা খোই উপু।

চাংয়েংগী খোই উপুশিং অতু মিংশেলনা য়াল ওইবা শিজিন্নরমই। অতুগা মপুন্সি থর য়ান্নবা খোইশিংবুসু নিংখিনা চেক্শিন্না মার্কা তৌরমই। মতুনা মরম ওইরতুনা চাংয়েং হোৎনরিবশিংনা ফোরেজর বি খোই অমনা ফিল্ডদা পাইরুরগা মহমদা হন্নকপা মতম অতুদা মখোইনা মখোইগী মহম অতুদা করি তৌবগে হারবা



থংবা উবদা রাবা অমম্বা অহুগীম্ভু উবা ঙম্নবা তৌবা থৌরাংশিং অহুনা মখোইগী মতৌ অহু উবা ফংলমই।



খোই অমনা মাগী পোৎলুমগা লোইননা মহুমদা হেক্ হল্লক্পগা, ময়ামগী মমাংদা ইরাং লাংলৈ, ইরাঙ তৌই। মানা হল্লকপগা থুনা য়াংনা মথোংদা চংখিহুনা খোই ময়াম অহুগী মথক্তা লাম্না লাম্না চৎখিহুনা খোইরাগী মথক্



থংবা মফম অহুদা য়ৌথি, মফম অহুদা লেপ্লহুনা মানা মচিন্দগী লৈহি থর থরদি ওপরকই, মহুনা হোম বিশিংনা মফম চানা থম্নবা লৌশিল্লি,



অহুগা মানা মশা অহু ঘড়িনা চৎপা মাইকৈদা নত্রগা মহুগী ওম্ন তৈনবা মাইকৈদা লৈয়বা



হোৱক্ই। মখোইগী অস্তুম তৌবা মতৌ অসিবু খোইগী জগোই অমনি হায়না থংবা ঙমখিবা অসি খৃঃ ১৮২৩ দগী হৌনা থংনরে। অহুবু মহুগী থাজৈ



শেংবা অর্থ থংবদি চহি চামাগী মতুংদা খৃ ১৯২৩ দগী থংবা ঙমখি।

খোই অমনা মাগী জগোই অসি সেকেণ্ড



কয়ামুক তৌই, করিগুম্বা কান্দা মিনিট অমরোম চংনা তৌরম্ভু য়াওই। মহুদা ভুমিম্না লৈরম্বা ফিল্ড বি করাম্র জগোই অহুদা য়াওশিল্লকই।



য়াম্না থুনা জগোই শারিবী অহুগী মতুংদা ইল্লি।

অঙাং নারা খোংজোম্বনা—থুনিং নেৎকে, থুমাং নেৎকে শাম্নবগুম —লৈয়না লৈয়না হাথু হাথু চৎপা অহু ইন্নবদা—মকোক্চিংবী অহুবু ইমথুরক্পস্ত য়াওই—খোংক্ম শোইদননবা খোংগুল অহু য়েংবদা, য়েংবা হোৎনবদা মশা অহু ফৈজৈনা চৎপদা তুক্মস্ত খোক্পনি। মাগী জগোই অসি অতোপ্ অতোপ্পা মক্ম কয়াদস্ত শাক্লই। মহুগী মতুংদা মানা, লৈহি লৈরিক্ থক্মদা চৎথি। অহুগা অতৈশিং অহুনস্ত মানা তাক্লিবা মক্ম অহু খংলহুনা য়াম্না থুনা য়াংনা পাইথি। অস্তম তৌহুনা খোইশিংনা মিটর ১০০ দগী হেন্না লাপ্তবা মক্মদা লৈহি লৈরিক লৈহোরে হায়বগী পাও অসি খোই ময়াম অহুদা পি।

খোই অমনা মিটর ১৫০ অমদি মহুদগী হেন্না লাপ্পদা লৈহি লৈরিক্ লৈবা থেংনরুরগা মহুদা তৌবা মখোইগী চৎনবী লিচং অসিগী য়াম্না হুংঙাইরবা মরোং অমনা, মখোইস্ত য়াম্না থুনা মহুমদা চংগ্রগা, হোম বিশিংনা, মখোইনা পুরকপা পোৎলুম অহু লোশিনগ্রবা মতুংদা— জগোই অহু শাবা হোয়কই। মখোইগী জগোই অহু থর শাংনা শাংনা চৎলগা তৌই।

য়াম্না নক্না লৈবা লৈহি লৈরিক্কী পাও পিবা মতমদা মখোইগী জগোই অসি য়াম্না থুনা লৈয়র লৈয়রহুনা শাই। সেল অমগী অকোইবদা শুন্য ০ গী মরোংদা শাই। মহুদগী থর হেন্না লাপ্পা লৈবগী পাও পিবা জগোইনা নিপাল শুবা মরোংগী অসিদা শাই। জগোইগী মক্মা সেল অনি অহমগী কামুক্ লাওই, লৈরিবা শরুক্ অনি অহুগী তংথাইদা শাই। মতৌ অসিদগী অমুক্ লাইথেং হাম্না জগোই মথল অমনা— ক্যাউট বি অহুনা শারিবা জগোই অসি

ওইরোমদা তংখাই লৈয়রগা, চুমথ্রিং অমুক্ চৎ—.য়ৎলোমদা তংখাই অমুক্ লৈয় অমুক্ হন্না চুমথ্রিং চৎ ওইরোমদা অমুক্ তংখাই চৎ—অস্রুম তৌহুনা চুমথ্রিং চৎপা মতম অসিদা—মাগী চনিং অহু ফেৎ, ফেৎ হাইরি। মসিগী জগোই অসিবু "লৈরিক জগোই" নিং হাইবী জগোই—Wag-tail dance—Pollen dance হায়না খংনৈ। অহুগা লৈনা লৈনা শাবা জগোই অসিবুনা "অরৈবী জগোই" লৈহি জগোই Round dance Nectar dance হায়না খংনৈ। নিং হাইবী জগোই লৈরিক লৈহৌবগী পাও, অহুগা অরৈয়বী জগোইদা লৈহি লৈহৌবগী পাও তম্বনি খংনৈ।

স্কাউট বিশিংনা ফোরেজর বিশিংদা লৈহি লৈরিক খেংনরুবগী পাও তম্বা অসি অরাপ্পা অনকপগী তাক্পদা মিটরনচিংবগী কয়াসু লৈরি অহুবু শাংমনবনা লেপ্লে। জগোই অসিদা মাইকৈনা মখা-দনি, অরাংদনি, অনেম্বনি, অরাংবনি নচিংবা পাও তম্বদা—জগোই শাবা মখায়োমগী তাকপদা স্কাউট বি অহুগী মকোক্ অহু মরাই হাইগৎনা চৎলি, অরাংলোমগী পাওনা মরাই লুকই, নোংপোকী পাও পিবদা মঙক্ অহু ওইরোমদা খেক্তোকই, নোংচুপকী পাওনা মঙক্ য়েৎলোমদা পৈখোকই অসিনচিংবা রাকম কয়ানি।

লৈহি লৈরিক মতিক্ চানা য়াম্না লৈহৌরগা পাওদম জগোই মতম খর হেন্না শাংনা শাই। খোই মশিং অয়াম্বদা পাও অহু পি। অনকপগী পাওদা—মতম অরেম্বদা মাংহনবা তৌদে, অথুবা জগোই শাই, মসিবু মীরোল্দা হায়বা তাবদি "অনক্পদা চিঙাক্ য়াম্না লৈহৌরে হেক্তা থিরু, শোইদনা খেংনগনি, অরেম্বদা য়ুমদা লৈখোকনু

লৈশিংদো লৈহিনা থলহৌরবনি"—হায়বগী মতাগুম তাক্লি। মতম মাংখিবদি অমাংবনি।

লাপ্পা মিটর ১০০ গী মথক্ ওইরবদি জগোই অহূদা মাইকৈন্থ ভাক্লে, পাও পিবা মপিনা—মীরোম্দা হায়বা তারবদি—"চিঙ্গাক্ লৈহৌরে! কাওগন্নু থরদি লাপ্পা পাইবা তারি। ঐগী খোংথাং মুন্না য়েংউ, নখোইনা পুগদবা চেংজেন থৌরাং লোইরো; খুদক্তা চৎলো। ঐ অতৈম্ব পাও পিরমখিগে, চিঙ্গাক মতিক্ চানা লৈহৌরে" হায়বগী মতাগুম পাউদম জগোইনা উৎলি।

অথং অহৈনা হায়রি—পৃথিবীদা হয়িংখোই অসি য়াম্না লিকৃপা জীব অমনি। মখোই অসিনা অহিং মুংখিল পোৎথাবা লৈত্তনা নোম্লিক্তুনা লম্থুম পৈশিল্লমগা শিখি। মখোইনা জাতিগী চাওখৎ থৌরাংগী মরোংবু তাকপরা—মপুগী খুৎশেমগী মগুণবু উৎপরা?

---

৭ শুবা পন্দুপ্।

# হয়িংখোইগী য়েকনবা অমসুং লায়না।

মহৌশানা হয়িংখোইগীন্থ য়েক্নবা লৈ। হয়িংখোইশিং অসিনা পাইবা তম্বা "প্লেফ্লাইট" ভৌবগী মতমদা কাহূনা অমদি অলাইটিং বোর্ডতা লৈবা অতদগী কাহূনা—খোইবি নিংথৌ অমদি ভারেন-খোইশিংনা মখোইবু পুহূনা চৎখি।

খোই উপুগী মখোংদগী কাথৎলক্তুনা—অঙাংবা অমসুং অমুবা কক্চেংশিংনা খোইগী মরুম মচা অমদি খোইহিনচিংবা চাখোক্পিহূনা, হয়িংখোইশিংবু য়াম্না অরাবা মুংঙাইতবা, তৎ নৈবা

অসি পিবি। মরম অদুনা মখোইনা ওৎপগী হুংঙাইতবা অদু খাংবা ঙমদ্রবদুনা, মখোগী লৈফম খোই উপু অমদি মহুম অদু থাদোক্তুনা পাইদুনা চৎখি।

চুম, হুমিৎ য়ুংবী চুম, মি-নচিংবনসু খোইবু ফাদুনা চাখোকই। হঙোইনসু উপুগী মখোংদা লৈরদুনা খোইশিংনা পাইবা ওম্বদা মখাদা তাবা অদু ফারদুনা চাখোকই। হায়ৌ মচাশিং অমদি খরমি মানবা তীল মচা মাশা পানবা জাৎ অননসু খোইবু য়াম্না ওৎলি। লশিং তীল মানবা য়াম্না শাথিরবা জাৎ অমা, মখোইগী মপিদি কুয়াক্ ওইনা মাশা পানবা—ইংরেজীদা, মসিবু "রাক্স মোথ" হায়রগা খংনবা অসিনা, অহিংদা, খোই মখোংদা লোম্না চংখিদুনা খোইরা অমদি বাতম বোর্ড মথক্তা তারিব খোইরু মচেৎনচিংবা অমোৎ অকাইগী মরক্তা মখোইগী মরুম কোকৃশিল্লি। মরুম অদুদগী তীল ওইরক্রগা, মখোই অদুনা খোইরাদা মহুম শাদুনা লৈথি। খোইরানচিংবা, খোইগী মরুম মচা ফাওবা চাথোক্তুনা খোইবু য়াম্না শাথিনা ওৎলি, মাংহল্লি।

চরাং অমসুং তিম্বোংনসু খোইবু ফাহুনা চায়। খোই ফাহুনা চাবা উচেক্ মথল কয়ামুকসু লৌরি, মখোইশিং অছগী মমুংদা থর অমগী মতোদি অঙকৃপনি মখোইনা খোইগী কোলোনি লৈরিবা মফম অদুদগী অনকৃপা উশা অমদা তোংদুনা তুমিম্না লৈথোকই। মদুদা খোইশিং অদুনা, মানা তোংলিবা অদুগী অকোইবদা ঙংদুনা কোইপাই কোইপাই পাই—"বোক্ হিংচাবগী চাকৃথাক্ পিবগুম" মাগী অকোই-বদা পাইরিবা খোইশিং অদু ফাহুনা চাবা অসিনা মপুক্ থল্লগা পাইদুনা চৎখি। মসিসু মপু মাগী অঙকৃপা করম্বা থৌশিলনো?

য়োং, লমছুই শওমস্তু খোইশিংগী তমথিরবা য়েক্লবনি। মখোইনা খোইহিগীদমক্ খোই উপু অতু ইম্ব্রগা চাইথাইত্না চায়। মকম চাদনা খোই উপু থম্মুবদগী শা যন্নস্তু খোই উপু তুহনবা অসিনা চিংবা থোক্হল্লি। অকনবা নোং মুংশিংনা খোই উপু অতু তুহনবা ঙমদননবা অতুগা কান্নবা লৈতনা খোই উপুবু তোয়না তোয়না হাংদোকপা তৌদননবা চেক্শিনগদবনি। খোইগী মশাদা পিক্লবা অঙাংবা মহিক্ জাৎ অমস্তু লৈরকই। খোই অসি লায়নানা ওইরবস্তু মশা শোন্দুনা ওইরবস্তু লৈবাক্তা তাত্না শিবা উরবা, অমদি মশাদা মহিক্ লৈরকপা উরকপা থোক্লবদি, খোইশিং অহনা লৈরিবা খোই উপু অতু তোয়না তোয়না শিনবিবা য়াম্না কান্নগনি।



রাক্সমোথ হায়না থংনরবা, লশিংগী তৌল মানবা খোইরা চাথোকপা তৌল অসি মথল অনি গুরি। অচৌবা রাক্সমোথ, অমদি থর পিকপা রাক্স-মোথ। অচৌবা রাক্সমোথ জাৎ অসিস্তু মথল অনি গুরি।

রাক্সমোথ হায়রিবা অসি মাশা পানবা কুরাক জাৎ অমনি। মখোইনা মরুম কোক্লগা মচা অতু ওন্দুনা লৈবনি। তৌল অসিনা খোইয়াদা লৈরত্না খোইরাগী খোইরুনচিংবা লোইনা চাত্না লৈ, মানা অমুক্ মপুং কাররুগা কুরাক্ অমুক্ ওই।

অচৌবা রাক্সমোথ মথল অনিগী কুয়াক অসি অমম্বীদি মাগী মশাগী মচু অমু উৎ মচু মাল্লি, মখবাক্কা রাউথাংনৈ। অতোপ্পা অমগী মশানা মচু ঙৌরুনৈ, মথানা ঙাংলেনৈ। অদুগা থর পিকপা রাক্সমোথগী কুয়াক্কী মচুদি রাউথাংনৈ। মখোইগী মরুম অদুনা পোক্‌খাইরগা রাক্সমোথ ওইরকপনি। মখোই অসিনা লৈরবদি খোইরাদু মরুম মচা কোকপা য়াব্রে, খোইহি লৈত্রে, খোই তোংবা ফাওবা য়াদে, খোইশিংনা হিংবা ঙম্বগী পাম্বৈ লৈত্রবনা শোইদনা পাইথোক্‌খিগনি।

তীলশিং অসিনা চংবা হৌব্রবদি মশু কন্‌বা য়াম্না য়ানা থোকই। তৌবা য়াবা অমন খোইরা অদু খোইগা লোইননা থাংদোক্লগা সুং-শাদা পাইদুনা য়েংলবদি, তীলশিং অদু কুংশাগী মৈশা অদুনা মরি মরি চৎপা উরক্কনি, মতম অদুদা তুমশং অমনা লোথোকপা য়াগনি। মসিগী খাইদগী হেম্না ফব অমনা খোইগী কোলোনিশিং অদু য়াম্না লিংনা লিংনা, মপুং ফানা থম্বা ঙম্নবা হোৎনবা। খোইরা খুদিং খোইনা থম্না হোংহনবা অমম্মুং খোই অদুবু তোয়না তোয়না য়েং-শিনবিবা — বাতম বোর্ড অদু মতম পূম্নমক্তা লুনা নাম্না থম্বা অসিনি।

ইন্দিয়াদা খোইগী লায়না— এপিস ইণ্ডিকা হায়বা ইণ্ডিয়াগী হয়িংখোই অসিদি মশা য়াম্না ফবা অমম্মুং লায়না পকন্দবা খোই জাৎ অমনি। খুদোং খিবা লায়না অমত্তম্মু খোই য়োকপশিংনা থেংনদরি। নারে হায়বগী পাও অমত্তম্মু তাত্রি।

ইন্দিয়াগী মপান্দগী পুরক্‌পা খোইগা ভিন্নহল্লবদি খোইদোকপা অনা অয়েক থোক্লোই হায়না থংনৈ। অদুমকপু মতমগী মতুং ইমা

চেক্‌শিনবা চুমই। ভারত সরকারগী থৌশিলগী মথাদা, মণিপুর সরকারনসু হয়িংখোইগী লায়না লাকপা লাক্তবগী পাও অসি ভেটা-রিনারি ডিপার্টমেণ্টনা লৌই।

ইউরোপ্‌কী লৈবাক্তা লায়না—ইউরোপিয়ানগী হয়িংখোই "এপিস মেলিফিকা" অসিদি লায়নাগী মহিক্না মরম ওইরতুনা নাগল্লি। লায়না অসিনা নারবদি খোইগী মচা অমম্নং মপুং ফারবা খোইশিংদা য়াম্না খুদোং থিহল্লি। লায়না অসি ইন্দিয়াগী খোই য়োকপশিংগদি খোইদোক্না মরি লৈনদে।

হয়িংখোই অসিদি মহৌশানা, মখোইনা পাইবা মতমদা, মখোইগী অমাং অশোইগী থবক্‌ পাংথোক্‌পনি। মরম অদুনা মখোইগী মমুম, মহুম অদু মতম পুম্নমক্তা য়াম্না নাম্না লুনা লৈবনি। নোংজুনচিংবদগী মখোই অদু মহুমদগী পাইথোকপা য়াদ্রবদি, মখোই-না অমাং অশোইসু থিঙ্গৎলি, থৌদোক অসিদা, মখোইনা ইতোন ফাইবগুম্না, অমাং অশোই ইচোই চোইনা থোবসু য়াওই।

করিগুম্বা অতোপ্পা লায়না নত্তনা ইতোন্‌ ফাইবা অসিগী মতৌ ওইরবদি, খোইদোক্না মুংশা থিরুবা তৌদনা, খোই উপু অদু অতোপ্পা অমা হোংদোক্‌পিরগা—লোইননা খোইরা ফত্তবশিংসু লৌথোক-পিবা মুংশিং মুংশা নিংথিনা ফংননবা হোৎনবিবা চুমই। ওন্নবদি খোইহি অমুনবা, খোইহিগী সেল শিল তৌরবা পিজবিগনি। অচিক্‌ অশা, নোংজু মুংশাগী মরোং অকাইবা লৈরবদি খোইদা থরদি অমাংবা ওইহল্লি। খোই উপু অমা ফনা নিংথিনা লিংনা লৈরবসু মুপ্‌রেং রেংবিরুদ্রবদি মদু ফত্তবা ইনিম্না ফুন্দুনা ঊশিংগী লৈরিক্না

লৈবদগী য়াম্না শাথিনা মাংবা য়াওই। খোই হায়বা অসিদি য়াম্না ইংবা হায়বা অহুদগী ইনিন্না হেন্না খুদোং থি। খোই কোলোনি অমগী খোইশিংনা, থর থর ওইনা শিথরক্‌পগী মরোং ভৌরবদি খোই উপু অহুগী মঙুংদা, ইনিন্না থন্না লৈবরা হায়বস্থু য়েংবিবা চুমগনি।

খুদোং চাদবা থৌদোক্ থরদি, খোই উপু অহুগী হুংশিং থোং ফাংলিবা অহু মতিক চাদবদগীস্থু থোকল্লি। খোইশিংগী মশাগী মনিন অহু হুংশিং থোং অমদগী অভোপ্পা হুংশিং থোং অমরোমদা পাইথোকখিবা য়াননবা শিনবিবা চুমই। খোই লোইবশিংনা নিংথম-থাদদি, উপুগী মথাদা বাতম বোর্ডতা ফাংলিবা হুংশিং থোং অহু থিংজিল্লগা থমগনি। মথক্তা ফাংলিবা হুংশিং থোং অহু থাহনা থমগনি। থৌদোক্ অসিদা, হয়িংখোইগী মশাগী অচোংপা মনিন অহু মথক্রোমদা পাইথোক্‌খি, মরম অহুনা মথা অহুদনা খোইশিংনা মশাগী অশাবা মনিন অহু মঙুং অহুদা লৈহনবা ঙমজে। সাইক্লিশ-শিংনা সাইক্লগী পাম্বৈনা অপিকৃপা জীবশিংবুস্থু লাইনা হিংহনবা ঙমই।

---

৮ শুবা পন্দুপ্।

# খোই উপু অমসুং খুজু খুৎলাই।

য়োক্লননবগীদমক্ হয়িংখোই কোলোনি থিবা হৌন্নিবৈগী মমাংদা

চংগদবা থুজু থুংলাই হান্নবা লাংহুনা থম্বা চুমই। (১) .ফ্রেম মপুং ফানা য়াওরবা খোই উপু অমা, ডুমি বোর্ডকা কোন্নবা। (২) মাইথুম Bee Veil অমা, (৩) খুং মোজা Gloves জোরা অমা, (৪) মৈথু উতোং Smoker অমা, (৫) ফিদিং বোতল Feeding Bottle অমা, (৬) Knife থাং মচা অমা, (৭) স্ক্রেপর নাইফ Scraper Knife অমা, (৮) হাইভ টুল, Hive tool অমা, (৯) কাঙ্গি Scissers অমা, (১০) উচেক্ মতু অচৌবা Feather অমা, (১১) ফ্রেম ষ্টেণ্ড Frame stand অমা, (১২) হাইভ ষ্টেণ্ড Hive stand অমা, (১৩) খোই ফাননবা থাও Swarm Catching net অহুম, (১৪) লৈবাক্কী কম্বী Earthen plate খর, (১৫) হনি এক্সট্রেক্টর Honey Extractor অমা, (১৬) Uncapping tray অনকেপিং ট্রে অমা, (১৭) কুইন এক্সক্লুদার Queen Excluder অমা। হায়রিবা থুংলাইশিং অসিগী শিজিন্নফম মথাদা ইখি।

থবক্ পাইথংলগে থল্লবদি, অহানবদা হৌজিক্মক্ শিজিন্নবা তারবা মপোং মচৈশিং খর হান্না লাংশিল্লগা, অতৈ পরদি থবক্কী মতা য়েংহুনা অম্হুম অম্হুম লাংশিনবস্থ য়াগনি। খোই উপু অমদি এক্সট্রেক্টর মমল থর য়ামগনি।

(১) থুংশেমগী খোই উপু :— সাইন্টিফিক্ নিয়মদা খোই লোইবা হায়বা অসি য়াম্না হৈশিংনা বুদ্ধি তৌহুনা হয়িংখোইগীদমক্ য়াইকননবা শিজ্জলাংবিরবা 'অমনি। থুংশেমগী উপুদা হুংভাইনা লৈহন্দুনা, মরুম মচা অমম্বুং খোইহি য়াম্না নিংথিনা ফংবা য়াননবা শিনবিবা অসিনি। হাররিবা উপু অসিদি, খোই তোংলিবা খোইরা

অহু লৌথোক লৌশিন তৌবা য়াননবা ফ্রেম হাপ্লবা, অহুগা উপু অহুস্নু তোঙান তোঙান্না হাংদোকপা য়ারবা জাৎ অমনি। খুৎশেমগী উপু অসি খৃ ১৮৫১ দা আমেরিকাগী রেভঃ এমঃ এলঃ লোংষ্ট্রোথনা হৌদোকখি। মতুংদা খৃষ্টিয়ান মিনিষ্টরশিংনা মতিক্ চাননবা শেমগৎখি। সাইন্টিফিক্ বি-কিপিং হৌদোক্পা অসি শিংথানবা য়াবা থবক্ অমনি হায়না লৌথৎখি। তোংলিবা খোইগী খোইরা অহু লৌথোক্লগা মরুম, মচা সেলনচিংবা কুইন বিবুস্নু য়েংবা য়াই। বি-কিপরশিংনা খোইগী কোলোনি অমবু উপু অমদগী অতোপ্পা উপু অমদা হোংদোক্পা—, পাইথোকদবা খোইবু থিংবা, কুইন বি লৈত্রগা, অতোপ্পা কুইন বি অমা পোকহনবা, অতোপ্পা কোলোনি অমদা থাজিনবা, খোইউপু মশিং য়ামখৎহনবনচিংবা, কান্নগদবা থৌশিল থৌরম পুন্নমক্ য়াম্না লায়না শিল্লাংবা য়াই।

খোই উপু ( Bee Hive )— খোইউপু অমা হায়বা অসি শরুক্ মরি শুরি মহুদি ঃ— ১। বাত্তম বোর্ড উপুগী মখা থংবা লৈমাই। ২। ব্রুড চেম্বর উপু মশামক্। ৩। স্বালো চেম্বর নত্রগা সুপর চেম্বর। ৪। রূপ হায়বদি খোইউপুগী মথক্ থংবা মথুম।

চেম্বর হায়রিবা উপু অনি অসি ফ্রেমগা লোইননা অমগী মথক্তা অমনা থম্বনি। করিগুম্বা খোই অহুনা য়াম্না য়ামখৎপা ওইরগা, অহুমগুবা চেম্বর অমস্নু লোনখৎপা য়াই। মখা থংবা চেম্বরবু "ব্রুড চেম্বর" অহুগা মথক্ থংবা চেম্বরবু "স্বালো চেম্বর" কৌই। ব্রুড চেম্বরগী ফ্রেম্স্নু ব্রুড ফ্রেম নত্রগা দিপ্ ফ্রেম অহুগা

স্বালো চেম্বরগী ফ্রেম্শু স্বালো ফ্রেম নত্রগা সুপর ফ্রেম হায়নস্লু কৌই। ক্রুড ফ্রেমদা খোই মচা কোকই, স্বালো ফ্রেমদা খোইহি থমই। ক্রুড চেম্বরগী মথা থংবদা খোইগী চংকম থোং ফাং-লি। থোং অতু লাওহনবা অমদি খুহনবা, থিংবা য়াননবা উ মচেৎ অনিদং চিংথোক চিংশিন য়ানবা হাপ্লগা থুদোং চায়। চেম্বর অনি অতুগী মনুং থংবা কাগী অরাওবা অমদি অরাংবনচিংবদি হাইভ অতুগী হাপ্পিবা ফ্রেম অতুগী মশিং অমদি সাইজ অতুগী মতুং ইল্লি। চেম্বর অনি অসিগী থুদিংগী মথক্ থংবা মপানগী অকোইবদা উপু অতুদা হাপ্পিবা ফ্রেম অতুগী অথাবা অতুদগীস্লু মথক্তা পোর্রা ১ সেঃ মিঃ ০.৬৩ রোম রাংনা লৈবা য়াননবা বতি অমা ইকোয় কোয়না নপ্ই।

হৌজিক খোই উপু অমা চনবা তারবদি নিংশিংগদবা অমনা চেম্বর হায়রিবা উপু অনি অসিমক্কী মনিং অমস্লুং মমাং থংবা ফিবানগী মথক্তা খোইরাগী ফ্রেমশিং অতুগী খদাংনা য়াম্বতুনা হাপ্পা য়াননবা ওইগনি। পোইশিংনা খোইরা শাজবদা মাং তুংদা চুমত্রিং শাই। খোইরা শাবা হৌবদস্লু ওইরোইমদগী হৌই। মথোইনা পামজবা মতুং ইন্না ফ্রেম হাপ্পিবা চুমই।

বাতম বোর্ড :— খোই উপুগী মথা থংবা উপু ক্রুড চেম্বর অসি বাতম বোর্ডকী মথক্তা থমই। মসিবু ফ্লোর বোর্ড হায়নস্লু থংনৈ। বোর্ড অসিগী মমাং থংবা শরুক অতুদা. খোইশিংনা মালং-দগী পাইথরক্পদা অমদি পাইথংখিবগী শিজিন্নৈ, অতুনা মসিবু "এলাইটিং বোর্ড" হায়নস্লু থংনবা, থর ওমথবা শরুক্ অমা লৈ। হয়িংখোইশিংনা অওম্বদগী কাখৎপা য়াম্না হৈনজৈ অতুনা এলাইটিং বোর্ড অসি মরু অমনি।

বোর্ড অসিগী ময়াইদা সুংশিৎ থোং অমা লৈ মহু শাংবা অমসুং পাক্পা ইঞ্চি অনি অনি (সেঃ মিঃ ৫ × ৫) নি। সুংশিৎ থোং অসিগী মথক্লোমদা ইঞ্চিদা (সেঃ মিঃ ২.৫৪) দা ১৬ ফেনবা জালি অমনা থিংজিল্লি। মখারোমদা স্ক্রু অমত্তংনা ফাজিনবা উবাক্ মচেৎ অমা লৈ, মহু লৈথোক্ লৈশিন্ তৌরগা সুংশিৎ থিংবা, কাৎপা য়াই। করিগুম্বা খোই উপু থরদি সুংশিৎ থোং য়াওদে। অহুবু মতাং অসিদা সুংশিৎ থোং লৈবনা কাম্নবদি, করিগুম্বা খোই কাংলুপ্ তিনশিনবা, অমদি খাইদোক্লবদা খোইবু পংথহনবদা, য়াম্না থুদোং চাই। অইং অশাগীদমকস্সু য়াম্না মতেং পাংই। কনাগুম্বনা মৈথু উতোং স্মোকরনাচিংবা লৈবশিংগীদি সুংশিৎ থোং য়াওদ্রবসু উপাই থরদি ওইগনি।

বোর্ড অসি অথোইবা ওইনা মশিং ১/২ লৈরবদি, খোইগী সেবা তৌবদা চয়োল খুদিংগী উপু অহু হাংদোক্লুনা য়েংলুবা ঙমদ্রবসু বোর্ড অসিদংদদি হোংদোক্পিরবদি, খোই উপুদা তৌলগী মরুম কোকপ ঙমদননবগী অফবা পাম্বৈ অমা ওইগনি। মসি নত্তবা মরোং অমনা বাতম বোর্ডতা সুংশিৎ থোং লৈরবদি করিগুম্বা মতমদা খোইবু অহুগী মরোং য়েংবদা —, খোই উপু অহুগী মথাদা, সুংশিৎ থোংদা লিংথরক্লুনা, খোইরু মচেৎ অমদি ফত্তবা মকুপ্নচিংবা তাবা উরবদি উপু অহুগী মঙুংদা তৌল চারে হায়না খংগনি।

রূপ্ঃ— লোথোক্ লোশিন য়াবা য়ুমথক্কী $\Lambda$ ভি মরোং মানবা অমনা স্বালো চেম্বরবু কুপ্শিল্লি। চুথেক্ নাইবা কাচিন অসিগী ময়াইদা ইঞ্চি ২ শাংবা ইঞ্চি ১ রাংবা ( সেঃ মিঃ ৫ × ২.৫ )

অহোবা অময়ম মনিং অমস্তুং মমাংদা লৈ। মতু মতুংলোমদা জালিনা থিংজিল্লি। মসি মুংশিং থোংনি, ভেন্টিলেটর কৌই। ৱাপ অসি য়ুমগী মরোং মানবা নত্তবা, লৈতেম্‌ মান্নবস্নু লৈ। ৱাপ অসিদা মতিক্‌ চানা ভেন্টিলেটর থম্নবদি, খোইশিংগী মশাগী মনিল অতুস্নু মথক্লোমদা পাইথোক্‌খি। করিগুম্বা মতমদা, খোই মথোং অতু থিংজিনবা তাবা লাকই, ভেনতিলেটর মতিক্‌ চাদ্রবদি খোইতু শিনিংঙাইনি, অসিদস্নু নত্তনা খোইগী কাংলুপ্‌ অনি তিনশিন্নবগী, 'খোই উপু অনি মথক্‌ মখা লোনখত্তুনা থম্বা তাবদা মতেং ওইরোই। খোই তিস্সনবদা মখা, বাতম বোর্ডকী মুংশিং থোংদা, মৈথু য়ৈহনবা অতুনা ৱাপ্‌ অতুগী মুংশিং থোংদা, মনিন অতু পাইথোক্‌খিগনি। ৱাপ্‌ অসিনা য়ুমগী মরোং ওইরবদি খোইবু চিনি পিজবগীদমক্‌ ফিডিং বোতল অমা ফ্রেম মথক্তা উপুনা থম্বদা থুদোং য়াম্না চাগনি।

---

## খোই উপুগী জাৎ অময়ুং ফ্রেমগী সাইজ।

খোই য়োক্লনবা উপু বি-হাইভ অসি তোঙান তোঙানবা মখল কয়ামুক লৈ। অচৌ অপিক্তা খেন্নবদস্নু নত্তনা চুম্নগী মরোংদস্নু খেন্নবা লৈ। উবাক্‌ জোড়ানা হায়বদি উবাক্‌ অনিনা লোম্নতুনা চনবা উপুস্নু লৈ, মতু ডবল ৱাল হাইভ হায়না খংনৈ। মরম অসিনা ঐখোইনা করম্বা মখলগী উপুনা থবক্‌ পাইখৎসিগে হায়বা অসি হান্ননা খলহোবা চুমই। অতুনা ফ্রেম মশিং কয়াগী ওইবনা কগদগে

হায়না খনবস্থু য়াফম অমনি। ইংলেণ্ডদা "ব্রিটিশ ষ্টেণ্ডার্ড" ফ্রেম অসি চৎনৈ। ষ্টেণ্ডার্ড হায়বা অসিনা খংনরিবদি অরেপ্পা অকক্পবা ফ্রেমগী মশিং অমস্থুং সাইজ লৈরবা হায়বনি। লম লমগী ওইবা ষ্টেণ্ডার্ড সাইজ অমা লৈবা হায়বা অসি য়াম্না চুমই, নত্রবদি খুদোং থিবা কয়ামুক থোক্লকই। অরেপ্পা অকক্পবা ফ্রেমগী সাইজ লৈরবদি খোই য়োকপশিংদা, থৌরম থৌশিল কয়াদা খুদোং চাবা য়াম্না লৈ। মরম অসিনা চাওখৎলবা লৈবাক্শিংদা মখোইগী লম্ লম্গী অকক্পবা ফ্রেমগী সাইজ লৈনরি।

আমেরিকাদা "লোংষ্ট্রোট" সাইজগী উপু চৎনৈ। অমত্তগা "মোডিফাইড দেদেণ্ট" হায়বা সাইজ অমস্থু চৎনৈ। হায়রিবা উপু অনি অসিনা ব্রিটিশ ষ্টেণ্ডার্ডগী হেম্বা সাইজনি। ইণ্ডিয়াদা ব্রিটিশ ষ্টেণ্ডার্ড অমস্থুং লোংষ্ট্রোটস্থু শিজিন্নৈ। মরু ওইনদি খাইদগী হেন্না পিকপা "নিউটোন" সাইজ হায়বা অসি শিজিন্নৈ। ইণ্ডিয়াগীদমক্ মসিনা খাইদগী হেন্না খুদোং চায়। অচৌবা উপুদি অইংবা লমদা কান্নৈ; অশাবা লমদদি খোইরা কায়গনি। মরু ওইনা ইণ্ডিয়াগী খোইদগী ইউরোপিয়ান্গী খোইনা চাওবা হেল্লি।

ফ্রেমগী মতুং ইন্না খোই উপুগী তোঙান তোঙানবা সাইজ ওইবনি। থর অমদি উপু শারম্বা মী অত্তুগী মমিং মতুং ইন্নস্থু খংনৈ। খংজনবা য়াবা য়াফম অমনা— য়াম্না হেন্না শাথিনা ইংলবা লম নত্রবদি ইণ্ডিয়াগী মফম অয়াম্বদা সিঙ্গলরালগী উপু অসিনা নিংথিনা চাথোক্ ফংনৈ। ডবলরালগী কান্নবা লৈতে।

**নিউটোন হাইভ:**— ইণ্ডিয়াদা শিজন্নরিবা "নিউটোন"

হায়রিবা অসি খৃঃ ১৯১১ দা ষ্টেট জোসেপ্ কোলেজ ত্রিচিনাপল্লি ( মাদ্রাজ, ইণ্ডিয়া ) গী রেভঃ এলঃ ভিঃ নিউটোন হায়বা অহুনা অপিকপা উপু অসিদা ইণ্ডিয়ান বি অসি য়োক্তুনা য়েংখি, মসিদা মানা মতিক্ চানা খুদোং চাবা ফংখি অমসুং থবক পাংথোকপা ঙমখি। মরম অহুদগী উপু অসিগী মমিং "নিউটোন হাইভ" হায়না খংনখি। সিদা পুথোক্লম্বা অসিনা থাইদগী হেন্না পিকপা ফ্রেমগী সাইজনি। মসি ব্রিটিশ ষ্টেণ্ডার্ড সাইজগী ব্রুড ফ্রেমগী তংখাইমুক্তা চাওই।



ইংলেণ্ডদা ষ্টেণ্ডার্ড সাইজ ফ্রেমগী তংখাইতা চাওবা ফ্রেম অসি, অচোবা ফ্রেম অহুগী মথক্ থংবা বারদা ক্লিপনা ফাজিন্দুনা হাপ্লগা মহুদা কুইন বি পোকহনবগী শিজিন্নে। হায়রিবা ফ্রেম

মচাশিং অসি "কোম্বা ফাউণ্ডেসন" হাপ্লগা মতিক্ চানা লিংলবা খোই কোলোনিদা হাপচল্লি।

খোইরা অহু শাগৎলক্কু্না সেলশিং অহুদা মরুম অমদি মচানা থন্না লৈরবা মতম অহুদা, মহু লোথোক্লগা "কুইন মেটিং হাইভ" হায়না খংনবা অপিকপা খোই উপ্, মচা অমদা হাপচিল্লি। রেভঃ নিউটোননা শিজিন্নরম্বা ফ্রেম অসি মথক্তা হায়রিবা অসিগা চাওবা মান্নবা ফ্রেম্লি। অস্থুম তৌহুনা নিউটোননা অপিকপা ফ্রেম অসি ইণ্ডিয়াদা ইহান হান্না শিজিন্নহুনা চাংয়েং তৌরমই, মরম অহুনা মসিবু নিউটোন ফ্রেম হায়না খংনৈ। রেভঃ এলঃ এলঃ লোংষ্ট্রোট হায়বা নিপা অসি আমেরিকাগী মোডর্ন বি – কিপিং অসিগী ফাদর-নি। হায়বদি মাগী মপান্দগী আমেরিকানা চাওথৎপা মরোংদা হয়িংখোই য়োকপা হায়বা অসি তৌখিবনি। অহুগুমহুনা ঐখোয়না য়ান্না তৌবিমল থংবগা লোইননা, মতম পুন্নমক্তা নিংশিংগদবদি রেভঃ এলঃ ভিঃ নিউটোনগী মপান্দগী ঐখোয়না সাইন্টিফিক বি-কিপিং পাইখৎপা ঙম্লিবনি।

খোইশিংনা অনৌবা খোইরা শানবগীদমক্, অনৌবা ফ্রেম অমা পিবদা খোইরা মচেৎ অমা য়ামদ্রবদা ইঞ্চি ২″ × ৩ = সেঃ মিঃ ৫.০৮ × ৭.৬২ রোমদং চাওবা ওইন্নবম্বু পিরিবা ফ্রেম অহুদা পুন্দুনা পিরবদি মহুগী মতুং ইন্না খোইশিংনা য়াম্না থুনা খোইরা শাগৎলি। লমজিং পিবা অসিনা, ঐখোইনা খোইরা শাহন্নিংবা মরোংদা হায়বদি থন্নিবা ফ্রেম অহুগী মতুং ইন্না শাহন্‌বম্বু থুদোং চায়।



কোম্ব গাইড

---

৯ শুবা পল্লুপ্।

# এপিয়ারি অমা শেম্‌গৎপা

মণিপুর ! মক্ষম অয়াম্বদা হয়িংখোই লৈ। লৈরিক লৈহিনা থল্লবা পাম্বি কয়ানা অশংবা মনা মশিং কোল্লাইনা, মতম পুম্নমক্তা লৈতেংলবী প্রকৃতি-অমদি লোউবগী লৈপাক অমা ওইবনা—মণিপুর — হয়িংখোই লোইকমগী খাইদগী অথোইবা মক্ষম অমনি হায়বদা থোইনা হায়মনবা ওইরোই। চীং অমস্সুং তম্‌দা হয়িংখোইনা মরাং কাইনা লৈবা অসিনস্সু অরাবা খুদম অমনি। অদুম ওইনমক্ এপিয়ারি অমা শেমগৎপা হায়বা অসি চীংগী লমদম অমদি হৈকোন লৈকোনগী মনাক্কচিংবা, মতা চাবা মক্ষম ওইরবদি চাথোক্ য়াম্না হেম্না ক্ষংক্ষম অমা থোকই। অহানবদা খোই উপু থরদং থমজুনা

য়েংবদা, মকম অদুগী চাথোক্লচিংবগী মরোংস্থু থংবা ঙমগনি। মক্ল ওইবা রাকম অমনা, চীং অমসুং ভমগী ওইবা ইপা ইচা, ইচিন্ ইনাও-শিংনা, জ্ঞান তানা থুৎশমনা চৎথমিন্নরবদি ঙসিগী ওইরক্লিবা যুগকী য়াওল অসিদা মনিপ্ৰস্থু, মতম অদুগী মণিপুর ওইগনি।

খোই থঙ্কম ঃ— হয়িংখোই অসি মহৌশানা মখোইগী মহুম অদু নোংজু মুংশাদগী মরুম থুপ্না লৈবা পামজৈ। মরম অসিনা কুপশিনবা খাজিনবা মকম ওইবা, অদুগা মখোইনা পাইথোক্ পাইশিন তৌজবা মতমদা মীগা থেংনবস্থু পামজদে। কনাগুম্বনা মাগী ইংখোল চায়গোইমুংগী মমুংদা লৈবা লম্বিদগী খোই উপু অমা ফুট ১৫ — মিঃ ৪.৫৭ লাপ্পা অদুগা খাইগী ওইবা লম্বিদগী ফুট ১০০ — মিঃ ৩০.২০ লাপ্পা থম্বা য়াই। ফুট ৬ — মিঃ ১.৮৩ রোম রাংবা উরি য়েৎপা শম্বল অমা শেম্বিরবা নত্রগা পাম্বি মচাশিংনা খোই উপুদগী ফুট ৪′ — মিঃ১.২০ লোম লাপ্পা থাজিন-বিরবদি, মদুগী মথক্তা খোইশিংনা পাইবা হৌজনিংই, য়েংবদস্থু ফজৈ, মসিনা নিংথমথাগী অইংবা মুংশিৎ অদুস্থু করগনি। অকনবা নোং মুংশিৎস্থু ঙাক্লগনি। খোই উপু অমা অনিদংবুদি — মাঙ্গোম্বা থন্নবস্থু য়াই। কনাগুম্বনা হৈপাল লৈপাল — মথাদা থন্নিংই, অদুবু চেক্শিনগদবদি উখাদা থম্বা অসি, উনা অদুনা কেন্নগা ঈশিং কম্বিদা উনাশিংনা তাদুনা কক্চেং কাগল্লি। শা যম্না খোই উপু অদু তুহনবা তৌদননবা থর থনবস্থু চুমই।

উরুম্মাংবা :— লমহাং লমজাও ওইনা তৌবা মৈশা কনবা ভম্পাক্তদি হাইভ অমা অহাংবদা থম্বা ফত্তে। খোইশিংনা মুংশাগী

মৈশা থাংবা ঙমত্রবদুনা, বাতম বোর্ডকী মখাদা তোংদুনা লেনগল্লি। মৈশানা স্বর ফুল্লগা রার্কর বিশিংনা এলাইটিং বোর্ডনচিংবদা পরেং পরেং তোংদুনা মখোইগী পিক্লবা মাশা মচা অদুনা মুংশিৎ অশেংবা ফংননবা কন্না হোংনৈ। মখোইগী মরুম মচাশিং অদুবু কনবা ঙমনবা মথরাই য়াওনা মুংশিৎ হুম্বা হোংনৈ। অশাবদা খোইরাশিং অদুসু কংশিল্লি, অদুদসু নত্তনা মপিস্ন শিগল্লি।

হয়িংখোইনা খাইদগী হেন্না রাজবদি নোংজু অমদি নিংথমথানি। মরম অদুনা খোইগী কোলোনি অমবু য়ুমগী মখাদা থম্বিবা ঙম্লবদি য়াম্না খুদোং চায়। য়ুম শঙ্গোইমক্ নত্রবসু খোই উপু অদুগী মথক্তা য়ুম্ মচা অমনমদং শাথিবা ঙম্লবদি য়াম্না হেন্না ফৈ। কনাগুম্বনা "বি-হাউস" হায়বা অদুগী মরোংদা য়ুম্ শারগা মদুগী মনুংদা শো লোন্দুনা থম্লবদি শা-ঙা অমসুং মুংশিৎ মুংশাদগীসু কনবা ঙমগনি। অদুগা য়েংবদসু লেমজনিংঙাইগী মশক্ অমা ওইগনি।

উপু থম্বা :— হৌজিক্ এপিয়ারি অমদা খোই উপু পরেং কয়া থম্বা তারবদা, উপু অমগা অমগা পরেং শানা থম্বা মতমদা ফুট ১৫ = মিঃ ৪.৫৭ লাপ্নবনা মতিক্ চারে। উপুগী মনিং মনিং ওম্থোক্লদুনা থম্বা তারবদি ফুট ৫´/৫´ = মিঃ ১.৫১ রোম ফাওবা লাপ্ননা থম্বা য়াই। অদুবু খোই থম্বা অসি অদুক্কী মতিক্ লাপ্ননা থম্বনা বি-কিপর অদুগী খুদোং য়াম্না চাবা হেল্লি। শংশাং অমা শাবা তারবদি মনিং মনিং ওান্সিন্নরগা পরেং পরেং থম্বা য়াই। উপু অনিগী মরক্তা ফুট ১৫´ = মিঃ ৪.৫৭ লাপ্নরবদি কোলোনিশিং অদুগী খোইশিংনা প্লেক্লাইট তৌজবদা অপনবা খোইনা লৈতে। খোইবু য়েংবা অমদি খোই

পাইথোক্ পাইশিন্দা, থোদোক্ কয়াদা লাপ্পহনবনা য়াম্না পাম্বে ওই।

উপুগী মাইওন ঃ— খোই উপুশিংগী, লাপ্পবা চাং য়েংবগুম উপুশিং অতুগী, থম্বা মতমদা মমাই কদোমদা ওনগদগে চাওরাক্লা খনবস্নু চুমগনি। বি-কিপর অতুগী নিংবা মতুং ইন্না, অয়ুক অমস্নুং নুংথিলগী অয়েনবা নুমিৎকী মঙান কন্দুনা, নুংশাগী মৈশাবু লাংহন্দ্রবদি, ওন্নিংবা মাইকৈদা, উপুগী মাইওন ওলহনবা য়াই। খোইশিংনা নোংঙাল্লক্কুনা মঙাস্তবু লাক্লবদি মম্লিঙৈদগী হৌনা থবক্ শুবা হেক্তা হৌই। মখোইনা কয়াগী মতিক্ য়াহৌ ঙনবগে হায়রবু কালেনগী মতমদা অয়ুক্কী পুং ৫ তাবগী মমাং অতুগা নিংথমগী অয়ুক্কী পুং ৫ মথায়দা লৈহি লৈরিক্কী পোৎলুম পুতুনা, চাক্তরুবদগী মহুমদা হল্লক্পা উনরি। খোই উপুগী মাইওন অসি চিংখৈরোমদা ওন্দুন থম্লবদি, অয়ুক্কী মঙান্দু অহানবা ফংই। থম্লবা য়াবা রাকম অমা হয়িংখোইনা থবক শুবা য়াবগী মতম অসি, অস্নুক্কী মতিক্ খোইরাংনা ঙাইতুনা লৈখরে, অহিংগী অমম্বদস্নু করিগুম্বা পাম্বে অমনা, মখোইদা মঙানবু পিরবদি থুদক্তা থবক্ শুবা হৌননবগীদমক্ হেক্তা পাইথোক্লকই। মখোইনা থবক্ শুননবগীদমক্ মঙান অসি পামই হায়তুনস্নু —অয়েনবা মঙালবুদি পামদে, অতুনা কনাগুম্বা বি-কিপরশিংনা খোই য়েংননবগীদমক্ উপুদু হাংদোক্পদা তপ্পা তপ্পা মঙাল অতু ইরোইননা ফংহনবা নত্তুনা, য়াম্না থুনা হাংদোক্লবদি অমম্বদা লৈজরম্বা খোইশিং অতু মঙাল অতুনা থংয়ৈ য়ৈরবদি শোইত্রে চিকপা।

নিংথমথাদা খোইশিংবু কৈজুপ্ সুপ্পিবা য়াম্না কান্নবা থৌরাং অমনি। খোই উপুদা করিগুম্বা খোই মশিং য়ামত্রবা নত্রগা মশিং



ফৈজুপ।

য়ান্নক্ত্রবা অমবু য়ান্নক্লনবা শেমগৎপদা ক্রুড ক্রেমগী মথক্তা ফৈজুপ অমা হাপ্পিবা য়ান্না চুমই। মসি নিংথমগী মতমদদি য়ান্না মক্ন ওইব শিজিন্নদবা য়াদ্রবা মরোং অমনি। মশিং য়ামদবা খোইশিংদি মখোইগী মহুমদা মৈশা মনিন মতিক্ চানা কংবা ঙমদ্রতনা, য়ান্না শিগল্লি অমসুং মরুম মচা নিংথিনা ওনবা ঙমদে। মসিগীদমক্ মরুম মচা লৈননবগী ক্রেমগী মথক্তা শামতু মচেৎ নত্রগা তেরাফিনা, চে ফাওবনা ওইরবসু ফৈজুপ অমা সুপ্পিবা চুমই। মচিঞ্জাক্ পিনিংবা মতমগীদমক্সু ফৈজুপ অসিগী ময়াইদা অহোবা অমা থমগনি। উপু অমগী লৈফম থোক্পা খোইগী চাংদা লৈরবদি ফৈজুপ শিজিন্নদ্রবসু ময়াই। খোইশিংদা ফৈজুপ সুপ্পিবা মতমদা খোইবু নক্সিন্দনবা চেক্শিনগনি। ফৈজুপ ওইগদৌরিবা অতু মকোন অমা ওইনা কোক্সিল্লগা, মতু হাপ্পা মতমদা নন্গদবা খোইবু স্বরনা কাম্থোক্ কাম্থোক্তুনা অসুম থর থর ওইনা তিংথোক্লগা তপ্পা তপ্পা সুপ্চিন্বিবা ফৈ।

**নিংথমথা :—** নিংথমথাদা হয়িংখোইশিংবু অইংবদগী কনবিননবা ফি, বোরা, ফক্নচিংবা পোৎ অমনা উপু অতুবু য়োমশিনবিবা থুমজিনবীবা চুমই। খোইগী মথোং অতুগী মমাংদা উবাক্ মচেৎ অমনা ঙাতুনা থম্বিরবদি অইংবা উনগী নুংশিৎ অতুদগী কনবা য়াই। ফৈজুপ সুপ্পিবনচিংবা অতুগা নুংশাসু থর থুনা কংননবা

হোৎনবিবা চুমই। নিংথৌমথাদা লৈহি লৈরিক্ য়াম্না য়াৎনা ফংই, অদুনা মচাস্থু য়াৎনা কোক্ই। নিংথম লোইখিবগা, মরুম ঙম্না কোক্পা হৌননবগীদমক্, চিনিগী সিরপ্ শেমদুনা পিজবিবা ফৈ, খোইশিং তোংত্রবা, খোইরাশিংস্থু লোথোক্লগা, লৈরিবা অদু ডুমি বোর্ডনা ঙাকশিনবিবা—, মখোইগী মহুমগী টেম্পরেচর নিংথিনা লৈবা ঙম্ননবগীদমক্ হোৎনবিবা চুমই। অদুগা অশোনবা খোইগী কোলোনিশিংদি, মরোং য়েংদুনা কোলোনি অনি অহুম পুন্না তিন্সিনবিদুনা, মখোইনা নিংথমথা লেঞ্জবা ঙমজননবা, লিংনা থম্বিবা য়াম্না চুমই। খোইগী কোলোনি মশিং য়াম্ হন্নিংদুনা, খোই খজিক্তা ঙাইরবা ফাওবা অদুম হিংহনগে হায়না থল্লবা অরানবা ওইগনি। মখোইগী মথোং অদু থর থুজনহনবা, লোইননা বাতম বোর্ডকী ক্সুংশিৎ খোংনচিংবস্থু থিংজিনবিবা চুমই। নিংথম অসিদদি, য়ারিবা মথৈ উপুদু হাংদোক্লুদবস্থু ফৈ।

নোংজুথা ঃ— নোংজুথা অসি খোইগী খাইদগী খুদোংথিবা মতম্নি। হৈ, লৈ, মপানস্থু শাৎপা য়াৎলি, থর শাৎপা অতস্থু নোংগী ঈশিংনা লৈহি লৈরিক্ চামথোক্খি অদুনা মখোইগী চানিংঙাই লৈরক্তে। নোংজুদা নাপি শোংই, অদুনা তীল কাং য়াম্না লৈরকই। নোংজুদা খোই উপু অদু তোয়না তোয়মা শেংদোক্পিবনচিংবা, সেবা নিংথিনা তৌবিগদবনি। শোইদনা চয়োল অনি অনিদা উপু শেংদোক্পা অমস্থুং য়েংবিবা চুমই। খোইনা মহৌশাগুম্না ফ্রিদা পাইবা ঙমদে, অদুনা মখোইগী চাবা য়াত্তুননবা চেক্শিনবিগদবনি। চারা হেনবদগী চিক্লবা থোক্লকই। মসি নোংজুথাদা থোকল্লি।

চিক্লবনচিংবা, চানিংঙাই লৈতবদগী পাইথোকখি। খোইরা চাবা তৌল রাম্নমোথসু নোংজুথাদা মরুম কোক্ই।

**নোং নুংশিত্তগী কনবা ঃ—** নোং নুংশিংকী মতমদা, খোই উপু অত্থু—তুদননবগীদমক্ থোৱম কযা হোংনবা চুমই। থুতি য়ৈত্থুনা পুনবা শম্নবদি য়াম্ন ফৈ। নম্রগা চেক্ অনি অনিথক খোই উপু অমদা, তারানা পুদ্নগা, খোই উপুগী নাকন নাকন্দা থম্নবসু, ফনা নিংথিনা উপু অত্থু ফাত্থনা লৈগনি। অকুম্বা পোংনা খোং উপুগী মথক্তা নন্দুনা থম্বসু যাম্না কাৱৈ।

**ঈশিং ঃ—** মতম পুম্বা মথ্ম ওইনা খোইহিগী মতমদা খোই-শিংনা ঈশিং পামই, অত্থুনা অনকপদা পুথ্রি, তুরেল লৈত্রবদি খোই উপু লৈরিবা অত্থুদগী থর লাপ্ন, মথ পাকপা, পাত্র অমদা, ঈশিং থম—হাপ্নগা ফি অমনা, ঈশিং অত্থু শোক্হন্না কুপশিল্লগা থম্বিবদি খোইশিংনা, ফি অত্থদা ত্তোংত্থনা ঈশিং অত্থু থবপা থুদোং চায়। ফি কুম্নিদ্রবদি খোই অত্থু ঈশিংদা ইবাক্ত্থনা শিগনি।

**লু হেনবা ঃ—** খোই উপু অমদি এপিয়ারি অত্থু নিংথিনা লু হেম্না শেম শারবদি হুংঙাইবা অমসুং য়েংবদা ফজবা ওই। ফজ-রবদি মীনসু য়েংনিংই। অত্থুনা ঐখোইগীসু পুক্নিং থৌগংলি, জাতিগীসু চাওখৎ থৌরাংদা য়াম্না মতেং ওই।

**খোই য়োকপা হৌবা ঃ—** হৌজিক্তি ঐখোইনা খোই লোয়রগদবনি। ঐখোইনা রারি রাখোং পুম্বা থংলে। খোইশিং অসিনা মখোইনা করম্না হিংবা অত্থুগা মখোইগী থবক্না করিনো? হায়বা খংলে। ঐখোইনা খুৎশমগী খোই উপু অমসুং থুজু

খুৎলাইগী মথৌস্থ থংলে। অতুগা লোইননা করম্না শিল্লাংবা অসি-নচিংবা খোই য়োকপগী থবক হৌগৎপা তারবনি।

হয়িংখোই উপু অসি, মপান্দা থম্বা চৎনবি ওইরবস্থ মখোইবু ইমুংদা থম্বা য়াদে হায়বগী রাক্ষমদি লৈতে। হয়িংখোই উপু অমা অসি ইমুংদা, চাকশংদা, অমদি শঙ্গোইদা থম্বিবা অহোইননা অফবা ওইফম থোকই। খোইশিংনা মপান্দা, লম্মাংদা লৈবদগীদি য়ুমগী মখাদা লৈজবনা মখোইদা খুদোংচাবা য়াম্না হেল্লি।

কনাগুম্বনা, থরাইনা পাম্নতুনা খোই লোইবগী থবক উপু অমা অনিদং হৌগৎলি মতু ইংখোলগী মতা চাবা নফম য়েংতুনা থমই। মতুংদা মশিং হেন্না থম্বা তাবদা অহাংবা লমদা, নোংজুদা, চুংশাদা, নাপি মরক্তা থম্বা তাই। থর থন্থরগা খোইগীদমক য়ুম অমা শাতুনা, উপু কয়ামরুম্ পুন্না থম্বা য়াননবগীদমক শেম্বি শাবিববদি য়াম্না হেন্না কান্নবা, অতোংবা অমা ওইগনি। খোই উপু চনবগী থরচস্থ য়াম্না হন্থবা ওইগনি। উপুগী মথুম য়াওব্রবা ফাওবদা, বোরা, উবাক্ মচেৎনচিংবনা কুপশিল্লগা অতুম্মক্ কাগনি। চুংশিৎ শিৎপা, নোংচুবা মতমদস্থ খোইবু য়েংবিবা য়াগনি। রাক্ষম অমনা অমম্বা ইমুং মচুং অতুদা, খোই পাইথোকপা তোরোই মপাল্লোমদা পাইগনি।

খোইহি লোথোক্ফম কানচিংবা, পাংথোকপা য়াননবা হোৎন-রবদি মাইকৈ পুম্নমক্তা তোংজবা হেনগনি। নিংথমগী অইংবা, কালেন-গী অশাবা অমস্থং নোংজুনা করিস্থ তোরোই, খোইগী য়াইফবা ওইগনি। কনাগুম্বা তোগে হায়না নিংবনা “বি-হাউস” অমা






BEE HOUSE SHOWING VARIED ENTRANCE

নিংথিনা শারগা খোই উপ্ ৫/১০দং থম্নবদি য়ুমগী লৈতেং, ইংখোলগী লৈতেংস্থু ওইগনি। মীরম্লেন্দস্থু মাই পাকনি, লাইরম্লেন্দস্থু মহৈ য়ানগনি। পাংথোকে নিংলবদি হয়িংখোই অমস্থুং খোইহিগী, য়ুমগী প্লান য়েক্তুনা উৎলি। য়ুম অতুগী অরাংবা শরুক্তা মিংশেঙ্খোং নত্রগা অতুগুম্বা মম্ হনবা ঙাল্ হনবা য়াবা মরোং থর লৈরবদি, মতুংদা থবক্ চৎথবা উগনি। মঙান অতু উপ্‌গী মথক্তা লাক্তনবা হোৎনবা তাই নত্রবদি খোইশিংনা পাইথোক্লক্লগা বেরা লাকপা য়াই। হায়রিবা য়ুম অসি মমাংদা নেম্না পারবদা ফুট ৫´= মিঃ ১.৫২ দং রাংলবস্থু য়াগনি, মতুংদা মী চংবা য়াগদবনি।

খোই পাইথোক্ পাইশিনগী মথোংশিং অতু মখোইনা থংজবা ঙম্নবা তোঙান তোঙানবা মচুনা তোঙান তোঙানবা মরোংদা ফজনবা য়েংহুনা য়েকনি।

বি–হাউস্ অসি ফুট ২০´×১০´—মিঃ ৬৮×৩.৪ ওইনা শারবদি, খোই উপ্ ২০ লোম থম্বা য়াগনি অতুবু উপ্‌শিং অতুগী মরক মরক্তস্থু চংহুনা য়েংবা তাবনা, উপ্ তরাগুম্বনা মতিক চায়। থম্‌গদৌরিবা খোই উপ্‌শিং অতুস্থু, লৈমাইদগী থুহুপ অমদি রাংনবা থম্বা তাবনি। রাখল চেক্‌শিম্না হোৎনবা কাংবুনা য়াম্না হেম্না নিংথিনা অমদি ফজবা মরোংদা হোৎনবা য়াই।

বি-হাউস অমদা খোইগী কোলোনি থর থম্বগীদমক শেম্বা তারবদি বি-হাউস অতুগী মতুংদা কোইনা চৎননবগী লম্বি ফুট 2½´= মিঃ ০.৭৬ পাকপা অমা হাংনা থম্নগা হাউস অতুগী রাল ময়াদনা ফুট ২— মিঃ ০.৬১গী শরুক্ খোই উপ্‌গী থক্ষম শেমগ্রবস্থু

বি·হাউস অহুগী . মন্নুংদা ফুট ৮½ = মিঃ ১.৭০ পাকপা ফুট ১১ = মিঃ ৩·৪০ শাংবা রুম অমা ফংগনি। মসিদা টেবল, বেঞ্চ থাহুনা — খোইহি এক্সট্রেক্ট তৌননবা ফা, খোইহি ষ্টোরগী ফা লোইননা উপু আলমিরা মচা অমা থম্বা য়াননবা শেম্বা য়াগনি।

---

১০শুবা পন্দুপ

## থবক্ পাইখৎপা।

হৌজিক্ ঐখোইনা মতিক্ চানা খোই উপু অমম্নুং চংগদবা খুজু খুৎলাই লৈরহুনা, য়োক্লনবা হৰিয়ংখোই থিবা তারে। খোই উপুগী মখোং অহু ঈশিং হাপ্লবা কম্বিগী মথক্তা থম্বদা মমাংলোমদা ইঞ্চি মথাই, সেঃ মিঃ ১.২৭ লোমদং, নেমথনা থমগনি। অহুনা বাতম বোর্ড অহুদা, নোংগী ঈশিং পনবা ঙমদে। য়ুমগী মন্নুংদা থম্বদদি, অনেম অরাং নাইদনা চুম্না থম্বা য়াই। থবক পাইখৎপা অসি কনাগুম্বদগী খোই কোলোনি, হৌজিক্ হৌজিকমক্ মরুম মচা কোক্লিবী কুইন বি য়াত্তরিবা, মখাগী মরুম মচাগী ফ্রেমশিং অহু মরুম মচা য়াওবা, খোইস্নু নিংথিনা তোংবা খোই উপু অমা অনিদং, মতম চানা লৈবা ফংলবদি য়াম্না থুদোং চায়। কুমসি থবক অহৌবা অসিমক্তদগী খোইহি শোইদন লোকপা ঙমগনি। লৈবা ফংক্রবদি লমদা মহুম শাবা খোই থিহুনা, উপু অমা পুহুনা ফারুবা তারি। জানুয়ারিদগী, মার্চ থা ফাওবা খোই ফা বগী অফবা মতম্নি। নোংজু নিংথমথাদদি খোইবু ফারুহুনা অরাবা পিবিদ্রনা কৈ।

লমগী খোই ফাবা ঃ— করিগুম্বা মফম অমদা হয়িংখোই মচুম শাবা, লৈবা থোক্লবদি লৈন্নুংদা, উক্রোং অহোবদা মচুম শাবা খোইগী জাৎ, নোংখি নোংমংবা তৌদবা, ফিগৈ শেংবা লুমিৎ অমদা, অয়ুক পুং ৯ ফাওবা খুদোং চাবা মতম্লি। ফাবদা লায়না কোম্না ফাবা য়াগদবা লৈরবদি, থেংলবসু খোইনা অকাইবা লৈতে। লোইনগদবদি—স্বালো ফ্রেম য়াংদবা খোই উপু অমা নত্রগা "ট্রেভেলিং বোক্স" অমা, মৈথু উতোংগা য়ুবি মকু থর নত্রগা ফদি মচেৎ থর, কাতি থাং মচা, লফু শানাম অকংবা, অউইবা ইঞ্চি ১৫´ সেঃ মিঃ ৩৮·১০ রোমদগী থর হেন্না শাংবা, পাকপনা ইঞ্চি ১¼″, সেঃ মিঃ ০·৬৩ রোম ওইবা থর, ঈশিং লুপথোক্তুনা, কেচিংনেট (খোই খাও) অনি, থবয় চে ১/২গা, ট্রে অমা অমম্তুং খোই ফাবদা লোইনগদবা, মরূপ অমগা লোইনতুনা চৎকনি। থাংজৌ, য়োপাক্, পাইজনচিংবা য়াওগনি।

হৌজিক্ খোই ফাকম য়োরবদা, মাইথুম অমম্তুং থুৎ মোজা উপশিল্লগা, খোই উপু অতুগা খোই শাফম মনাক্তা থাংজিল্লগনি। রূপ, স্বালো চেম্বর লৌথোক্তুনা থমগনি' মতুংদা উক্রোং অমদি লৈথুন অহু য়োপাক্লা, পাইজনা, নত্রগা থাংজৌনা খোইরা অহু মশক্ উননবা, খোইরা লৌথোক্পা য়াননবা তৌথোক্কনি। মতুংদা ওইথংবা থুৎনা, খোই তোংলিবা খোইরাহু য়ান্না চেক্শিন্না পাইরগনি, মহুদা খোইবু পাইশিন্নুদনবা য়েংগনি। অহুগা থাং মচা অহুনা খোইরা শাফম অহুদা করুগা লৌথোক্কনি, মহু ফ্রেম অমদা নিংখিনা

ক্রেমগা তপ্ন নপ্নবা য়াননবা কক্লগা, লক্ শানাম অতুনা মতা চাবা য়েংহুনা মফম ২/৩ দা পুল্লগা, ক্রুড চেম্বর অতুদা থম্লগনি। মতৌ অসুম্না খোইরাশিং অতু ক্রেমদা পুল্লগা উপুদা ক্রেমগী মরক্তা পৌরা অমা, সেঃ মিঃ ০.৬৩ লাপ্পনা থম্লবগী মতুংদা শ্যালো চেম্বর অমসুং রূপ হাপচিন্দুনা খোই শাকম মনাক্ নক্না থম্লগনি। খোই থর লেমহুনা লৈহৌরিবা অতু খুজোক্না লৌহুন', উপু মথোং মনাক্ত থম্লবদি উপুদা চংজগনি। মখোইনা উপুদা চংবা মতম অতুদা, মপি অতু য়াওরক্লবদি মশাদা ফারগা মথবাক্তা পাইহুনা, মশা নামা কাতিনা বক্লগা উপুদা থাজিনগ্রবদি লাইবক্ ফরে হায়না লৌবা য়ারে। খোইয়াম অতু উপু অতুদা লৌশিনবা মতমদা কুইন-বি অতু য়াওখিবা থোক্লবদি মপান্দা লৈহৌরিবা খোইশিং অতু লোইনমক্ মশানা উপুদা চংজগনি। মুংদাংরাইরম খোইশিংনা উপুদা লোইনা চংখিবা ভাইরগা মথোং থিংজিন্দুনা এপিয়ারিদা পুরগনি।

করিগুম্বা খোই ফাবা মতমদা খোইরাশিং অতু পুন্দুনা উপুদা থম্লগা, খোইশিং অতুনা লোইনা পাইহুনা চংখিবা য়াওই। অতুবু মখোই শোইদনমক্ অতুরাইগী অনকপা মফম অমদা, তোংগনি। মতুদা খাওনা ফাবা য়াই। লৈখুন্দা, উক্রোংদা চংখিহুনা ফাবা মতা চাদবস্মু য়াওই। মতু মৈথু কাম্তুনা পাইথোক্হল্লগা তোংলবা মতমদা খাওনা ফাবা য়াই চেক্শিনগদবদি, মৈথু হেন্না কাম্লবদি খোইশিং অতু শ্বোয় থিংহুনা শিখিবা য়াই, অতুনা মৈথু অমুক অমুক্ পিবদা, কাম্বদা সেকেণ্ড ৩/৪ দগী হেনবা ফত্তে। ভাইহাক্ লৈরগা মতৌ অসুম্না অমুক্ পিগনি। মৈথু থর পিরবস্ম পাইথোক্পগী

মরোং উদ্রবদি খোইরা পুল্লিবা ফ্রেমশিং অমসুং হান্নগী মক্কমদা অহিং অতুমা থম্লগা হয়েং অয়ুক্ ফাবা য়াই, মতুনা খুদোং চাবা ওই।

করিগুম্বা খোইশিং অমসুং মৈখুনা পাইখোক্‌হল্লগা নত্রগা মরম্লাই ওইনা পাইখোক্তুনা উশানচিংবদা তোংবদগী ফাবা তারবদি, অহানবদা তোংলিবা খোইশিং অমসুং স্প্রেয়ার অমনা ঈশিং কাপশিল্লবদি পুল্লপ্ পুনশিন্না ফাবা ঙম্‌ঙাই। খোইশিং,অমসুং খাওদা ফাজিল্লগা খুদক্তা উপুদা থাজিনবসু য়াই অমসুবু এপিয়ারিদা পুরগা, উপুতু মাগী ষ্টেণ্ডদা থম্লগা "ধাইভিং বোর্ড" উবাক্ মতেক ইঞ্চি ১৫", সেঃ মিঃ ৩৮.১০ রোম পাকপা ইঞ্চি ৩০" সেঃ মিঃ ৭৬.২০ লোম শাংবা অমনা লৈবাক্কী এলাইটিং বোর্ডতা ঙাহনা থম্লগা, খোই য়াওরিবা খাও অমসু মচিন পুনবা থাদোক্লগা, খোই উপুগী মথোং অমসুদা ঙাইহাক্তুং পাইতুনা ফাতুনা থম্লগা, খোই থরদং উপু মমুংদা চংথ্রগা, খাও অমসু ঙারিবা উবাক্ অমগী মথক্তা হাংদোক্তুনা থম্লবদি, খোইশিং অমসু উবাক্ অমসুদা কারতুনা, উপুদা চংখিগনি। মতম অমসুদা কুইন-বি অমসু য়াওরকপা য়াই। মতুদা ফাতুনা মাশা কক্‌হৌবা খুদোং চায়।

খাওদগী খোই উপুদা থাজিনবা অসি মুংদাংরাইরম্না খুদোং চায়। হেক্ ফারুবগা ঙম্না থাজিল্লবদি পাইখোক্‌খিবা ওইগল্লি। খোই য়াওবা খাও অমসু ইমুংদা অইংবা কা অমদা য়াম্হতুনা থম্বা য়াই। খোই মপি কাবা হায়বা অসি য়াম্না চেক্‌শিন্নগনি। কুইন-বি অমত্ত ফাবা মতমদা, করিগুম্বা মশাদা শোক্‌পা নাবা থোক্লবদি কাম্লত্রবা ওইখিগনি মশা শোক্লবী কুইন-বি অমদি লৈহাও চেনত্রবী ওইরে,

মরুম কোকপা ঙমদ্রে নত্রগা মাগী মরুম কোক্পা ঙম্বগী মপাঙ্গল অদু হম্বরক্তুনা কাম্নদ্রবী কুইন-বি অমা ওইখিগনি।

উশাদা তোংবা স্বাম্মিং ফাবা ঃ—

হয়িংখোই কাংলুপ্ অমনা করিগুম্বা উদা, উশাদা চবুল ওইনা তোংত্বনা লৈবা অত্নবু লমদনবা খোই,— স্বাম্মিং হায়ন খংনৈ।



মত্নবু ফাবা তারবদা "সার্থ কেচিংনেট" খোই ফানবা থাও অত্ন খোইশিং অত্নগী মখাদা হায়বদি খোই চবুল অত্নন', থাও অত্নগী ময়াইদা চপ্ চানা থাঙ্গত্তুনা পায়রগা হেগুল অত্ননা খংচিং হেক চিংবদা খোই অত্ন থাওগী মন্নুংদা তাগনি। মতম অত্নদা থাওগী হেগুল অত্ন হেক্ লৈরবদি, থাওগী মচিন অত্ন শুপ্ চিনগনি। অত্নগা লংগুম্বা অমনা, পুল্লবদি খোইশিং অত্ন পাইথোক্পা ঙম্মরোই। খোইনা তোংলিবা উশা অত্ননা অমগা অমগা য়েংশিন্নত্ননা থাওদা

পনবদগী থাঙ্গৎপা য়াদবা খোক্লবদি মখোইনা তোংলিবা অহুনা থাওগী ময়াই খোক্লবা য়াল্লিবা মখৈ নকৃশিল্লগা, থাও অহু, পাইহুনা থমগনি, অহুগা উশা অহু করিগুম্বা অরুম্বা পোৎ অমনা হেক্ নৈথবদা, খোইগী চবুল অহু থাওগী মহুংদা লোইনা পুন্না তাগনি। অস্থুম তৌনা ক্ষাবা য়াই।

## হয়িংখোইগী মহু

খোইবু য়োক্লবদি, খোইনা চিকপা শোইদ্রে অহুনা মাইথুম (বি-ভেল), থুৎমোজা শিজিন্নগনি। খোইনা মাইদা, মিত্তা, খুত্তা চিক্লিংই। খোই অমনবু চিকপা হৌখ্রবদি. চিকৃথিবগী মহুগী মনম অহু ফংবগা, খুদোং থিবগী সাইরেন্ পিবগী মতাগুম্, অতৈনম্মু মখোইগী অপুনবগী ওইবা খুদোংথিবদগী কন্ননবগী মরোংদা—লালগী লাল্লোংদা চিকপা কন্না হৌরকই। অহুনা খোইনা চিকৃথিবা থোক্লবদি করিগুম্বা নাপি. উনা অশংবা অমনা তৈশিলহোৌবা কৈ। খুৎ অসি ঈশিংদা লুপ্লগা খোই পাইরবদি খোইনা চিক্কে। অহুনা খোই লোকপা মতমদা খুৎ অহু ঈশিংদা লুপ্ল লুপ্লগা পাইরবদি খোইনা চিক্কে।

অথং অহৈনা হায়রি, হয়িংখোইগী মহু অসি লিল্ থারোগী মহুগা শক্তি মান্নে। মরম অহুনা অচৌবা শা অমম্বুং উচেক্ কয়া মখোইগী হু অসিনা শি। মখোইগী হু অসিদা হুই অমম্বুং শগোলদি য়াম্না রানা থাংই। অহুগা কনাগুম্বা মীশক্ থর অমদি হয়িংখোইগী মহু অসিনা য়াম্না শাথিনা চৈনাথোল পি, অহুবু কনাগুম্বদদি চিকৃপগী পোমখোকৃপম্মু তৌদে।

ভসিদি হয়িংখোইগী মহু অসিনা অমুক মী ওইবগী লায়না Rheumatism ধাতুনা লুভাং চিকপা Neuralgia হক্‌চাংগী ধাতুগী লায়না অসি নিংথিনা লায়কোকই, ফহনবা ভমই। মরম অসিদগী অনাবা অত্থদা খোইবু চিক্‌হনবগী মহুত্তা সাইন্টিশশিংনা অনাবগী মশাদা ইঞ্জেক্সন ত্তোননবগীদমক্ "এপিটোক্সিন্" হায়না কৌবা হিদাক্ অত্থ শেমই। খোইনা চিক্লগা অত্তোংবা নত্তনা অমাংবা ওইদে। হয়িংখোইদগী ফংবা অমাংবা অমত্তা ভসি ফাওবা খংজদরি, উজদরি।

খোই অসিনা মাগী য়েক্লবা অমদা চিক্লরবদি মহাক্ শোইদনা শিরে, মসি খংনরবা রাফম্লি। অত্থগা খন্থবিগদবা অমনা হয়িংখোইগী মামু হায়রিবা অসিদি, মখোইগী মশাবু কঞ্জননবা খুৎলাইনি। অত্তোম্লদা লাম্পারুননবগী খুৎলাই নত্তে হায়বা অসিসু অচুম্বনি। হয়িংখোইশিংনা মখোইগী য়েক্লবশিংদগী মরন কঞ্জননবা হোৎনবদা মথলাই কৎখোকই। মখোইগী মামু খম্লিং তারা পানবা অসি য়েক্লবদা খিম্লুরবদি মহু অমুক্ শত্তোক্পা য়াত্রহুনা, মনিং অত্থ তৎহৌবদগী মহাক্ শোইদনা শিরে।

**খোই ফারগা পুরকপা ঃ—** ফারুরবা খোই য়ুমদা পুরকপা অসি য়াম্না চেকশিনগদবনি। পুরমদাইগী মথাংদা, করিগুম্বা সুত্তলি থৌরিগুম্বা অমনা উপু অত্থ রূপ অমসুং বাত্তম বোর্ডকা কোম্লনা পুজিনগনি। কোক্তা লেংবান্দা থোংহুনা পুবা তাই। অত্থবু য়াম্না নোম্বা হাইবা ত্তোদননবা চেক্‌শিনগনি। নিংভাইদনা পুবদগী খোইরাশিং অত্থ নিংখাইহুনা তাবা য়াই।

**ফ্রেম মক্ষম চানা থম্বা ঃ—** খোই উপু অহু কোক্তা লেংবান্দা পুবা মতমদা ফ্রেমশিং অহু চংথোক্ চংশিন তৌহুনা খোই চপ্‌খাই-বনচিংবদগী মপিহু শিখিবা য়াই। অহুনা ফ্রেমশিং অহুগী মরক্তা "ফ্রেম স্পেসর" হায়না কৌবা তারানা থেক্তুনা শেম্বা অসি হাপ্লবদি খুদোং থিবদগী কন-গনি। তারা অমনা U গী



মরোংদা ইঞ্চি ১/৪″ সেঃ মিঃ ০.৬৩ লাওনা ইঞ্চি ১″, সেঃ মিঃ ২.৫৪ লুনা থেক্থরগা মহুদগী ফ্রেম অহুদা কোনবা চপ্‌চাননবা ইঞ্চি৭/৮″, সেঃ মিঃ ২.২২ অসি অমুক্ থেক্লগা অস্থুম তৌহুনা শাবা অসিনা ফ্রেম তরেৎ হাপ্পা নিউটোন উপুগীদমক্তি মথেক তরেৎ থক্ লৈননবা শেম্বা য়াই।

**মুংশিৎ থোং ঃ—** কনাগুম্বনা য়েংহৌদবদগী অমদি থংঙু-দবদগী লমদগী খোই কারহুনা মুংদাং রাইরমদা, খোই উপুগী মথোং অহু থিংজন্দুনা এপিয়ারিদা পুরক্লে অহুগা য়েংলুবদদি খোইশিং অহু বাতম বোর্ড অহুদা মপৈ ওইনা তাহুনা শিবা উনৈ। মসি করিদগী থোকপনো হায়রবদা মুংশিৎ থোং মতিক চাদবদগীনি। মুংশিৎ থোং কাৎলিবা অহু কাওবদা, খোইশিং অহু উপুদা কাজিন্দুনা পুবদা, থোক্ থোক্ নিক্পা অহুনা, মখোইনা মপাল্দা প্নাইথোক্লিংবদগী মুংশিৎ থোং অহুদা, মথং মথং ওইনা 'ময়াম্না তোংশিনখিবা অহুদা মমুংদা লৈরিবা খোইশিং অহুনা, অশেংবা মুংশিৎ ফংবা ঙমজহুনা শিরিবনি। মরম অহুনা খোইবু কাহুনা পুবা মতমদা, মুংশিৎ

অশেংবা ফংননবগীদমক্ য়েংশিনবিবা চুমই। ট্রেভেলিং বোক্স অমদা পুবা তারবদি খোইদোক্না অকাইবা লৈতে, মরমমদি ট্রেভেলিং বোক্স অমদদি মুংশিং থোং নিংথিনা শেমই।

**খোইরা পুনবা ঃ—** লফু চনাম্না খোইরা অতু ফ্রেমদা পুনবা মতমদা, অহানবগী কিসিদি অনিরক্ ওন্দুনা পুনগনি। অতুগা অনিসুবা অরোইবা কিসিদি চুন্নগী কিসিনা পুনগনি। মসি নত্রবদি খোইরা অতু ফ্রেমদা নিংথিনা চেৎনা পুনবা খুদোং চাদে। খোইরা অতু ফ্রেমগী বারদগী লাকৃথতুনা, য়ান্দুনা লৈগল্লি।

**খোই ফাবা অমদি য়োক্পা ফেল ওইবা ঃ—** নৌনা তমখৎ-লকপাশিংনা খোই ফাবদা বেরা তৌরগা অমদি অয়োক্পা খোই বেরা তৌবা, পাইথোকখিবা থোক্লগা য়াম্না ইকাই। খোই হায়বা অসিমক্তু ফাবা মতমদা মৈথু হেল্লগা, অকিবা ফংলগা, চিঞ্জাক্ রাৎলগা বেরা তৌগল্লি। অতুনা নৌনা ফারুবা খোই অতুবু চেক-শিন্না য়েংশিনবিগদবনি। খোই অতুগা তোয়না লোইনতুনা, মখোইগী মরোং মতৌ মুন্না য়েংগদবনি। ফারুবগী মথংগী অয়ুক্তা থরাই য়াওনা য়েংবিগনি। অতু ওইরবদি খুদোংথিবা থোক্কদবা কয়াদগী কল্ হৌবা ঙমগনি। মখোইগী মরোং মতৌ অতুদগী পুক্রিংগী রাথন কথা ফংগনি।

অচম্বা লাইরিক্ অমা অনি পারগা খোই লোইবা হৌবা ফত্তে। অফবা লাইরিক কয়ামুক থরাই য়াওনা পারগা থবক পাইথৎপা হৌগনি। অতুগা লোইনা লোইননা থবক্ চৎথরবা, অথংবা মীশিংগী প্রাক্তিকেল ওইবা পাও তাবা লৌবস্থ খোইদোক্না কান্নবা ফংগনি।

অহানবদা মহৈ য়ানবা ওইদ্রবস্থু মতুদা ইকাইফম করিস্থু লৈতে। শোইখিবনা শোইদননবগী য়ুম্বিনি খোই লোইবগী থৌরমদদি মপুং ফাগ্রবা পাওতাক্লি। খোই লোইবগী বিজ্ঞান্দা হুংঙাইবা ফংই।

---

১১ শুবা পন্দূপ

## নৌনা ফারুবা খোইগী সেবা।

ওসি ফারুবা হুমিং অসিদা, হুংদাংরাইরম খোই অহু এপিয়াব্রিদা মফম চাবা য়েংহুনা থমগনি। হয়েং অমুক্ হোংদোক্ হোংজিন তৌবা য়াররোই। থগ্লিংবা মফম অহুদা থাংজিন্দ্রিঙৈগী মমাংদা ফারুবা খোই অহুগী মরোং মতৌ হান্না য়েংহৌবা চুমই। করিগুম্বা ফ্রেমশিং অহু থৈদোক্ থৈজিন তৌরম্বা য়াই, খোইরা অহু নিংথাইরম্বা য়াই। অতোপ্পা রাফম অমনা খোইশিং অহু খোইরা পুল্লিবা ফ্রেম অহুদদি তোংগ্রহুনা রূপ অহুগী মথক্তা, লোইনা পুম্না তোংহুনা লৈরম্বস্থু য়াই। অহু ওইরবদি, খোইরা পুল্লিবা ফ্রেমশিং অহু নিংথিনা, মফম চানা থম্লগা, মতুংদা ক্রুড চেম্বর অহুগী মথক্তা ফ্রেম য়াওদ্রবা স্বালো চেম্বর অহু হাপ্‌চিল্লগা মহুগী মমুংদা অসাইগী রূপ্তা তোংলিবা খোইশিং অহু নিংথিনা খোংথগনি। উচেক মতুনা খোমজিন খোমজিন্দুনা, নিংথিনা তোংহল্লবা মতুংদা ঙাইহাক লৈরগা

ৱাপ অদু খুমজিনগনি। অস্ুম তৌদুনা নিংথিনা শেমদোৱগ', লেংদনা থম্গদবা মফম অদুদা, ঈশিং য়াওরবা কম্বিগী মথক্তা লৈবা মখোং অদুগী মথক্তা থমগনি।

মথংদা উপু মখোং অদু হাংদোক্লুনা থন্নগা, মদুগী মমাংদা উবাক্ মতেক্ অমা ঙাদুনা থমগনি। মরমদি হয়েং খোইশিং অদুনা চুমত্রিং হেক্ পাইথোকখিবদি য়াদননবা, অদুগা ঙাথরিব: উবাক্ অদুগী নাকন নাকল্দা থোক্পদি কোম্বা ফিভমদা থমগনি। মহৌশানা খোইশিংদি, মখোইনা লৈজরম্বা মহুম অদুদগীদি নোং হেক্ ঙানবগা ফং ফং পাইথোক্খিদুনা চিঞ্জাক্ থিজরুবনি। হৌজিক্তি মখোইগী লৈফম হোংলবা অসিনা, হান্নগী মতৌগুম্না পাইথোক্খিব: থোক্লবদি, মখোইগী কাংলুপ্না লৈরিবা কোলোনি অদুদা অমুক্ হঞ্জিনফম থংত্রদুনা কোইপাই পাইদুনা লৈগনি। মদুদা ঐখোইগী এপিয়ারিদা থম্লিবা, অতোপ্পা কোলোনিশিংদা চংলুদুনা চিক্লবনচিংবা শাথিবা থবক অমা ওইরক্কনি। মখোংগী মমাংদা থম্লিবা উবাক অদুনা মরম ওইরদুনা মখোইনা মহৌশাগুম পাইথোক্পা য়াত্রবদি করিগীনো হায়বা য়েংবদা, মখোইগী লৈফম হোংলে থংদুনা —থম্লিবা উপু অদুগী অকোয়বদা কোয়পাই পাইরদুনা "লেণ্ডমার্ক" তৌগনি। হায়বদি লম্বিং তুমিৎ য়েংগনি। মতুংদা মখোইনা থবক শুবা পাইখিগনি। অস্ুম তৌনা মখোই মখোইগী কোলোনিগী লৈফম এপিয়ারি অদুদা নিংথিনা থংগনি।

ফারুবগী মথংগী অয়ুক্তা খোইশিং অদু য়েংবদা মখোইনা উপুগী অকোয়বদা, এলাইটিং বোর্ড অদুদা হাথু হাথুনা তৌরিবা মতৌ অদু

উগনি। খোইনা বেরা তৌত্রবদি, মখোইনা থবক্ তৌবা হৌবা উগনি মতুদি— খোই থরনা খোইরা মচেৎ মচেৎ হোন্দোকখিবা, থরনা অশিবা খোই অমদি মচা হোন্দোক্পা, থর অমনা লৈহি লৈরিক্ থিবা পাইথোক্‌থিবনচিংবা, থরনা এলাইটিং বোর্ডতা, মথোং ময়াদা হুংশিৎ হুম্বনচিংবা, থর অমনা মহুংদা থবক তৌবা অসিনচিংবা উগনি।

মহুংদা খোই ঙংবা তাবা ঃ— খোই পাইথোক পাইশিন তৌবা উরগা, মতুংদা ক্রুড চেম্বরগী খোই য়াওবা নাকল্দা না অসি পক্‌শিন্দুনা, মখোইগী ঙংবা মখোন অতু তাবদগী জ্ঞান থর ফংগনি। মথংদা রাপ অতুদা না থমতুনা তাবা চুমই। মখোইনা সোঁ সোঁ হায়না ঙংবগী অথুবা অমদি অইংবগী মরোং থংবা ঙমগনি। করিগুম্বা মখোইগী মখোন অতুনা মপুক্ তপ্পুবা, অশাওবা অকিবগী খোঙ্গোক্লা লাংবা অয়াকপা ক্রেকিং, কপ্পা, নাকোংদা তারবদি থোইশিং অতু মপুক্ লেপ্পে—থংহৌদনা পাইখিবসু য়ানা লৈরি থংনগনি। অতুগা ক্রুড চেম্বরদা অমদি রাপ্পা না থমতুনা তাবদা তুমিন্না লৈতুনা মখোন তাত্রবদি, শোইত্রে মখোই লৈনিংত্রতুনা মখোইগী লৈফম থিবা স্কাউট বি থাত্রিবনি। মতু ঙাইহনা তুমিন্না লৈবনি। অমুক রাফম অমনা পোৎথাবা লৈতনা ঙংলবা অতুগা পাইথোক্ পাইশিন, মহুংদা অমুক্ চং মপান্দা অমুক্ থোক্, ভেন্টিলেটরদা থর তোং, মতু মপি লৈত্রবনি। মতৌ অসি হুমিং হুম্নি কাওবা তৌবা য়াওই। থরাই লাংতক্লবগী মহুত্তা চিনিগী সিরপ্ পিজরগা, মপি অমা পোক্‌হল্লনবা,

নত্রগা অতোপ্পা মপি অমা ইন্ট্রডিউস্ তৌবা চুমগনি। খোইরা মপুং ফাদবা, ফ্রেম শুদবা ওইরগা ডুমিবোর্ডনা ঙাক্শিন্দুনা থমগনি।

খোইবু পিজো :— চিনি অঙৌবনা সিরপ্ শেল্লগা পিজগনি। সিরপ্ শেম্বগী নিয়মদা য়েংউ। ফিডিং বোতল অদু সিরপ্ হাপ্লগা, ফি- মচেৎ অমনা ঈশিং লুপথোক্লগা, অপাবা ওইরবদি অনিরক অহুমলক্ থ্ুপচিনবা, সিরপ অদু থরদি তাবা য়াম্নদি তাদবা— বোতল মচিন অদুদা পুল্লগা মথক মথা ওন্না, ফ্রেম অদুগী মথক্তা থমদুনা পিজগনি। বোতল অদু হাপ্লমদাইদা ফ্রেমদা তোংলিবা খোই স্বরনা কামথোকনি। সুংদাংরাই পিজরগা অয়ুক লোথোকপা নত্রবদি খোইশিং চিক্লগনি। পিজবনা মপুক্লিং তপই লৈনিংগনি।

উপু মনুংগী থবক :— রার্করশিং মখোং খুদুংদা লৈরিক্ পুরকপা উরবদি, মপুক্ লেপ্লে খংনগনি। মখোইনা য়ানিংলবদি মথংগী হুমিত্তগী লৈরিক পুশিনবা হোই। হুমিৎ হুম্রিরোমদা খোইরাদু ফ্রেমদা শৌজিনগনি। দফু শনাম মচেৎ অদু মরোং য়েংদুনা কাতিনা কক্পা য়ারে।

বাতম বোর্ড শেংদোকপা :— খোইরাগী ফ্রেমগা লোইননা উপু অদু থাংদোক্লগা বাতব বোর্ড অদু শেংদোকনি। অতোপ্পা অমা লৈরবদি অনৌবা শিন্দোকপা ঙম্লবদি উপু অদু শিন্দোকপা কৈ।

খোই মপি :— খোইরাশিং অদু য়েংবদা কুইন বি অদুবুসু থিবা চুমই। উবমক ফংত্রবসু অনৌবা মরুম কোকপা উরবা—

নিয়ম চুম্না অনৌবা মরুম লৈবা উরবদি কুইনবি অতু মচি অমদা মরুম কোক্তুনা শোইদনা লৈরে হায়না থংগনি ।

**খোইবু চয়া হেলহনগনু :—** খোইবু সেবা তৌবদা খোইরাদা খোইহি সেল শিল তৌবা য়াওবা উত্রবা, সেলশিংদস্ু খোইহি লৈবা উত্রবদি, মখোইবু পিজগনি। ঋতু অতুম্না লৈহি, লৈরিক্ ফংবদা রারবা মতম ওইরবদি থা ১/২ ফাওবা মরক মরক্তা পিজগনি মতুদা মখেহৈনা লৈরিক পুশিনবা— মরুম কোকপা হৌরকনি। মতম চানা পিজহৌত্রবদি খোইশিংনা হেন্না ফবা বি কিপর থিব চৎথিগনি ।

**অনৌবা মপি হাপ্পা :—** মপুং ফাদ্রিবা খোই উপু অমা মতিক চানা য়ামখৎহল্লগে, হায়রবদি অনৌবা ফ্রেমদা খোইরা মচেৎ অমা "কোম্ব গাইড" হাপ্লগা খোই তোংলিবা ফ্রেমশিং অতুগী মরক্তা হাপ্পিগনি। মতু অমুক্ মপুং ফারগা, অতোপ্পা ফ্রেম অমা হাপ্‌কনি। মরূ ওইবা রা—ফ্রেম হাপ্লগা নিপাম্নিদা অমুক্ য়েংগনি, করিগুম্বদা মরক্তা ফ্রেম হাপ্পা অতুনা কুইন বিবু নাকন অমদা চংহন্দবগুম ওইরবদি, কুইনশেল শারকপা য়াই ।

**অনৌবা ফ্রেম হাপ্পা :—**করিগুম্বা অহানবা চয়োলদা কুইন বি লৈতবগী মরোং থংলবদি, খোইরা অতু মথাথংবা শরুক্তা, নাকন্দা কুইন সেল লৈত্রা য়েংগনি। লৈরম্বা থোক্লবদি, সেল অতুদা মচা য়াওব্রা হায়বস্ু য়েংগনি। অচৌবা অকবা সেল অনিদং থাক্লগা অতৈ লৌথোকনি । কুইন সেল অনি থম্বগী মরমদি করিগুম্বা সেল অতুগী মতুংদা অসিবা মচা য়াওরম্বস্ু য়াই ।

করিগুম্বা খুইনসেল লৈত্রবা, অদুগা কুইন বিস্মু লৈত্রে থংলবা, অদুদি অনৌবা মপি অমা হাপ্পনবা— এপিয়ারি অদুদা অতোপ্পা খোইগী কোলোনি লৈরবদি, অনৌবা মরুম. মচা য়াওবা খোইরা ক্রেম অমা, মপি লৈত্রবা উপুদা হাপ্পিবা— খোইশিংনা কূইনসেল শাজগনি।

খোইশিংদা কূইনসেল শাগৎহনগে হায়রবদি, খোইরাগী মখা থংবা শরুক্তা অনৌ অনৌবা মরুম য়াওবা রার্কর সেল অদু অনি অনিনা পুম্না লাওথোক্হনগনি। সেল অনিগী মরক্তা লৈবা রাল অদু থুগাইরগা, অমত্তা ওইনা লাওথোক্হনগনি। অদুগা সেলশিং অদুদা য়াওরিবা মরুম অদু অমদি শোক্নুবা তোদনা অতোপ্পা অমদি লৌথোক্কনি। অসিগুম্বা লাওথোকহনবা অসি মকম অনি অহুমদং শেম্লগা খোইরা অদু খোইশিংদা পিরবদি মখোইনা থুনমক কুইনশেল শাগৎলক্কনি।

খোইরা অমা পুম্লপ্পা হাপ্লুব্রবস্তু, অনৌবা মরুম য়াওবা খোইরা মচেৎ অমা অতোপ্পা খোই উপু অমদগী কক্তুনা লৌরগা মথক্তা হায়রিবা মরোং অস্মুম্না, রার্করসেল অনি অনিনা লাওথোক্- হন্দুনা মকম অহুম মরিদং শেম্লগা খোইরা মচেৎ অদুগী মরোং উচন্ চাগদবা রেংতুনা মপি লৈত্রিবা খোইগী খোইরাদা চপ্চানা পিম্না নত্রগা চৈ পক্তেংনা লেংশিন্দুনা হাপ্লবদি খোইশিংনা কুইনশেল্ শাজাগনি!

**কুইনসেল গ্রাপ্ত তোবা :—** খোই উপু অমা মপি অমুক্ হাপ্পা তারবদি কুইনসেল গ্রাপ্ত তোবা কৈ। কূইনসেলদি খোই

উপু অমদগী হেক্তা লোৌবা য়াই। গ্রাপ্ত তৌবদি কুইনসেল অমু ইঞ্চি ৪″ ( সেঃ মিঃ ১০.১৬ ) রোম পাক্‌পা চাওবা খোইরা মচেৎ অমু চেক্‌শিন্না কক্লগা মপী লৈত্রবা খোইরা অমুদগী মরোং য়েংহনা কক্‌খোক্লগা চৈ পজেং ইঞ্চি ২″ ( সেঃ মিঃ ৫.০৮ ) রোম শাংবা অমুনা লেংশিন্দুনা থমগনি। কুইনশেল অনিদগী হেনবা ফত্তে, লিবস্থ মান্নদবা ষৈ ? নত্রবদি মতম অমত্তদা মপী অনিথক্ খোরকনি। গ্রাপ্ত তৌবগা খোইশিং অমুনা, খুদক্ অমুদা কুইন-সেল অমুগী অকোয়বদা ডোংহনা থবক তৌবা হৌগনি। গ্রাপ্ত তৌবা অসিনা, থরদংগী মতুংদা কোলোনি অমুগী ফিবম ফগৎ-হনবা ঙমই।

কোলোনি মাংবা :— কোলোনি অমা মপি য়াঙত্রবদা, অনৌবা মরুম মচা লৌনিংঙাই অতোপ্পা কোলোনি অমা লৈত্রবদা— অমুগা অনক্‌পদা এপিয়ারি লৈত্রহনা মরুমচিংবা ফংত্রবা অমু ওইরবদি, মপী লৈত্রবা কোলোনি অমু শোইদনা মাংবা তারবনি। মমু কম্নবগী উপায় অমত্তা লৈত্রে। কোলোনি অমু মাংবা তারে। অমুনা হান্না রাখল ডৌহৌবা, খোইগী মচৎ মত্তৌ থংনবা হোৎনগনি। এপিয়ারি অমা শেমগৎপদা খোই উপু অনি অমুম্না হৌগৎপা চুমই। হৌবা তারবস্থ মতম চানা জানুয়ারি থাদগী এপ্রিল মে থাওবগী মমুংদা পাংখোক্-হৌবা চুমই। অনৌবা মপী অমা ওস্নক্রবস্থ মতম অমুনা ড্রোন অমত্তা লৈত্রবা অমু ওইরবদি, ভার্জিন্ কুইন অমুনা মরুম মচা কোক্‌পা ঙমদে।

## ১২ শুবা পজুপ

পিজরমা কান্নবা :— নৌমা ফাক্লবা খোইবু পিজবা, মপুক্ ইংখননবগীদমক্নি। চানিংঙাই লৈত্রগুনা পাইখোক্লবা খোইবু পিজবা অসিদগী নত্তনা খোইবু লোইরবদি পিজবা তাই। হয়িংখোইদি তৌবিমল য়ান্না থংবা জীবনি। "ইথুং লাম্বোক্লগা মীথুং লাম্বোকই" শোইত্রবা রাকল্লি। পিজবনা কান্নবসি (১) মরুম কোক্লিগী কুইন বি অত্তুনা মরুম হেন্না কোকই। (২) মচা কোক্‌ফমগী খোইরা হেন্না শাগৎলি। (৩) লৈহি লৈরিক চিন্নবা মত্তমদগী মখোইগী য়ুম্বান মরা ভগ্না লৈহনবা ঙমই।

(১) কুইন বি থোগৎপা :— হয়িংখোইগী য়ুম্বানগী য়াইফ থৌরাংবু খোইদানা য়েংলগা ভারত সরকারগী য়াইফ থৌরাংগী য়ুম্বানগী ,থৌশিল মশক নিংথিনা থংবা ঙমগনি। কুইন বি অমনা "বার্থ কণ্ট্রোল" তৌবা ঙম্বগী শক্তি অহক্পা মগুণ ওই। মরুম কোকপা— মানা নিংবা মতুং ইন্না পাংথোকই, কোক্লিংলগা কোক্‌ই কোকনিংত্রগা ভোক্‌থোকই। মরুম অমোম কোকে, লাবা কোকে মাগী রাখনগী মথা পোল্লি।

মখোইগী মহুমদা চানিংঙাইত্তু মতিক চানা লৈত্রবা অমদি মানা কোক্লুরিবা মচাশিং অত্তুবু মতিক্ চানা কোন্‌বিননবা মখোইগী থৌবু মশিং রাংলবা অত্তু ওইরবদি মরুম কোক্কে। মপুক্ লাম্বনা ময়া কাহুনা ঙাইরগদৌরিবা মচা ময়াম অত্তুবু পিজবা ঙম্মনবগী মতিক্ চাবা চিঞাক্ লৈরগনি হায়রবা থংত্রিক্ত্তেগী মমাংদা মচা কোক্‌শিনবা অত্তু কুইন বি অসিনা য়াম্না পামহে।

চাননবা চিঙ্গাক্ লৈরবা ফাওবদসু মগনা পোক্লিবা মচাশিং অহুবু মতিক্ চানা য়োক্পি থাক্পিহুনা অরা অনা করাদগী কনবিননবা— লেবা তৌবিননবা মখোইগী থৌবু রাংলবদি মানা মচা পোক্পা পামদে। মাগী মচাশিংনা মপুম্বিগী মহুং মতম চাদনা মাংথিগদবা কুইন বি অহুনা পামদে। লৈহি লৈরিক্ মতিক চানা মরাং কায়না ফংলক্লদোবা হুমিৎ অহুবু ঙাইবদা— মখোইগী রার্করগী মশিংদি হেন্না হুম্থিবা; খোক্তুননবগীদমক মহুগী চাংচৎ য়েংনা— লৈরিবা খোইশিং অহুগী মতিক্ চাবা চাংদা মরোং ফংনা মরুম থর থরদি কোকই।

রার্করশিং অহুনসু, মখোইনা ফংবা ঙগ্বা লৈহি লৈরিক্ অহুনা য়োক্থৎপা ঙমগদবা চাংদগী হেন্না মরুম মচাশিংবু কোনবা পামদে। করিগুম্বদা কুইন মাদর অমনা, নৌরিবা ওইবনা, মখোইনা ঙমগদবা চাং অহুদগী হেন্না মরুম কোক্পা খোক্লবসু রার্করশিং অহুনা মরুমশিং, অহুবু লৌথোক্লুনা হুন্দোকই। সেল অহু অহাংবা সেল ওইনা থমই। থৌদোক্ অসিনা মংরম ওইহুনা, ঐখোইনা মচিঙ্গাক্ পিজহুনা মরুম মচা কোক্হনবা ঙানবগী থৌরোংদা নিংথিনা পিজবা চুমই। চয়োল অমদা অমুক্ অনিরক্ পিজহুনা কোলোনি অহু মতম চানা শেমগৎপা য়াম্না চুমই। মুমু ওইত্রিভৈ মহৈ মশিন লন তাম্জিনবা চুমই। মচা পোক্পা মরনাই—লৌ উবা মচিঙ্গাক্—অহলগী রানি।

(২) খোইরা শাগৎপা:— কোলোনি অহু মতিক্ চানা লিংখৎহল্লগে নিংলবদি— কোম্ব গাইড হাম্রবা ক্রুড ফ্রেম

খোইশিংদা পিশিনবা তাবনি। খোইশিংনা খোইরা শাগৎপদা খোইহি চংই। খোইহি পাউণ্ড তারা চারগা, মথবাক্তা খোইরু পাউণ্ড অমা শৌদোকই। মরুম মচা কোক্‌কম চাওখোক্‌হনবদা মচিঞ্জাক হেন্না পিবা তাবনি। খোইহি মতিক্ চানা ফংননবগী দমক খোইহিগী মতম য়োৗগদবা হুমিৎ ৪২ নিগী মমাংদা খোইবু নিংথিনা পিজহোগনি। হুমিৎ ২১ নি মরুম মচাহু মপুং ফাহোনবা অহুগা হুমিৎ ২১ অমনা নর্শ বিশিং অহুনা চাকথিবা অম ওইরকপা ওমনবগী মতম্নি। অসুম্না বসন্তগী মমাংদগী পিজরবদি, মহোশা স্বামিং চৎপা মতমগী, থা অনা নথায়রোমগী মমাংদা স্বামিং খোক্‌ই। খোইহি মতিক চানা ফংননবগীদমক্ স্বামিং চৎপা অসি কণ্ট্রোল তৌগদবনি।

(৩) খোইবু চিঞ্জাক রাৎহনগনু :— খোইহিগী শিজন্দা— খোইহি লৈরিবমথৈ লোইনা লৌথোক্‌পিবা চুমদে। মহুনা খোই-শিংনা নোংজু, নিংথম চুপ্পা মতম লেনবা ঙমদে। নোংজু নিংথমদি হৈলৈ মপাল য়ামদে, থর শাৎপা অহুসু নোংগী ঈশিংনা চামথোক্‌ই। চাননবা লৈত্রবদি মরুমসু রাৎনা কোকই, মহুনা মখোইগী মশিংসু অসুম্মক্ হন্থরকই। অহুনা খোইনা পাইথিহুনা মফম অকবা থিবা নত্রগা য়োবিং অমসুং ফাইটিং, খোই কোলোনি অমগা অমগা খোইহি মুন্নহুনা চিক্লবা হৌরকই। থোক্লিবা থৌদোক অহু বি-ফিপর অহুগী মরান্দগী লাক্‌পনি। নোংজু হৌরক্‌পদ্রা খোইহি লোইনা লৌথোকপা লাপ্লি। নোংজুগী মসুং নিংথমগী মমাং খোইবু পিজহৌব্রা অশিংবা অমদি অতোংবা ওইগনি।

কাওরোইদোবা, খোইশিংদা চিনিনা খোইহিগুম্না কান্নবা য়াদে। ঐখোইনা খোইহি পাম্মুই, মখোইদা খোইহিগা ঈশিংগা পিজবা ঙম্নবদি কৈ।

করিগুম্বদা ক্রুড ফ্রেমগী খোইরাগী মথক্ থংবা শরুক্তা খোইহি মতিক্ চানা লৈরবদি—খোইহিগী ফ্রেমশিংদস্থু শিল তৌরবা খোইহি অতু, খোইনা চাখোক্পা পাম্মুবদগী থক্ শোক্লুদে; মরোং অসি ওইরবদি, শিল তৌরিবা খোইহি অতু আলপিন্ গুম্বা অমনা থিন্-গাইতুনা খোইদা পিজগনি নত্রবদি খোইহি অতু পুম্নতুনা অরেম্বদা চেস্বতুনা মাংখিগনি। অরিকপগী মরন গুম্না চায়—হয়িংখোইদি লিক্পদা মালেমদা অখোইবনি।

তম্পাক্কী লমদমদা, অফবা খোইহি বসন্তদা, থুংশেমগী খোই উপুদা, নিংথিনা মথুম থুম্নবা অতুনি। নোংজু থাদা, মমাই নিংথিনা শিল তৌরবা খোইহিসু —থুম্লিবা মথুম মমাই অতু পোংথংলক্তুনা চেস্বরকপা য়াওই, মতুদি পুম্নবনি।

পিজবদা চেক্শিনবা:— খোইবু পিজবদা, হুংদাংরাইদগী অয়ুক্ ফাওবা কৈ। অশোনবা, খোই য়ামদবা খোই উপুদি, মখোইগী মথোং অতু খোই অমা অনিদং চংবা য়াননবা থাক্লগা থুনা থমগনি। মরমদি অতোপ্পা উপুগী খোইশিংনা চিঙাক্ মুনবা লাক্কনি।

চিনিগী সিরপ্ শেম্বা:— খোইদা পিজননবগী সিরপ শেম্বা (১) কালেন্ বসন্তদা চিনি কিলো ৪ দা ঈশিং কিলো ২॥০ অমম্লুং থাইমোল Thymol গ্রেন অনি। (২) নোংজুদা চিনি কিলো ৪ দা

ঈশিং কিলো ৩ অমস্থুং থাইমোল গ্রেন অনি। (৩) নিংথমথাদা চিনি কিলো ৪ দা ঈশিং কিলো ৩॥০ অমস্থুং থাইমোল গ্রেন অনি।

সিরপ শেম্বা চিনি অঙোবনা শেমগনি। ঈশিং অহৃ লুম্বু শারগা চিনি থর থর ওইনা হাপ্‌কনি। চিনি পুম্না হেক্‌ হাপ্লবস্থু মনিংদা কমজিনগল্লি। য়াম্না হেন্না লোল্লবস্থু কমজিল্লি অহৃনা চিনি হাপ্লবা মতুং মিনিট মঙারোমগী মতুংদা থাংথহৃনা ইংহনগনি। থাইমোল কোম্না হাপকনি। থাইমোল হাপ্লবগী মরমদি সিরপ্‌ অহৃ পুমথহৃনা মাংখিবদগী কন্নবনি।

লৈরিক অমস্থুং মহুগী মহুৎ:— লৈরিক হায়বা অসি ওন্দ্রিবা অমদি ওনবদা হাইরিবা খোইগী অথোইবা চিঙাক্লি, মসিস্থু রাৎপা য়াদে। তৌবদি খোইহিগী মতমদা খোইশিংনা পৈশিজবা অহৃনস্থু অয়াম্বা মতমদা কোন্নজৈ। অতোপ্পা মতমদস্থু থর থরদি মকংই। ইলৈ লৈত্রবদি লৈরিক মতিক চানা য়াওবা খোই উপু অমদগী খোইরা অমা পিবিবা কৈ। কনাগুম্বনদি মোইদাগী য়াম অকুপ্পা অহৃ খোইহিগা তোৎলগা হাপ্লে হায়বগী রাম্থ তাই। গেহুগী মহুত্তা মঙ্গলগী বেশন, লশিং মরুগী মকুপ্‌ অমস্থুং ভুং হরাইগী বেশনস্থু শিজিন্নৈ হায়রি অহৃবু অরোইবদা মণিপুরগীদমক্তি—ঐখোইগী পোক্লকম লমদম অসিনা, মতম পুম্বদা, অশংবা কিজোম্না লৈতেংবী ওইবনা খোইনা থম্নরুদবা য়াই।

---

১৩ শুবা পন্দুপ

# খোই পায়বা

খোইনা থন্না তোংলিবা ফ্রেম অমা থুং মোজ্জা, মাইথুম্নচিংবা অমত্তা য়াওদনা থাঙ্গত্তুনা য়েংবা ঙম্বা অসি নিংথিনা হৈশিংলবা খোই য়োকপা অমগী মগুন্নি। খোইগা তত্তনা লোইনরকপদগী অসুম হৈনরকপা অমনি। খোইবু নুংশিনা পায়বা ঙম্বা অসি নোংমদা ওইবদি য়াদে। লোয়নরকপগী মতুং ইনবনি।

**করম্বা মতমদা পাম্লগদগে ঃ—** কান্নবগী মতুং ইন্না নোংমগী মনুংদসু মতম খুদিং পায়বা তারকই। দরকারগী মতুং ইন্না নিয়ম চংদে। তৌবদি য়ারিবমথৈ মখোইবু য়েংবিদবনা কৈ। অয়ুক্ অমসুং নুংদাংরাই মখোই থবক কন্না শুই, মতম অসিদা মখোইবু য়েৎপিরুদবা কৈ। কালেন্দা নুমিৎ য়ুংবা মতমদা নুংঙাগী মৈশা কনবনা মখোয়না মৈশা খাংহনা লৈ। অহনা মতম অসিদা উপু হাংদোক্পিবা চুমদে। নোংথি নোংমংবা অমদি নুংশিৎ শিৎপদা উপু হাংদোকপা ফত্তে। ফিগৈ শেংবা নুমিৎ অয়ুক পুং ৯ দগী পায়বা য়াই।

অরিবা রার্করশিংদি য়াম্না শাওগল্লি, খোই য়েঙ্গে হায়দুনা উপু মনাক্ চংবদা রার্কর অমনা করিগুম্বা শাওহনা ঙংহনা কোইপাই পাইরবা, মাইদা মিত্তা শাথিনা ঙংলবদি মা শাওরে খুংগনি। মাগী অশাওবা মখোন অহুদা অতৈসু শাওগনি মহুদা পায়রুদবা কৈ। পাইরুরবদি শোইদনা চিরুগনি।

**করম্বা পায়বা :—** থুত্তা পায়রিবা থবক অহুদা পুক্লিং

চংগনি। উরিবত্ত রাখন তৌগনি। মাইখুম, মোজা শিজিন্নগনি। মতুংনা খোইনা মাই মিত্তঃ চিক্তুনা ইকাইবা ফংবদা নত্তনা খোই কয়াম্ম শিহল্লোই। ফ্রেম পায়বা তপ্পা য়াংনা পাইগনি। য়েংলিবা খোই অতুগী মনাক্তা থূংনা হাথু হাথুনা লেংবা তৌরোই। খোইগী মথক্তা স্বোর হোঙ্জিনবা ফত্তে। নোকপা, রা কন্না ঙাংবা চুমদে, থুংনা মাংদা খোই পায়রবদি মাই লৈথোক্লগা রা ঙাংগনি।

**খোই কিহনবা :—** ইউরোপিয়ান খোইদি ইণ্ডিয়াগী খোইদগী হেন্না মপুক তপই, চিকলে, অতুবু ইউরোপিয়ান বি·কিপরশিংনা খোই উপু অনা হাংদোক্তিত্রবৈগী মমাংদা. উপু মথোং অতুদা অমদি ল্লাপ্‌কী ভেন্টিলেটরদ: মৈথু অনিরক অহুনলক পিরবগী মতুংদা খোইবু য়েংবা হৌই। অতুবু ইণ্ডিয়াগী হয়িংখোই অসিদি খোইল্লানচিংবা য়েংবদা মৈথুগী দরকার তৌদে।

বেরা তৌরবা খোইবুদি মৈথু অনিরক অহুমলক্‌ পিরবদি ইংথগনি। অতুগা মিনিট ২/৩ লৈরগা, মখোইনা ঙংবা মখোন লেপ্পগা পায়বা য়াগনি।

**কাম্নদনা খোই পায়বা :—** কাম্নদবা মতমদা মল্লাপ্‌ মপাংদা উৎননবগীদমক্‌ খোই পায়বা ফত্তে। উৎপা হৌরুরবদি, মথং মথং রারিগা লোইননা চৎথবা রাকম লাক্‌পনা খোইশিংগী মশাগী পাংথোক্‌চগদবা খোরম য়াম্না কায়খিগনি। অতুনা মল্লাপ্‌শিংদা হায়জহুনা তোকপা চুমই। উপু হাংহুনা খোইরা থাংদোকপা অতুদা মচাশিংগী মৈশা রাৎপনা ত্মকায়বা ওইগনি।

**চাং লাইনা খোই ল্লেংবা :—** এপিয়ারি অতু অয়ুক্তা,

হুংথিলদা হুমিৎ খুদিংগী য়েংগনি। অহুগা কোলোনিশিং অহুগী লিংথৎপা, শোম্বগী মরোং অমদি বাতম বোর্ড শেংদোকপা য়াবগী মতৌ থংগনি। খোইরা মচেৎ মরাং তাবা অমদি ড্রোন সেলগী মমাই হাংবগী মচেৎ তাবা উরগা শ্বার্মিং লাকপগী মতম্নচিংবা থংবা ওমই।

চয়োল অহুম খুদিংগী খোইগী মরোং য়েংগনি। চয়োল খুদিংগী বাতম বোর্ড ওনবিবা, ঈশিং হোংবিবা চুমই। থা অমা খুদিংগী খোই উপু হোংবিবা নিয়মনি।

কুইন বি থিবা :— খোই রেংবা মতমদা খোইরাদা অনৌবা মরুম মচানচিংবা লৈবা উরবদি কুইন বি শোইদনা লৈ হায়বা থংনগনি। অহুম ওইনমক্ থাঙ্গে শেংনা কুইন বিহু মশক্ উহুনা মরোং মতৌ য়েংবনা চুমই। খোইহিগী মতম লোইরবদি কুইন অহু ময়াং কংনা অমসুং পিরা উগনি। সেল অমদা মরুম অহুম মরি পুন্না লৈবা উরবদি মপি লৈত্রে থংগনি।

ফ্রেম পাম্নবা :— খোই পায়হুনা য়েংত্রিঙৈগী মমাংদা— খোইরা করম্না পায়বা অমসুং খুৎ শিন্নদনা, করম্না অতোপ্পা নাকন অহু ইমাংদা ওন্সিন্দুনা য়েংবা য়াবা অসিনচিংবা অচম্বা মরোং নিংথিনা থংগদবনি। মসি খোইরা য়াওত্রিবা অচম্বা ফ্রেম অমা পায়হুনা হান্না ভম্বা চুমই। তারা য়াওদবা ফ্রেমদা য়েংবা হৈহৌত্রবদি খোইরা শোয়দনা কেনথিগনি।

(১) অহানবা—ফ্রেমগী ফিবম।



(২) অনিশুবা অসিদগী ওইরোমদা লৈগনি।

(৩) অহুমশুবা ফিবম।

(৪) মরিশুবদা অতোপ্পা নাকন মাংদা লাক্লে।

খোইরা অতুগী অতোপ্পা নাকন অতু মা'দা লৈ-শিনবা মতমদা— বার অতুদা থুংনা পায়রগা য়েংকী থুংনা চুম্না থাক্সং-কনি (ফ্রেম পায়বগী মরোংদা য়েংউ) অতুদগী ভথায় অমত্তুং লৈগনি। অতুগী মতুংদা থুং য়েং অতুনা নেমথগনি, অতু ওইরবদি মথক্ থংবা বার অতুনা মথা থংলগনি। অথাইগী নাকন অমরোমদা লৈরম্বা খোইরা মমাই অতুনা মাংদা লাক্কনি। হৌজিক অমুক্ হাম্নগী ফিবমদা থক্লগে হায়রগা, য়েংকী থুং অতু অমুক থাক্সংকনি, অতুগা ভথায় অমা লৈরগা অমুক য়েংকী থুং নেমথগনি, অসুম্না খোইরাহু হাম্নগী ফিবমদা লাককনি।

খোই উপ্ অমা য়েংবা ভাররদি অহান্‌বদা ক্লপ্ অত

য়াম্না তপ্না হাংদোকনি। মরমদি শংহৌদনা মঙান লাক্পা, মঙাম্না যৈবা খোইনা পামজদে— চিকনি। স্বালো ক্রেম য়াওবা খোক্লবদি ক্রেম খুদিংমক্ লেংহুনা, মখাগী ক্রড ক্রেমগা শৌজিন্নরা য়েংগনি। অহুগী তুংদা রূপ অমুক্ খুমজিল্লগা, স্বালো চেম্বরগা লোইননা অমুক্ তপ্না হাংদোকনি। ক্রেম অমা থাঙৎত্রিভৈগী মমাংদা— মাংলোমদা খজিক্ খজিক্ চিংশিনগনি, অহুগী মতুংদা থাঙৎকনি। অহানবা ক্রেম অমা য়েংবা লোইরগা, ক্রেম ষ্টেগুদা নত্রগা ক্রড চেম্বর অহাংবা অমদা থমগনি। অহু ওইরবদি অতৈ ক্রেমশিং অহু মথং মথং য়েংবগী থাঙৎপদা কোম্না খোক্নি।

খোইরাহু য়েংবগী ফম্বদা, হুমিৎ খোকপা মাইকৈদা তুং ওম্মোকনি, অহু ওইরবদি খোইরাদা মঙাল নিংথিনা ফংগনি। পাইরিবা ক্রেম অহুনা উপু অহুগী মথক্তা পায়গনি, মহুনা কান্নবদি কুইন বি অহু তাথিবা খোক্লবস্থ উপুগী মতুংদা তাগনি। খুত্তা ক্রেম পায়হুনা য়েংলিভৈদা— কুইন বি অহুনা খোইরাদগী ক্রেমগী বারদা লাক্লবদি খুত্তগী ক্রেম অহু খুনমক্ উপুদা থন্নগনি। হায়বদি কুইন বি অহু পাইগদৌরি। করিগুম্বা কুইন বি অহুনা পাইখোক্‌খিবা খোক্লবদি খুনমক তপ্না উপুদগী খুহুপ ৪/৫ হন্দোক্লুনা— অহুগা উপু অহুনা হাংদোক্লুনা থমগনি। কুইন বি অহুনা হঙ্গিনবা ঙাইগনি। ভাজিন্ কুইন রাণী লৈশাবী অমদি কোইপাই পাইবনা— অতোপ্পা উপুদা য়াম্না পাইশিন্‌গনি, মহু উহৌরবদি ফারগা মশাগী উপুদা হাপচন্‌গনি।

খোই ভাম্মোকপা :— খোই থন্না তোংলিবা ক্রেম অমা

খোইশিং অহু তাম্বোক্কে হায়রবদি ক্রেম অহুগী নাকন অনিগী বার অহু থুবাক্ ময়াইদা থম্লগা, মথক্কী বার অহুদা থুবি অনিনা থম্লগা চেৎনা পায়গনি। মহুগী তুংদা খোই উপুগী মমাংদা —করিগুম্বা ফি, বোরাগুম্বা অমগী মথক্তা নিক্‌থগনি। অহু ওইরবদি খোইশিং অহুনা উপুদা হজনগনি। মরম ওইনা খোইশিং অহু নিক্‌থড্রিঙৈগী মমাংদা কুইন থি অহু য়াওরবদি হায়না উপুদা লৌশিনবিহোগনি। থর তোংলিবা অদুদি উচেক্ মতুনা তাম্বোক্পা য়াই।

পাইবা গুমদবা খোই থর লৈবাক্তা তাদুনা লৈবদু উচেক্ মতুনা এলাইটিং বোর্ডকী মথক্তা থাঙৎপিগনি। খোইবু লৈবাক্তা নিক্‌থবগী মহুত্তা "হাইডিং বোর্ড" অহু খোই উপুদা গুাহুনা থম্লগা মহুগী মথক্তা নিক্‌থবা থৈ।

মথক্তা হায়রিবা মরোং অসি নত্রবস্তু খোই অম্বনা তমগী খোই জাৎ নত্তবা— "হিল টাইপ" হায়বা অদু ওইরবদি— খোইরা অহুগী ক্রেমগী মথক্ থংবা বার অদুনা, এলাইটিং বোর্ড অদুদা য়াম্বদুনা পায়রগা, খোর থজিক্তুং কাম্বদা নত্রগা উচেক মতুনা তাম্বোকপদা মথস্তা ওইনা লোয়নমক্ ক্রেম অদু থাদোক্তুনা চৎথোক্‌খিগনি।

---

## ১৪ শুবা পন্দুপ

# খোইহিগী মতম

বসন্তদা খোইহিগী অখোইবা মতম্নি। মতম অসিদা খোই মতিক্ চানা লৈবা কোলোনি অমা চাকতাফমস্থু খুদোং চারবদি, খোইহি অমস্থুং লৈরিক্ নিংথিনা পৈশিনহৌদবা লৈতে, শোইদনা খোইহি লোক্লগনি। বসন্ত চংলক্লবদি খোইবু কুপ্পা লোয়নরগদবনি। মতম চানা চিনি পিজহুনা কুইন বিবু মরুম কোক্পা হেনগৎহনবা, খোইরা হেন্না শাননবা কোম্ব গাইড হাপ্তুনা অনৌবা ফ্রেম তোয়না পিশিনগনি অমস্থুং স্বোলো ফ্রেমদা খোইরা শাহনগনি।

খোইহিগী মতম অমস্থুং স্বার্মিং ঃ— কাওরোইদৌবদি খোইহিগী মতম অসি স্বার্মিংগীস্থু মতম্নি। স্বার্মিং চৎপা হায়বা অসি খোইশিংনা— মখোইগী ঘুম্বান মশিং য়ামথোক্হন্নবগীদমক্ থাইদোকপা, কাংলুপ-কাংলুপ্ চৎননবা — ঈশ্বরনা মখোইগী নিয়ম পিরিবা অমনি। মসিগী মরোংদি, ৱার্কর বি কয়ামুক্লা মখোইগী মহারাণী, মপি অহুগা নত্রগা অনৌবা পোকপা কুইন বি অমগা, ড্রোন থরগা লোয়ননা মখোইগী হান্নগী মহুম অহুদগী পাইখিহুনা অনৌবা খুদোং চাবা মফম য়েংহুনা মহুম শারুবা অসিনি। মসিদা হান্নগী মহুম অহুদা লৈহৌরিবা ভার্জিন্ কুইন, লৈশাবী ৱাণী নত্রগা মুম্লক্লবা কুইনসেল থরগা অয়াম্বা ৱার্কর, ড্রোন থর অসিনি। অসিগুম্বা স্বার্মিং চৎপা কোলোনি অমবু য়েংবিদনা অস্থুম থম্লবদি স্বার্মিং মথং মথং চৎখিবনা হান্নগী মহুম অহুদা কোলোনি অমা ওইবা য়াদবা ওইনা লৈহৌই।

স্বার্মিং চৎখিহ্না কোলোনি অমা ফেল ওইরকপা অসি মখোইগী হৌনবা ওইরবস্থু ঐখোইনা খোইহি ফংগে হায়রবদি স্বার্মিং চৎহল্লোইদৌবনি। মতিক চানা চেক্ তৌবা ঙম্মনবা হোৎনগদবনি।— মতম অসিদা "মাইকৈ অহুমগী লমজেন" হায়বা অমা লৈ। মহুদি ঃ কুইন বি— রার্করস্ অমস্থুং বি-কিপর। মতম্না ফগৎলক্পগা ইরোইননা কুইন বিগী মথৌদি— অহাংবা সেল লৈতননবা ঙম্লিবা মখৈ মরুম কোক্শিনবা অসিনি। অহুগা রার্করশিংনস্থু ঙম্লিবা মথৈ অহাংবা সেল লৈতনবা লৈহি লৈরিক পুশিনবা অসিনি— খোইহি লৈরিক অহু থম্ফম লৈরক্ত্রবদি থুনমক্ ড্রোনসেল অমস্থুং কুইনসেল শাগৎলি। অস্লম তৌহ্না খোইগী কোলোনি অহু মপুং ফাবা ওইরকই। — মসিদা বি-কিপর অহুনা হায়া চেক্শিন্না হোৎনগদবনা— কোলোনি অহু মপুং ফাবা ওইদনবা —ড্রোন সেল অমস্থুং কুইনসেল লোথোক্পগা লোয়ননা রার্কর শিংগীদমক— খোইরা ফ্রেম্ হেন্না পিশিনবা— শিল তৌরবা, মথুম থুম্লবা খোইহি মথৈনা থুনমক্ এক্সট্রেক্টরদা খোইহি হাই-দোক্ত্রনা লোথোক্পা অসিনচিংবা কন্না তান্নগদবনি।

স্বার্মিং ঃ— হয়িংখোইনা কাংলুপ্ থাইবা অসি, কোলোনি অহু নোংমা নোংমগী লিংবা হেনগৎলক্লি— খোইরা অহুনা খোইহি হেন্না পৈশিল্লক্লি— লৈরিক অমস্থুং মরুম মচানা অস্লুম হেনগৎ-লক্লি। ফোরেজর বিশিং অহুনা ফিল্ডদা পাইখিবা অমস্থুং হন্নকপা মশিং হেনগৎলক্লি, য়ুমশাবীশিংনা খোইরা হেন্না হেন্না শাগৎলক্লি— নর্শ বিশিংনা তিঙ্গোংশিংবু মিনিট থুদিংগী পিজরি ঃ

মিতম্বশিংনা সেলদা মপুং ফাগৎলক্লি— অনৌবা খোইশিংনা সেল কয়াদগী থোরক্লি অমসুং সেলশিং অহু শেংদোক্লি। কুইন বি অহুনা মাগী লোয়নবী কয়ানা ইকোই কোই, মরৈনদি মাবু থর থর লেক্— সেল অমদগী সেল অমদা চৎ মফম চানা মরুম কোক্লি। স্কেভেঞ্জর বিনা পোৎথাবা লৈতনা খোইরাবু শেংদোক্লি অমসুং বাতম বোর্ডপু লুনা নাম্না থম্লি। সুংশিৎ হুম্বিশিংনা, মখোইগী মহুনগী হেন্না শামনবা মনিনবু তাম্হোকপদা, পিক্লবা মশানা থপ্লি, গার্ড বি-শিংনা, শোইখিবা থোক্তুননবগীদমক মথোংদা মমিৎ মনা শিংলি, তাল্লক অসিদা— কোক্চাওবা ড্রোনশিংনা— ঐথোইগী "ককৃঙাওন থোক্থ্রবা মীতা" কয়াগুম্না চয়েৎ খোইয়েৎ-ননা চংথোক্ চংশিন তৌবদা পাইরি।

ড্রোন হম্রিংখোইগী লাবা মখোই অসি কদাইদগী লাকপা— ? বসন্তগী হৌরক্লবা মতম ফাওবা বি- কোলোনি অমদা অমত্তা ফাওবা মখোইগী কোলোনি অহুদা লৈরমদবনি।

স্বার্মিং পাইথোকপা খোইশিংদি মপুক্ য়াম্না তপ্ই, চিকল্দে। মখোইগী "হনিসেক্ অহু চেংজেন্ খোইহিনা থন্মন্বা অহুনা চিকপা ঙমদবরা নত্রগা মখোইগী সুংশিজরবা মহুম থাদোক্লম্রগা লাক্পা অহুদা মপুক্লিং তয়াং তশোই তৌবরা লোইননা অনৌবা লৈফম লৈত্রিবা অহুনা শাওনবা চুমদে থনবরা?

স্বার্মিং চৎলমদাইগী হুমিৎ থরনিগী মমাংদগী নর্শ বিশিংনা মপি অসিবু পিজরক্তবনি। মাগী মশা অহু লুম্নবা শরুক কয়া-মুক হম্বহম্নুনা, পাইবা ঙম্নবগী কিবমদা মশা তয়াং তয়াং

হল্লবনি।— থবক তৌবা মীনা থবক্কী মগুণ খংই, মপুন্সিদা অমুক অনিরক্তমক পাইবা হায়বহু তৌবা কুইন বি অমা লিশাং শিংনা পাইথোক পাইশিনগী অৱা সুংঙাই থংদে অহুনা নোয়বনা মপুক চাওরবী কুইন বি অদো, মপুক থন্না থন্না চারবদি লমশাং খোংচত্তা—পুক্‌চেং নাহুনা লমথাংদা অপন্‌বা লাক্‌পা য়াই— চেক্‌শিল্লি।

কাংলুপ থাইহুনা পাইথোক্লবা খোইশিংনা লমদন্দুনা মফম অমদা তোংহুনা, মখোইগী স্কাউট বিশিংনা— অনৌবা মহুম শাকম থিবা চংখ্রিৱৈঙদা লৈরিবা অসি—মখোইনা পুরক্লিবা খোইহি চেংজেন অহু রাংলকনি থনবদগী অরেম্বদা পাইহুনা লৈবা তৌদে। অহুবু মখোইগী চেংজেন অহু নোংমদা ১৫% দগী হেন্দে।— মখোইনা পুরক্লিবা খোইহি চেংজেন অসি শরুক তরাগী মাপল তাবা থোক্‌পনি মপালদগী হেন্না ময়েং তাহন্দনবা কন্না হোৎনবনা ভমই।

নিংশিংবা য়াবা ৱাকম অমনা লমদনবগী তোংলিবা খোইশিং অহু অমনা অমবু খোইহি ইনবিবা উগনি। মহু মখোইনা ময়ুমদগী পুরক্‌পা চেংজেন খোইহি অহু অরাৎ অপা য়েন্নবনি।

বসন্তদা লৈহিগী লৈরাংনা মতিক্‌ চানা শাৎপনা লৈহি অমসুং লৈরিক্কী অরাৎপা লৈতরে। ফোরেজরশিংনা থবক কনবনা লৈহি, লৈরিক্‌ লৈরি নানা পুরক্কু‌না— খোই মচাশিংনা থোরক্কু‌না— অহাংবা ওইনা লৈরবা সেলশিং অহু খোইহি লৈরিক্ক! পৈশিল্লে। খোইয়াশিং খোইহিনা থনথিবনা মপিনা মরুম

কোকক্কম লৈরক্তে। মরুম রাৎনা কোকৃপদগী রার্করগী মশিং হম্বরে।

ওলাংথানা লোইশিল্লকপদা লৈহিগী লৈ মপাল রাৎলক্লে-- নর্শ বিশিংনা মপিবু রাৎনা চিঙ্গাক ইনবা হৌরক্লে, মহুনা মরুম কোকপা হম্বরশি নোল্লক্লে। খোইহিগী মতম্না লোইশিল্লকপদা -- নোংজু নিংথমগী থৌরাংদা রার্করশিংনা ত্রোনশিং অদো মকোন্দগী তাম্হোক্পগ্ন হৌরক্লে। মসিনা হয়িংখোইগী য়ুম্বানগী চহি অমগী থৌরোংনি।

আফ্রিকাগী স্বার্মিং পৃথিবীদা নাইতোম হোনবা:-- আফ্রিকাদদি স্বার্মিং পাইথোকপা অসি রার্কর বি ঙাক্সা পাইথোকই, কুইন বি য়াওদে। স্বার্মিং চৎলবগী মতুংদা রার্কর অমনা কোকৃপা লৈহাও চেন্দবা মরুমদগী কুইন বি অমা য়োকথৎলি, মহুগী কুইন বি অহুদি মতম কুইনা লৈতে। মানা লোয়তাল্লবা পাইক্রুরবা মতুংদা, মানা কোকপা লৈহাও চেনবা মরুম অমদগী য়োক্থৎপা কুইন বি অহুনা হাল্লগী মতম খরদগী ওইবা কুইন বি অহুগী মহুৎ শিন্দোকই। হাল্লগী অহুনা টেম্পোররি কুইন বি অকোনবগী অহুনা পার্মেনেণ্ট কুইন বি নি। রাক্ম অসি পৃথিবীদা ওইরিবা থৌরোংদগী নাইতোম ওইবা মরোংনি।

আমেরিকাগী মেলিপোনা হায়বা খোই অহুনা স্বার্মিং চৎপা মতমদা, হাল্লগী মপিনা লৈহৌরগা, অনৌবা মপি অহুনা খাইত্থনা পাইথোকই।

স্বর্ণরিং:-- মথক্ থাজৎপা হায়বা অসি খোইহিগীদমক

ক্রুড চেম্বরগী মথক্তা খোইরাগী ফ্রেম হাপ্পগী নিয়ম অমনি। খোইশিংনা ক্রুড ফ্রেমশিং অহু থুংনা খোইরা শারবা মতুংদা মহৌশানা মথক্লোমদা অহাংবা থিরকই। মতম অসিদা স্থপর ফ্রেম হায়বদি স্বালো ফ্রেম অনিদং খোইরা মচেং অমনা কোম্ব গাইড পিরগা ময়াইদা হাপ্পিগনি। অহুনা মপুং ফারগা মথং মথং হাপকনি। করিগুম্বা খোইশিংনা তোপ্ বারগী মথক্তা য়াম্না কাথংলগা নৈরবা অমদি, স্বালো চেম্বরগী রালদা তোংবা উরবদি স্বালো পিবগী মতম ওইরে থংগনি। ফ্রেম পিহৌত্রবদি তোপ্ বারগী মথক্তা ইঞ্চি ৩/৪ ডেসি মিঃ অমরোম রাংনা খোইরা শাহুনা খোইহি পৈশিল্লি। মহু নিংথিনা কক্লগা স্বালো ফ্রেমদা পুনবা য়াই। খোইহিগী সেল অহু শিল তোরগা খোইহি মুল্লে লোথোকপা য়ারে থংগনি। সেলশিং অহু য়ামত্রবদা শরুক মরিগী অহুমা মথুম থুমত্রবদি খোইহি অহু লোথোক্পা ফত্তে।

স্বালো ফ্রেমশিং কোম্ব গাইড নত্রগা কোম্ব ফাউন্দেশন হাপ্লগা পিশিনবদা খোইশিংনা খোইরা শাগৎলগা মহুদা খোইহি পৈশিনগনি। মতৌ অস্নুম্না য়ারিবা মখৈ খোইহি অহু এক্সট্রেক্ট তৌগনি। করিগুম্বদা ফ্রেম তরেৎকী নিউটোন সাইজ উপ্‌দি স্বালো চেম্বর মখোল অনি লোনথৎপা য়াই। মখোল অহুম ফাওবস্তু মতিক্ চানা চাথোক্ ফংবা য়াওদবা নত্তে। ফ্রেম তরেৎকী স্বালো চেম্বর অনি লোনথৎপা তারবদি চেম্বর থুদিংদা ফ্রেম তরুক্ তরুক্ হাপকনি। স্বালো চেম্বর লোনথৎপগী মহুত্তা "কোম্ব হনি" হায়না থংনবা ফ্রেম অহু হাপ্লগা শিজিন্নবস্তু য়াই।

মহৌশানা মতাই-মতাই থংবা ক্রুড ফ্রেম অনি অহু খোইহি লৈ লোখোকপা য়াই। মহুদা নিংশিংগদবদি, হায়রিবা নাকনগী ফ্রেম অনি অহু খোইহি লোখোক্লুরবদি খোইশিংনা স্বালো ফ্রেমদা থিনা থবক্ তৌই। মখোইনা ফ্রেম অনি অহুবু অমুক্ তন্না খোইহি পৈশনবা মপুং কাত্রিবা মখৈ মথক্লোমদা থবক তৌনিংদে।

কুইন এক্সক্লুদর :— কুইন এক্সক্লুদর অসি ক্রুড চেম্বর অমসুং স্বালোগী মরক্তা হাপ্পুবা য়াদে হায়বগী রাকম লৈতে। মসি হাপ্পুরগা খোইশিংদদি, য়াম্না মুংঙাইতবা— রাই চিনবা ওইনা থোকই। খোইশিংনা মথক্ থংবা চেম্বরদা কাকুবা— হম্বুরকপা অসি মহৌশানি, মহুদা অপনবা পিগনি। নিয়মগী মতুং ইন্না শেম্নবা খুৎশেমগী খোই উপুদা— মপিনা স্বালো ফ্রেমদা মরুম কোক্লুবা য়াম্না তাংনা থোকই। করিগুম্বা মপিনা কাথৎপা খোক্লবসু, উচেক্ মতুনা মাবু ক্রুড চেম্বরদা লৌথরগা য়াই।

কুইন এক্সক্লুদর অসিনা কুইন বি অমবু মথক্লোমদা নত্রগা খাজিন্নবা খোইরাশিংদা চংহন্দে অহুবু করিগুম্বা মতমদা কুইন বি অহুনা লিক্তুনা চংকে হোংনবদা মপুক্তা চপ্তুনা শিবসু য়াই। নত্রগা অতোপ্পা থৌরোং অমনা কুইন বি লৈতবা নাকন অদোমদা কুইনসেল শাগৎলি।

কুইনসেল লোখোকপা :— ক্রুড ফ্রেমশিং অহু মথং মথং থাজত্তুনা কুইনসেল ( মপি কোকফম ) শাত্রা য়েংগনি। শারম্বা খোক্লবদি, অহানবদা কুইন মাদর অহু লৈরিবরা য়েংলগা,

লৈরবদি সেলশিং অহু লোখোক্কনি। নত্রগা সেল অহুগী মনুংদা লৈরিবা মচা অহু পিম্না মকম অনি মহুমদা থিন্দুনা হাংতোক্কনি। খোইহিগী মতমদদি চয়োল থুদিংগী য়েশ্নি।

## কোম্ব হনি



খোইহি নরাং কায়না লোক্লবা থুংলাই অসি খোই উপু অমদা খোইহি হেন্না লৈরক্লবা অমসুং খোই-শিংনা ফে়মদগী হেন্দোক্লা খোইরা শারক্লবা মতমদা শিজিন্নৈ। মক্ল ওইনা খোইহিগী মতমদা উপু মখোল হাপ্‌কংপগী মহুং ওইনা শিজিন্নৈ। মসিদা খোইরা মচেং পুন্দুনা উপুগী মথক থংবা শরুক্তা খোইহি ফে়মগী মথক্তা থমই। খোইশিংনা খোইরা মপুং ফানা শারগা খোইহি থন্না পৈশিল্লি। কোম্ব হনিগী ফে়ম অসি মনুংদা মরাক ময়ুং ইঞ্চি মল্লি মল্লি ডেসি মিঃ অমমম ওই। মসিগী থাক্লেশংবা মরোংদি মসিদা মতিক চানা মথুম থুম্লবা খোইহি য়াওরবদি, খোইহিহু পাউও অমা থোকই। অহুনা ফে়ম অসিগা কোম্বনা খোইরাদা লৈবা খোইহি অহু য়োনবগী নিয়ম ওইনা তৌবনি। কামগী মমিং থাহুনা য়োল্লবদি ইজং ওইগনি।

---

১৫ শুবা পন্নুপ

# খোইহি লোকপা

খোইহি লোথোকপা :— খোইশিংনা খোইহিতু মুন্নবা কান্দা খোইহিগী সেল অতু শিল ত্তৌই, মথুম খুমজিল্লি। অসিগুম্বা খোইহি অসিদি লোথোক্লগা থম্বদা পুম্বা ত্তৌদে। মথুম খুমজিল্লবা অরাণবা খোইহিদি লোথোকপা চুমদে।

খোইহি অসি এক্সট্রেক্টর অমদি অনকেপিং ট্রে অমগী পাম্বৈনা এক্সট্রেক্ট ত্তৌই হায়বদি লোথোকই, হাইদোকই। এক্সট্রেক্টর নত্রগা অনকেপিং ট্রে অমা হায়বা অসি লৈতবা য়াত্রবা খুৎলাই অমনি।

খোইহি হাইদোক্কদবা ফ্রেমশিং অতু উপুদগী লোথোক্লগা ফ্রেম ষ্টেণ্ড অমদা নত্রগা অহাংবা ক্রুড চেম্বর অমদা থমগনি। খোইশিং অতু নিক্থবগী মমাংদা কুইন বি অতু য়াওবরা মুন্না য়েংহৌগনি। নত্রবদি নিকথবদা কুইন বি য়াওখিগনি। খোইহিগী থবক লোইরগা ক্রুড ফ্রেমশিংশু য়েংগনি। খোইহিগী মতমদা অরিংবা নিউটোন খোই উপু অমদা খোই লিশিং ২৫ দগী ৩০ ফাওবা অদুগা ব্রিটিশ ষ্টেণ্ডার্ড উপু অমদা খোই লিশিং ৫০ দগী ৭০ ফাওবা লৈ। খোইহি লোগদবা খোইরাশিং অতু খোই তাম্বোক্লগা এক্সট্রেকটিং রুমদা পুগনি।

# সেল মমাই হাংদোকপা

খোইহিগী খোইরা মমাই হাংদোক্পদি ফ্রেম অমা লৌরগা খুৎ ওইনা বারগী শোন্দরদা পায়গনি। অদুগা ঈশিং অশাবদা

তিংছুনা থম্লবা অনকেপিং নাইক ( থাং অপাবী ) অনিদগী অমা লৌরগা খোইহিগী সেলদা থুম্লিবা মথুম অছুগী হেক্ মথাদা ইন্দুনা হাংদোকনি। নাকন অনিমক অসুম ভৌনা হাংগনি। অছুগা



অখোই অহেন লৈবা খোইরা অছুবু ককৃথংকনি, অছুগা চ্রৈদা নত্রগা এস্ট্রেট্রইয়দা ওন্না ওন্না হাপ্রগা লৈরবদি খোইহি অছু লোইনা তাঙকনি। রাকম অমনা অহানবগী অহৌবা নাকন অছুদি

অহোবা ওইনা খোইহি তংখাই অমা হাংদোক্লবা মতুংদা অমুক নাকন ওন্দুনা মতু লোইননবা হাইদোক্লগা নাকন ওন্দুনা অহানবদা লৈবদা লৈহৌরিবা অতু অমুক লোইননবা লৈখোকনি। মসিনা খোইরা কাইগদৌবদগী কনগনি। টেন্‌দা হাপ্লগা হাইদোক্পা তারবদি, খোইরা অতু টেন্‌গা তপ্নপ্না থম্লবদি খোইহি তারোই, অতুনা জালি অরনবগুম্বা অমা মখোং পান্দুনা টেন্‌দা চাপ্লগা মতুগী মথক্তা সেল মমাই হাংদোক্লবা খোইরা অতু হাপকনি। নাকন অমা লোইরগা নাকন অমা অমুক্ হাইদোকনি। খোইহি অতু নিংথিনা ছানা (চালনি) অমদা চুমখোক্লগা মুংশাদা চয়োল অমা অনি ফোদোকনি। খোইরা মমাই হাংদোকপা অসি থাং মতোল তুম্বি অমদি কাতি মতোন্নম্ব তৌনে। অতুবু ঐখোইনা চেক্‌শিনগদবদি খোইহিগী খোইরা অতু য়ারিবা মখৈ, হেন্না কাইথিবা থোক্তননবা থর চেক্‌শিনগনি। মতু খোইশিংনা অমুক হন্না নিংথিনা শেম্লবা মতুংদা খোইহি অমুক থম্লগদৌরিবনি।

**খোইরা মমাইগী মচেৎ**:— খোইরা মমাই হাংদোকপগী মচেৎশিং— খোইরা মচেৎশিং য়াওরিবা খোইহি অতু শুমদোক্লগা খোইদা পিজবম্ব য়াই। খোইরু খোইরাশিং অতুনা মথুম য়াওবা তিন অমদা পুনশিন্দুনা থম্লগা কোম্না খোইরু ওইনবা শুংদোক্পা চুমই।

**খোইহি শুক্কম কা**:— খোইহি শুক্কম অসি মকম অতুদা খোইনা চংবা ওমদননবগীদমক্ জালিনা ভেন্টিলেটর পানবা, অনানবা মকম অমা ওইবা চুনই। অতুদম্ব নত্তনা খোইহি লোথোকপদা

নিংশিংগদবদি, খুৎ-শা লুনা নাম্না থবক অসি পাংথোকদবনি। খোইহি লাইদা কৎকদবনি অমদি হকচাং ফনবগীদমক্ শিজিন্নগদবনি। অরুবা অনানবা মীনা পামই। অতুগা ঈশিংনচিংবা মরাং কায়না থমগনি।

**খোইহিগী চাথোক ঃ—** য়াম্না থোক্পা- থোক্তবগী, চাথোক্কী মরম অসি মরূ ওইনা — মকম, মতম অমদি বি-কিপর অতুগী হৈশিংবদম্ক য়াম্না লৈ।



খোইহি চুমথোকপা ঃ— লৌথোক্লব: খোইহি অসি এক্স-ট্রেক্টরদগী অমুক নিংথিনা চুমথোক্না শেমগদবনি নত্রবদি খোইরা মচেৎ মকায়নচিংবা অতৈ পোৎশক্ কয়া য়াওদুনা ফজদবা অমদি ফত্তবা ওইগনি। মতুগী মতুংদা খোইহিত্ত থমজিন্দ্রিবগী মমাংদা "হনি বাই পম্নর" অমদা হাপ্লগা, কোম্না মখারোমদা হায়বদি কোপ্লিন্দা থাইদোক্তুনা লৌথোকপা চুমই। হনি বাই পম্নর হায়বদি খোইহি মুলহম্নবগী খুৎলাই হায়বনি। থাঙ্গেশেংবদি মসিনা খোইহি মুলহনবদি নত্তে

মমিংতনি। খোইহি অসি কোঙোল য়াম্না তম্মা মথক্লোমদা কাখৎলি হায়বদি খোইহি লোথোকপা মতমদা কোঙোলনচিংবা য়াওথিব, অদু খোইহিদা অদুম্ য়াওথি। মদু মথক্লোমদা তাওখৎপদা মতম য়াম্না চংই। অনঙবা পোৎ ওইবনা পাক্ কাওগৎলক্পা ঙমদে। কোঙোলগা য়াওনা ইংথখিদুনা লৈগ্রবদি খোইহি অদু য়েংবদা মদুং ফাওনা উদে মোংনা উই, অদুনা ফজবস্রু রাংলি। মরম অসিনা মরেপ রাংবা পাত্র, মখা থংবা শরুক্তা কোঞ্জিল পানবা অমদা হাপ্রগ, কোঙোলনা মথক্তা লৈহৌরগ মখারোমদা টৈপ্তগী থাই-দোক্তুনা লোথোক্পা য়াননবা হোৎনগনি।

খোইহি ষ্টোক তৌবা :— খোইহি অসি মতম থর কুইনা ষ্টোক তৌদুনা থম্বা তাবগী পাত্র অসিদি— কোহ্লিং কারোইদৌবা পোৎশক্কী তিন ওইগদবনি। পাত্র অদুগী মখা থংবা শরুক্তা কোঞ্জিল অমা লৈগনি। কোঞ্জিল অদুদগী খোইহি থাইদোক্তুনা লোথোকপা চুমই। হায়রিবা পাত্র অসিবু "বোতলিং কেন" হায়না থংনৈ। ঐথোইনা খোইহিবু থম্নচিংবা অসি য়াম্না হেম্না চেক্শিনগদবনি, মরমদি মসিনা কত্তবা খোইহি ওইথিবা থোক্লবদি বি-কিপর অদুগীস্রু মাংই, শিজিন্নগদৌরিবা মী অদুগীস্রু অমাংবা ওইবা শোইরোই।

খোইহি তিন্নবা :— খোইহি হায়বা অসি মতমগী মতুং ইন্না— অহান অকোন ওইবনা অঙৌবা, ঙাংশিনবা, মুশিনবনচিংবা তোঙান তোঙানবা মচু লৈ। অদুদগী নত্তনা খোইশিং অদুনা তোংলুবা হৈপাল লৈপাল অদুগী মতুং ইন্না মনম অমস্রুং মচু মায়দে। কনাগুম্বা অমদা সপ্রাই তৌবা তারবদি মরোং মতৌ মায়ত্রগা

চিংনকম খোকই। অদুনা মচু অমম্নুং মনম অমত্তা ওইনা তিন্নহনবা চুমই।

খোইহি লোনবা:— আয়ুর্বেদকী মোত্তা খোইহি অসি মৈদা শাহনবা য়ানদে। অদুনা মতু তোবা চুমদে। অদুমকপু তোদবা য়াত্রবা হায়বসু লৈনৈ মতুদি: কমজিনখিবা খোক্রবদি, মচু মান্নহনগে হায়রবদি মৈশা থর পিবা তাবনি। কমজিনখিবা শোদোকহনবদা খোইহি অদু মৈদা শাহনবগী মহুত্তা ঈশিং অশাবদা খোইহিগী পাত্র অদু তিংদুনা মতম থর চংনা হোংনগনি। মুল্লবা খোইহিসু পুমদননবগীদমক শাহনবা চুমই। খোইহি অসি টেম্প-রেচর (মৈশা) ১৫০F. দগী হেন্না লোনবা য়াদে অদুনা মিনিট ১৫ দগী ৩০ ফাওবা লোনবা য়াই। অমুনবা খোইহিদি লোনবগী দরকার লৈতে। মুংশাদা চয়োল অমরোম, পাত্র অদুগী মচিন্দা কি মচেৎনা থুন্নগা কোয়বদি মতিক্ চারে।

---

১৬ শুবা শরুপ

## রোবিং এণ্ড কাইটিং

নমজানবা খোই অমা হান্নবা অসি মানা অতোপ্পা খোই উপু অমগী অকোইবদা— মখোং মন্নাদা হাই হুন্না পাইবা অমম্নুং মতা চাদনা শুংবনচিংবা মত্তোদগী লান্ননা থংবা ওমই। মখোইনা এশিয়ারি অদুগী উপু থুদিংদা পাইগনি। অদুগা থাইদগী হেন্না

শোনবা উপু থিগনি। থৌরোং অসি চিঙ্গাক্ রাংপদগী থোকপনি, মৈদি মৈরিক কংজ্রবা নোংজুগা অমদি নিংথমথাগী মতমদা তৌগনি।

নমজা-নমথেক্লবা চিক্লবা অসি অমুক্তং তৌগ্রবদি মহু কনবদা লুনা থোকই। অশোনবা বি কোলোনি অমদি অতৈ ময়াম অহুগী মিৎয়েংকম ওইহনা মাংই। নমজানহনা থোই চিক্লবদগী হেন্না লাংবা, বেন্না চেনবা অমা মৈত্রে। অশোনবা খোই উপু অমবু নমজানহনা অমুক্তং খোইহি মুনবিবা হৌরবদি, মথং মথং ওইনা অতোপ্পা উপু কয়াগীসু দশা অহু লাকই।

করিগুম্বা মতমদা অনকপদা মৈবা লম্লকী খোইশিংসু, ময়াম ওইনা পাইরক্তুনা 'এপিয়ারিগী অকোইবদা কোইপাই পাইরগা মতা চাবা য়েংহনা নমথেক্তুনা চংগদবগী হোংবৈ। মসি মখোইগী মহম অহু তিঙ্গং কাইজংবনচিংবা তৌবদগী অমদি চানিংঙাই রাংপদগী মখোইনা খুদোং চাবা মৈকম থিরকপনি। মখোইনা তোপ্ ভেন্টিলেটরদা তোংগনি। অহুগা কুইন বি অহুনা এলাইটিং বোর্ডতা তোংলুহনা হায়গী রার্কর বিশিংনা "নোল্লিং" তৌহনা শিগনি। কুইন বিনা শিগ্রবদি স্বার্মিং লাক্লিবা খোইশিং অহুনা, পাইহনা অতোপ্পা উপু অমদা নমহনা চংগদবগী কন্না হোংবৈ। মখোই অহুবু কাহনা, হায়না চিক্লত্রিভৈগী মমাংদা, মতা চাবা য়েংহনা উপু অমদা তিন্নশিন্নবা তৌবা কৈ। নমজানবা খোইশিংনা ওমথিহনা মচিঙ্গাক্ মুনবিগ্রবদি মরুম মচানচিংবা, খোইরাম্ন মাংই অহুনা থোই অহু শোইদনা পাইথিগনি।

চিক্লবগী লায়ন্নেং ঃ— নমজানবা অসি হৌরকপদা মথোং

অত্থু খোই ১/২ দংদা চংবা য়াননবা খুহনবা অত্থুগা মত্থুদা নাপি খর চাইশিল্লগা, মত্থুদা ঈশিং খর চাইশিল্লবদি খজিক্ শাকগনি। নমজানবশিংনা ডাইরেক্ট চংবা ঙমদননবা মথোং অত্থুদা ঊবাক্ মতেক্ অমনা ঙাত্থনা থল্লবদি, নাকন অনিদা খোই চংজগনি— উপুগী খোইশিং অত্থুনা ঙাক্চবদা খুদোং য়াম্না চায়। নমজানবা খোইশিংনা তোংলিবা অত্থুগী মথক্তা ঈশিং চাইশিনবা কৈ। অস্তুম ত্তোরগা করি তোবগে ঙাইত্থুনা য়েংগনি।

হায়রিবা মরোং অসিদস্থু য়াত্রবদি বাতম বোর্ডকী ভেন্টি-লেটরগী মথুম অত্থু হাংলগা মথোং অত্থু থিংজিল্লগনি। মত্থুনা পুং ১/২ নৈরগা হাংদোকনি। মত্থুদস্থু নমজানবা লাক্লবা হুমিৎ অত্থুমগী হুংদাংরাই কাওবা মথোং থিংজিনগনি। অত্থুগা মথংগী অয়ুক অঙনবদা য়েংগনি।

মথংগী হুমিৎ অত্থুদগু তোরবদি এপিয়ারি অত্থুদা নৈরিবা উপু মুথৈগী মথোংদা, করম্বঃ উপুদগী নমজানবা অত্থুনা থোরক্পগে হায়না য়েংগনি। ময়াম্না ওৎপিরবা উপুত্থু মথোং থিংত্থুনা থল্লবদি নমজানবশিংত্থুনা চংগদবগী কাংলুপ মচা অমা ওইনা তোংগনি, মতম অত্থুদা পাউদর খর চাইশিল্লবদি নমজানবা উপু অশেংবা থংবা ঙমগনি। মত্থু থংজল্লগা পুং অমরোমদং— ভেন্টিলেশন মত্তিক চানা পিরগা মথোং থিংত্থুনা থল্লবদি, মথোইগী মপুক্চেন অত্থু খর ওনগনি।

চিক্লবা তোহন্দবা :— কোলোনি অমবু য়োবিং তোহন্দবা হায়বদি, কোলোনি অত্থু লিংনা থম্বা অসিনি। চাবা\রাৎপাদগী

খোইগী চিক্লবা অসি থোক্লকই। অদুনা খোইগী চানবা মতিক চানা লৈননবা অদুগা রাংলগনা মখোইবু পিজবা চুমই। অদুবু চেক-শিনগদবদি, কোলোনি অমা শাথিনা খোই মশিং হন্থরবদি মদুদা চিনি পিজরুবনা মখোই মশেল চিক্লবগী থৌরম ওইখিগনি। অদুনা মখোইনা চাজবা হন্বদগী হেন্না পিজরোইদোবনি। মদুসু চয়োল অমদা অনি অদুমক্ শুংদাংদা পিজরগা অয়ুক্ অঙনবদা ফিডিং বোতল অদু লৌথোক্কনি। অশোনবা কোলোনি অমবু কনবা অসি লুনা থোকই। অদুনা অশোনবা কোলোনি কয়ামুক থম্বগী মদুত্তা অমগা অমগা তিনশন্দুনা লিংনা থম্বনা অরাইবা উপায়নি।

কুইন বোল্লিং ঃ— খোই উপু অমবু নমজানবশিংনা শুমথরবদি কুইন বি অদুবু মশাগী রার্কর বিশিংনা বোল্লিং তৌই। বোল্লিং তৌবা হায়বদি কুইন বি অদুবু খোই ময়াম্না য়োমশিন্দুনা বোলগী মরোং মান্না মতুম তাশিন্দুনা ওইবনি। মসি তৌরবদি কুইন বি অদুগী মথরাই কনবা রানা থোকই। বোল্লিং হায়বা অসি অতোপ্পা কোলোনিগী কুইন বি অমবুসু তৌই। ভাজিন কুইন অমনা মাগী মেটিংদগী হল্লকপদা ওন্না তৈনবা উপুদা চংলুরবসু তৌই। মরম কয়ামুক্কগী বোল্লিং তৌই। অদুবু কুইন বিদু কন্নবগী অরাইবা উপায়দি, বোল্লিং তৌরিবা খোই মতুম অদু উচেক্ মতু অমনা লৌথোক্লগা ঈশিংদা থাদরবদি খোইশিং অদু পাইথিদুনা কুইন বি অদু থাদোক্লমই। কুইন বি অদু অমুক্ থাজিনবদি "কুইন কেজ" অমদা উপ্তুনা থম্নগা খোইশিংনা শাওবদু করগা থাদোক্পিবা চুমই নত্রবদি অমুক্ হন্না বোল্লিং তৌগনি।

## ১৭ শুবা পল্লুপ

# খোই পুথোক্ পুশিন

মথক্তা হায়খ্রে খোইশিংনা লৈকম হোংলবদি মহুমদগী খোরক্লগা, মনিং হন্না পাইহুনা লৈকম অহু "লেণ্ডমার্ক" চেক্শিন্না ত্তৌরগা চাক্তাবা চংখি। চাক্তাকমদগী লাক্লগা মহুম মনাক্তা চংহুনা, কোলোনি শুদর (মহুমগী মনম) নচিংবা খংদোক্লগা মখোংদা চংখি। হান্নগী খক্ষন অহুদা অনৌবা খোই উপু অমা থম্লগা মখোইগী উপু অহুনা থর থাংদোক্কুনা থম্লবদি চাক্তাকমদগী হল্লকপা খোই অমদি উপুদগী পাইখোকপা খোইশিং অহু হান্নগী লৈকমদা থম্লিবা উপু অহুগী এলাইটিং বোর্ডতা লোইনা তোংগনি। খৌরোং অসিদা, অনৌবা উপু অহুদা হান্নগী মখোইগী খোইরা ফ্রেম-শিং অহু থাংজিনবিরবদি— হান্নগী মফমদা লৈবা অনৌবা উপু অহুদা লোইনা চংগনি। মরম অহুনা উপুগী মশক্ খরদং খেন্নবগী খোইনা য়াগ্না বেরা লৈতে। অহুবু মখোইগী লৈফম অসিদি ফুট ২´— ডেসিঃ মিঃ ৫.০৯৬ তগী হেন্না হোংলবদি মখোইনা চান্নগী খক্ষম অহুদা লাক্কুনা চংকম খংজ্রনা অহুদগী শিবনচিংবা— মফম অহুদা পুন্না লৈরৈ। মরম অসিনা খোই উপু অমা মফম খরদং হোংদোক্পা তারবদি নোংমদা ফুট ২/২ ডেসিঃ মিঃ ৫.০৯৬ থাং-দোক্কুনা থম্লিংবা মফমকাও পুগদবনি। অহুগা ফুট ৩০০০— হেঃ মিঃ ৯.১৪৪ দগী হেন্না লাপ্না থাংহুনা চয়োল অমা থম্নুরগা অমুক্ পুরক্তনা ঐখোয়না থম্লিংবা খক্ষমদা থম্বম্ৱাই। হায়রিবা

রাকম অসি খোই ফারুবা—নত্রগা লৈরুবা তাবনদ্ধ মখোইগী মহৌশাগী চাক্তাবদা— পাইবা য়োবা মফমদদি বেরা শোইদনা ওইগনি।

এপিয়ারিদগী অতোপ্পা মফম অমদা পুত্থনা থম্বা খোক্লবদি— মফম অদু য়োরগা মখোং অদু হাংদোক্লমদাইদা— মখোইগী মখোং অদুগী মমাংদা উবাক্ মচেৎ অমা শাত্থনা থমগনি। মদুদা মখোইনা মহৌশাগুম্না হেক্ পাইথোক্খিবগী মতুংদা মখোইগী মখোংদা লৈরিবা উবাক মচেৎ অদুগী নাকন্দা থোরক্লগা য়েংবদা মখোইগী লৈফম খোংলে হায়বা খংবা ঙমগনি অদুদগী মখোইনা কোইপাই পাইদুনা "লেণ্ডমার্ক" তৌরগা চাক্তাবা চৎকনি। অসুম্না নুমিৎ মরিনিদং থম্লগা লোথোকপা য়াই। অদুগা মখোইনা লেণ্ডমার্ক তৌজবদা খুদোং চাবা হেন্নবা উপু অদুগী মমাংদা চৈ ফুট অহুম ( মিঃ ১ রোম ) লোম শাংবা য়ুংলগা মদুগী মতোন্দা চে ওইরবসু মচেৎ অমা য়েৎলগা থম্বিবা হেন্না কৈ।

ট্রেভেলিং বোক্স :— মপুং ফারবা কোলোনি অমা ক্রেমগা লোইননা, কোক্তা, গাড়িদা হাপ্তুনা অথাপ্পা লমদা পুবা তারবদি লম্বিদা খোইরা কায়বা, খোই শিবনচিংবা তৌদনবা ট্রেভেলিং বোক্স অমদা পুবনা চুমই। হায়রিবা উপু অসি খোই অমা কাওবা নাম্থোকপা ঙমদনবা ক্রেমসু মফম লেংবা তৌদনবা অদুগা সুংশিংসু মতিক চানা ফংবা য়ানবা তৌরবনি। অসি-গুম্বা উপুদি ময়াইদা ইঞ্চি ২ × ২ চাওরাক্লা সেঃ মিঃ ৫ × ৫ রোমগী ভেন্টিলেটর পানবা বাতম বোর্ড য়োপিনা থাজিন্দুনা শেম্বা

য়াই। হায়রিবা উপু অসি রূপকী মমাং থংবদা ইঞ্চি ২×৪ সেঃ মিঃ ৫ রাংবা ডেসিঃ মিঃ ১ শাংবা ভেন্টিলেটর লৈগনি। ভেন্টিলেটরশিং অসি জালিনা মেনগনি। রূপ লৈতেম মান্নবা ওইগনি। উপু অহুদি ফ্রেম তরেংকী নিউটোন সাইজ শেম্বা



ট্রেভেলিং বোক্স।

চুমই। অহুবু ঐখোইনা শিজিন্নরিবা উপু অহুগী সাইজদা শেমগনি। ফ্রেমগী মথক্তা কি অমদি শামতুগী লাইনিং অমা

থারগা মথক্তা জালিগী পাং অমা উপুহু পুংনা কুপ্পগা ক্রুনা লৈশিন-গনি। খোই নাম্বোক্পা য়াবা অহোবা অমত্তা লৈহল্লোই। মমাংদা মখোং ইঞ্চি 4" × ¼" সেঃ মিঃ ৫ × মিঃ মিঃ ৬·৩৫ গী অমা কাংকনি। মসি হাইগৎ হাইখ য়াবা খোংলোন অমা লৈগনি।

ঐখোয়না এপিয়ারিদগী কোলোনি অমা অতোপ্পা এপিয়ারি অমদা পুবা তাংবদি ট্রেভেলিং বোক্স অহু কোলোনি অহনা লৈরিবা হৈও অহুগী মথক্তা থম্নগা, খোই উপুদগী ফ্রেমশিং অহু মথং মথং ট্রেভেলিং বোক্স অহুদা নিংথিনা হোংজিল্লবগী মতুংদা ফ্রেমশিং অহুগী নাকল অনিগী শোলদরগী মথক্তা লাইনিং অহু থারগা জালিগী পাং অহু নিংথিনা ক্রু লৈশিন্দুনা ফাজিনগনি। অসুম্না কোলোনি অহু ট্রেভেলিং বোক্স অহুদা হোংজিল্লগা সুংদাং রাইরম ফাওবা মখোং হাংদোক্তুনা থমগনি। মম্নহুনা খোই হজিনবা লোইরগা মখোং থিংহুনা পুবা য়াবগী খোয়াং ওইরে।

ঐখোইনা কোলোনি অহু থম্লিংবা মফম য়োয়রগা অরেপ্পা মফম শহুদা হৈও অমগী মথক্তা ট্রেভেলিং বোক্স অহু হোনবী মতুং ইন্না খোইথোং অহুগী মমাংদা উবাক্ মতেক্ অমা ওাহুনা থমগনি। মখোং অহু হাংদোকপদা খোইশিংনা লেণ্ডমার্ক তৌহুনা মখোইগী অনৌবা লৈফম থংগনি। মথংগী মুমিত্তা অতোপ্পা খোই উপু অমদা হোংদোক্পিবা য়ারে।

ঐখোইনা কোলোনি অহু লাপ্পা পুরগা থম্লিংবা মফম এপিয়ারি

য়ৌরে হায়রুনস্থু নোং তাবা অমদি অকনবা সুংশিং শিংপা মতমদা খোইগী মথোং হাংদোক্লোই। মরমদি মখোইবু মতম কুইনা কাজিল্দুনা লৈরুবা অতুনা মথোং হেক্ হাংদোক্পগা অয়াম্বা খোইনা মপান্দা পাইথোকই। মতুদা হজিনকম খংদতুনা নোংগী ঈশিংদা লুপ্তুনা নত্রগা সুংশিংনা হুমখিতুনা খোই য়াম্না মাংখিগনি।

লম্বি লমশাং পুবদা খোইশিং অতু শৌ, শৌ, লাওবা মখোন্দা বোক্স মসুংদা অশাবগী মনিম্না য়াম্না হেল্লরুবদি (মত্তৌ অসি উপুগী মশাদা পাইবদস্থু অশাবা মনিন ফাওগনি) ভুইংবা মকম অমদা অমস্থদা থমগনি। ঈশিং থর ভেন্টিলেটরদা চাইশিনবিরবদি মখোইগী মৈশা অতু ইংথগনি। হয়িংখোইগী কোলোনি অমা মতম শাংনা লমশাং পুগদবা নোংমগী মমাংদা মখোইবু নিংথিনা পিজবা চুমই।

---

১৮ শুবা পল্লুপ

# খোই তিঞ্জিনবা

খোইগী কাংলুপ অমা হায়বা অসি য়ারিবা মথৈ লিংনা থম্বা ভুমনবা ছোংনগদবনি। অনৌবা অশোনবা কোলোনি অমদি থুনা চাওখংলক্তুনা খোইহি লোকপা য়ানবা, মতিক চানা লিংখংলক্পা থমদে। অতুনা শিজন লোইশ্রগা নোংজু অমস্থং নিংথমদা চানিংঙাই লৌতস্থনা অতৈ উপুদা পাইশিন্দুনা চিন্নবনচিংবা থোক্লকই। মরম

অসিদগী শিজনগী মমৈদা কোলোনি মশিং য়াম্নবা খোই কাক্কবা অমদি খায়দোকপা চুমদে। মতম অসিদদি মপি লৈত্রবা উপু অমা অমুক্ মপি লৈননবা হোংনবগী মহুত্তা অতোপ্পা কোলোনি অমগা তিন্জিন্নবা চুমই। য়ামদ্রবদা খোইরা ফ্রেম অহুমদং নিংথিনা মপুং ফানা খোই তোংদ্রবা কোলোনি অমবু অশোনবা কোলোনি অমনি হায়না লৌগনি।

(১) কুইন বি লৈবগা লৈতবগা তিন্নবা :— তিন্নগদবা উপু অনি অহু নিত্তিগী মুংদাংরাইরমদা ফুট ২/২ ডেসিঃ মিঃ ৫.০৯৬ রোম থাংজিন্নহুনা মফম অমদা থাংজিনগদবনি। অহু নত্রগা উপু অমগী মথক্তা অতোপ্পা উপু অহু থাংজিন্দুনা থমগনি। খোই তিন্জিনবগী থবক অসি নোংথি নোংমংদবা মুমিত্তা তৌগনি। মপি য়াওদ্রবা উপুগী খোই তোংদ্রবা অমদি পামদ্রবা ফ্রেমশিং অহু লৌথোক্লগা লৈরিবা ফ্রেমশিং অহু উপুগী ময়াইদা চিংশিন্দুনা থম্লগা ডুমি বোর্ড অনিনা ঙাক্শিন্দুনা থমগনি। নত্রবদি খোইশিং অহু উপুগী রালদা তোংহুনা লৈহোগনি। মপি য়াওরিবা উপু অহুগীমু পামদ্রবা ফ্রেমশিং অহু লৌথোক্লগনি। অরোইবা থবক পাংথোকপা নাপি মরক নত্তবা শঙ্গোই মাঙ্গোনগুম্বদা পাংথোকপা থুদোং চায়। উপু অনি অহুগী মথোং অহু থুহল্লগা ফ্রেম অহুগী মথক্তা ফিনা থুমজিনবা কৈ, মৈথু উত্তোং— স্মোকর অমদা মেক্রুক্ য়াওনা থারবা মৈথুনা পপ্ অহুমদং কামগনি। খোইনা ইংথরবা মতুংদা, লাংবা লেপ্প্রবা মতমদা অমুক্ অনিদং কামগনি হৌজিক্ খোইনা ইংথরবা মতমদা, মপি লৈত্রবা উপুগী ফ্রেমশিং

অহু লোইনমক্ অতোপ্পা উপ্‌ অহুদা থাংজম্‌দুনা মকম চানা থম্লগনি। লৈহৌরিবা খোইশিং অহু উচেক্ মতুম্না খোয়চিন্দুনা লোৎশিল্লগনি। কিডিং য়োত্তল অমদা চিনিগী সিরপ পিজগনি। খোইথোং অহু নিংথিনা লাওথোকহল্লগা মমাংদা উবাক মতেক্ অমা ভাহনা থম্বিগনি। মহুনা মরম ওইরহনা মথংগী হুমিত্তা খোইশিংনা লেপ্ত মার্ক তৌগনি। হুমিং হন্নি লৈরগা খোইগী মরোং য়েংগনি।

২ শুবা মরোংগী মতৌ অমনা :— মপি লৈবা উপ্‌ অহুগী ক্রড ক্রেমগী মথক্তা খবর কাগজ অমনা থুংননবা কুপ্লগা খবর অহুদা মকম অহুম মরিদং পেন্সিলনা থিনবা মখুনমুক্ লাওনা হত্তোক্লগা মহুগী মথক্তা অসাইগী মপি লৈত্রবা উপ্‌ অহু থাঙ্গত্তুনা থমগনি। মসিদদি মৈথু কাম্লবগী রাকম লৈত্রে। খোইশিং অহুনা অহোবা অহুদা মথক্ মথা চংনগনি। উপ্‌ অনি অহুগী মনম্ তিম্লখিহুনা অমত্তা ওইরকনি। মতুংদা হন্নি মরিনিদা খোই তোংত্রবা ক্রেমশিং অহু লোথোক্লগা উপ্‌ অমত্তা ওইনা শেমগনি।

(৩) মপি লৈবা উপ্‌ অনি তিম্লবা :— মপি লৈরিবা মরুম কোক্লিবা উপ্‌ অনি তিম্লবদি — মথা নোয়বা, চহি নৌরিবা মপি অহু থাক্লগা পামত্রবা মপি অহুনা লোথোক্লগা তিন্জিনগনি। মপি লোথোক্পদি হুমিং শুল্লিবৈদা লোথোকনি। অহুগা হুংদাং-য়াইরমদা তিন্জিন্নগনি।

(৪) মপি লৈত্তবা উপুদা স্বার্মিং তিমবা :— মথক্তা হায়রিবা খোই তিম্লবগী নিয়মদা, কি কুপ্তুনা মৈথু কামগনি। স্বার্মিং অহুদু মৈথু থর কাম্লগা খোইশিং অহুনা ইংথরবা মতমদা উপ্‌

হাংদোক্লগা. খাওদগী খোই অদু হৈথগনি নত্রগা উপুদা থাজিন্দুনা থন্নবা খোই ওইরগা মৈখু পিন্নবগী মতুংদা ক্রেমশিংদু থাংজনগনি। স্বামিংগী খোই অদুদি মৈখু য়াম্না পিবা চুমদে। খাও অদু পাইরগা মৈখু থরদং য়েহনগনি। মপি য়াওদবা স্বামিং খোইগা মপি য়াওবা খোইনা তিন্নবসু হায়রিবা মরোং অসিদা তিন্জিনগনি।

---

## ১৯ শুবা পন্দুপ

# খোইগী লিচৎ

হৌজিকী খোইয়োকপা অসি মরূ ওইনা লিচৎ অদু সাইন্টিফিক্ নিয়মদা নৈনবনি। অদুনা খোই লোইবা তাবদা মখোইগী লিচৎ নিংথিনা থংবা তাবনি। মখোইনা উৎলিবা লিচৎ অসিবু নিংথিনা থংবা ঙম্নবদি তাইবংদা ইংনা সুংগাইনা পানবা ঙমগনি হায়না থাজনরিবা অসিদা চিংনকম লৈরোই। মতাং অসিদা মখোইগী লমচৎ লিচৎ ওইবা থজিক্তুং চৎথরি— চাওথংলবা লৈবাক্কী মীশিংনা খোইগী লমচৎপু নিংথিনা থংবা ঙম্নবা হোৎনবা লৈত্রি।

**প্রেক্লাইট :**— অঙাং ওইরিবী খোই মচাশিংনা প্রেক্লাইট অসিদা পাইবা ঙমই। মখোইনা পাইবা মতমদা মথি ময়ুং কাইদোকই, পাইরুরগা হজল্লকপা মকম থংননবা মখোইগী মহমদা মশিং থমদুনা পাই "লেগুমার্ক" ভৌই। নোং চুরগা পুং ১/২ দং

হাংবা মতমদম্ম প্রেক্লাইট ভোই। প্রেক্লাইট অসি মহৌশানা নোংমদা অমুক্ পুং ১০ গী মতুং মুমিৎ য়ুংবা মতুংদা ভোই। কালেন্দদি নোংমদা অহম্রক্ ভোবম্ম য়াওই ; অপিকপা মচাশিংনা উপুদগী ফুট ২/৩ মিঃ অমরোম পাইথোকই। অম্মুম্না মখোইনা ফুট ১৫ ডেকামিঃ ৪.৫৭২ দগীম্ম হেম্না পাক্লা পাইথোকই। কন:- গুম্বনা প্লেক্লাইট অসিবু স্বার্মিং চৎপা ওইনা খনবা য়াই। প্লেক্লাইট মিনিট মঙারোমদা ইংথরকই অহুগা স্বার্মিংদি অম্মুম অম্মুম হেনগৎলক্কুনা পাইথোক্‌খি।

স্কাউট বি:— স্বার্মিং অমা চৎলমদাইগী মমাংদা স্কাউট বিশিংনা য়ুমগী কাচিন কোয়াদা, শম্বল শায়াদা অচিক্‌পা য়েংহুনা মখোইগী মহুম শাকম খুদোং চাবা কোইথি থি। মতম অসিদা স্কাউট বিশিংনা ঙংবা মখোন অহু অভোম্না খোইশিংনা মচিঞাক্ থিবদা ঙংবগা য়াম্না খেম্নে। থরদং খম্বহুনা য়েংলবদি স্কাউট বিনি হায়বা হেক্তা থংবা ঙমগনি। স্বার্মিং অমা থাইদোক্রক্রবদি— স্কাউট বিশিংনা মহুম শাকম থিবা চৎথিবা অহু ঙাইবা ওইনা করিগুম্বা উশা রাশানচিংবদা ভোংহুনা লমদনবা ওইনা পুং ১ দগী ৫ কাওবা অয়াম্বা মতমদা লৈগল্লি। স্কাউট বি অহুনা খুদোংচাবা মকম হায়দগী কংহুনা লৈবা ওইরগনা লমদনবা ভোরম্নদনা চুমত্রিংনা পাইথিবা য়াওই।

মপি লৈতবা:— এপিয়ারি অমদা কুইন বি লৈতবা অসি ভাংনা খোক্‌পা নত্তে। কুইন বি অহু স্বার্মিং কাবদা অমদি লমদগী খোই কারুবদা খুদোং চাদবদগী শিথিবা য়াই। ভাজিন কুইন

অমা মাগী মেটিংগীদমক্ পাইরুবদা হঞ্জিনকম থংদবদগী শিথিবা য়াই অহ্নগা ওম্না তৈনবা উপু অমদা চংলুহনা বোল্লিং, তৌবদগী শিবা য়াই। মরুম কোক্পদা নিয়ম চুমত্রবা লাব ঙাক্না কোক্লবা অহ্নগা চহি য়াম্লবনা চিংবা মপিস্ন লোথোকপা ভাবনি। রার্কর-শিংনস্ন অহ্নগুম্বা মপিদি মহুৎ শিন্দোকই।

কুইন বি শিনবা (হোংবা):— হয়িংথোইশিংনা মথোইগী কোলোনি অহ্নগী চাওথং চাওথবা পুম্বহ্ন মথোইগী মপি কুইন বি অহ্নগী মশা ফবা ফত্তবা অমদি লৈহাও চেনবনা মরুনি হায়বা অসি নিংথিনা থংই। মরম অসিনা মথোইগী কোলোনি অহ্ন কয়নবগীদমক্ মথোইগী লৈরিবা কুইন বি অহ্ননা মগুণ হম্বরক্পা থোক্লবদি কাম্নবগী মতুং ইন্না কুইন বি অতোপ্পা অমা শিল্লি। মসিবু "সুপরসেশন ওফ কুইন" হায়না কৌই। মথোইগী মপি অহ্ন মপাঙ্গল হম্বরে, মগুণ রাংলে থংলবদা রার্কর বিশিং অহ্ননা সুপর সেডিউর কুইন সেল শাই। হায়বদি মহুৎ শিন্নবা কুইন পোক্ফমগী সেল শাই অসিগুম্বা সেল অসিদি মশিং য়ামদে, অনিদগী ভরুক্ ফাওবা শাই। মতম্না চহি অমগী মমুংদা দরকার লৈবা মতুং ইন্না শাই অহ্নবু অয়াম্বদি থোইহিগী শিজন লোইরগা জুলাই থায়াইদগী আগষ্টগী থায়াই ফাওবদা শাগল্লি। সুপর সেডিউর কুইন সেলবু স্বার্মিং সেলনি থন্দুনা থুগাইরুরবদি থুদোং থিগনি।

কুইন বি লৈতবগী মতৌ:— কুইন বি থুদিংগী মশাগী মনম অমা লৈ। মানা মরুম কোক্লবা সেল অহাংবা থিবা থোইরা থুহ্নিংদা কোইচৎ চৎপনা মথৌনি। মানা চৎপা অমম্নুং মাগী

মনম্না ৱার্কর বিশিংনা মপি কৈরি হায়বা থংই। করিগুম্বা মপি অহ্‌ লোৎথোকখিবা শিখিবনচিংবা থোক্লবদি ৱার্কর বিশিংনা লাইনা থংই। মপি লৈতবা থোক্লবদি মখোইনা থুনা য়াংনা চৎথোক্ চৎশিন তৌই, লোইনমক্ ইপাং লাংই, ৱাপ্তা এলাইটিং বোর্ডতা তোংই— পাইথোকই। ঙংল ঙংলহ্‌না উপুগী অকোইবদা কোইপাই পাই। মহ্‌না মথৱাই ৱানা কপ্পগী মতৌনি। করিগুম্বা বি-কিপর অহ্‌না অহ্‌ৱাইদা লৈবা থোক্লবদি মাইদা, নাকোংদা মিত্তা— কোক্তা ঙংহ্‌না—তোংলহ্‌না মমাগী পাও হংবগুম তৌই। উপু মহুংদা য়েংলবস্থু বার মথক্লচিংবদা কোইচৎ চৎপা উগনি।

**কুইন বিবু কোনবিবা ঃ—** কুইন বি অমনা চোক্‌থরহ্‌না পোৎথানিংলবা মতমদা নর্শ বিশিংনা সেবা তৌবি কোনবি। কুইন বি অহ্‌না মাগী চনিং অহ্‌ সেল মথক্তা থম্লহ্‌না তুমিন্না তোংহ্‌না লৈ, অহ্‌গা নর্শ বি থরনা মাগী অকোইবদা মমাই ওন্ শিন্দুনা তোংই, থরনা কুইন বি অহ্‌গী মথক্তুম্থু তোংহ্‌না মচিন অহ্‌না লেকথোক্ নাম্থোকপি।

**খোইগী জগোই ঃ—** খোইরা ফ্রেম অমা য়েংবা মতমদা খোইহিগী শিজন্দা কনাগুম্বনা খোইশিংনা মরক্ মরক্তা জগোই শাবা উবিগনি। হায়রিবা জগোই অসি মথল অনি ওরি (১) "দি নেক্তর দান্স" কৈহি জগোই— (২) দি পোলন দান্স কৈরিক জগোই।

**কৈহি জগোই :—** কৈহি জগোই অসি "ৱাউণ্ড দান্স" হায়নস্থু থংনৈ। ৱার্কর অমনা সেলদা তোংহ্‌না ওইদা, য়েত্তা কৈর অহ্‌গা অতোপ্পা ৱার্কর বি থরস্থু মথৱাই ৱাওনা ইন্নি। মীংদা

তুংদা হল্লি. কোইনা মপুং অমদা অনিদা লৈয়বস্নু লৈ। মাগী মতৌদা অতোপ্পস্নু য়াওরকই। অস্নুম্না হরাওনা লৈরন্থনা শাবা জগোইনা মখোই নয়ামদা লৈহি য়াম্না লৈহৌরে হায়না পাওদম পিবনি। অকুপ্পা রারোল থরস্নু হাম্না পন্নখরে।

**লৈরিক জগোই :—** লৈরিক জগোই অসি "রাগ টেল দান্স" হায়নস্নু কৌই। মসি স্কাউট বি অমনা মখোং খুত্থংদা লৈরিক্তি থন্না য়াওরগা মনিং অত্থ ওইদা, য়েন্তা কেৎ কেৎ হাইথনা চৎলি। কোয়না লৈয়, করিগুম্বা মতমদা মাংদা চৎলি, তুংদা হল্লি— থুনা চৎলগা থুনা লেপ্তুনা মনিং নোংমই। মসি খোই থরস্নু য়াওরকই, ময়াম অত্থদা মানা লৈরিক য়াম্না লৈহৌরে হায়বা পাওদম পি—।

**কুইন বোল্লিং :—** মসি কুইন বি অত্থগী অকোইবদা রার্কর বিশিংনা কম্না ফাত্থনা তোংবনি। মথক্তস্নু হায়নখরে খোইগী মতুম অত্থ বোলগী মরোং মাল্লি হায়থনা "বোল্লিং" হায়না থংনৈ। মতুম অসি ঈশিংদা থাদরবদি রার্কর বিশিং অত্থনা মপিবু থাদোক্তুনা লোইনা পাইথোক্‌খি।

**কুইনপিপিং ( মপি থোংবা ) :—** স্বার্মিংগী মতমদা য়াম্না শাংনা, অয়াক্‌পা মখোন অমা ভাইহাক ভাইহাক লৈরগা, লেপ্পগা থোংবা তায়। মত্থ কুইন বি অত্থনা থোংবনি। মাগী মখোন্দি পি—ই —প, পি—ই—প, হায়বনি। মসি ভার্জিন্ কুইন অমদা অমদি সেলদা লৈরিবা কুইন অমদা নত্রগা লৈরিবা কুইন মাদর অত্থদা লাক্কা খেংনসি হায়না কৌরিবনি। মরম অমদা মসি বি-কিপর

অদুগী খুদোং খিবা অমনি হায়বদা লাল্লোই। মসি তারবদি উপু অদু হাংদোক্তুনা কুইন বি থাইদোকপনা কগনি।

**ডাকশেনবা খোই** :— খোই থরনা মখোইগী মথোং মনাক্তা ডাক্শেন্দুনা লৈ, মখোইনা মরক মরক্তা এলাইটিং বোর্ডতা চৎথোক্ চৎশিন তৌই। খুদোংথিবা অমা থোক্লবদি, গার্ড তৌরিবা খোই অদুনা করিগুম্বা কিবা থোক্লবদি, লাক্লিবা অদুনা পাইশিল্লি। খোই অনি অহুম্না উপু অদুগী অকোইবদা বু—, বু—, ডংদুনা খুদোংথিবগী খুদম তৌই। মসি থংদবদগী অনৌবা মীশিংনা য়াম্না খুদোংথিবা, খোইনা চিক্পা নংই।

**মডান অমম্বুং খোই** :— খোই অসি অমম্বা মফমদা মখোইগী লৈননবা মহুম শাবা পামজে। অদুনা খুৎশেমগী উপু অসিবু মদুগী খুদোং চাননবা শেম্বনি। নোংজাল্লগা হুমিৎকী মডান উবদা মখোইনা থবক শুবা হৌই, মুংডাইজে অদুবু গয়ুমদদি অমম্বা পামজে। থংহৌদনা থংয়ৈ য়ৈবা মডান কংলবদি মখোইদি থংই, অদুনা শাওই। মরম অদুনা খোই উপু অমা হাংদোক্পা ভাবদা খোইশিংনা মমিৎ মনা শেম শাবগী মতম পিননবগী য়াম্না তপ্না হাংদোকদবনি নত্রবদি শোইদনা চিকনি।

**খোইগী শেনিটেশন ( হকশেন কাংলোন )** :— খোইদি কৈদৌমুংদম্বু মখোইগী মকোনগী মমুংদা মথি মযুং কাইদোক্তে। মখোইনা পাইবা মতমদা মথি মযুং কাই। অদুবু কুইন বি অমদি কৈদৌমুংদম্বু পাইথোক্তে। খোইশিংদি হকচাং কবা কত্তবগী মরম অসি য়াম্না নিংথিনা থংই অমম্বুং চেক্শিল্লি অদুনা থাজৈ

শেংনা হায়রবদা মখোইদি থবক্ তুনা তুনা শিথি, নায়েকপা তৌদে অহিংদা অমদি করিগুম্বদা— করিগুম্বা থৌদোক্ অমদগী খোই অমনা শিরম্বা থোক্লবস্থ মখোইগী স্কেভেঞ্জর বি— অমোৎ অকাই শেংদোক্পশিংনা অশিবা খোই অছু কোল্লগা পাইথিছুনা লাপ্পা হুন্দোকলুই। চহি য়াম্লছুনা শিরমদাই ওইরবা ফাওবা লৈহিদি পুশল্লমই, মছুনা মানা য়ুমকোইবী অমদা মচিন্না নচিন্দা শিন্নরম্লগা মানা শিননবগীদমক্ মপানলোমদা মমাই ওন্দুনা চৎখোকখি। মছবু ঐখোইনা অমুক্ হন্না হাপচিল্লবস্থ থক্ য়াদে। নহা ওইরিবী খোইস্থ মশা শোনবা, অশোয় অঙাম্বা জাৎ অছদি মখোইনা মহুমদগী তান্থোক্‌ই, অমস্থুং চৎখোকখি মছবু অমুক্ ঐখোইনা হাপচিনবিরবস্থ য়াদে মছু শোইদনা তান্থোকই।

---

২০ শুবা পন্দুপ

## কোলোনি মশিং য়াম্‌থৎহনবা

তমদদি খোইহিগী মতম অসি বসন্তদা লাকই। খোইহিগী মতম অসি খোইগী স্বার্মিংগীস্থ চৎপা মতম্নি। মতম অসিদা কোলোনি মশিং হেনগৎহন্নবগীদমক্ অরিংবা কোলোনি অমবু কোলোনি কয়ামুক্ থোক্লা থাইদোক্পা য়াই। মশানা স্বার্মিং থাইদোক্চবদি ফত্তে, লৈহৌরিবা কোলোনি অছু শাথিনা ফিবম হইন্থে অছুদস্থ নত্তনা এপিয়ারি অছুদা লৈরিবা কোলোনি অছু লোইনমক্ বেরা তৌরকই।

কোলোনিশিং অছু নিংথিনা সেবা তৌছুনা মতিক চানা

লিংহল্লগা, মতম চানা কোলোনি কয়ামুক থাইদোকপা কৈ। মথাগী নিয়মশিং অসিনা থাইদোকপা য়াগনি।

(১) কোলোনি অমদগী ফ্রেম থাইবা:— অরংবা অরূবা মুমিং অমদা, খোইশিংনা মুংথিল ফ্রি ওইনা পাইরিঙৈদা, থাই-দোকদোরিবা উপু অহূগী মনাক্তা অতোপ্পা উপু অহাংবা অমা থংননা থম্লগা উপুশিং অহূ হাংদোক্লগা মরুম মচা নিংথিনা য়াওবা ফ্রেম অনিথক্ তোংলিবা খোইগা লোয়নন অনৌবা উপু অহূদা থমগনি। অহূগা নাকনগী খোইহি লৈরিক য়াওবা ফ্রেম অমগসু লোশিল্লগনি। মসিদা মপি য়াওথিদননবা য়েংগনি। ফ্রেম অহুম অহূ ভুমি বোর্ডনা থাক্সিল্লগা মতুংদা মুংদাংরাইরন খোই হক্সিনবা লোইক্রিবা ফাওবা ঙাইরগা উপু অহূ থমগে নিংবা মফমদা থমগনি। মথোংদা উবাক্ মতেক্ অমা ঙাহনা থম্বিগনি, মহূনা হয়েং অমুক্ খোইশিংনা লৈফম হোংলে হায়বা থংজগনি। খোই থরদি হায়গী মফমদা হনখিবা য়াই। কিবম ফবা হেনগৎনবা অতোপ্পা উপু-দগীসু, মরুম মচা নিংথিনা য়াওবা ফ্রেম অমা খোই নিকৃথরম্লগা হাপ্লিবা য়াই। খোই তোংঙবা ফ্রেমদি হায়গী উপুদা হক্সিনবিবা য়াই। অনৌবা উপুগী খোইশিংনা মপি লৈত্রে থন্দুনা কুইনসেল শাগৎফনি— মহূ সেল অনিদগী হেন্না থন্বা ফত্তে। কুইনসেল শাবা ঙাইবগী মহূত্তা অতোপ্পা কুইন বি লৈরবদি হাপ্লিবা চুমই। অহূম ওইনমক্ ভাজিন কুইন অমদি হাপ্লিবা ফত্তে। অনৌবা কুইন লৈরবা কান্দা অতোপ্পা উপুদগী মরুম মচা য়াওবা খোইয়া হাপ্লিবা য়ান্না মতেং পাংই।

(২) মপি লৌহৌরগা কোলোনি হোংদোকপা ঃ— চুংখিল খোইশিংনা থবক তৌরিঙৈগী মতমদা খাইগদোরিবা উপু অহুদগী কুইন বি তোংলিবা ফ্রেম অহুমা অহাংবা উপু অমদা হাপ্লুনা থমগনি। মহুদা কুইনসেল লৈরম্বা খোক্লবদি লৌখোকনি। অতোপ্পা অহাংবা খোইরা লৈরবদি, ফ্রেমদা পুন্দুনা অনিদংগা নাকনা অনিদা হাপ্লগা, ডুমি বোর্ডনা খাজিন্দুনা থম্লগা মতুংদা মহুনা হান্নগী থক্ষম অহুদা থমহৌগনি। অহুগা হান্নগী কোলোনি অহুনা মপি য়াওদনা থম্লিংবা মফমদা থমহৌরগা মথোং অহু উবাক্ মতেক্লা লাক্তুনা থমগনি। খোই কয়ামুক অমা হান্নগী মফমদা লাক্তুনা মপি য়াওবা অহুদা চংগনি অহুনা খোই অমুক য়ামখৎলকনি।

(৩) তোঙানবা কোলোনিদগী ফ্রেম লৌরগা থাইবা ঃ— তোঙানবা উপু অনিদগী ফ্রেম অমমম খোই য়াওদনা লৌরগা উপু অহাংবা অমদা হাপকনি। অহুগা অহুম শুবা উপু অমদগী মপি যাওদনা তোংলিবা খোইগা লোইননা লৌখোক্লগা অসাইগী খোই তোংদবা ফ্রেম অনি অহুগী মরক্তা হাপ্লগা ডুমি বোর্ডনা খাজিনগনি। অহুম শুবা উপুগী ষ্টেণ্ডদা থমগনি। অহুগা হান্নগী কোলোনি অহুনা থম্লিংবা মফম অমদা থাংদোক্খিগনি। থাংদোক্লিবা কোলোনিদগী হন্নকপা খোইনা অনৌবা উপুদা মতিক চানা লিংগনি।

(৪) স্বার্মিং ফাহুনা থাইবা ঃ— কণ্ট্রোল তৌদহুনা স্বার্মিং খোরক্লবদি মহু ফারগা অনৌবা উপু অমদা থাজিনবা চুমই। স্বার্মিং খোক্লিবা উপু অহুদগী খোইরা ফ্রেম অমা খোই অমদি কুইনসেল অমত্তা য়াওহন্দনা লৌরগা, অনৌবা উপু অমদা কোম্ব ফাউণ্ডেশন্

কোম্ব গাইড হাপ্পা ফ্রেম অনি অহুমগা হাপ্লগা হায়গী উপু থম্বা ঙৈঙ অহুদা থমগনি। মতুংদা খাওদা ফাহনা লৈবা খোই অহু খোইয়া অহাংবা য়াওরিবা হায়গী উপু থম্ফমদা লৈবা উপু অহুদা থাজিনগনি। মতম থরদি চিনি পিজগনি।

স্বামিং খোকপা থংদোদবা অমদি অতোপ্পদগী লাকপা স্বামিং অহুদি অতোপ্পা উপু অমদগী খোইয়া ফ্রেম অমা খোই য়াওদনা লোরগা উপু অমদা হাপ্তুনা থম্লিংবা মফম অমদা থম্লগা খাওদগী খোই অহু থাজিনবা য়াই। খোই থাজিনবা অসি ঙুংদাংরাইরম্বা থাইদগী কৈ। থাজিনবা মতমদা উপু অহুদা হাইডিং বোর্ড উবাক মতেক অহু শুাহনা থম্লগা, খোই য়াওরিবা খাও অহুগী মচিন হাংদোক্তুনা, খোইথোং অহুদা ফাজিন্দুনা ঙাইহাক পায়রগা খোই থর চংখিবা অহুগী মতুংদগীদি খাওগী মচিন থাদোক্তুনা হাইডিং বোর্ডকী ময়াইদা থম্বদা খোই লোইনমক্ মথং মথং উপুদা চংগনি। মতম অহুদা মপি অহু লাক্রবদি মাশাদা পাইহনা ফারগা মাশা নামা ককলগা ময়ামগী মরক্তা থাজনগনি। মতুং ঙুংশ: থিরুপ্রবসু য়ারে।

(৫) স্বামিংগী কোলোনিনা খাইবা :— স্বামিং চৎপ্রবা কোলোনি অমদি উপু অহুদা য়াওরিবা ফ্রেমগী মতুং ইম্না উপু কয়ামুক্ খোক্লা খাইবা য়াই। খাইরিবা উপু খুদিংদা কুইনসেল অনিদগী হেম্না থম্বা ফত্তে। অনি থম্বদি অমা খোরক্লগা, মানা অতোপ্পা সেলদা লৈরিবা কুইন অহু মরাইনা হাত্তোক্চগনি। খোইহি পাম্বা বি-কিপরশিংনদি খোই খাইদোকপা চুমদে, কুইনসেলশিং অহু মাংহনবনা চুমই।

(৬) ডিভিজন এক্সক্লুদরনা খাইবা :— মরুম মচা য়াওরিবা ক্রেম অনি অহুম এক্সক্লুদর অমনা খাজিন্দুনা, কুইন বিবু চংহন্দ্রবদি ৱার্করশিং অহুনা কুইনসেল শাগৎলি। মওং অহুদা উপু খাইবা য়াই।

ভার্জিন কুইনশিংনা মখোইগী লোয়ইন্নবা পাইখোক্লুরগা অতোপ্পা উপুদা য়াম্না পাইশিনগল্লি, মহুদা মা শিবা য়াই—নত্রগা অতোপ্পা কুইন বিবু হাংলুবা য়াই। মরম অসিনা য়ারিবা মখৈ উপু নক্নহন্দবা কৈ। য়ারবদি অনৌবা ফারুবা খোই অমদি মপি য়াওদ্রবা খোইদি এপিয়ারিদগী লাপ্না থমখিবা য়াবগী খুদোং চাবা লৈরবদি মরোং য়েংহুনা লাপ্না থমগনি।

(৭) কুইনসেল শাহনবা :— কনাগুম্বনা খোইহিগীদমক্তম্নু নত্তনা খোইগী কোলোনি অমদি কুইন বি য়াম্না পুখোক্তুনা, এপিয়ারিশিংদা সপ্লাই তৌবা য়াই। মরোং অসিদা চৎথবা তারবদি ডিভিজন এক্সক্লুদরগী মতেংনা থবক্ য়াম্না পাংবা য়াই।

খোইহিগী শিজন লাক্রিঙৈগী মমাংদগী নিংথিনা পিজরহুনা মতিক্ চানা লিংলবা কোলোনি অমগী মরুম মচা নিংথিনা য়াওরবা ক্রুড ক্রেম অহুমদং লৌখোক্লগা অতোপ্পা ক্রুড চেম্বর অমদা হাপ্তুনা থমগনি। হান্নগী কোলোনি অহুগী মথক্তা ডিভিজন এক্সক্লুদর (কুইন এক্সক্লুদর অপাকপা) অমনা থুংনা থম্লগা মহুগী মথক্তা অসাইগী ক্রুড ক্রেম হাপ্লবা ক্রুড চেম্বর অহুনা থাজত্তুনা থমগনি। মথক্ থংবা চেম্বরগী খোইশিং অহুনা মপি লৈত্রে থম্দুনা কুইনসেল শাগনি।

মপি থাজিনবা :— কুইন বি য়াওড্রবা কোলোনি অমদা কুইন বি অমা পিশিনবা ভায়বদি, অহানবদা কুইন বি অত্থু "কুইন কেজ" অমনা মপি য়াওড্রবা খোইরা অত্থদা উপ্‌শিন্দুনা মতম থরদি থমগনি। রাকর বিশিং অত্থনা মপি অমা নৈরে থংলত্থুনা মাবু য়ারবা মতম অত্থদা থাদোকনি, নত্রবদি মখোয়না মপি অত্থবু চিক্কুনা হাত্তোকনি। কেজনা উপ্তুনা থম্বা অসি পুং ৪ দগী পুং ২৪ ফাওবা মতম চংবম্ভু য়াওই। মরম অসিনা মথুম থুমদবা সেলদা খোইহি য়াওবা অমস্তুং মরুম মচা য়াওবা মকম য়েংত্থুনা উপ্পিগনি।

কুইন কেজ শাবা :— ইঞ্চি অমদা, সেঃ মিঃ ২.৫ দা লাইন ১৬ ফেনব জালি অমদগী মরাক অমস্তুং মযুং ইঞ্চি ৩" × ৩" সেঃ মিঃ ৭.৫ × ৭.৫ পাকপা মচেৎ অমা কক্লগা লৌগনি। মসিগী চুথেক্ মরিদগী ইঞ্চি ½" সেঃ মিঃ ১.২৭ কী স্কয়ার ওইবা মচেৎ মরিথক্ কক্কুনা লৌথোকনি। মতুংদা মাইকৈ মরি অত্থনা থেক্থরবদি হৌজিক্ ইঞ্চি ২" সেঃ মিঃ ৫ গী স্কয়ার ওইবা ইঞ্চি ½" সেঃ মিঃ ১.২৭ রাংবা কুইন কেজ অমা ওইরে।



হেক্তা থাজিনবগী থোরোং :— অনৌবা কুইন বি অমা হুংদাংদা ক্রুড ফ্রেমগী মথক্তা হেক্তা থাজিনবগী মরোং অমনা, ঐখোইনা পামত্রবা অহন ওইরবী কুইন বি অত্থু হুংথিন্দা লৌথোক্‌হৌরগনি। থাজিনগদৌরিবা অনৌবা কুইন বি অত্থবু, উপ্পুদা

খাজিত্রিংগী মমাংদা মৈথেৎ উপু অহাংবা অমদা কাহনা পুংখাই অমরোমদি থমগনি। মৈথেৎ উপু অহু কুরিংখাওদা হাপ্তুনা থম্বি-রবদি, মথক্তা ঙাইহনা ইংবনা শিবা ভোরোই। থন্নবা মতমদা মপি য়াওব্রবা উপু অহু হাংদোক্লগা ক্রেম মথক্তা ভোংলিবা খোইশিং অহু মৈথু থর পিহনা মথাদা তাম্বরগা খুদক অহুদা মৈথেৎ উপুদগী মপি অহু থাদোক্তুনা থম্বদা ক্রেমগী মথাদা চংখিগনি। খৌদোক অসিদা খাওমৈদি লাপ্না থমগনি।

কুইন বি পার্শেল:— কুইন বি অসি অরাপ্না লমদা পার্শেল ভৌহনা থাবা য়াই। মরোং অসিদদি কুইন বি অহু রার্কর বি য়াম্‌ব্রবদা ১০/২০ দংগা লোইননা থাবা য়াবা বোক্স উপু অমদা কেজদা হাপ্পি। বোক্স অহুদা চিনি, বাতাসানচিংবা অথোংপা পোং— মখোইগী লম্বিদা চাননবা য়াওই। পার্শেল ফংবগা য়াওরিবা কেজ অহুনা মপি লৈব্রবা উপুগা মতম থরদং উপ্তুনা থম্নগা কোম্না থাদোকনি। মতম অহুদা রার্কর বিশিং অহুসু মখোইগী মনম অহু মামখিহনা চিক্লবা ভৌদে।

---

## ২১ শুবা পন্থুপ

# স্বার্ম অমসুং স্বার্ম কন্ট্রোল

বসন্ত লাক্লবদি বি-কিপরসী অরাবা মতম লাক্লে হায়রবা লাওরোই মহুদি:— স্বার্মিং খাইহনা চংখিবনচিংবা অসিনি। বি কোলোনি অমদা কুইন বি অমদগী হেল্লা লৈবা য়াদে, অহুনা

কয়য়া কুইন বি লাকদগে হায়বা যাই, ঈশ্বরগী থুৎশেম্নি— খোইনা মখোইগী জাৎ শন্দোক্নবগীদমক্ অনৌবা কুইন কয়া পোক্লকই। হান্নগী কুইন বি অহৎনা রার্কর বি কয়ামরুমগা লোইনহ্নুনা অনৌবা মহুম শাননবা থিবা চৎখি। অস্নুম্ তৌহ্নুনা অনৌবা মপিশিংনা রার্কর কাংলুপ্ খর খরগা লোইনমা চৎখিবনা মমৈদা লৈহৌরিবা খোই অহ্ মপুং ফাবা ওমত্রহনা, মপি য়াওদবনচিংবা ওইরক্নুনা পুম্নাং মাংখি, মরম অসিদগী স্বার্মিং অসি য়ান্না চেক্শিনকম থোকপা অমনি।

স্বার্মিং হৌবা :— কুম্না ফরবদি তম্পাক্তা লৈবা খোইশিংদি ফেক্ত্রয়ারিগী অহুম শুবা চয়োলদগীনা খোইহিগী শিজন লোইদ্রিবা ফাওবদা স্বার্মিং চৎলি। য়াম্না থোইনা লিংবা কোলোনি অমদি পিজ পিথক্ তৌহনা খোই য়ামখৎহল্লবা অহ্ ওইরবদি হায়রিবা অসিদগীসু হান্না স্বার্মিং থাইবা হৌই। মতম্না পুং ১০ দগী পুং ৪ গী মনুংদা চৎকল্লি।

স্বার্মিং মতম :— হাইভ অহ্ য়েংবদা খোইশিং অহ্ লৈবা চন্দবা মথৈ য়ামথৎলবা, খোইরাশিং অহ্ লৈবা চন্দবমথৈ য়ামথৎলবা, সেলশিংসু মফম থুদিং মরুম মচা, খোইহি, লৈরিক্তা থল্লবা অহ্গা কুইন সেল শাবা উরবা, অহ্গীসু মথক্তা ড্রোন কয়ানা য়ুংথিন্দা পাইবা উরবা অহ্ ওইরবদি স্বার্মিং থাইবগী মতম ওইশিল্লক্লে খংগনি।

স্বার্মিং লমদল্লবা উপায় :— স্বার্মিং অহ্ হেক্ থাইখিবগা থুদক্তা প্সেয়ার অমনা ঈশিং ওম্বমথৈ চাইশিল্লবদি অনকপা মফম অহ্রাইদা লমদনগনি। মখোইনা তোংলিঙৈ মতম অহ্দা কুইন বি অহ্ য়েংহ্নুনা কাবা য়াই।

অতোপ্পা স্বার্মিং :— খোংশিংনা করিগুম্বা মতমদা স্বার্মিং-গুম্বা মখোইগী লৈকল থাদোক্তুনা পাইথোকই। মসি মখোইগী চানিংঙাই লৈতবদগী নত্রগা অতোপ্পা খোইশিংনা নমজানবিবদগী অমদি রাম্ম মোথ হায়বা খোইরা চাবা তীম্না ওৎপদগী ওইগদ্রি। ওইবা য়াবা থরনা স্বুংশিং রৈমনবদগী লৈবা স্বুংঙাইতবস্নু ওইবা য়াই। করিগুম্বা অমনা ওইবনা মতম নাইদনা হেক্তা পাইথোকই।

স্বার্মিং চক্তনবা পাম্বৈ :— মতিক চানা মরুম মচা কোক্লনবা অহাংবা সেল লৈহনবা, মতিক্ চানা সুংশিং থোং কাৎপা। খোইরা থুদিং মরুম মচানা থল্লবদি, মতু লৌথোক্লগা অশোনবা খোই কোলোনিগী উপুদা হাপ্লগা, মতুগী মহুত্তা অতোপ্পা ফ্রেম অমদা কোম্ব কাউন্দেশন পিব্লগা হাপ্পিবা য়াই। ত্রোন য়াম্না কোকহনবা ফত্তে, অতুনা ত্রোমগী মরুম মচা য়াওবা খোইরা অতু কক্তুনা লৌথোকপা কৈ। খোইমা থবক লৈত্রে থনবা তৌদমনবা খোইহি তোইনা তোয়না লৌথোকপা চুমই। নিউটোন সাইজগী উপুদি নাকন অমিগী ফ্রেমস্নু খোইহি লৌথোকপা য়াই।

কুইনসেল শাগৎলিবা অতু চয়োল থুদিংগী লৌথোকপা চুমই। মতম অসিদা অতোপ্পা উপু অমদা খোই কাংলুপ অমা থাইদোকপস্নু য়াই।

কুইন বি মাশা ককপা :— উপুদা লৈরিবা কুইন বিবু মাশা ককপা তারবদি স্বার্মিং মতম ওইরমদাইগী মমাংদা ককহোগনি। মাশা ককপা অসি খোইগী রেকোর্ড ইননবগীদমকস্নু কক্লে। অহানবা চহিদা নাকন অমগী মাশা ককপা। অনিগুবা চহিদা অতোপ্পা

অমস্থু ককৃপা মতুদগী মপিগী চহি মশিং খংনবা য়াই। মাশা ককৃপা তায়গা, কুইন বি তোংশিবা ক্রেম অমসুং ক্রেম হৈগুদা থম্লগা য়েংকী খুবি খুদোনবিদা তিল, চোৎলগা মপিগী মাশাদা পায়হনা কাগনি। অতুগা ওইশংবা খুৎনা থবাক মপাদা পায়রগা, কাত্তিনা নাকন অনগী মাশা কল্লগা অমুক থাদোকনি। মপুক্তা পায়থৎলুহনা, মপিগী মশা শোক্তনবা য়াম্না চেকৃশিনগনি।

**রেকোর্ড থম্বা অমসুং লাইব্রিক পাবা :**— এপিয়ারিদা লৈবা বি-কোলোনি খুদিংগী তোঙান তোঙানবা থৌদোক্শিং অতুগী মরোং মতৌ ইহনা রেকোর্ড থম্বা য়াম্না চুমই। নিংথিনা থবক্ পাংথোকপা ঙমনবা তানবা মীনদি রেকোর্ড ইবগা লোইননা চৎথবা তাবনি। কোলোনিশিংবু মথং মনাও নাইনা নম্বর থাহনা রেজিষ্টর থমগনি। মসুংগী থৌদোক্ খুদিং নোট তৌহনা থম্নবদি নোট অমসুং য়েংলগা — করম্বা কোলোনিদা করি তৌবা তাবগে হায়বনচিংবা খংগনি। মমৈদা মতুদগী জ্ঞান কয়া ফংগনি, মতুনা লাইব্রিক ওইনা শিজিন্নবদসু মরম্না ওইগনি। থোক্থ্রিবা থৌদোক্শিং অমসুং লাইব্রিক কয়াদা য়েংহনা থবক চৎথগনি। অতুগা লোয়ননা থাজবা য়াবা বি-কিপর থরগী রা তাবসু অথোইবা অমা ওইনা কায়গনি।

---

## ২২ শুবা পন্দুপ

**কুইন বি লোয়্যইল্লবা :**— হয়িংখোই অসি মপুনা লাইরম-লেন্দগী মীরমলেন্দা— অমুত য়েনবিগে অমদি লিছৎ তাক্পিগে

হায়বগীদমক্ অঙকপা মগুণ পিবিয়মই। কুইন বি অমনা মাগী মপুন্সিদা ত্রোন অমত্তংগা অমুক্তং লোয়নছনা মাওপাগেই। মানা মপুন্সি চুপ্পা মরুম কোকই। নোংমদা মরুম লিশিং কয়া কয়া কোকপা ঙমই। মরুম কোকপা তোক্খোকপা ঙমই অছ্গা মরুমসু লাব নঞ্ছগা অমোম কোকে মাগী নিংবা মতুং ইন্না তৌই।

জীবগী তত্ত্ব খংবশিংনা হায়রি — খোইগী লাব ত্রোন অছুনা হৈরুচুপ্থা পিরগ্রগা খুদক্তা শিথিবা অছ্গা কুইন বি অছুনা মপুন্সিদা অমুক্তংদগী হেন্না লোয়ইমবা তৌদবা—মসি ওইরমজবদি ত্রোন অছুনসু মাগী মচা কুইনশিংগা অমুক্ লোয়ইররুবা য়াই— কুইন বি অছুনসু মাগী ত্রোনশিংগা লোইননা লোয়ইররুবনচিংবা থোক্রবা য়াই। হায়রিবা থৌদোক্ অসিদি প্রকৃতিনা মপুগী খুংশেন্না য়াম্না ছুকচবা মরোংনি। খুদম কয়া শা মগনী মচা লোবদা অমদি পাম্বীগী চারা শেম্বদা শোইদনা ফত্তবা থৌদোক্ লাকই। মরম অছুনা ক্লোজবিডিং তৌবা চুমযে হায়বদি নরুবা ঈনা তিন্নজ্না জীব ওইহনবা ফত্তে। তাইবংদা য়েক্ শালাই য়েংদনা চারো মোরোনবা অমাংবা ওই।

রার্কর থিনা মরুম কোকপা:— অঙকপা থৌশিল অমা — রার্কয়শিং অসি অমোম ওাক্তনি অছুবু মথোইদি— কৃষ্ণ ময়াম গোপী ময়াম পুম্না লৈমিয়বদা লুক্তিয়বগী রাথল লৈনদবগুম ত্রোমশিংগা লোইননা লোয়ইমবগী মরোং লৈতে। অছুম ওইন-মক্ মথোইগী মমা রাণী অছনা লৈথিদবা থোক্রবদি মথোইসু মরুম কোকপা ঙমই। মরোংদি লাবা রাওবা য়েনবীনা কোকপা

য়েরুম্না মচা ওন্দবগুম, য়ার্কয় বিনা কোকপা মরুমদি মচা লাবা — ত্রোন ডাক্তা ওল্লি। কুইন বি অমা কোক্লনবা হোৎনবদা কুইনসেলদগ্ম মরুম কোক্লুই অহুবু নর্শ বিশিংনা য়োয়েলজেলি পিজবদা চিঙাক অহুগা মতিক্‌-চানদবদগী মচাহু শোইদনা সেলদা শিখি। য়ার্কয় বিনা মরুম কোকপা — সেল অমদা মরুম কয়ামুক কোকশিন্দুনা ইতৈ তৈশিল্লি— মহু নর্শ বিশিংনা অমমম ওইনা শিন্দোকই। মচাদি ত্রোন পিক্তকপা ডাক্তা ওল্লি।

ইণ্ডিয়াদা নিউটোন সাইজ :— ফ্রেম তরেৎকী নিউটোন সাইজগী খোই উপু অসিনা ইণ্ডিয়াদা য়াম্না খুদোং চাবা হেল্লি। য়াকম অসি খৃঃ ১৯১৬ কী মমাংদগী অচোবা অপিকপা উপুগী সাইজ কয়া হয়া হয়া চাংয়েং তৌরবগী মতুংদগী নিংথিনা য়ানগ্রবা অমনি। চৌংগী লনদদি হিলটাইপ্‌ বিগীদমক্‌ থর চাউবা উপু শিজিন্নবগ্ম য়াই। ইণ্ডিয়াদা মথল কয়ামুকী নিউটোন সাইজ উপু শিজিন্নরি মহুগী মতুংদা মখাদা পিরিবা সাইজশিং অসিনা অথোইবনি।

ফ্রেম তরেৎকী নিউটোন হাইভ :—

| লম | নিউটোন | | | ক্রুড ফ্রেম |
|---|---|---|---|---|
| (১) বরিকটক্‌ ( উরিষ্যা ) | 8½″ × 6½″ | ইঞ্চি, | তোপ্‌বার | 9½″ ইঃ |
| (২) কইম্বাতুর ( মাদ্রাজ ) | 8½″ × 6″ | ,, | ,, | 10″ ,, |
| (৩) কুহুর ( নিলগিরি ) | 8½″ × 5½″ | ,, | ,, | 9½″ ,, |
| (৪) কুর্গ — | 8¾″ × 6″ | ,, | ,, | 10½″ ,, |
| (৫) নাগপুরাদি (য়ার্ধা C. P.) | 8½″ × 6½″ | ,, | ,, | 9½″ ,, |

(৬) মার্তাণ্ডম (ত্রবাঙ্কুর) $8'' \times 6\frac{1}{2}''$ ,, ,, $9\frac{1}{2}''$ ,,
(৭) মণিপুর (ৱাণ্ণা এপিয়ারি) $8'' \times 6\frac{1}{2}''$ ,, ,, $9\frac{1}{2}''$ ,,

লম লমগী তোঙান তোঙানবা ফ্রেমগী সাইজশিং শিজিন্নৈ। অদুবু মরু ওইবা লম অদুগী অয়াম্বনা শিজিন্নরিবা ফ্রেম সাইজ অদুগা মান্নত্রবদি থৌদোক্ করামুক্তা খুদোংচাব নাম্হোকনি, থেরা করামুক লাকপা য়াই।

কনাগুম্বনা থম্বরুবা ৱাৎপদগী উপু অচৌবা ওইরবদি খোইহি য়াম্না য়াম্না ফংগনি নিংলুহুনা লনাইগী ৱাথম্না খোই উপু অচৌবনা হোৎনৈ। মহু মশাগী ৱাথম্না পুখোকপমক্ নত্রবসু, মশানা থম্বা ৱাৎহৌবনি থনবা য়াই। মণিপুরদসু থৌদোক্ অসি থোকখি—বি-কিপিং এরিয়া ওফিস্ ওইনা নিংশিংজবনি। থবক খুদিং-মক্ মশা মশাগী চানবা চাং অমা লৈনৈ।

লম লমগী মতুং ইন্না উপুগী সাইজ মান্নদে অমসুং মান্নকম থোক্তবগী মরম কয়াসু লৈ। ইংলেণ্ড আমেরিকানচিংবদা ইণ্ডিয়াদা চৎথরিবা নিউটোন সাইজগী শরুক্ অনিদগী হেন্না চাওবা উপু ব্রিটিশ ষ্টেণ্ডার্ড অমসুং লোংষ্ট্রোট শিজিন্নৈ। মসিগী মরমদি মখোইগী খোইনা ইণ্ডিয়াগী খোইদগী হেন্না চাওই, খোইহি হেন্না শোমজিনবা ওমই। অদুগীসু মথক্তা অইংবা লম ওইবনা খোইরাহু নিংথাইগনে।

ইণ্ডিয়াগী পাক্লবা লম অসিদা অইং-অশা অমগা অমগা থেন্নবগুম উপুগী সাইজসু থর শোইদনা থেন্নকম্ থোকই। মরম অসিনা মণিপুরগীসু খোই য়োকপগী থবক পাইথৎলিবশিংগী অপুনবা ষ্টেণ্ডার্ড সাইজ অমা অরেপ্পা লৈথা চুম্নগনি।

খোইরাশিং অদু নিংথিনা মতুম তাশিন্দুনা থমগনি। মতুনা য়ান্নহন্না খোইরু শুংদোকপা য়ারে থল্লবদি, খোইরাগী মতুমশিং অদু কাংথল অমদি ইনগুম্বা অপাবা ফি অমদা হাপ্লগা মতুদা সুংনচিংবা অরুম্বা পোং মচেং অমগা লোইননা পুন্সিল্লহন্না ময়োম অদু ঈশিংদা পুং ২৪ য়োম ভিংহন্না থম্লগা মতুংদা ভিনগুম্বা পাত্র অমদা হাপ্তুনা ঈশিংমা মরেপ থুম্না হৈজিনগনি। অদুগা মৈদা লোল্লবদি, খোইরু অদু শোঁদোক্লগা ঈশিংগী মথক্তা লোইনা তাওথংকনি। হৌজিক্ শোঁদোকপা লোইরম্লগনি নিংলবদি পাত্র অদু থাংথন্না ইংহল্লবদি, খোইরু অদু মপাক্ ওইনা ঈশিং মথক্তা তাওহন্না লৈগনি। অদুগুম্বা মপাক্ অদু অমুক্ হন্না অরাবা ঈশিংদা হান্নগী মতোংগুম্না মৈদা লোল্লবদি, হৌজিক্ মশক ফজরবা খোইরুগী মপাক্ ফংলগনি।

---

# বি-কিপিংদা গান্ধিজীগী মোৎ

“হন্নিংখোই য়োকপা অসি হোবি ( অহাংবা মতমদা পুক্লিংনা পামজনা হোৎনবা ) অমা ওইনা য়াম্না সুংঙাইরবা থৌরম্নি অদুবু মসি— ‘কোটেজ ইন্ডস্ট্রীজ’ অমা ওইনা — থুজংগী মীশিংনা— মখোইগী অহাংবা মতমগী থবক অমা ওইনা পাইথৎপদা— মখোইগী য়ামত্রবা চাথোক্ অদুগী মতেং ওইডনা চাক্থুং কিথুংবা ঙমগনি।”

গান্ধিজীনা— “খাদিপ্রতিষ্ঠানদা” এপ্রিল থঃ১৯৩১ ইংদা— “সোডপুর এপিয়ারি” ২৪ পরগনাদা অয়ুক্ অমসুং সুংথিলগী হক্চিক্ লাংকম্ ওইনা কোইনা য়েংবিরমই।

---

## রাধা এপিয়ারীদা লেংবিরকপা ভদ্রলোকশিংনা ইবিরম্বা নোট খরগী কপী—

I was keenly interested to see 'Radha Farm' the efforts made in bee-keeping are required all the encouragement the methods and the technique is quite modern.

Sd/—S. L. Khurana, I. A. S.
*Deputy Secretary*
*to the Govt. of India C. D.*
4. 1. 59

---

A delightful little place in a delightful state! I am glad to have visited this farm modest but progressive. Mr. Radhacharan Singh and his wife have, with their joint efforts, made it into a very peaceful and pleasant place and introduced new ideas, such as, Bee-keeping and Horticulture in this part of the country.

I am glad to note that some of their activities are being copied by their neighbours.

I wish the farm and the owners every success and best of luck.

Sd/—
Dy. Fisheries Development Adviser
*to the Govt. of India*
10th Dec. '52. New Delhi.

---

I had the pleasure of visiting **Radha Apiary** run by **Shri Radhacharan Singh** and his wife at Matai Bustee. There are about 28 boxes yeilding honey worth Rs. 500/- annually. The method of Bee-keeping is very simple. It gives an additional income and places a good example to the neighbours. So far as I understand, the Bee-keeping has a vast possibility in this state and Radhacharanji with his activities and zeal demonstrated that to some extent.

I wish him all success in this enterprise.

A. G, Mukherjee
*Zonnal Director*
All India Khadi & Village Industry
Board, Eastern Zone,
14/12/54.

---

I visited Radha Agricultural Farm. It is situated in a quite nook Due to the recent military occupation the plantation has not been extensive or the behive in the Apiary many. It is the first of its kind in Manipur and I hope it will be successful and be guide to many such farms.

**Sd/-Priya Brata Singh**
*Chief Minister, Manipur.*
6/2/48

---

I was very much impressed on studying the various activities carried on by Radha Apiary. It deserves all encouragement both from the govt. and the public at large.

I wish it every success. The workers of the Radha Apiary society are inspired with missionary zeal.

**Sd/—Chhaganlal Joshi.**
*Secretary*
All India Congress
Constructive Committee, Delhi.

10-1-63

---

Paid a brief visit to the Radha Apiary bee-keeping training Institute in Imphal on 7.4.63, accompanied by the Director of Agriculture, Manipur.

I was very much impressed by the scientific way of bee-keeping with amazing achievements. This presents an entirely new world for·········new way of economic life.

It offers amazing opportunity to learn things at a man needs in life.

I shall be happy to send some of our young men for training from Nagaland.

I wish the Apiary a grand success.

Sd/—
Education Minister of Nagaland.

7.4.63.

---

I visited this farm today and I was very pleased to see Bee-Keeping which is new venture in Manipur. I hope the example shown by this farm will act as an incentive to other people in Manipur.

Sd/—M.N. Phukoon
*Deputy Commissioner*
Manipur

23rd Dec. 51

---

It has been interesting to visit the Radha bee farm. The farm is run on mordern lines and the honey is collected and extracted with upto date equipment.

It is appeared to be a well run farm and I am told the best in Imphal. It should do well.

C P. Naire
D.C. Manipur.
7th April 59

---

There could be no later "demonstration farm" and I have been very impressed by the efforts of Shri Radhacharan Singh who is truely a "Progressive Farmer". We shall endeavour to arrange for him a "Bharat Darshan" trip outside Manipur and hope that he will further add to the hearty and productivity of this praiseworthy venture. Many a people in the locality and oudside have taken lessons from him in Bee-Keeping and he has given his knowledge without any charges.

Shri Radhacharan and Mrs Radhacharan as well his partners desire congratu'ation and all help from Administration. We shall see what we can do.

**Krishnatry**
*Additional Dev. Commissioner*
Manipur

15th Sep 58

---

I visited the Radha Agricultural farm, Matai Basti on the 6th January 1957. This farm is more or less a typical one from many points of view. The manifold activities specially the apiculture are highly commendable. The works on api-culture, it is confidently hoped, will expand as an important cottage industry in Manipur.

I wish this farm every success and a long life.

**Sd/ N. Nilmani Singh**
*Supdt. Govt. Basic*
*Training Institute*
Manipur

6th Jan. 57.

---

I have Inspected the Radha Apiary at Matai Basti on 2 2.58 with the extension officer i/c co-operation, Imphal East N E.S. Block and found that the farm is the best one of all the units, I have so far Inspected in Manipur in this line. It is now working very satisfactorily under an experienced profession Bee-Keeper who has about 15 years experience in this Industry. The area of operation seems to be very fovourable for the Industry, being at the foot of a hill. It has a nice

scope for expansion on a co-operative line. The party has agreed to form a co-oparative society very soon and the extension officer ( co-op ) Imphal East has agreed to take up the work of forming Co-op. Society in a short time. This unit deserves active encouragement for the improvement and expansion of the existing unit

Submitted to Director of Industries for favour of information.

Sd/

**Y. Birchandra Singh**
*Community Project officer* ( INO )
Manipur

---

I have the pleasure to visit "Radha Apiary" on 27.3.58 at Matai Basti. The farm has taken manifold fraction and the site is most suitable for apiculture. This farm is the best one of its kind in Imphal East and as such deserves financial assistances from the Administration.

I hope every success in converting the present farm into a model one in the near future.

**N. Bihari Singh**
*Extension officer* i/c
Industries
Imphal East N.E S. Block.

---

It is a great pleasure to visit Radha farm which has grown up as an Institution for educating the farmers of the surrounding villages in the improved techniques of farming particularly in the scientific Bee-Keeping. I am confident that this model farm will play a vital role in introducing and popularising new improved technique of farming in Manipur as the farmers who are usually conservative take up improvation in farming more readily when they are shown by their fellow cultivators that improved scientific methods of farming bring more harvest and income. I find the proprie tor of the farm **Sri Radhacharan Singh** devoting most of time in bringing improvement of agriculture in his surrounding village. I wish the farm a great success."

**Sd/ L. Udhep Singh**
*Director of Agriculture*
**Manipur**

17th Feb. 63.

---

রাধা এপিয়ারিনা মণিপুরগী মেলাদা কাৰ্ট প্ৰাইজ কংখিবগী সার্টিফিকেটশিং :—

1. The Manipur Hill & Plane festival 1954
2. Khadi & Village Industries Exhibition 1957
3. he second all India Handicrafts week 1957
4. Imphal East N.E.S Block Exhibition 1958
5. Imphal East Development Block Exhibition 1960
6. Khadi & Village Industries Exhibition, Manipur 1960
7. Manipur Administration Imphal East Development Block 1961
8. Khadi & Village Industries Exhibition 1961
9. Manipur Agricultural & Industrial Exhibition 1962
10. Manipur Agricultural & Industrial Exhibition Directorate of Industries Manipur 1962
11. The Fourth All India Handicrafts week 1958

---

# লাইরিক অসিগী মরমদা পীবিরকপা মোং থরা—

রাহৈ থরা

চৌঙ্জিকৌ মতমগী লৈবাক থুনাই অসিদা থোইদোক হেন্দোকপা ইকাই খুম্নবা মকম অমা ফংলিবা অহলগী মতমস্থু ওইশিল্লকদোরবা পুপ্রম্বা রাধাচরণগী "খোইরৈবাক্তা রাগ্রা" হায়বা, হয়িংখোঙগী পুন্সাগী ফিদমনিঙাই ওইরবা লমচৎপু লৈবাক মীয়ামদা ঙাংদোক্লবা হোৎনরকপদা মীতৈ সাহিত্যগী ওইবা মেংলবা লোল কয়ানা মতাং চানা চানা লৈতেংলবা লাইরীক অসিবু পাবারিবশিংদা রাপ্পেদোক্তা রাহৈ থর হায়জবা অসিদা ঐগী অপেনবা অমা ওইক্তে। চৌঙ্গীক হৌঙ্গীকমক শিনফম অমা ওইনা হয়িংখোই য়োকপগী থবক পায়খিবা অইবা মশামক লাইরিক অসি ইবদা মজীক চারবা মীনি। লাইরিক অসিদা পিরিবা হয়িংখোইগী মহৌশাগী ওইবা লমচৎপু মীওইবনা ফিদম্নকম অমা ওইনা নৈননবগী থুদোংচাবা অমদি লাইরিক অসিনা শোইদনা পিরগনি। অসিগীস্থু মথক্তা য়েংহ্নৌতৈঙদগী হৌনা মীওইবনা মমল য়াম্লবা হিদাক অমা ওইনা শিজিন্নরক্লবা খোইহিগী পোংথোক অসি পুংথাক্লবা হয়িংখোই য়োকপগী শিনফমদা নৌনা শিন্দমলিবা মীরোনশিংদা লাইরিক অসি মমল য়াম্লবা লমজৌং মৈরা ওইহনা ইনৌ নৌহনা লৈহৌরগনি হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি।

**M. Khomei Singh, M. A.**
**Head of Edn. Dept.**
**Imphal College**

**Dt. 9. 10. 76.**

## ঐগী মত অমত্তং

## "খোইরৈবাক্কী রারি"

লাইরিক অসিগী মরমদা ঐগী মত থরদং :—

"খোইরৈবাক্কী রারী" লাইরিক অসিবু পুথোক্তুনা কোংবিবা অমদি ইবিরিবা শ্রীপুরম্ম রাধাচরণ সিংহ, ঐনা পিকলিতৈদগী হৌনা শকখঙজবদা শ্রীপুরম্ম ইবোতোন হায়না খংজবা, ইয়াম্মা অসিনা হয়িংখোইগী মরমদা চাউরাক্লা জাপান লান হায়না খংনবা অতৈদগী লান কাইনরুবদগী হনজিনলকপা মতম অতৈদগী হয়িংখোইগী মরমদা য়াম্মা থরাই তানা পুক্নিংদা অহনবা লৈতন, মতৌ করম্মা মসিবু য়োকপিহুনা হোৎনরগ। মসিদগী কান্নবা পুরকপা ঙমগদগে হায়বসিদা হোৎনহুনা লাকপা মীশক অমনি। অতৈগা মহাক্লা হোৎনরিবা অসিগী মঙুংদা কান্নবা হিরম থরম্মু ঐনা খংজদগী মঙুংদা (১) থবক কংনদহুনা লৈরবা মীওই কয়াবু খোই য়োক্তুনা থবক ফংহনবগা লোইননা মতৈদগী খোইহি, খোইরু অমদি মন্না মশিং লৈ শুনচিংবা থাহনা মতৈদগী কান্নবা ফংহনবা অমম্মুং লোল খোকহনবা। (২) মমাংতৈদগী হৌনা খোইহিতবু পান্নবা অরেম্বদা মাংহনা মমল রাওরবা জীব ওইবা লৈরম্বা খোইশিংবু কান্নবা অমনি হায়না খংননবা হোৎনবা। (৩) নিংবা পুংদবা অমদি খংদবনা থল্লবা সমাজগী পুক্নিদা মতম অয়াম্বদা লোইনহুনা অমদি তিরহুনতা লাক্লবা হয়িংখোইশিংদগী খংবা রাবা, যুবানবগী থৌওং অমদি জীব অমগা অমগা মুংশিনবা হিংমিন্নবা রাত্ত পাদনা হিংমিন্নবগী হিরমদা তমশিনবা। (৪) সাইন্টিফিক ওয়েদা

সাইকোলোজিকেল ভিউনা খোইশিংগী লমচৎ মুন্না খংবা অসিনচিংবা য়াকম কয়াম্নু ভত্তনা নৈনৈ অমম্মুং কোংদোকই।

লাইরিক অসিদগী হৌজিকী সমাজগী মীওই খুদিংমকী য়াখল অমদি পুজিগী পন্থুং "সাম্যবাদ" করিনো? করম্না ?? হায়বা অমম্মুং য়াইক যুম্বানগী খোওংগী খংনিংঙাই অমদি ভমনিংঙাই য়াত্তনা য়াওরবা লাইরিক অমনি, মসিনা ভুংগী নহারোলশিং অমদি "সাম্যবাদী" গী য়াখলবু খওবা মীওই খুদিংনা লাইরিক অসিনা ফোর্মূলা ওইবা য়ারবনি হায়না ঐগী মত্তদি লৌই।

অহুগা ঐগী সজেসন অমনা, লাইরিক অসিদা, মোস্কোদা কোংবা I. Khelifman না ইবা A. Book on the Biology of the Bee Colony and the Achievements of Bee Science গী "BEES" হায়বা লাইরিক মচা অহুদংগম্নু খরদং Consult তৌহনজনিংই। অরোইবদা, ঐনা, ইগী ইয়াম্বা শ্রী পি রাধাচরণ সিংহনা পুজিগী অহনবা লৈতনা খিজিনলকপা তানশিলকপা, খংলকপা হিরম অসিদা, খোইদগী তম্বা য়াবা খংবা য়াবা, ওইবা য়াবা ফৌরম কয়াবু অইবা লাইরিক ওইনা পুখোক্লনা মণিপুরগী সমাজ অসিদা লেংদনা থম্বীরম্বা অসিবু য়াখল মারবা মীওই খুদিংমক্না, অপাম্বগী খোনাগা লোইননা হয়িংখোইগুম্না হিংমিন্নবা পুজি অমা ওইহনবদা হোৎনজরকপগী চৈঙাকুম লেপ্পিগনি হায়না ঐনা চেৎনা খাজে।

তাং ১৭। ৪। ৭৫ ইং          ক্ষেত্রিময়ুম ইবোম্বাইমা সিংহ

চিয়ারমেন

ষ্টেট কন্ট্রোল কমিশন

এম, এস সি/সিঃ পিঃ আই ইম্ফাল।

"খোইরৈবাক্কী রারী" হায়বা শ্রীপুরস্কম রাধাচরণ সিংহনা ইবা লাইরিক অসি পাজরে। লাইরিক অসি পাব হৌরুরগা লোইত্রিবা ফাওবা পানিংবা পোকই। লাইরিক অসিদা ঈশ্বরনা শেম্বা জীবশিংগী মনুংদা হয়িংখোইগী যুম্বান অসিগী তোপ-তোপ্না ফজরবা যুম্বানলোন অমা মশাগী হায়বা অমা অমুক থমদবা ময়ামগী য়াইফবনা মশাগী য়াইফবনি খনবা ফজরবা উদেশ্য অমনা যুমফম ওইবা জীব অসিগী যুম্বালোম্না থুদম পিহনা তাক্লি। লাইরিক অসিদা খোইদোরু বি-কিপরশিংগী ১দি ত্রেনর-শিংগী মতম কুইনা রাতুনা লৈরম্নবা অহাংবা অতু মেনশিম্লগনি ১দি বি-কৌপিংগী মরমদা থরাই য়াওজবা কাংলুপকী লমজিং মৈরা ওইররগনি। লাইরিক অসিদা লেথকনা হয়িংখোইগী যুম্বাল ১দি খোইহিগী কান্নবগী মরমদা ময়েক শেংনা তাক্লি।

বিমলা

---

মণিপুর ষ্টেট সোসিয়েল ওয়েলফিয়ার বোর্ডকী মথাদা লৈবা ইম্ফাল ইষ্ট ফেমিলি এণ্ড চাইলড ওয়েলফিয়ার প্রোজেক্টী সব-সেন্টর অমা লুরাংশংবম মতাইদা ইংলোক ১৯৭২ গী লোইরমদাই ওক্তোবর থাদা হাংদোকপা মতমদা খুরাইবুংজো শ্রীরাধাচরণ

সিংহগা শক থংনজখি। মহুদগী হৌনা সোসিয়েল ওয়েলফিয়ারগী প্রোগ্রাম থুদিংদা শরুক য় মিন্নরকই।

থুন্নাইবুংঙোনা ইথা লাইরিক "খোইরৈবাকী রারী" হায়বসিগী মরিদা মত থর কোংদোকপিনবা তাকপিন্নকপসিদা হৈরবসু হৈত্রবসু, মতিক চারবসু চাজবসু লৈজবা মত থরদংত পিজরি।

"খোইরৈবাকী রারী" পাবদা য়াম্না পুক্কিং লৌশিং ওইনিংঙাই ওইবক্তা নত্তনা য়াম্না রাথল চাওখৎনিংঙাইনি। খোইগী পুন্সিগা মীওইবগী পুন্সিগা চাংদম্নবা, পৃথিবীগী মরুওইনা নোংচুপ ইউরোপকী খোইগী পুন্সিগী মরমদা নৈনবা, ভারতকী খোইগা চাংদম্নবা অসি-নচিংবা Research কী থবকশিংগী য়াম্না চাওখোকচনিংঙাইনি।

লাইরিক অসিবু থাজনা পারবদি সাধারণ মীওই অমনা খোই কজনা য়োকপা ঙমগনি। মীওইবগী হিংনবা লান্দা অমৃতগী মশক ওইরবা খোইহীবু চাং হেন্না হেন্না খোকহনবা ঙমগনি হায়বসি ঐগী থাজবনি। খুজংগী, সহরগী মীওই কয়া কয়ানা বুদ্ধি লৌশিং ওইনবা অমদি থরায় য়াওজবা কয়ানসু পাজবা ঙম্নবা লাইরিক অসি কোপি য়াম্না নমখোকপা দরকাররনি। মসিনা খোই য়োক-খোংপগী লাইহৈদা লংলা-লংজিন ওইগনি হায়না আশা তৌজে।

সরজু দেবী

( শ্রীমতি সরজু দেবী )

সেক্রেটারি,

মণিপুর ষ্টেট সোসিয়েল ওয়েলফিয়ার এডভাইজরি বোর্ড, ইম্ফাল।